# কাঞ্চি রারীমচা

সম্পাদকশিং
প্রোফেসর হুইরেম বিহারী সিংহ
প্রোফেসর এলাংবম নীলমণি সিংহ
শ্রী অরিবম কুমার শর্ম্মা



মণিপুর য়ুনিভরসিটি
কাঞ্চিপুর, ইম্ফাল

**KANCHI WARIMACHA**

An Anthology of Manipuri Short Stories :
Published by **Manipur University, Canchipur - 795003**






অহানবা ফোঙবা ঃ ১৯৯৬ ইং

কোপি মশীং ঃ ৫০০০



মমল ঃ লুপা ৫৫/-

লাইরিকং কংকম ঃ মণিপুর য়ুনিভরসিটি, কাঞ্চিপুর

নম্ফম : য়ুনিক স্ক্রীন এন্দ ওফসেট প্রিন্টিং
সেগা রোদ খাইরাকপম লৈকাই,
ইম্ফাল - ৭৯৫০০১
ফোন নং ২২৬১১১/২২৫৬৮৬

# য়াওফম তাকপা

# ৱাহৌদোক

ৱারীমচা মণিপুরগী সাহিত্যদা অনৌবা যুগকী খুদোলনি। খৃষ্ট কুম ১৯৩২ দা "য়াকাইরোল" চেফোঙদা ফোঙলকপা 'য়ুম পানবা' হায়বসিনা ইহান হানবনি। মওং চপ হেক চানা তারবা হায়বদুদি ওইদ্রবসু ৱারীমচা অমদি ওইরিবনি। খৃষ্ট কুম ১৯৪৫ ফাওবদা তোঙান তোঙানবা চেফোঙশিংদা ৱারী মচাশিং ফোঙনরকখি। খোঙয়াং য়াম্নমক তম্লী চহী অমগী ৱারীমচা অমগী চাংদা তোঙান তোঙানবা অইবশিংনা ফোঙনরকখি। অহৌবা মতাংনি। পৃথিবীগী অতৈ লোনদা তৌবগুম মণিপুরগীদসু ৱারীমচাসি চেফোঙশিংদা পোক্লগা চেফোঙশিংদা ফনা কুইনা য়োক্নুনা লৈ। ৱারীমচাগা চেফোঙগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈ। হৌজিক ফাওবা লৈরি। খুদোংচাবা কয়ামুক লৈবননি। ১৯৪৬ তা শীতলজিৎকী লাইরিক অনী থোকলক্লে - "লৈকোনুংদা" অমদি "লৈনুংশি"। লাইরিক ওইনা থোক্লকপা অহানবনি। অনী অসিগী মতুংদা ১৯৫১ দা চিত্রেবীরেনতোম্বী চান্দগী "নুপী", ১৯৫৫ দা আর.কে. এলাংবম গী "চীংয়া তময়া", ১৯৫৮ দা "য়ুমগী মৌ" অমদি প্রমোদিনী না সম্পাদন তৌবা "পুন্সী মৈরা" নচিংবা লাইরিকশিং থোক্লকখি। ১৯৬০ দা গুনধ্বজা অমসুং স্বনজিৎকী "কুশো পরেং" ফোঙলকই। ১৯৪৬ তগী ১৯৬০ ফাওবগী মনুং অসিদা ৱারীমচাগী মওং অমা চপ চানা তারে। লাইরিকশিং অমদি চেফোঙশিংদা য়েংবদা ৱারীমচাগী খোঙয়াং খরা য়াঙখৎলকই। পেনবা য়াবদি নত্তে। ৱারীমচাগী মশক চপ চানা তারবা মতাংনি হায়বদি শোয়দ্রে।

১৯৬০ দগী ৭০ ফাওবগী মতম অসি মণিপুরী ৱারীমচাগীদি সনাগী যুগনি হায়না লৌবা য়াই। মশক অমা লেপথ্রবা মতুংদা যুগ অসিদা মণিপুরী ৱারীমচা খৎচাউ চাউখৎলক্নুনা মায়ওন কয়ামুক্তা চেল্লরকই। মতাং অসিদা মগুন লৈর-লৈরবা অইবা

কয়াগী লাইরিক ময়াম মনম মনম পুথোক্লকই। শম্পৎনা খরদং পল্লবদা ১৯৬৫ দা প্রকাশকী "ইচেগী শম" অমদি কুঞ্জমোহনগী "চেনখিদ্রবা ঈচেল", বিনোদিনীগী "নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী" ১৯৬৬ তা সোনামণিগী "নির্ম্মল যমুনা" অমদি মণিকুমার মৈনমগী "মাগী অরোইবা পুংজাদা", ১৯৬৭ তা নীলবীর শাস্ত্রীগী "বাসন্তী চরোং" শ্রীবীরেনগী "লৈচিল্লকী থাজ", রতন কুমারগী "লোয়া হায়গে তুমিন্না তাউ" রনেনগী "মমিং তরা" : ১৯৬৮ দা চিত্রেশ্বর শর্ম্মগী "শান্নবুংদা", তেজমণিগী "সুরবলা", ১৯৬৯ দা গুণ গী "ফীজঙ মরুমদা", গোজেন্দ্রগী "মখোঙ শোমদ্রিবা লৈ" ১৯৭০ দা চিত্রেশ্বরগী "ঙসিদি লাক্লে", রাজেন শর্ম্মগী "অয়ুক্কী নোংছৌ", কামিনিকান্ত গী "নাচোম লৈচন", দীনমণিগী "থক্লবী" অসিনচিংবা অসিনি। অসিদসু নত্তনা চেফোঙশিং অমদি খোমজিন্দুনা ফোঙবা লাইরিকশিংদসু কয়া অমা থোকলকই। যুগ অসিদা তমজনফমগী ওইবা, যথার্থ, অমদি ফাগীগী ওইবা ঈচেল খরা নৌহৌনা উরকই। খুমাঙ চাওশিনবা মতাংনি।

১৯৭১ দগী ৮০ ফাওবগী মনুংদা বারীমচাগী ঈচেল হান্নগীগুম খংয়াঙ য়াঙখংত্রবসু ঈরোংদি হেন্না ফাংলকই হায়বা য়াই। হান্নগী অইবশিংগী মনুংদা খরসু অদুম ইথরি। মসিগা ঈরোয়ননা অনৌবা মশক নাইবা অইবা খরসু চোংথোক্লকই। অনৌবা মওংগী বারীমচা য়াওবা লাইরিক খরা থোকলকই। মরু ওইবা হান্নগী অমদি অনৌবা খরগী লাইরিক খরদি কৈশাম প্রিয়কুমারগী "অবাওবা পুন্সী" (৭১), সোনামণিগী "রোমকুদা শিকার" (৭৩), কুঞ্জমোহনগী "ইলিসা অমগী মহাও" (৭৩), অমদি "থবানমিচাক অমনা কেনখিবা" (৭৯), আই এস কাংজমগী "করিগী" (৭৭) বীরমণিগী "পিক্লিক পিক্লিক" (৮০), অসিনি। মতাং অসিগী বারীমচাশিংদা শেন-থুমগী শোকচিল্লবা ফীভম, শেঙ্গা-থুমজা, অশোনববু নমথদুনা থমবা, অচেংবগী কান্নবা লৌবা, নুপা-নুপীগী কোমথরক্লবা মরীনচিংবা উৎতুনা মতমগী সমাজগী শক্তম য়েক্লবা লাক্লবদা মায়পুনৈ। বারীমচাগী ফোঙদোকগী মওংদা (টৈক্লিক) অনৌবা মওং লাকপা হৌই। তেল্লপ ইবগী মওংসু হৌরকই। হান্নগী মওংগী ঈচেলসু অদুম্মক চেন্থরি। ১৯৭৪ গী ওক্তোবরদা কুঞ্জমোহননা সম্পাদক ওইনা "মৈরিক" কৌবা বারীমচাগী ওইবা চেফোঙ অমা ফোঙলকই। মসিদা অনৌবা অইবা কয়ানা লম অসিদা অনৌবা হীরম অমদি অনৌবা মওংগী মফোঙদোক

খিনবা কন্না লাক্লখি। "মৈরিক" কী অইবশিংনা পরম্পরাগী লীক্লমদগী থৈদোক্তুনা ৱারীমচা ইনবা লাক্লখি।

১৯৮০ গী মতুংদা ১৯৯০ হৌরকপা ফাওবগী মনুংদা লৈরকপা অইবশিংগী মথক্তা অনৌবা কয়া থোকলকই। লাইরিক কয়াসু কোক্তনরকই। ইবোমচা, আর.কে. মণি, সিএচ. নিঙোম্বা, প্রেমচান্দ, লনচেনবা, শরত, শ্যামসুন্দর লাইশ্রম, সুধীর নাইরোইজম, চোংথাম নরেন্দ্র, ব্রজগোপাল, বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম নচিংবনা অচৌবা থৌনাগা লোয়ননা ফোঙলকপা লাইরিকশিং মরী-মরী থোকই। ৱারী মশীং হেনগৎলকপগা লোয়ননা ফোঙদোকপগী মতাংদসু অনৌবা চাংয়েং কয়া তৌবা য়াওরকই। হান্নগী চৎনরকপী মফোঙদোক্তা পেনবা ওন্মক্তবগী মওং অমা উরকই। ১৯৯০ শিংদা লীক্লা থোক্লিবা নুপী অইবী খরসু চোংথোরকই। মখোয়না অতৈ হীরম কয়া কোনশিনবগা লোয়ননা নুপী অমদি নুপীগী নুংগী ওইবা শক্তমবু য়েংনবা হোৎনৈ। অচৌবা সাধনা অমনি। মতাং অসিবাইগী ৱারীমচাশিংদা মমল হৃয়রক্লবা পুলী য়েকলকই। তৌবগীদি হান্নগী চৎনরকপা মওংগী ৱারীসু অদুমক চৎথরি। ময়ামনা পাম্নবা সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা মণিপুরী ৱারীমচা ওসিসু ঈরোং ফাংনা য়াওনা চেম্ব্রি।

"কাঙ্গি ৱারীমচা" অসিগী অচৌবা পান্দম অমদি ১৯৩২ দগী ১৯৯৫ ফাওবদা চেম্বরক্লিবা মণিপুরী ৱারীমচাগী চাউরাকনা পুম্নম তারবা শক্তম অমা থম্না অসিনি। মশক মুন্না খণ্ডনবা হোৎনবা লেপত্রিবা সর্ব্বজিৎ সিংহ বি.এ. গী অহানবা মণিপুরী ৱারীমচাগী মিংথোল ফংলগদবা 'য়ুম পানবা' গী মথংদা কমল। শীতলজিৎ, রজনীকান্ত, বিনোদিনী, প্রমোদিনী, থোইবী, নীলবীরগী থম্মোয় খোনবা তমজনফমদা য়ুমফম ওইবা ৱারীমচাশিং লৌশিল্লে। মতুংদা প্রকাশ, কুঞ্জমোহন, শ্রীবীরেন, শরত, প্রিয়কুমার, গুণনচিংবা যথার্থবাদ কী মনুংদা লৈবা ৱারীশিং হাপ্লে। রাজকুমার মণি, বীরমণি, ইবোমচানচিংবগী অনৌবা মফোঙদোকতা থৌনা পীবা ৱারীমচাশিং লৌশিল্লি। চেম্বরিবা ঈচেনদা মণিপুরী ৱারীমচাগী মফম অমা উৎপা য়ানবা ব্রজেশ্বর অমদি ধবলগী ৱারী মচাশিং হাপ্লি। করেম্নবা অমদি ফাগী গী শরুক নাকোয়ননা শোকপা য়াবা ওইনা চিত্রেশ্বর অমদি দীনমণিগী ৱারীমচাশিং য়াওহনল্লি। মথংগী অচৌবা পান্দম অমনা লাইরিক

অসি মহৈবোয়শিংগী তম্নবা লাইরিক (টেক্সবুক) ওইহনবা হায়বসিনি। তম্ন-তম্নীবগী নাক য়েংনা তণ্ডায়ফদনা য়ুমফম অমা ওইহনবনা ৱারীমচাশিং অসিদা অইবশিংগী চপ-চপ চাবা মীওং অদু য়াম্না শীবা গুমদবসু য়াওরকই। ময়েক্কী ওইনসু ৱারী অমনিথক্তা শক্লোন য়াম্না অইবগী মীওং থিবা য়ারোই অদুমকপু নাক-য়েং তুং-মাং য়েংলগা অইবগী চাউরাকপা মশক উংননবদি লাক্লবনি। অহুমশুবা পান্দম ওইনা ৱারীশিং অসি পরীংদা থম্বদা মথং মনাওগী ওইনা অইবগী পোকপগী চহী (খৃষ্ট কুম) গী অহান-অকোনবদা থমজরে। অদুবু অহানবগী সবর্বজিংকী অসিমদি তাংদাংবা খণ্ডদ্রবনা য়ুমফম খরগী থাজবদা ইহান হান্না অদুম হাপচরে। মতুংদা অতাবী খণ্ডলবা মতুংদা শেমদোক্লবা খৌরাং থমজরি।

অরোইবদা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিবু পুথোকচবা গুমজরিবসি মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচাগী লমদা খুৎ থাবিখিবা থাবিরিবা মণিপুর মনুং অমসুং মপানগী অইবা-অইবীশিংগী চাওরবা মমল নাইদ্রবা খুদোলনি। মরম অদুনা য়ুনিভরসিটি অমদি সম্পাদকশিংগী মাইকৈদগী ৱারীমচাশিং অসিবু যোগুজবদা অয়াবা পীবিরকখিবা অইবা-অইবীশিংগী মফমদা থাগৎচবগা লোয়ননা তৌবিমল খণ্ডবা উৎচরি।

ওক্তোবর, ১৯৯৬

সম্পাদকশিং

# য়ুম পানবা

[ সর্ব্বজিৎ সিংহ ঃ অইবা অসিগী পরিচয় খণ্ডবা ওম্লগ্রি । 'য়ুম পানবা' ব্রারীমচা অসি 'য়াকাইরোন' পত্রিকাদা ১৯৩২ দা ফোঙখি । মসিনা মণিপুরী ব্রারীমচাগী লমদা অহানবা ফোঙবনি হায়না লৌনরি । ]

ইরাই নুমিৎতা কবিগীনো ওফিস কাদে । কাল অদো নুমিৎ য়ুংলে । থাগী হিসাব য়েংদুনা লৈরেন বাবুনা মতুদা হায় - ইবেম্মা নঙ অসি ওহোক্লা খরচ চাওখরে; নুমিৎ খুদিংগী মখাই অমা চুরুট থকপদা ওমোক চাবদা খরচ তৌই । থাদা লুপা অবৈবমখৈ চৎলি, পাই অমা ফাওবা লেমহন্দে ।

শ্যামাশখী শূমাঙদা ফমদুনা যাকাইরোল পারমই । ব্রা য়াম্লা হায়জরদা মী অমবু শিলহন্দুনা অমুক্তা য়েংবিয়ু । ঐদি ওমজররোই ।

নোংমংবা কালদা নোংথাংনা ঙংবগুম মতুগী ব্রাতা তাবগা লৈরেন ঙাহাক তুমিন্না লৈদুনা হায়রকই, শাওগনু ইবেম্মা ঐনা তাল্লিবা শেন অসি নঙগী দমক্তনি, শেল য়াম্লা লৈরগা কনানা নুংঙাইগদগে ।

শ্যামা - তাজনীংদে ইপামদা চৎখবগে । থিনবিরো, লৈবিয়ু খরচ য়াম্লা তাগনি।

অসুক থুনা পাখৎকনি হাযবসি কনানা খঙগনি লৈরেননা ফাগি তৌদুনা হায় ফরে মদু.ঐসু য়াওগে নুপী ময়ুমদা লৈরবদি শেলসু তিংলরোই ।

শ্যামা তুমিন্না লৈখরে । নুংশাদা ফৌ ফৌদোকপা চৎখরে ।

লৈরেন - লুহোংবা নুমিত্তা নঙগা ঐগা তিন্নদুনা মপোক অসিমা লেনগদবনি হায়দুনা পুরোহিতনা হায়বা অদু কাওরব্রা ? মরম অদুনা নঙন্না নপামদা চৎলবদি ঐসু য়াওবা তাই । লাইগী য়াথং হিকতোকপা যাদে । ঐখোয় অনী নোংমতা থাদোকনদুনা লৈবা য়াবোই ।

শ্যামা - খঙজৈ খঙজৈ য়াম্না নীংথিনা খঙই । চিন্দা অমা পুক্লিংদা অমা হায়র্বাস তাজনীংদে, লেংবিরো, ঐ থবক য়াম্না লৈরি ।

লৈরেন - শাওরিবা করিগীনো শ্যামা ! ঙসিদি লৌনবা হৈতদুনা খৎনৈ হায়বদু থোককদৌরিকো ।

শ্যামা ভুমিন্না লৈরে য়াকাইরোল চেনা অদু কান্নরোইদবা ময়েক য়াওদবা য়েংদুনা য়েংদুনা শেগায় ।

লৈরেন - ঐনা হায়রিবা অসি নঙ ভাব তাদ্রিমানে । চাকর অমা তানথোকসি, মদুদা লুপা অহুম তলব অদুগা লুপা মঙারোম চাবকা লুপা ৮ লেমগনি । অসিনা চহিদা নঙগী সনাগী লিক পরেং অমা শাবা য়াই ।

শ্যামা - মাদুদি করম্না য়াগনি অনীগী থবক অমনা নোম্বা ঙমগদ্রা ?

লৈরেন - অমতনা নোমলবদি থবকসু খঙজৈ, থুই লুপা অমা তলব হেন্না পীরবদি মথুন পোপ য়ৈনা য়াজগনি । অদুগা অঙাং দুকান্দগী মিঠাই লৈদুনা পীনবা করি কান্নবগে ? য়ুবিগা কবোককা য়ান্ননা পীজরবদি হকচাং ফৈ । ডাক্তরশিংনা হায় য়ুবিনা অঙাংশিংগী মশা ফহল্লি ।

শ্যামা - শেল তাল্লিবা অসিবু অঙাংশিংবু পীজনবগীদমক্তি, অঙাংশিং চাবা থকপা মনীংবু থুংহনদ্রবদি সংসার অসিদা শেল লৈদুনা করি কান্নগনি । ইচা ইশুবু চাবা থকপা মীমান্নদ্রবদি করি কান্নগনি ।

লৈরেন - ফৈ ফৈ নঙনা থোকপা তৌ ঐ করিসু হায়জরোই ।

শ্যামা - ঐ পৈশা অমা পাথোকপা লৈতনা খরচ তৌজরি । অদুমক্তদা অদুম্মক মঙাংশিল্লক্রবদি চেনগদবা মঙাইরে ।

লৈরেন - নত্তে ঐনা হায়বদি অসিনি । মচানুগী লুহোংগদবা চহি ৬/৭ তা ঙাইরে । হজিক্তা পৈশা থমদ্রবদি লুহোংবগী খরচ কনানা পীগনি ।

মচানুপী লুহোংবগী ব্রা তাদুনা খরা নেমথরে ঙসিদগী হৌনা কৈথেল কাবিরো নুমিৎ খুদিংগী অনা অমমমতা লেমলবসু থাদা লুপা ৩গা সিকিহুমদং ওইগনি । লৈরেন - অচুম্বনি হয়েংদগী য়ুমকৈগী খরচনচিংবা পুম্নমক ঐ অমুক্তা তৌদুনা য়েংগে ।

শ্যামা - ফৈ ঐ হয়েং অয়ুক্তগী করিসু তৌররোই ।

লৈরেন - অদুদি ওফিসতা কনা কাগনি ।

শ্যামা - চাকথোংবা মীনা ফী শাবা য়াদ্রা ?

নোংঙাল্লে, অঙাংশিং চাক লামলে হায়দুনা মমাগী মনাক্তা লৈরি । লৈরেনদি

নুংঙাইনা তুন্মি ।

শ্যামা - কয়া নুংঙাইনা তুমইবনো । অসোমদদি অঙাংশিংনা কপতুনা লৈকাই শরা শল্লে । ঙরাংদা খোন্দা লাউনা রা ঙাংবদো কাওবিরব্রা "

লৈরেন ফুক হৌগৎলে । (মমাগী ঈঙ্গিত মতুং ইন্না) অঙাং পুম্নমক মপাদা ওমলরে। চরা বানগে হায়দুনা ক্রং ক্রং চোংদুনা কপলে । ,

লৈরেন - ষঙ্গোম লাকত্রিব্রা, ষঙ্গোম থকউ চৎলো ।

অঙাং ষঙ্গোম থকনীংদে । চাক চাগে হায়দুনা কপলে ।

লৈরেন - "তুমিন লৈয়ু" হায়দুনা দুকান্দা চৎখরে, মিঠাই লুপা ১ গী পুরক্লে, অয়ুক নুংথিলগী খরচ লৈরি । ঙহাক লৈরগা কৈথেল কাশি হায়দুনা চাকর অমবু কৌরবদা শ্যামানা হায় - চাওবা চৎপা ঙম্মোই থবক অতৈ অতৈ লৈরি । শাওনীংদুনা লৈরেন মতোমতা কৈথেল চৎতুনা য়েনশাং লুপা ৬ কী লৈদুনা পুরক্লে । অদুদগী ঙায়োনফমদা চৎপদা কবি ঙা লৌশিংগে হায়দুনা ঙা য়েংলিঙৈনা মনিবেক ফুরিৎখাওদগী হুবানখরে । খুৎ থিংজিনবদা শেনগাও ফংদবদা পাখৎলে । করি তৌগনি উপায় লৈত্রদুনা মীঙোন্দগী লুপা ১ পুদুনা ঙা লৈরে ।

থোঙজিন্দা চঙবদা অঙাংমচা অমা ইমা ইমা কৌদুনা কপলি ।

লৈরেন - চাওবা নবেম্মা কদায় চৎখরে ।

চাওবা - অজ্ঞা তোম্বীখোইদা ঙাহাক্তং কোয়খরিমাল্লে ঙসিদি থবক ককা লৈতে হায়দুনা খরা নুংঙাইখরিমাল্লে ।

লৈরেন - 'হুং' অঙাং করিগী কপলিবনো ?

চাওবা - খুৎ থাংনা শোক্লে, ঈ মহা ওইনা থোকখরে ।

লৈরেন - অসাইনা হায়দ্রিবা করিগীনো, কদায় কদায় য়েংশি ।

ডাক্তরদা পুবা তায়, হায়দুনা গাড়ী অমা কৌদুনা ডাক্তর ময়ুমদা চৎপদা উন্নদ্রে। ডাক্তরগী য়ুমদগী হিদাকশঙ মাইল অমা থাপই । কমদৌনি চৎতবদি য়াদে, অসোমদদি ওফিস মতম ওইরক্লে ।

হিদাকশঙদগী হল্লকপদা ১০.৩০ তাখরে অসোমদদি চাক লোইত্রি কৈথেল থেংলে হায়দুনা চাকসু থেংনা থোংলে । পুম্ব্রিদা চুপ লুপতুনা চাক চাক হায়দুনা চাকশঙদা পাইশিনখরে । চাককা আলু ইরোনবা অমগা পুথোক্লক্লে । ইনশাং হাওতে হায়দুনা কনাদা তাগনি । হাওমন্দদুনা কপনিংলে । খুৎ হামদুনা হৌগৎপা কালদা শ্যামা চাকশঙদা চঙলকলে - ঐ অসিদা ঙহাক্তা চৎলি হায়দুনা শাওদুনা চাক হুন্দোকপীগনু । ঠাকুর নঙসু করম্বা মীনো ঐনা তাকত্রবদি তৌবা ঙমদমাল্লে, ঙা

অদু অমা থোংবা য়াত্রা ?

লৈরেন - (ভাব মুন্না তারদুনা) শ্যামা কনাসু লান্দে । ঐখোয় নিপা অসি নুপী যাওদনা যুম পানবা ঙমদে । অসিনা ইপা ইমানা চাওরগা লুহোংবি । য়ুম অসি নুপী নত্তনা কনাসু মপুঙ ফাহনবা ঙমদে, ঙসিদগী খঙলে গৃহিণী লৈত্রবদি ঐখোয় নুপা অসি কয়া রাগনি ।

- সর্বজিৎ সিংহ,
বি.এ.

# ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা

[ ডাঃ লমাবম কমল সিংহ ঃ পোকপা - মার্চ ৭, ১৮৯৯ লাংথবান কুঞ্জ, বেরী হ্বাইট কলেজ, ডিব্রুগড়দগী এল. এম. পি. পাস তৌদুনা ডাক্তর ওইখি। উপন্যাসতা ''মাধবী'', শৈরেংদা ''লৈ পরেং'' অমদি নাটকতা ''দেবযানী'' ইরম্মী। মশাগী চহি ৩৫ ফেব্রুয়ারি, তাং ৬, ১৯৩৪ দা লৈখিদে।]

ব্রজেন্দ্রবাবু কলিকাতা মেডিকেল কলেজদগী এম.বি. পরিক্ষা পাস তৌরদুনা ময়ুমদা থোক্লক্লে। হেক থোরকপগা মাগী লুহোংবগী থৌরাং পূম্নমক লোইরে হায়না তারে। শ্রীপঞ্চমী নুমতত্তা লুহোংবগী নুমিৎ লেপখ্রে। ব্রজেন্দ্রগী ঙকপদা হায়নীংঙাই লৈখিদ্রে। হৌজিক কালগী পাখংশিংনা হায়বা য়াই - করি ঙকফম লৈবগে ? তৌইগুম্বসুং ব্রজেন্দ্রবাবু য়াম্না তম্না মীনি, অফিংবা মী নত্তে। মানা খল্লকই, ''শুভস্য শীঘ্রম'' হায়বা চুমই। অদুবু মফম অসিদা য়াম্না শীজিন্নীংদে। নুমিৎ থা হূইনা চাবা নত্রি। লুহোংবা হায়বা থবক অসিসু ইরায় লায়বা থবক নত্তে। ঐগী পুন্সীগী অৱাবা নুংঙাইবা পূম্নমক্কী শরুক পুরগদৌরিবী লৈকোন্দগী লৈ চার ফুক্লক্তুনা শুমাং মতোনদা থাবগুমনা মমা মপাগী য়ুম্নাক শাগে হন্দোক্তুনা ঐগী য়ুম্নাক শাগে লৌরগদৌরিবী, লৈথোক অমদা শাংমিন্নবা লৈ চরোং অমগী লৈরাং অমতং থদংপগুম পুল্লপ পানমিননবা হৈ চরোং অমগী হৈ অমতং হেকতোকপগুম, মচিন-মনাউ, শাগৈ-নাত্তে পূম্নমক হন্দোক্লমদুনা ঐঙোন্দা চঙজরক্কদৌরিবী, তোঙান, তোঙানবা লৈজাং পূনশিন্দুনা লৈ নাচোম শেমলগা হেন্না মনম নুংশিবগুম্না মাগা ঐগা পূকচেল থোয়জেল ভিন্না লৈমিন্নদুনা য়ুম পানবগী মিংচৎ হেনগৎনবা লাক্লগদৌরিবী, ব্রহ্মপুত্র

অমসুং গঙ্গা অনীমককী ঈচেল তিন্নদুনা সঙ্গমস্থল অমা শেম্বগুমনা মাগী অমসুং ঐগী ভোঙান তোঙানবা পুক্নীগী ঈচেন্না তিন্নদুনা সঙ্গম- স্থল অমা ওইহনদুনা মাদুনা পুন্য-তীর্থ অমা শেমগদৌরিবী, উমংদা শঙ্খু শঙ্খু পাইরিবা তেনৱা ময়াম মরক্তগী অমা ফারক্তুনা পোন মনুংদা থমজিনবগুম মনীং মখা তৌনা মরুপ-মপিঙ্গা ময়াম শান্নরম্বা থাদোক্তুনা য়ুম অমগী মবেম্মা ওইগদৌরিবী অদুগুম্বী নুপী মচা অদুগী মশক অমুক্তা উদনা, মরমচং খঙদনা করম্না লুহোংফাল ফমগদৌরিবনো ? মানা করিগুম্বা মমাদা হংলবসু মমানা খুমই, "ইমৌগী মশক য়াম্না য়েংনীংলে, ইমৌনা থোংবা চাক চানীংলে । অসুক ফজবা, অসুক মরম ওকপা নুপীমচা অসিবু পামদ্রবদি নঙদি অঙাওবা পাখং হায়বদু ওইরেদনা, ঐনা পোকপা ইচাবু ঐনা হায়বা থাজদ্রবদি ঐনা পোকপগী অরেম্বনিদনা, ঐখোয়দি লুহোংদ্রিঙৈদা নোংমতসু নুপাগী মশক উরক্তে। থিরে ফজরে ইবাইবক্তা তম্বনি হায়দুনা হেক্তা মরাকই । হৌজিক ফাওবা নোংমতসু খংনদে ।" অদুদগী ভারত রামায়ণগী ৱা, পুরান ১৮ গী ৱারী মথং মথং লীথরকলে । খুদোমবীনা হাইহুমদুনা ঙাংলক্লে । চৈতেক পায়দুনা খোরী খোংপা মাঙ্গোল অদু হঙ্গাম হুনবা য়াগদৌরে । লৈকাইগী চাউমমা, নাতেকমমা, ইমা ইবেন মরি মঙাসু হিদাকফু অমমম পায়দুনা ভাবোক ওইবা ফুজিল্লকলে । ব্রজেন্দ্রনা খঙলে - লীলাগী মীথিং শুরে, স্ত্রী-পর্ব্ব হৌবতারে, ঙসিদি নুমিৎ তাখিবা মফম খঙলরোই চেনথোক্লক্লগে। অসি খল্লদুনা মমাবু মানসিকনা খুরমদুনা মশানোইরবী চাওমমাগী মরুমদা লোন্না চেনথোক্লক্লে । ব্রজেন্দ্রগী মমানা মীথিং শুজিল্লক্লবা অদুদা মথোই কারদুনা ফম্নম্বদগী হৌগংলক্লে, চোংফনদুনা, খুদোম্বী না কোংতুনা মায়য়োক্লরিবী নুপী অদুবু হাং-শুগদবগুম তৌহৌবসু ব্রজেন্দ্রনা অমুক্তং য়েংলম্লগা চংথোকখ্রে ।

ব্রজেন্দ্রনা খল্লকই, "ওহোকইদা । খোঙ্গুল তানা ৱা অমত্তা ঙাংনবা য়াবা নত্রেনে । মশক ফজবা খ্বাইগীনি, মরম ওকপা কৈরোই লৈকাইগীনি, নুংশিবা ইশা ইথন্তগীনি । মাসি ইমানা খঙবিদ্রে । ফরে, - মখোয়না থিবিগদৌরিবা নুপীসি ঐ মশক ফাউর্বা শুকয়েং হেক য়েংলোই ।" অসি হায়দুনা মুরুম মুরুম শোনদুনা চংখ্রে।

থিঙেল তাইনবা ঙমদ্রগা নাসিখোংদা তাইনৈ হায়বদু অসিনি । মমাগী মফমদদি মপুক্লিংগী ৱা পুম্নমক হৈথখ্রে । হা ঈশ্বর, সংসারদা অরানবা মী ঙাক্তনসু দণ্ড ফংদে, ইরাল লানদবা মীনসু দণ্ড ফংই ।

লুহোংবা লোইখ্রে । মালতীনা য়াওংশঙদা মপুরোইবগী হিদাক হানদুনা থমই। ঙানথত্তা হিদাক মথন্তা কাজরে। অমুক্তা থক্লদবা হিদাকফুদু নুমিৎ খুদিংগী মহী

হোংলি। ব্রজেন্দ্রদি তুমলমদাইদা বিড়ি অমা থক্তুনা ফক্লাংলা মমায় ওনশিন্দুনা হেক মতুমখি। লেম্পাক্তা পান খুদন মথন্ত কংদুনা লৈজরে। মোন ময়াদা লৈ নাচোম মথন্তা কংজরে। চয়োল অমা, অনী, অহুম, মরি হায়রকলে। ব্রজেন্দ্রগী মৌনব্রত কায়খিব্রে।

মালতীনা খল্লকই, "ঐগী করি ইরাম্নো? ঐগী ইশক থিবনরা, ইহৈ হৈত্তবনরা? নহাল অমুককী তৌবা পাপনরা? মী ওইবনা হৌজিক হৌজিককী অরাবগী মরম থিবা খঙলক্তবদা নহালমুককী মপোক নীংশিংলকই। মালতীনা হায়রকই, "ফরে ধর্ম্ম লৈবি, ঐত লানজবোই। ঐনা লানদ্রবদি নোংমা ধর্ম্মনা ঐগী ইরল ঐগী খুবাক্তা চিংশিনবিরক্কনি।"

কৈরোই লৈকাইগী মনুংদা য়ুম অমগী মৌ ওইদুনা নৌনা লাকপসিসু ইরায় লায়বা থবক নত্তে। লৈকাইগী মচে লৈরি মনম্মা লৈবি, মনে মন্দোন লৈরি। নুমিৎ খুদিংগী মখোয়না পান চাবা কোয়থোবকই। মনেনা হায়রকই, "য়াখোইগী ব্রজেন্দ্রদুবু য়ুমদা অমুক্তা লৈবা উদে। মীগী মচা অমবু লৌবিরগা অসুমনা চোপহনবসি করি মচৎনো? মানা লৌবিরমদ্রবদি নহাম্না নিপা অমদা ময়ুম পানজবল্লগনি।" মনম্মনা মমীৎ খৎনা খৎনা নোক্তুনা শমজি নাল্ল নাল্লদুনা হায়রকই, "যাখোইদি নিপানা খজিক্তং লাকচবদা হিদাক ওানথক অমা ফানা পনবিবা মী নত্তে। লুহোংবগী মতুং নোং কোনবদা, নিপানা য়াহৌ থেংই হায়রকপদা, নঙগুদ্না নিপাদা লৈবা হৌনদে হায়দুনা ফুক হৌগত্তুনা য়ুমদা হেক্তা লাকইবসিনি।" মন্দোম্না হায়রকই, "ঙরাং নুমিদাংরাইবম ব্রজেন্দ্রদুবু মৌনহা অমগা রারী শাদুনা চৎখি। মৌনহাদুনা, য়ুমগী নুপী খায়নবিরো অদুগা ত্তপনা লাকচগে হায়খিবা ত্তাহৌই।" অসিনচিংবা মখল মখা অয়াম্বা পূকনিং শিকপা রাহৈনা মালতীবু শাউগৎহল্লি। ভাগীরথী গঙ্গাদা কলিক্কাতাগী অমাং অশোই হৈথবগুম মালতীগী তরু তরুবা পুকচেল অদুদা মাইকৈ মরিমক্কী ফত্তবা পুকচেল, রাখল, হিংসা কল্লকপা পূম্নমককী মমি তাহনবা লাক্লরি। কৈরোইগী মচে মনেমশিংদুগী মপুক্লিংদা মখোয় লৈন লৈনমক, মালতীনা ইকাইখৗবী, রারীশাবা হৈত্তবী অপংবী নুপীমচা অমা ওইনা লৈবসি য়াম্না খোইরাংগ্রে। মালতীবু মখোয়গী মখুৎচানা মখোয়গী পুংলোন মতুংইন্না জগোই শাহল্লগা মখোয়না ত্তমজরুবা বিদ্যা অদু মহৈ যানগদৌবিবনি। মালতীনা মখোয়না ঙাংবা ময়ামদু তুমিন্না মক লুকথদুনা তাদুনা লৈ। ভাব ইত্তা তাদনা নোংমদি ময়াম চঙদুনা মলম খোমগৎপীরে।

ব্রজেন্দ্রদি করম তৌরি? লৈকাইগী মচে মনেম্না হায়বা অদুগুম্না ওক্রুবা

অমসুং অমকপা পুকচেল চেনবা মী নত্তে। মীওইবগী স্বভাব মতুংইন্না মমা মপাগী মথক্তা ঙ্গারৌজবা অদু মালতীগী মথক্তা হৈথবর্ননি। মরমচৎ য়াম্না ফজবা নিপা অমনি। মানা শাউজবা অদুসু অণ্ডাং মচানা চাক ওইনবগুম্বতনি। চাক্তা মূনা মূনা য়েংলগা কর্পশিন্নবগুম্বতনি। মরৈবাককী নুপীশিংগী মরাইবক থীবা অৱা অনং পূম্নমক মহাক মুন্না খণ্ডই।

নোংমা নুমিৎ অমা, থাবল ফরবা অহিংদা ব্রজেন্দ্রনা মৈতৈ লোনগী বাসক ফাংনবা তাগে হায়না চৎথোকলমই। থাবল ফবা অহিংদা পাখং লৈশাবী মৌনহাশিংগী পূক্লিং লাংতক্লবসি হৌনবীনি। শংবান্নবা অতিয়াদা থরানমিচাককা লোয়ননা থা থোক্লিবা, উ-ৱা হৈপাল-লৈপাল তুমিন তুমিন্না লেপ্পুনা লৈরিবা থাবলগী পারবা নমথাং থোক্লদুনা ইমা পৃথিবীনা মবুংগোবু খুরমজরিবা, অসি পূম্নমক উরুদনা ব্রজেন্দ্রগী পূক্লিংদসু লাংতক্লবা অমা পোক্লে। অদুদগী মান্দব মনুংদা চণ্ডখ্রে। "বৃন্দাবনগী অমুবা থাদু অমুক হয়া থোক্লকখিনি।" অসিনচিংবা খাইন-মৈচাককী খমথেংনা অৱাবা মতাং পূক্লিং হুনা শক্লম্মি।

মথং মথং ব্রজেন্দ্রগী পূক্লিং পেৎথরক্লে। ময়ুমদা লৈহৌবী মালতীবু মরাল ইলে লৈতনা শাউরুরে হায়বসু খল্লক্লে। অসুম খন্ন খন্না নুপী নহা ময়াম ফল্লিবা মাইকৈ অদোমদা হাইফেৎ য়েংশিল্লকই। নোংঙাল্লগা শাৎকদবসু থাবল ফমনখ্রদুনা অহিংদা পোমশাৎনখ্রবী লৈহাউ লৈরেনগুম্বী নুপী মচা অমা, য়াম্না চেকশিন্না, হুরান হুরান্দুনা ব্রজেন্দ্রদা য়েংলমই। ব্রজেন্দ্রনা হেক য়েংথোকখিবা অদুদা পৈনা পৈ য়েংলম্বা মীৎ থম্বাল অনীদু খুৎনা শোক্লবা ইকাইথবী মনাগুম্না হেক উমশিনখ্রে মীৎফমদি চিংশিনখ্রে, মপান থোকখ্রিবা ৱাখল অর্দাদ চিংশিনবদা মনুং য়ৌ ঙমহৌদ্রবোই। চাইরুং অনীদা য়ৈশিনদুনা কোইরপ কোইরপ হৈয়াই অমুনবগুম্না ঙাংশং ঙাংশং ঙাংখ্রে। ইকাই-খাং ওইনা মমাঙদা তারিবা পান তাঙ্গা অদু শিংগুপ শানা শেগাইবিরে। মরাইবক থীরবা তাঙ্গাদু মরাল লৈতনা দণ্ডি ফংবদা চেৎ চেৎ হায়না মপূক্লিংগী অৱাবা ফোঙদোকখি।

অসুম তৌনা হুরানদুনা য়েংথোকলুরগা য়েংশিন্নদবা শাদুনা মীৎফম হুপ্পিনখ্রিবী ঙাংশং ঙাংলবা চাইরুং অনীনদি হুরান্দুনা য়েংলুরে হায়না তাক্লিবা শকফম অদু উরুবা অদুদা ব্রজেন্দ্র অদু খণ্ডহৌদনা মপাললোমদগী ভেংপাক লৈতুম অমা হুপ্পিল্লকপগুম্না মাগী থম্মোয় থক লাউনা পাল্লরে। মিহুল ফ্রুং ফ্রুং চোংখ্রে, ময়াই ফজনা খায়দুনা হাৎলিবা, মুবা শমজোই অনীগী মরক্তা হুমাং অনপ্পা কাপ্লে। ব্রজেন্দ্রনা মাগী

লেংবান্দগী খদর ইনফী লৌথোক্লুনা হুমাই হুমখ্রে । ঙাইহাক লৈরগা ব্রজেন্দ্রনা খুদ্ধি তাবক্লুনা ঐঙোন্দবা মীঙোন্দরা য়েংগ্রিবসি হায়দুনা ফম্মিন্নবশিং অদু কোয়েং য়েংবদা খ্বাইদু মরু লুকথদুনা পুক্লিং চংনা ঈশৈ তারমই ।

মনম নুংশিরবা লৈ অদু মপুন্সী তেল্লবনি মরমদি মপুন্সী ককথৎলুনা মনমদা হাপচিনখ্রবা মাল্লে । বা ঙাংথোকপদা ইকাইখিরবী নুপীমচা অদু মমীত্তা মরোল লোনবনি । মরমদি মচিনগী লোন অদু মমীত্তা হাপখ্রমাল্লে । অদুনবু বিধাতা হায়রিবনি । নুপীমচা অদুগী মীৎচিগী মরোনদগী ব্রজেন্দ্রনা মাগী পুক্লিংগী লাংতক্লবা ভাব অদু খরা ফংখি ।

শাবী শানৌশিংগী নুংশিনবা হায়বসি থাক অহুম্ভবা মাল্লে । অহানবা থাক্তা নুংশিনবা হেক হৌবকপদা শক্কা শক্কা উনবদা খ্বাই হেক পাখৎনৈ । অদুদগী অনীশুবা থাক্তা ইকাই নুংশি যান্নে । অদুদগী অহুমশুবা থাক্তা ঙাওনবকই । ব্রজেন্দ্রনা নুংশিবগী অহানবা থাক্তা নুপীমচা অদুবু উবদা পাখৎলুবে । খল্লকই , - “ওয়্যোক্লা ফজেদা । ইপা ইমানা লুহোংবিবমদ্রবদি ইশানা খঙদুনা অসিগুম্বী নুপীমচা অমতং লৈরম্লবদি কযাদা পুক্লিং হবাওনা ঐগী পুন্সী লেল্লমগবা ঐগী য়ুমগী লৈহৌরিবী নুপী অদুদি মশকসু মুন্না য়েংদ্রি, অসুক ফজবমগনি হাযবসু থাজদে-মবমদি শকফজবা হায়বসি অত্তাংবা পোৎনি, পঙনা থোকপা নত্তে ।”

অসি খন্দুনা অমুক হন্না হুবান্দুনা মুনা মুনা যেংলক্লে । আ “হন্দকমুক্তি হুবানবা হুবানবী অনীগী হুবানবা মীৎ মবীদু খম হেক থেংনখ্রে । মীকুপ অহুমগী মনুংদা মী খঙহৌদনা মান্দব মনুংদুদা নোংথাং কুপখ্রে । অদুদগী নুংশিবগী অনীশুবা [illegible] ব্রজেন্দ্রগী মপুক্লিংদা ইকাইবা পোক্লক্লে । খল্লকই, - “মীয়াম মমাঙদা [illegible] থোক্লক্কদবনি । ধর্ম্ম কায়বা থৱাক্লি ইহুনদা [illegible] লৈমায়গী পুক্লিংদা অমুকপা কাহনা চত্থলক্লে ।”
অসি খন্দুনা থাক অহুম শুবক্লিচৈগী মমাঙদা ব্রজেন্দ্রনা মফম অসিদা লৈবা যাদ্রে যুমদা হল্লগে হাযদুনা মপাল থোরক্লে । লম্বী চৎনা চৎনা খল্লকই, “ঙসিগী ঐগী ইবেম্মা অসি মশক য়েংলুবগে, নুংশিবগী খ্বাইহৈনা তরাম তরাম কৌরুবগে । ইমান্নবশিংনা মাগী মাগী চান্নথোইবীশিংদুগা নুংশিনা লৈমিন্নদুনা কয়াদা নুংঙাইজবিগবা।” খন্না খন্না ময়ুম য়ৌশিল্লক্লে । থোংজিল হেক কাল্লক্লুনা মাগী নুপীবু কৌরগে হায়দুনা নোকমি নোকমি তৌদুনা মচিনবান কাখৎলুনা য়েংশিল্লকপদা ইহে অসাইগী মান্দব মনুংগী নুপীমচা অদুনা হিদাক হাল্লদুনা ব্রজেন্দ্র লাকপা ঙাইদুনা

লৈরম্লে। ব্রজেন্দ্রদু হুরানবা ফাগুম্না, মমায়দু হৈয়াই অমুনবগুম্না ঙাংশং ঙাংশিল্লদুনা হুমাং মরীক মরীক শৌখ্রে। করি হায়না কৌশিবা মফম খঙদ্রে। মাসিবু কনানো ? অস্নাইগী নুপীমচা অদুনা লংনগে হায়দুনা তৌরিব্রা ? নত্ত্রগা ঐগী নুপীগী চান্নবা মরুপ ওইদুনা ঐগী পুক্লিং চোইবা মতৌ অদু ঐগী নুপীদা ওনশিনগে হায়দুনা লাক্লিবরা। অসি পূম্নমক খনদুনা য়ুম্বী য়ুংবগুমনা চপ য়ুংদুনা লৈখ্রে। মালতীনা - "ইবুংঙো লাইবক থীবীবু নুংশিবিরো নুংশি নপাউ তাজদবা কুইরে।" হায়দুনা ব্রজেন্দ্রগী মখোঙদা তুররে। ব্রজেন্দ্রনা খুদক অদুমক্তদা মরৈ লোমশিল্লক্তুনা "ন-ন-নঙতনি, আ-ঐ-ঐগী ন-ন-নঙতনি" হায়রকই। মালতীনা হায়রকই, -"ঙসি ঐনা বাসক য়েংবা চৎচরমদ্রবদি ঐদি ইপোক অসিমা অসুম মাঙজরম্মবা হায়বদুনি।"

ব্রজেন্দ্রনা নুংশিবগী অহুমশুবা থাক্তা য়ৌরদুনা হায়রকই, "ইপা ইমানা য়াবা নুপীসু নঙনি। লাইনা তম্বা নুপীসু নঙনি। ইপুক্লিংনা পামজবা নুপীসু নঙনি। ঐগী থম্মোয়গী লাইদি নঙতনি-নঙতনি-নঙতনি।"

- ডা: কমল

# যুবতী

**[ রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ : পোকপা: (১৯১৩ -) কাঙবম লৈকাই, ইম্ফাল । শৈরেংদা "শকুন্তলা", "শ্রী নরোত্তমদাসকী প্রার্থনা", "বৈষ্ণব পদাবলীগী শায়োন-শৈখন" "শ্রী শ্রী চৈতন্য চরিতামৃত", ৱারীমচাদা "লৈনুংশি" অমদি "লৈকোনুংদা", উপন্যাসতা "থাদোকপা", "ইমা", "নুংশি-ৱাখৈবা", অমদি "রোহিনী" । বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুক্লিং লূপচবা অইবনি । মতম শাংনা রামলাল পাল হায়স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরম্মী । আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা অইবশিংগী মরক্তা অমনি । লৈফম : কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফালনি । ]**

ঐহাক ভদ্র পরিবার অমগী মচানি । থবক খুদিংক্তা ইমুংগী মমায় য়েংদুনা তৌদবা য়াদে হায়দুনা ঐবু পোকপা পষ্টৌনা শিরমদাইদা ইকোক্তা মাগী শোল্লদুনা নিক্লবা খুৎনা নান্দুনা পাউমেল্লম্মী । তাইবংপাল থাদোকলমদাইদা মেল্লম্বা পষ্টৌগী ৱাদু ঙাক্লবা পুকনিংদা চপ-য়ুংনা লেপ্লম্মী, ঙাকসু ঙাক্লম্মী মতম খরদি। ইমা লুখ্রাবীনা য়োকতুনা জুগোৎ - চাদে হায়খিনিকো কিবনা থবক অমা তৌগে নিংলকপদা, ৱাহে অমতং হায়গে হায়না চিন-কাংথোক্লকপদা মঙারক নো-লুক্লা খন্দুনা তৌরম্মী । মদু উবদা মরুপ-মপীজাশিংনা 'নঙসিদি' হায়না চৈরম্মী । অদুগা মখোয়না চৈবদু তারবসু ঐনা তৌরুবা থবক্তা ইমুং-মনুংগী মায়দা কালি তৈবদি নোংমতসু থোকহল্লমদে ।

মতৌ অসুম তৌদুনা ঐগীনা চহি কুন শুরকপা মতম ফাওবা অদু ইপানা ঐখোয়বু থাদোক্লম্বা চহী মরি শুরবা ফাওবা ইকাই ইকি মতম লেল্লম্মী । পুক্লিংদা পষ্টৌগী মতিক চাবা পারি অমদি ওইবা ঙমলে হায়না খন্দুনা ইখক্তা চাওথোকচবা [illegible] । [illegible]

ঐঙোন্দা মচৈ অমগা মাগী মখুত্তগী পীরে। ঐনা থক্তে হায়বদা মহাক্লা হায়বকই - নিমাই, ঐখোয়না তৌগদৌবিবা থবকসি তৌবা তারবদি চুরুপ থকত্রবদি য়ারোই। মাগী ব্রাসি নুপামচা ওইবগী থবক্তীদমকনি হায়দুনা চুরুপ অদু লৌদুনা থকলে। মহৌশা অমুত্তা থকতবগী হৌনবা ত্তৌদা চিংদুনা চুরুপতু নিতাইগী হান্না চম্বদুদগী ঐনা লোইখ্রোকপা হাল্লে।

কৈশামথোং তোপ-লৈরক মগা য়ৌরকপদা নিতাইনা ঙাইখো হায়দুনা খাম্মী। ঐসু অদুম লেপতুনা করিনো হায়মু হায়দুনা হুংই। নিতাইনা হায়রকই - ঐখোযগী থবক অসি শেল খবা চংগনি। অদুবু ঐগী লৈরবদি ফৈদো। ঐসু লৈতবে নঙনা খরা থৌবাং তৌগদবা ?

ঐ অসি শেল অমুত্তা পাইরকতে। কবম তৌনা কদায়দগী লৌশিগে খনবদা ইমাদা হায়বগা লৌগে খল্লম্মী। মদু নিতাইদা হাযবে। মদুদা মহাক্লা হাযবকই - নিমাই. নখোযগী ইমানা থবক তাকত্রবদি পীযু হাযবা যারোই। অদুনা নঙ লোন্না লৌবকলো। ঙসিদি ঐহাক মফম অমদগী পুবগে, নঙনা মদু শিংজিন্নবা তৌ।

মাগী ব্রাসি তাবগা কদায়দগীনো হাযনা খল্লম্মী। হুবানবা ফত্তে খঙনা খঙনা কোন্না ইমাদা হাযগে নুপা থৌদাংগীদমকনিকো হাযদুনা নিতাইদা ফৈ পৈশাদু শিংজনগে হাযবম্মী।

অদুদ্নী তোপ লৈবক চংলগা লমহাং অমদা পুশল্লে। লমহাংদুদা শঙ্গোই মচা অমদগী হেন্না লৈবমদে। লমহাং অদু যৌরগা নিতাইনা 'ইচে ইচে' হায়না কৌবদা মৌ চহি কুনমঙাবোম শুববী অমা থোবকতুনা 'লাও, চংলকউ' হাযবকই। ঐখোয অনী চংদুনা চৌক্রি অমমমদা ফম্মী। ঐখোয় অনীগী মরক্তা লৈবোং - যেকপা ফীদা থাবা মেজ অমনা খল্লম্মী।

নিতাইনা হেক ফমথবগা হায়বকই - যুবতী, চুরুপ লৈত্রা, খরা থকসিদনা? মাগী ব্রাদু তাবদা নুপীদুনা আলমাবী মচা অমগী মনুংদগী চুকপ খরা হাপতুনা সেম্পাক অমা মেজ মথক্তা থম্মী। ঐখোয় অনী অমমম থকমিন্নে। ঐদি হৈতবনিনা খানাও যৌনা চিংশিল্লুবদা কোক ঙাওবদুনা ঈশিং খবা লৌদুনা থকলম্মী। মদুদগী ফত্তদুনা মেজদা ঙাদুনা ফম্বদগী যুবতীনা ফমুংদা হিপ্লো হায়দুনা মাগী ফমুংদা হিপ্পী। ইচে যুবতীনা হুমাই মচা অমা পুবকতুনা হুম্মী। নিতাইনা লৌব্রাইদা ঈশিং খরা হাপ্পী। মখোয় অনীনা সেবা তৌদুনা পুংখায়মুক লৈবগা ফরে।

ফবদুনা ঐনা নিতাইদা, ঙসাইগী থবক হাযবদু তৌকবসি চংসিদনা

হায়রবদা নিতাইনা খুন্নকই - নিমাই, অতৈ অতোপ্পা মম্মাদা নত্তে , অসিদনি, । ঙাইহাক ঙাইখো, ময়াম লাক্লগনি । অদুগা থবক হৌসি ।

ঐহাকসু ফরে হাযদুনা ঙাইদুনা তুমিন্না লৈরে । মিনিট মরি মঙারোম লৈরগা নিপা মঙা তরুক ঐখোযগী লেংগানে ঐখোয়গী ইথকনে লাকতুনা ফকতা ফম্লরে । মখোয়গী মরক্তগী অমনা ইচে যুবতী ঙসি খরা থেংগ্রবরা হায়দুনা হায়রম্মী। অদুগা মী অনীখকনা তবং উপুগুম্বা উপু অমদগী হাবমনিয়ম-গা টবলাগা লৌথোকতুনা ইশৈ শকপা হৌরে । অদুদগী ইচে যুবতীবু নিতাইনা মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা ময়ামদুগী ময়াইদা ফমহল্লে অদুগা হারমনিযমদু মঙোন্দা লানসন্দুনা ইশৈ শকহল্লে ।

মখোয়গী ইশৈদু তাবদা ঐসু নুংঙাইদুনা মখোযগী ঈথক অদুদা তিল্লে । মখোয়না খুবাক খুদুনা তাল থাবদা ঐসু য়াওরে, লেপ্লে । অসুম্না অদুম তৌবনা পুং অমরোম চৎখরে । মবক মরক্তা নিতাইনা ঐঙোন্দা নুংঙাইত্রা হায়না হংই । ঐসু নুংঙাইবনিনা নুংঙাই হায়বম্মী । নুংঙাইবদুদা মুনখিদুনা নিতাইগা ঐগা করি তৌগদগে হায়বদু কাওবে ।

ইশৈ শকপা লোইবে । ৱারী অমা অমা শান্নবম্মী । নিতাইদা ঐনা হংলম্মী থবক হায়বদু ইশৈ শকলিবা অসিরা ? নিতাইনা মানি হাযনা খুন্নম্মী ।

অদুগী অমুকসু হংলম্মী - নুংঙাইতরা ?

চিন্দদি নুংঙাই হায়না খুন্নগা পুক্নিংদদি খবা শাওনিংলম্মী । মফম মরাং খঙদবা ইরাং অসিদা ঐবু নিংতাইনা তৌরিবসি হায়না -

অদুম্নদি ওইরগা নুংঙাইবদুদি নুংঙাইবনিনা অমুকসু নিতাইবু শাওনিংবসু খরা ফরম্মী । ইশৈ তাবনা অহল - লমনগী মিংচৎ-থিবা ওইবা হৌনদে হায়নসু খন্দোকলম্মী । অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা ময়াম চৎখরে । ঐখোয় অনীদি পুং মরি তাবা ঙাইদুনা ইচে যুবতীগা ৱারী শাদুনা লৈরে । ইচে যুবতীনা ঐখোয় অনীবু থোইদোক হেন্দোক্লা ঐহাকপু য়াম্না লুনা তৌবগী মতৌ তৌরম্মী । মাগী মতৌদু উরগা মচে লৈবা নুপা খুদিংমক্লা অসুম্না লুনা তৌবা ফংলিনিকো হায়না ঐনা পুকনিংদা খল্লম্মী । ৱারী শাবা লোইরগা নিতাইনা ঐঙোন্দা শেল হায়বদু কাওনিকো হায়রম্মী । ঐসু কাওরোই হায়না খুন্নম্মী । অদুদগী মহাক্লা ইচে যুবতীদা হয়েং নিমাইনা শেল হায়বদু পীরগনি , অদু ফাওবদদি ঙাইখো হায়না হায়রম্মী । ইচে যুবতীনা তুমিন্না অদুম তারম্মী ; হোইনে মাইনে হায়না করিমতা হায়রমদে । পুং মরি তাবা কালদুদা নিতাইগা ঐগসু থোরকতুনা য়ুমদা লাকলে।

৩

নোংঙাল্লগা ইমানা চাক থোংলিংঙদা ঐনা লাইরিক ঔরাইরম্বদগী থোরকতুনা উপু হাংদোকতুনা লুপা তবাখক লৌথোকলে। অদুদগী চাক-চাবা মতম ওইদুনা চাক চারগা স্কুল কারকলে। ক্লাসতা চংখিবদা নিতাইনা ঙরাংগী শেলদু পুবক্লবরা হংলম্মী। ঐসু লৈরে, কয়া পীগদবনো হায়বম্মী। লুপা মঙা-তরুক লৈরবদি য়াগনি হায়রবদা হেন্দোক্লা লেমলে হায়দুনা ঐহাকসু য়াম্না নুংঙাইরম্মী।

লাইরিক তৌবদু মাদুগী নুমিত্তি পূক্লিং ইচং চংনিংলমদ্রে। ইচে যুবতীগী মনাক্তা চৎনবা হায়দুনা য়াম্না খৌরাংনা মতম অদু লেল্লম্মী। পূং মরি তাদুনা স্কুল ছুটি থারবদা নিতাইগা ঐখোযনী প্রৎ প্রৎ লাক্তুনা লাইরিক থমলুরে। য়ুমদা ইমানা শেল মাংই হায়দুনা ঐখোয়গীদা লৈবা তোম্বা- তোম্বী মতৈ মনাওদা মখোযনা লৌরিবনি হায়দুনা চৈবিবম্মী। ঐসু মদুগা তাদবমখৈ হাথু হাথু তৌদুনা ফুটবোল শান্নকগে হাযবম্লগা য়ুমদগী থোবকলে। কোম্বোংদা নিতাই ওকনদুনা তোপ-লৈরক তান্না কাখৎলকলে।

ঐখোয় অনী চংদুনা য়েংবদা ইচে যুবতী তুমদুনা লৈবম্মী। নিতাইনা ইচে যুবতী হৌগৎলো হায়দুনা হৌদোকলম্মী। ইচে যুবতীনা মমিং পাংথোকলকতুনা য়েংবদা ঐখোয অনীবু উরদুনা অশাওবা মূর্ত্তিনা হায়রকই - নিতাই, কদৌনা ইবুংঙো নিমাইবু পুরকলিবনো? নঙোন্দা ঐনা ঙরাং পুরক্কনু হায়দ্রা? নখোয় ঐখোয়দৌনা মফম মবাং খঙদবা মচাসু নত্তে। অফবা মীবু ফত্তবা লম্বেলদা চিংশিল্লগা করি পাপ ওই হায়বা খঙদ্রা?

মাগী য়াসি তারগা ঐনা হংলম্মী - ইচে, করিগীনো ঐবু অদুক য়াম্না চংহন্নিংদ্রিবা? নিতাইনা পুরকপগীদমক্তা লাকপা নত্তে, ঐনসু লাকনিংদুনা লাকপনি।

যুবতী - ফরে, চৌক্রিদুদা ফমদুনা লৈয়ু নখোয়নি। নঙনা ঐগী অসিদা খোংদাবা য়াদে হায়বগী মরম কোন্না হায়গে। নিতাই, নহাক মোইরাংখোম কৈথেলদা ঙাইহাক্তং চৎলু। ঐখোয় অহুম থক্লবা চাগা চিনিগা লৈতে, খরা লৈবিরু।

নিতাইনা কৈথেলদা চৎখ্রগা যুবতীনা হৌগৎলদুনা চৌক্রি অমদা ফমদুনা ঐগা মায়য়োকনদুনা হায়রম্মী । ইবুংঙো, নখোয় পাখং মচাশিং অসি ঐনা মাংহনবনি হায়না নঙনা খল্লিনি । মাদু খক খনগনু । ঙসিফাওবগী মনুংদা ঐনা মী অমতবু মাংহন্দ্রি । ঐহাক অসি অতৈগুম্বা বেশ্যা নত্তে । ঐগীদা মী লাকই । ইশৈ তাহল্লগা মখোয়বু থাদোকখি । ইশৈ তাবগীদমক শেল খরা খরা ঐনা লৌই । মাদুগীদমক ঐহাকনা দোয পুফম থোক্তে । অসি হায়রগা ফক্লাংদা মহাক্কী লুখুমদা থেংলিবা তসবীর অমদা খুদোনবীনা থিল্লগা - অসিদগী তসবীর অসি উববা ইবুংঙো - হায়না হায়রকই । লাই অদু উবদা মমিত্তগী ইখং খংহৌদনা পি মতুম মতুম তারম্মী । ঐহাকনা মহাক্কী কপ্পদু উবদা নুংঙাইত্রদুনা হংলম্মী - ইচে, করিগীনো কপ্লিবো ?

যুবতী - মরম লৈ ইবুংঙো, অসি ঐগী ইপুরোইবগীনি । সতী খুদিংমকনা মপুরোইববু পুজা তৌবগুম্না ঐসু ইপুরোইবগী মুর্ত্তি অসি লাৎতুনা লৈরিবনি । ঙসি ফাওবগী মনুংদা মহাকনা ঐবু কাওরবসু ঐদি মহাকপু কাওবা ঙমদে । মীনা ঐবু লমশানি বেশ্যানি তোল্লবা মীনি হায়দুনা তুক্কচৈ হঙ্গোই । অদুগা ঐদি মখোয়না খল্লিবদু নত্তে । অসি হাযবগা হিক্রা হিক্রা কপুনা ইচে যুবতীনা মপি তৈথোকতুনা লৈ । ঐহাক্লা ৱা অমুক হংলম্মী - ইচে , নপুরোইবনা নঙবু থাদোকলিবা করিগীনো ?

মদু তাবদা যুবতীনা ৱারী লীথবকই - ইবুংঙো, নহাক নুপাসি মশক খঙলিনিদনা ?

ঐ - খঙই ইচে, মহাক সবকাবগী থবক অচৌবা অমা তৌদুনা হৌজিক লৈরি ।

যুবতী - ঐহাক লৌৱাযদা পোকপনি । মহাকনা খাজনা থৌবা লাকই । মতমদুদা মহাক নুপী থিদ্রি । ঐখোয়গী য়ুমদা য়ুমথুংফম ওইদুনা ইতৎ- তত্তনা লৈ । ঐখোয়গী পাজিনা চৌকিদার ওইরিঙৈদা মহাকপু লুনা তৌবনা ঐসু মাবু লুনা তৌজৈ । নোংমদি মহাক্লা ঐঙোন্দা ৱা হায় - যুবতী ইবেম্মা নঙবু নুংশির্বাদ করি হায়রুনি । অদুদা ঐনা হায়রম্মী - তাইবুংঙোখোই লাকপা ওইদুনা শাগৈ --নাতৈ য়াম্না চাওদুনা লৈবিবা মীগী সেবা তৌবদি ঐহাক ইত্তিক চাজরোই, তৌবিনু হায়দুনা- য়াম্না হায়জৈ । মহাকনা চহী অমরোম তকশিল্লক্লবদা

- ঐখোয়গী পাজিনা তুংগী কবি থোক্লগদগে খঙদদুনা ম্নারে । ঐসু ইপানা হাযবিকো হায়দুনা - যাবে । মাবু যাম্না নুংশিঞ্জে, অদুবু ইপা-চাদে হায়বতনি। মতম খবা লৈবগা ঐখোয়গী পাজি শিগ্নবদা গতি লৈত্রবী ঐহাকপু মহাক্লা লমহাং অসিদা থমবিবে । মহাক মতম খবা লাক্লম্মী । ঐনা চহী কুন শুবকপা কালদা নুপী অমা থিবে । অদুদগী ঙসি ফাওবা চহী মঙাবোম অসি লাকত্রবনি । ইচে যুবতীগী ৱাসি তাবগা ঐনা থৱায় পুবা ঙমদ্রদুনা হায়বম্মী-ইচে, নঙবু কাওখ্রবা মীবু নঙ কাওবা ঙমদ্রা ? ঐদি কাওথোকপনা ফৈ হাযনা খল্লি ।

যুবতী -চুম্মি, কাওবনা ফৈ, অদুবু কাওবদি য়াদে । অদুগা মহাক্লা লক্ষা হৌনবা খঙদবা মী অমা ওইদুনসু ঐগীদি ইপুবোইবনি , লাইনি ।

ঐ-লাইদুনদি নঙবু নিংবিদ্রে । ভক্তগা ঈশ্বৱবগসি অমনা অমবু চপ মান্ননা নীংই হায । অদুগা নখোযগীদি কদায ।

যুবতী - মদুদা কবিমতা বেবা লৈতে ।

ঐ ইচে, নঙ মাবু কাওখবো ?

যুবতী মদু যাবা নত্তে ইবুংঙো । হৌজিক ইচেনা নঙোন্দা হাযগদবদি অসিনি । নঙ মফম অসিদা লাক্নু । ফত্তবা ৱাখল থাদোকউ । নহাকতি অচৌবা ইমুংদা পোকপনি । ইমুংগী বদনাম তৌহনগনু । ইচেবুসু বদনাম তৌহনগনু ইবুংঙো । অদুনা হযেংদগী লাক্লগনু । নিতাই হায্নবা অঙাংসি ওক্তবনি, মপা-মমানা ৱাবকপা ইন্দ্রবনি । মহাকপুসু ঐনা কযা হায। অদুবু মমিদা খৌসাবা হৌজিক ফাওবা মহাক তোকত্রি । মহাক্লা নিংবদি মপোকসিমগী ঐনা থুংহনবা তৌবম্লবোইদবনি । মহাক্কা তিন্নকনু । সঙ্গ ফত্তবনা মাংবা হৌবক্কনি ।

ঐ - ইচে নঙবু, ইচে ওইনা অসুম নুংশিজবা যাবোইদ্রা ?

যুবতী যাই - অদুবু নঙনা ঐগীসিদা লাক্তুনা মতম মাংহন্দুনা কবি কান্নবা লৈ ? নঙগী কান্নবা কালদা ইমা থাবকউ । ঐ লাক্তনা নখোয়গী ইমুংগী মতেং পাংলগনি ।

মাগী ৱাসি তাবগা মখা তাথবা ঙমদদুনা 'ইচে' হায়বগা ঐখোয অনী নো-লুকতুনা ৱা মচেৎ অমতা ঙাংনদবমখৈ লৈনবম্মী । মদুম তৌবিঙৈদা নিত্তাইনা পোৎ লৈকবদগী হল্লকলে অদুগা ঐখোয অনীগী ইতৌদু উবদা য়াম্না ঙক্লদুনা হংলকই - কবিনো নখোয়নিনা তুমিন তুমিন্না লৈনবিবা ?

মাগী ব্রাদু তাবদা ইচে যুবতীনা মমিত্তা পি তানা তানা হায়রকই - নিতাই, নঙনা করিগীনো করিসু খঙজদবা অঙাং অসিবু মাংহনগদৌগী তৌরিবা ?

নিতাই- মীনা মীবু মাংহনবা ঙম্বরা ? মশা মশাগী তৌজমল ফংজবদনি। নিমাই, নঙনা করি করি পংহায়দা হায়জল্লবরা ?

ঐ - ঐ খঙদে, ইচেদা হংউ ।

যুবতী - হংদ্রবসু হায়গে । মহাক্না নঙগী মরীদা কবিমতা হায়দে । ঐতনা খঙবনি - নিমাইনা ঐগীদা লাকপদি নঙগী থৌরাংননি ।

নিতাই - উম ! খঙলে । নিমাই, চৎসি লাকলো । অসুম তৌদুনা যুবতীদা চৎলগে হায়রগা ঐগা নিতাইগা ঐখোয় অনী লাকলে । লম্বেলদা নিতাইনা হায়রকই - নিমাই , নঙ হায়েংমখৈ ঐগা তিন্নররোই । মরুপ হাৎপা মীবু ঐনা নুপা অমনি হায়না খক লৌবা ঙম্মোই । নঙগী লুপাদু কদায় পীরমলো, নঙসু নয়ুমদা চৎলো । নিতাইদা লুপা পীরম্লগা নিতাইনা অমুক যুবতীখোই পাংনা চৎখবে। ঐনা য়ুমদা হল্লকলে ।

৪

ঐসু য়ুমদা য়ৌরকপদা ইমানা ঙাংগনি হায়না কীরদুনা কোক চিকই হায়শন্নদুনা ফমুংদা চৎলে । ইমানা চাক খরা চানবা হায়দুনা থেল্লম্মী । ঐসু য়ারিবমখৈ চারোইদৌবগী হোৎনরম্মী । কোম্বুংদা ইমানা অসুম তকশল্লকপদুদা হৌগৎতুনা চাক খরা চারে । ইমাসু করিমতা হায়রমদ্রে, অদুম তুম্বা চংখরে ।

নোংঙাল্লগা ঐনা লাইরিক ওরাইদুনা লৈরিঙৈদা নুপী অমা লাক্তুনা ঐখোয়গী ইমাবু হংলৈ । মখোয়নি ব্রা ঙাংনরিঙৈদা নুপীদুগী মখোলদু অখংবা মীগী মখোল মান্দুনা থোক্তুনা য়েংবদা ঐনা নিংবমক ওইরমলে । ঐসু মাবু উবদা কীবনা, ঐগী কাদা অমুক চংদুনা ব্রাখলদা তাওদুনা লৈরম্মী ।

ঙাইহাক লৈরগা নুপীদু চৎখ্রবা তুংদা ইমানা চংলক্তুনা - লুপা তরাখক উৎতুনা হায়রম্মী - নহাক ঐগী লুপা মাংখি হায়বদু নঙনা যুবতীদা পীরম্লবোরে। নঙগী নগুন অসি ইমানা করি হায়নি । নপানা শিরমদাইদা হায়রম্বদু কাওরবরা? নহাক করি তৌগে খল্লিবনো? নিতাইগা তিন্নদুনা করি ওইগদৌরিবা ?

ইমাগী ব্রাসি তারগা ঐ ইকাইমনখ্রদুনা খুমফম খঙদদুনা লৈরম্মী । অদুদগী

ইমাদা ঐনা হায়রম্মী- থাঙ্গৈশেংবমক্তি ইমা, নিতাইনা নুপামচা থৌদাং য়েংলুসি হায়বদা ইচে যুবতীগীদা মানা ঐবু পুবদু য়াবম্মী। অদুদগী ঐহাক্না পুকচেল ফাবা ঙমদদুনা ...।

ইমা - অদুবু নিতাইগা তিন্নরুনু হায়বসি য়াররোইদ্রা ?

ঐ - মহাক্কদি তিন্নররোই, মানসু তিন্নরনুসি হায়রমলে।

অদুগা ইচে যুবতীবুদি ঐনা কাওবা ঙমলোই। নিতাইগা তিন্নরোই হায়বা তাবদা মোমোন তৌদুনা ইমানা ঐবু হায়বা-ইনবা অঙাংনি হায়দুনা খনবা মতৌ উৎলম্মী। অদুগা ইচে যুবতীগী ব্রা হায়বদুদা শাওনিংবোই ঙকপোই করিগীনো হায়না হংলম্মী। ঐসু অসুম্না খুন্নম্মী - ইমা, যুবতী হায়বী নুপীসি ঐখোয়না শেরান্নবা খনবনি। মহাকসি লমশা নত্তে য়ুমশানি। ব্রাসি হায়রগা ঐনা যুবতীগী ব্রারম অদুগা মহাকনা ঐবু ব্রাবক্লকপা ব্রা মযামদু ইমাদা লিবম্মী ইমানা মাগী ব্রাদু তারগা মপী তাখিবা খঙহৌদে। অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা ইমানা হায়রকই- নিমাই, যুবতীবু নচেমকনি হায়না খল্লু। মহাকপু ঐনা ঐগী অসিদা থমগনি। মহাক্কী অব্রাবদা ঐখোয়না ঙম্বমখৈ মতেং পাংবনা চুম্মী।

ইমাগী ব্রাসি তাবদা ঐনা নুংঙাইমনখ্রদুনা হায়রম্মী - ইমা, অদু ওইরবদি ঐহাক হৌজিক চৎলুগে, মহাকপু পুদুনা লাক্কে। মতৌ অসুম তৌনা ঐসু লাইরিক ওরাইদুনা লৈরে; ইমাসু মাগী থবক তৌবা চংখরে।

চাক চারগা ফীরোন শেৎচিল্লগা ইমাদা - ইচে যুবতীখোয়দা চৎলুগে হায়দুনা থোরক্লে। ঐনা যুবতীখোয় য়ৌরমদাইদা নিতাইদু মশম-মনা ইফা ফাবমখৈ থেংনবে। মাবু উবদা যুবতী লৌবা লাক্লিবনি হায়গে হায়না মাবু নিতাই হায়না কৌরম্মী। ঐনা কৌবদা নিতাইনা য়াম্না শাওনা খুন্নকই - কৌরক্কনু, যুবতীনা নঙবু পাম্বদগী ঐবু ইকাইবা পীবগী ফল যুবতীসু ফংলে, নঙসু নোংমা শোয়দনা ফংগনি।

মাগী ব্রাসি তাবদা পুক্লিংদা চিংনবা অমা পোক্লম্মী অদুগা মাঙোন্দা ব্রারী অদুক য়াম্না শাবা য়াবা ফীভম নত্রে হায়দুনা ব্রা অমতা হায়রমদনা ঐহাক ইচে যুবতীগী য়ুম তান্না লাক্লে।

ঐনা চংদুনা য়েংবদা অকীবা ফংনা ঙক্লবা দৃশ্য অমা উরে। লময়াইদা

ঈহিং-নাইহিং মবক্তা যুবতী ওন্দুনা লৈবম্মী। মহাক জ্ঞান মাংলম্নে। ঐ লাকপদু খঙবা ঙল্লমদ্রে। অদুদগী ঐনা কোন অমদা ঈশিং পুরক্তুনা লৌরাইলুতোন্দা হাপলম্মী। মাগী কোক অদু ঐগী তম্পাক্তা পুখৎলম্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা মিনিট মরি-মঙা লৌরাইদা ঐনা কামদুনা লৈরিঙৈদা ঐখোযগী ইমাসু লাক্তুনা থোংজিন মপান্দা য়েংলৈ। ইচে যুবতীগী ফীভমদু উবদা ঐনা য়ৈরবা মাল্লে হায়দুনা থগৎলদুনা ইমানা হংলকই -করিনো অসিদি, কনানা তৌবিবনো ?

ঐ-ঐসু খঙদে, ঐনা চংলকপদা অসুম্না তুদুনা লৈরম্মী। অদুদগী লাক্লরিবসিনি।

ঐখোয়নি ব্না ঙাংনরিঙৈদা ইচে যুবতীনা জ্ঞান হম্বরক্তুনা মমীৎ পাঙথোবক্তুনা ইমারোমদা য়েংদুনা লৈবম্মী। অদুদগী ব্না ঙাংলকই - করিনো, কদাযদগীনো লাকপিরম্লিবসিবু ?

ইমা-ঐ নঙবু লৌগে লাকপনি। অদুদা নঙগী তৌবিবা ফীভম অসি উবদা ঙক্লদুনা চপ লেপ্তুনা লৈরিবসিনি।

যুবতী - নিতাইনা মাগী পাপকী লম্বেলদা চৎসি হায়বদা ঐনা য়াদে হায়দুনা ঐবু উতুপ্না থাবম্লগা মহাক চৎখ্রবমাল্লে। ইবুংঙো নিমাই নঙদি কয়া কুইবে ?

ঐ - ঐ ঙাইহাক ওইরে। নিতাইদো লম্বেলদা ওক্লবম্মী। মহাক্লসু ঐবু ওম্বোকপা ব্না হায়দুনা চৈবম্মী। অদুদগী ঐসু মাগী ব্নাদুনা ইচেগী করি ফত্তবা থোক্লমগবা হায়দুনা প্রৎ প্রৎ লাকপদা থোকলমলিবসিনি।

ইমা - ঐখোয় অনী নঙবু লৌগে লাকপনি। ঐখোযগীদা নঙ লৈবো। ঐগী ইচানুপী অমতা লৈজদে। নৌপুব্রা অসি য়েংদুনা মাগী মচেম ওইনা লৈরুরসি। নঙগী নব্রাহৈ তাবদা ঐনা নঙবু অচম্বী নুপীনি খল্লম্বদো লাল্লম্লে।

অসুম হায়দুনা -মতম খরা পোথারগা ঐখোয় অহুম লোয়নদুনা য়ুম তান্না লাক্লে। ইচে যুবতীনা ঐগী থাঙ্গৈশেংবা ইচে ওইদুনা ঐগী অব্রাৎ-অপা য়েংদুনা অদুম লৈরে।

- শীতলজিৎ

# কমলা কমলা

'কমলা, কমলা' হায়বা শকনা লৈবক খুদিং সরুক [illegible] নুংথিল লাইদবমখে বিষ্ণুপুরগী ম্রহৈশা ওইবা শব্দ অমা ওইনা লৈরম্মী। কজনবা য়াঙৈ চাস তত্তনা ত্তাবদা বিষ্ণুপুরগী মী খুদিংমক্না মপুন্ত্রিনা তুজুবো লোকপদা নত্তনা মীওইবা মপাকর্সি কবিনো হায়না মথল-মথল্লা হংনবকপা লৌই।

য়াহৈ হসি অংগপনা থল্লবা মীওইবগী পুন্সী অসি মশক খণ্ডহনবা ঙল্লিবা নুপাদি মযাম্লা হেক উবদা অঙাওবা হায়নবম্মী। মশম-মনা হৈশাং-শাংহৈ, হৈক্রা-কাহৈ, মমীং কুংথল শবগী পোলাংনা মাগী হকচাংগী লৈতেং ওইবগুম ভৌই হৈজোম শেগাইবা মোংখববা অমা শেংতুনা মদুগী ফীজি ইন্দুনা - লৈবক খুদিং লমজাও খুদিংদা উফুল থাংবা পৃথিবীগী তম্পাক্লা মোনপাক মোন্দুমদগী হেন্না থোংলি হায়না লৌই। জগৎনা মাবু অঙাওবনি হায়, মহাকনা জগৎপু অঙাওবনি হায।

নোংঙাল্লকপদা মহাকনা লাউবকপা "কমলা কমলা" হায়বা য়াহৈনা লৈবক লৈবক্কী অঙাং-নুবী পুম্নমক মহাক্কী মতুং ইন্দুনা কোইচৎ চৎলি। মীগী ঈবানা থল্লবা য়াবনা থল্লবা খোজেন্দু তারগা তুং ইল্লিবা অঙাং-নুবী পুম্নমক্না ফাওবা শুকথবা মীৎযেংনা যেংদুনা লৈ। মাবু মশক খঙবা অহল-লমনশিংনা মহাক্কী অবাক্না [illegible] 'ওহ্লোকপনিজকো' [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] লৈতে।

কমলাবু দিবানিশিদা অসুক য়াম্লা তান্নদুনা লৈরিবা, কমলা পাম্বাদা কমলা ফংন ফংনমক অমসুং মাবু নুংশিবা মীনা কমলা লৈদুনা পীন- পীনমক কমলা ফংদ্রি হায়বা মতাগুম 'কমলা কমলা' হায়দুনা লৈরিবা করিগীনো? মরম ময়ামসি খুলগী মীনা মহৈ মহৈ হংনরকপদা হায়রম্মী।

ওহ্লোকপনি। কমলাগীদমক কমলা কৌবা নত্তে। কমলা চাগদবা মীদুবু

কৌবনি ।

হরিদাসকী মবমদা অসুম্না শল্লপ শল্লপ্পা মাবু খঙবা মীনা পরিচয় পীনরম্মী। নোংমদি অয়ুক ঙন্তাদা লম্পাক অমদা ইংনা শংবান্নরবা তিংথৌ মথক্তা অরোইবী ৱাহৈ "কমলা" হায়না হায়রল্লগা মানা লৈবক খুদিং চীংমান খুদিং লম্পাক খুদিং থিরম্বা মীদুগী মনাক তান্না চৎখিদুনা পঞ্চভূতকী তুংফম ওইরিবা পৃথি থক্তা পঞ্চভূতকী দেহেদু হুপ্পেক্লল্লে !

খুল চংদুনা সংস্কার তৌরিঁঙৈদা হরিদাসকী পরিচয় খঙবা অহল অমনা ময়ামদা হায়রম্মী - "সংসার হায়বসে করিসু তমনিংঙাই লৈতে । হবিদাসকী চহি অনীরোমগী মমাংদা চহি অনী শুরবা মচানুপা নুশিরবা অমা লৈজরম্মী । অঙাংদুনা চহি অমা ফারকপদা মমা লৈখিদ্রে । হরিদাসনা য়াম্না নুংশিনা অদুগা নুংশিবগী মতিক ৱাবমখৈ খাংদুনা 'ইচাগী করি তৌরগা পেন্দগে' হায়না খন্দুনা অঙাংদুবু য়োক্লম্মী । অঙাংদুবু পোদুনা চীংদা শিংজনবা, সড়কতা নুং থুগাইবা, কুম্মৈ থোরকপদা অৱা পোৎথাবা লোয়নমক তৌরম্মী । মাগী পুক্নীগী তৌগদবা থবক্তি অঙাংদুবু -চাওনবা অদুগা মী ওইনবা য়োকপনি হায়না লৌরম্মী।

মতৌ অসুম তৌনা চহি অমা চুপ্পা নোংজু নুংশা খাংদুনা নুপা-নুপী অনীনা য়ুম অমা পানবগী পুন্না তৌগদবা থবক মথন্তনা তৌরম্মী ।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা অঙাংদু নারে । খুলগী অহৈ অশিং মাইবনচিংবা য়েংহনবদা করিমতা ফরকপা লৈত্রে । মরোল থোক্লম থোক্তবগুম তৌরিবা চহি অনীদা ঙাইরিবা অঙাংদুদা করি চানিংই, করম তৌনা নুংঙাইনি অসিনচিংবা হৌলগা মচোই মচোই খুম্বা অঙাংদুগী ৱাহৈনা মপা ওইবা হরিদাসকী পুক্লিংদা অৱাবা খরা খাংবা ঙমজরম্মী ।

নুমিৎ তরামঙানি নারবা কালদা চামন্দদুনা অঙাংদু শরুদগী হেন্না করিমতা লৈরমদ্রে । মদুগী নুমিত্তা অয়ুক পুং নিপাললোম তারকপদা হোৎচল্লদুনা মপা ওইবগী মেংলবা খোঞ্জেন্না হরিদাসনা মচাদা হংলকই - ইপাগী ইবুংঙো, ইচাদি চাদা থক্তবনা য়াম্না ৱারেদো । করি চাগেগে ?

মহাক্না হংবা ৱাসি অঙাংদুনা মুন্নদি খঙলমদে হায়ববু ৱাহংগী অরোইবা শরুক্তা 'করি চাগেগে' হায়বদুদি খঙলম্মী । মদুদা মপাদা মহাকনা হায়রকই- "কমলা চাগে" ।

করি খল্লদুনা কমলা চাগে হায়রিবনো খঙদে । মাগী চৎলমদাই ওইরদুনা

কন্দুনা লৈরিবা মপাবুসু থুনা মাগী মতুং ইল্লক্কুবা হায়রিবরা- ভগবান নত্তনা কনামতনা খঙবা ঙমদে । মাসু চৎপা তারবদি মপাবু থাদোকপদি চুমদে খন্দুনা করম্বা লাইনা মঙোন্দা ইনশিল্লবা !

নুমিৎ শিংবুম তবামঙানি করিমতা থক উ চাউ হায়বা য়াদ্রবা অঙাংদুনা কমলা চাগে হায়বদা মপা ওইবা হরিদাসনা করিমতা থিংবা ঙম্লমদে । অসোমদনা করম তৌরি, কমলা পাম্বা নত্তবনা কমলা কদায়দগী ফংগদগে খঙলমদে । অদুমক হাওনা - হৈরোল পাল্লমদুনা কৈথেন্দা পুরক-লাক্লকপরা য়েংগে হায়না হরিদাস চৎখরে । অঙাংদুবুনা মাইবদা শিন্নরম্মী ।

কৈথেলদি হরিদাসকী ময়ুমদগী মাইল মখাই অমরোম লাপলম্মী । মহাকসু খোংথাং য়াবমখৈ থুনা থাংদুনা কৈথেলদা থুংলরে । উচিন- নাচিন্না কৈথেল মচি অমদা কমলা অনীখক ফংলে । মতম নত্তবদা ফংবনি হায়দুনা পৈশা মবি মবি পীদুনা কমলা অনীদু পুদুনা মচা পীজনিংবগী ময়াইনা চেন্দুনা ময়ুম তান্না লাকলে ।

ওহোকপনি লাইগী নোংদম ! মহাকনা কোহোং য়ৌরকপদা নুংশিরবা মচাদু শুমাং য়ৌবমলে । কোহোংদগী হোৎচল্লদুনা 'কমলা পুরকলে ইবুংঙো' হায়না লাউরদুনা লাকপদা অঙাংদুগী মশক উবদা ব্রাম্বদুনা লৈবাক্তা তুখরে । মদু উবদা মীনা হায়নরে, মপামচা লোইনগদৌরিবরা করিনো হায়না ।

মচাদি অদুম হল্লকত্রে । হরিদাসাত হম্বুরক্লবদা "কমলা পুরকলে, ইবুংঙো, কমলা ,কমলা" হায়দুনা হৌগৎলক্নে । মদুদগী ময়ুম থাদোকতুনা "কমলা কমলা" হায়না শোন্দুনা অদুম চৎখরে । লৈরক খুদিং লমজাও খুদিং মাগী 'কমলা কমলা' হায়বা ব্রাহৈদু তাহন্দুনা মহাকনা অঙাওবা শাদুনা লৈরদগী ঙসি মচাগী মনাক্তা কমলা পীজবা চৎখরবসিনি ।"

- শীতলজিৎ

# পোষ্ট-মোর্টেম

[ ওখোমজম থোইবী দেবী : (পোকপা) : ১৯২০, খ্বাহৈংবম লৈকাই, ইম্ফাল। বি, এ, বী, টী, সি। উপন্যাস, খ্বাঙ্গী মচা, ঈশৈ ই। অনুবাদসু তৌই। উপন্যাসতা "খ্বাঙ্গা" (১৯৬৫), "নুংশি ঈচেল" (১৯৬৭), "চীংলা পাৎশী ইথেবৈ" (১৯৭১), "লমজা" (১৯৭৯), "মীৎয়েং অমা" (১৯৮৪), খ্বাঙ্গীমচাদা - "পোষ্ট-মোর্টেম" (১৯৮৯), অনুবাদতা "রবীন্দ্রনাথকী খ্বারী থবা", "দৃষ্টিপাট" নি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ৫৪ শুবা চহীগী মীফমদা 'সাহিত্য ভূষণ' উপাধি পীখি। খৃষ্টগী চহী ১৯৮৯ দা "দৃষ্টিপাট" তা ভারতকী সাহিত্য একাদমীগী অনুবাদকী মনা পীখি। ১৯৯২ ইংদা খ্বারীমচাগী লাইরিক "পোষ্ট-মোর্টেম" দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী মনাসু ফংখি। খৃষ্ট গী চহী ১৯৯৬ ইংদা মশাগী চহী ৭৬ শুরকপদা নোঙ্গাখি।]

অয়ুক্কী চা থক্লা থক্লা খবর পাই, ওহ্বোকপা পাউ অমনি, - লৈশাবী মচা অমা থৌবী যান্দুনা শিবল্লে। নোংসু থিৎলি-থিৎলি তাই। ঈশিং নুংশিৎকী ফিভম মতাদুদা ময়াম্মা হায়নৈ, "অদুননিদনা নোং তাবিবা" মসিনা ময়ামগী মতনি। খবরগী ৱাদি; শিরিবা মওংসি চিংন নীংঙাই ওই, মসিদি ফাদ্রি পুলিসনা "হক হোৎনবি," অসিনি। হৌজিক্কী মতমদা যাম্না তোঁযনা তাবিবা থৌবী যান্দবগী মী শ সি মীনা হাত্তোকপিবগা যানশিনবিবসু ময়াওই। লৈশাবী মচাসিনা থৌই যাল্লম্লিবসি চাউববা অহাওবা য়ুমজাও অমগী মনুংদনি। য়ুম অসিগী চৌকিদাবদুনা তুম্বা চঙবদা শিবিবা নুপীমচাসি থেংনবকপনি হায়নৈ। চৌকিদাবদুনা লাউবকপদগী মযাম চঙদুন অশিবদু লৌথবে অদুগা পুলিসনচিংবসু তাকলুবে।

অশিবদু পুলিসকা লোযননা হোসপিতালদা পোষ্ট-মোর্টেমগীদমক পুল্লে।

হোসপিতালদা য়ৌরবা মতুংদা অশিবদু শক তাক্লবগীদমক খবর অমসুং বেডিওগী থোঙদা লাউথোখ্রে। মী য়াম্না য়েংবা লাকই, - নত্তে, নত্তে 'হায়দুনা অয়াম্বা হন্নখ্রে। অবোইবদা মোতায-শুদায়নববী মীয়ায চল্লপ তৌববী নুপী অমা চঙলকই, পুলিসনা খুমজিল্লিবা মমাযদু হাংদোক্কুনা য়েংহল্লি। নুপীদু খোঞ্জেন্দি থোক্তে, মমায়দু খুমজিল্লগা হিক-হিক কপখি। আই, ও, দুনা নুপীদুদা মখাতানা হংখি, - ইমাগা নুপীমচাসিগা করি থোক্লবগে ? নুপীদুনা খুমখি,- ইচানুপীনি।

অদুদি,- নুপীমচাসিনা থৌবী য়াল্লন্নিবসি ইমাহোৎযগী য়ুম তারেনে।

নত্তে !

কনাগীনো ?

খঙদে।

নুপীমচাসিগী অপোকপদি লৈবিব্রা ?

লৈত্রে, কুইবে।

ইমা ইচাদবা লৈরিসে ?

নত্তে, ইচানুপা অমগা লৈরি।

মহাক্তি করি তৌরি ?

কবিসু তৌদে।

নুপীমচাসিগা ইমাগা লৈমিন্নদ্রিবসি কবিগীনো ?

'ইবুংঙো মসিগী ব্বারীসিদি শাংগ্রবনি, অদুবু ঐনা শন্নপ্পা লীজবা তাববদি অসিনি,-ঐগী অঙাংশিংসিনা য়াম্না পিক্লিঙৈদা মপাদু লৈখিদ্রে। ঐখোয়দি লাযরবনিনা ইনাক কৈরাক খুনবগী ইমুঙদা শিল্লঙজবগা হিংজবনি। ঐগী ইচানুপীসিনা পুংকক চাউরকপা, ফৌসু চেঙসু ঙমজবকপা মতমদা ঐগী মরী-মতা শাবা ইনাকখুনবা অমনা মখোয়দা থমজগে, মখোয়গী ইমুঙ-মনুঙগী থবক তৌবিনবা মী লৈতে হায়দুনা পুখিবনি। অঙাংসিনা মখোয়দা লৈপ্তবা মতুংদা ঐসু মখোয়দা মরক মবক্তা চৎলি, শেল থুমগী মতেংসু মপীরকই। অদুবু লুশিল্লক্লিবা ব্রাফম অমদি পিক্লিঙৈদদি ইচানুপীদুনসু থোইদোক্লা খল্লুদে অদুবু মহাক্লা মপুং মরৈ ফারক্লবা মতমদুদদি, লৈকাইনসু মুশুক-মুশুক ঙাঙনবা হৌরক্লে, মতাঙ অদুদি মহাকসু য়ুমদা লাক্লিংবগী ইরাঙ অমা তৌরক্লে। ইচানুপীগী মতৌদুদা ঐনা নোংমা চৎলগা, ইনাওনুপীদুদা,-অঙাংসি নোংমা নিনীদা য়ুমদা লৈজসনু, নহাক্কী থবক লৈরবসু হেক হায়রকউ লাকহনগে হায়দুনা য়ুমদা পুরক্লে। মহাক্তি কয়া পুহন্নীংদবনি অদুবু ঐনা নমদুনা পুরকপনি।

মহাক্লা য়ুমদা লৈবা মতমসিদা ব্রাখল য়াম্না খন্না উই, থবক তৌরম্বদগী চপ-

চপ লেপ্লি, করিগুম্বা মতমদা মখুত্তা পায়বা পোৎ ফাওবা তাখিবা খঙহৌদে। ঐসু ম্নাগী মতৌদুদা চিংনবা পোক্লদুনা নোংমা হংখি, "কুন্দ, করি তৌরবগে নঙবু, করিগীনো ম্নাখল অদুক য়াম্না খল্লিববো ?" কুন্দনা শম্না খুমখি,-'কৈসু তৌদে ইমা, হকচাংসি খরা নুংঙাইতবা অদুনা ইহে হৈনীংদবনি।" মমানা মখা তাখি,-"অদুদি মাইবা নৎত্রগা, ডাক্তর য়েংহনসিরা ?" "য়ানিদা ইমা, য়েংদ্রবসু।" শেন্নগা পায়জদবনিনা ঐসু অদুম তোক্লে ম্না মখা তাদ্রে। আই, ও, দুনা মখা তাখি,- অদুদগী করম তৌপ্রবা ইমা ?

মমানা মখা তারকই,-'অদুদগীদি ইবুংঙো ঐগী ইনাওনুপী শাবিদুনা নোংমদি মখোয়দা মী খরা চাক কৌগদৌরি, থবক খরা লৈ হায়দুনা পুবিশ্রে। ইচাদি চৎলরোই মহায়জবনি, ঐনা মতম কুইনা য়োকপিরক্লবনি হায়দুনা নমদুনা চৎহনখিবনি। অসুম্না হায়রগা ম্না ঙাঙবা থোক্তনা মচাদা য়েংলগা অমুক হিক্লা-হিক্লা কপশ্রে, লোয়ননা তেংথারকখি,-"পূম্নমক অসি ঐনা লায়রবদগী থোকখিবনি।" আই, ও, দুনা থেমজিনখি,-'ইমা অদুগীদমক করি'মত্র ম্নানিংঙাই লৈতে, লায়রে হায়দুনা মীবু হেক্তা তুহৎপা য়াম্রা ; আইন হায়ব'মা লৈরিবনি, অদুগুম্বা আইন্দুগী মমিত্তদি লায়রবা ইনাকখুনবা চপ মান্নে। আইনগী মতুংইন্না মী খুদিংমক, মানা, তৌরুবা মরাল অদুগী মতিকচাবা চৈরাক ফংগদবনি।" কুন্দগী মমা তোম্বীনা মখা অমুক চথখি,-"ইবুংঙো, হৌজিক্কী মতম অসিদবু অচুম-অরাল, মশক খঙলিবরা ? মী হাৎলুবা মী অমতং ফাঁসি তৌদুনা হাৎশ্রে হায়বসি তারব্রা ? চমজপ্রবা, করিসু খঙজদ্রিব অঙাং অমা হাৎপা ফাওবা ফাঁসি তৌপ্রবরা ? ম্না য়াম্না ঙাঙবগী করিসু কান্নবা লৈতে, ইবুংঙো,-হৌজিক্কী মতম অসিদি শেল পায়বা, অচৌ-অশাং খঙনবা, অদুগুম্বা মীওইশিং অদুগী যুগ ওইরবনি, ঐগুম্বী অয়ুক চারগা নুমিদাং হেনবী ফনেক খোংদাই শেৎপীগীদমক্তি আইনসু মমিং তাঙবনি।" আই, ও, না থৈহাক ম্নাখল তৌরগা হায়রকই,-'ইমা অদুম্না খনবিগনু, 'হৌজিক্তি লায়রবা মীশিংগীসু শেল তিংদনা আইনগী মতেং পীরবনি, ঐখোয় অয়াম্বনা মসি খঙদবদগী লৌদবনি। অদুনা ইমা করিগুম্বা কেস তৌনিংলবসু হায়রিবা আইনগী মতেং অসি লেম্না লৌবা য়াগনি।"

মতুংদা ডাক্তর ঘোষনা লুচিংবা ডাক্তর কাঙবু অমনা কুন্দবু পোষ্ট-মোর্টোম তৌবা চঙশ্রে। পোষ্ট-মোর্টেম লোইরবা মতুংদা অসুম্না রিপোর্ট পীখি,-"কুন্দগী মী-শিদি থৌরী য়ান্দুনা শিবনি অদুবু থৌরী য়ান্দুনা শিবা মীশিগদি য়াম্না খৈন্নে, মরমদি থৌরী য়াল্লবা মী অমদা লৈফম থোকপা খুদমশিং অদু অমতা ফংদে !" অদুনা ডাক্তরগী মত মতুং ইন্নদি কুন্দ থৌরী য়ান্দুনা শিবা নত্তে, মীনা শিহনবনি।

কনা-না ?

- থোইবী দেবী

# শগোল সনাবি

[ মহারাজকুমারী বিনোদিনী দেবী : (পোকপা) : ফেব্রুৱারী ৬, ১৯২২, সনাকোনুংদা। হৌজিককী লৈফমনা য়াইস্কুল হিরহনবা লৈকাই। বিশ্বভারতী বিশ্ববিদ্যালয়গী বি:এ: নি। ৱারীমচা, উপন্যাস, নাটক, লমকোয়ব্বারী, মহাক্লা থব্বায় তাজবা সাহিত্যগী বিধাশিংনি। ৱারীমচাদা "নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী", উপন্যাসতা "বড়সাহেব ওংবী সনাতোম্বী", নাটকতা "অশংবা নোংজাবী", "অমসুং ইন্দ্রজিৎ" (অনুবাদ) শীংথানবা য়াই। "নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী" দা যামিনী সুন্দর গুহা গোল্ড মেদল (১৯৬৬) অদুগা "বড়সাহেব ওংবী সনাতোম্বী", দা ভারতকী সাহিত্য একাদমী এৱার্ড (১৯৭৯) ফংখি। ]

ঙসি নিপালনি পুরা শুরে শগোল সনাবি মাঙখিবা। শগোল মাঙখিবগী নুংঙাইতবনা মপা মচা তুমিন তুমিন লৈনৈ। নোংমা মাঙবা শোয়দ্রে খঙলদুনা ফনা লুনসু মথম্বনি-অদুবু অহিং অদো শগুন তৌদুনা লুখুম কাদা থমলিবা সনাবিবু ইলায় লায়না ইমুঙদগী হেক থৌদুনা পুখিবা, খল্লুবদা প্রোক প্রোক চাকই। হেক চিংথোকপা মতমদা তারি পোৎনি, হৌসু হৌগৎলিপোৎনি। অদুবু মানা থৌদোকখিবা মতমদা মমৈ চামোরদুতনি ইলং লংনা হায়ফেৎ উহৌবা। "ও:, ফংলরোইদ্রা ঐগী শগোলদুবু......" মপানা কপনিং কপনিং শোনলকই। নিঙশিঙলকই, মাগী অমুবা মমীৎনা খৌরাংনা ঙাইবদো। নোংমসু হায়-কোয়না চৎলুরগা নিঙবা কায়দুনা হল্লকলবা তুংদা ইবেম্মা, মানা লৌবদি শোয়দ্রে অদুবু পীয়ু হায়বা য়ারোইদৌরী। লুপা ২০০ পীয়ু হায় হায়দনা থিলনহল্লুরবনি অদুগদি পীরুবদা লৌ হায়বা য়াদদুনা হল্লকলে। খঙদ্রে থানা তাকলুরে মপোক অসিমগী ঐগী শগোল অদু উররোইদ্রা

হায়না চিংনৈ, খঙদ্রে তৌদৌসে।"

মচানুপী সখীনা খুমলকই, "নহাল মানা-শগোল কাঙজৈ শানবদা অমুক্তং তোঙ্গে হায়দুনা ব্রায়বা লাকপদুদা পীরম্মসু ফদৌবা।"

"কনানা খঙগনি মানা অসুম হূগনি হায়বদি। ঐ করিসু থীনা হায়খিদেনা। খুয়াদি মীঙোন্দা শান্দে হায়বতনি। অদুবু কয়া কায়রবগে ? মানদুম শাউদুনা খুদোনবীনে করিনে ঐগী ইমিং খঙবিদনা খুরা, ঐগী ইমিং মঙ্গীনী কা হাযদুনা পংহায় হায়রম্বনি। হায়বসি হায়বগী হায়বনি, মঙোন্দবুদি শগোল পীগদ্রদো ? মাদি নাবেং য়াওদনা ইরোই তরেৎ চিংই হায়রিপোৎনি। খুল মচানি, খঙনৈ হায়দুনবু খঙনা খঙনা করম্না মঙোন্দা সনাবিবু শাল্লনি অতো।"

সখী মখা তাদে। চাক থোংনা থোংনা খল্লী-ঐনা নুপা ওইবম্লবদি মা' খঙলোইদ্রদ্রো। শগোল মাঙবগী ব্রাখল খন্না খন্না মচোই মচোই নিঙশিংলকই মমৈ মকোক্ নাইদনা। নোংমগী থৌদোক অমা, থা মরি মঙাগী মমাঙগী ব্রানি। নুমিৎ অদো খরগা কিনা কিনা লাকলিঙৈদা কনানো অমনা কৌরকই, "কদায় চৎলুরিবনো ?"

খংলেপ লেপ্পী, স্বাই লাউই, নিংদোল দিং দিং চোংই। শ্রীবন চীঙ্গোল হায়জিনলকপা অসি মীনা পঙহায় হায়নৈ, থৌদোক খরসু থোকখিদবা নত্তে। হায়ফেৎ কুথবা অশোঙবা চীংয়াদগী হৌগৎলক্তুনা মঙোন তম্না চঙলকই নুপাদো। অমুক হংলকই "কদায় চৎলুরিবনো নতোমতা ?"

চাননদি মম্ফাত্রি, মীশক খঙবা ঙমলি। খঙলকপা মতমদা অমুক হেন্না কিপ্রে-মাবু খঙমন্দুনা তৌবা তায়। কনানবু কিদবদি য়ারিবরদো। নুংশা থিরকই কমদৌসিগে ঐবু ? নুমিৎতো খরসু থেঙদোকখ্রে লম্বীদা হব্রা যাদদুনা। ইম্ফাল চৎলুবনি অদুব্রায়দা ফংদবা পোৎ খরা লৈবা। লেপ্তুনা চৎলি কিনা কিনা, মাসু তপ্প তপ্প মতুং ইনলকই। মতাং অমদা নোক্তুনা-"করিনো ইখুম খুমদবসিবু। ঐদি ঙসাইনা লাপলিঙৈদগী নঙনি হায়বা খঙই। কৈদৌরগে ? ঐবু কিরিবা হায়বদুরা ? কিনুদা, কৈসু তৌরোই। কদায় নঙগী পোৎ ময়োমদো ঐ পুবিগেসে। অদুগা মতুং মনাও নতোমতা অমম্বদা চীঙ্গোলদা চৎকনু।"

ওম্মোকপনি, মানসু পাউতাক ! অদুবু পাউতাক পীবদি পাউতাক ইন্দবা মীসু য়ামাল্লে। অদুক কিরিঙৈদা সখীদো নোকনিঙবা অমসু পোকলকই।

ক্রুইরে মাগা পঙনা উনদবা। থোইনসু মাগী মরমদা খঙনিঙলুদে। তাদবদি নত্তে পাউ ওইনা মরক মরক্তা। হায়নৈ-অকোয়বদা লৈরিবা খুল অমা অনীসিদদি মাদি

করিমত্তা তৌদে। মা'লৈবগী খুলগী শল ইরোই মাঙত্রিবনি অসুম্নসু হায়নৈ। কনানা খঙগনি মানা মীগীদা তৌজরুবনি। অদুবু অচীকপা মতমদা উনবদদি কয়া মনুংঙায়বা মীশক নত্তে।

পূম্মম্ মম্থোকখরে। তুমিন তুমিন্ ঙহাক চৎমিন্নৈ, খর নকশিনলকই। মাগী ফুয়না হোনবা নুংশাশোরগী মনিল মশাদা য়ৈবগুম ফাউরকই। খঙনিঙ নিঙশিঙলকই-চৎমিন্নবিবা অসি নুপানি। খোঙথাঙ কন্না চৎখৎলি। অচীকপবু খাঙবা ঙমলক্তে। মাগী নুংশাশোর অদুতা তাত্রবদি খল্লিঙৈদা মানা হংলকই -"ঐবু খঙলিববা সখী ?" খুম্মি "খঙলি।" কদায়দগী পাক কাউগনি, কাউবা অসিবু কয়া লাযবদনা।

সখীখোযগী ইমুংসে মৈহৌবোনদগী মতাই খুলদা লৈরকপা নত্তে। লান চেনলকপদগী অদুম লৈস্ত্রবনি। মপানগা হিঙ্গোল অচৌবা পাম্বগা, শগোল থাকপদা খুদোং চাবগা অদুম ইম্ফালদা হোংগত্তদুনা খুনদাদুনা লৈহৌরবনি। সখীগী মমাসু মতাইদা লৈখিদে।

মতম অদুদদি মাবু কনানসু কিনবমদে। পাখং লৈশাবী ওইনা হৌমিন্নরকই। নোংমগী থৌদোক মবক্তা ফেনজিনলকই। নোংমা সখীখোয়গী কোম্ভোং মযাদা হৌবা খোংনাং অদুদা কবিনো অমা তৌদুনা লৈরম্মী। খোংনাং অদু শারেপ ফাবকপদা মঙাযবি। সখীনা হংখি-"তা মঙ্গী কৈদৌবিবনো ?"

"তু যেঙু।" যেংহনলম্মী মানা থাঙনা হকলিবা অদু তেনজৈ অমনা পূন্না লেংবা থম্বাল মনা অসিগী মশকনি। থাঙ্গৈশেংবমক্তি নোংমা মানা আমেবিকান লাম্মী অমগী মখূদাংদা মসিগী মওঙ অসি য়েকপা উকই। হংবদা সাহেবনা খুমখি-ঐগী নুংশিবীগী থম্মোযগা ঐগী থম্মোয়গনি। সাহেবকী অঙৌবা মখূদাংদা তেনজৈনা লেংবা থম্মোয অনীগী মমিদো মানা য়াম্না পামজরুই নহা ওইনা, হায়খি, "খঙলবরা সখী, থম্মোয অনী অসি কনাগীনো ?"

"থম্মোয়বু থম্বাল মনা মানবরা ?" সখীনা হংখি।

"মাল্লি। খোংনাং অসিনা চাউরকপগা লোয়ননা ঐনা হকলিবা অসিসু চাউথোরক্কনি।"

"খোংনাংনা কংস্ত্রবদি ?"

"কংজস্ত্রেদনা।"

"ফাগী ওইনবু লৌখিবরা ?"

চহী খরগী তুংদা সখী ইম্ফালদা থাজখি। লুহোংবা নুমিত্তা ইকায়বনা কনা

অমত্তা উখিদে। শকখঙনদ্রিবা বরনা মাঙদা চৎলি। মানা তুংদা দোলাইদা। লমখায় ফাওবতনি অদুদগীদি গাড়ীনা চৎকনি। দোলাই তোংনা তোংনা মত্তাং অমদা হায়ফেং য়েংলকপদা উরকই-মাগী লুখম, মাঙ থংবা দোলাইলেং অসিগী মরক্তা অমদি মানি। হৱা কারমদাইদা সখীনা চাউয়েং ওইনা য়েংলকই মপাম লমদম। মাদি লাপতক্লা লেপহৌই, মুন্না য়েংহৌই মসিগী মীৎয়েং অসি অহানবা নত্তে মদু মানা হৈনদে। নোংমসু অসুম্না য়েংখি সখীনা শড়ক ব্রাংমদা লৈবা পুত্রীদগী ইরুজরুরগা কারকপদা। নুমিৎ অদো চোংনসু কারকই। কদোমগীনো খঙহৌদে মানা চঙলক্তুনা মাঙদা লেপলে অদুগা য়েংলকই-মায়থোংদতা নত্তে, হকচাংদা। খঙহৌদনা অশাবা ঈনা মমায় ঙাঙখি। অচোৎপা ফিনা কুপ্পা মথবাকপু মখুৎনা খুমলগা সখীনা ময়ুম পাংনা চেং শিনখি। মানা ফাক্ ফাক্ লাউনা অদুম নোকহৌই। মদুসু কুইরবা ব্রানি। মদুগী তুংদা চহী কয়া হৌখরে। হৌজিক্তি সখীসু হল্লক্তুনা নিঙোল ওইনা মপামদা লৈ।

অমুক্তা হন্না নিঙশিঙখি চৎমিন্নখিবা নুংদাংগী থৌদোক, নুংশা ফুয়না হোনখিবদো। কিবা খরা ফরবা তুংদা হংখি "কদায় চৎলুরিবনো তা'মঙ্গী ?"

নোক্তুনা হায়খি "মদু নঙ.খঙলগা কবি কান্নে ?"

"করিসু কান্নদে চুম্না হংবনি।"

"ঐগা চৎমিন্নবা অসি য়াম্না কিবরা ? করিগীনো অদুক থুনা চৎলিবা, খরা তপ্না চৎসি, ঐদি পোং পুবনিনা ব্রায়।'

"কদায় ঐ অমুক পুগে !" লৌগে তৌই সখীনা।

খুমলকই "চরোদা, ঐ য়াউনা য়াউনা নঙনা করি ব্রাগনি !"

চৎনা চৎনা ময়ুম নকশিনলকলে। খুলগী য়ুমদা মৈ চুখৎলকপা উরকই-বৃন্দাদেবীদা থাওমৈ কৎপা ওইরমাল্লে।

"তাদা ঐ চঙহৌরগে। য়ারনি অসি য়ৌরবদি।"

খুমলকই "ঐসু চঙলোইদা নখোয়দদি।"

অদুম লৈহৌরে লেপতুনা অমম্বদা।

ব্রাখলনা হনজিলকপা মতমদা সখীনা খল্লী-কদায়দগী চোইদ্রং পাদ্রং ময়াম খল্লুরিবনো ? অদুবু ওহ্লোকপনিদা সনাবিদো ! মদু নত্রবদি হূনিঙায় লৈত্রবগুমদনা। শাউনিঙম্রেদকো সৈতা।

......শগোল হৌজিক ফাউবা ফংদ্রি। নোংমা নুংথিল অমা। সখীনা অসুম লৈরম্বদগী করি খল্লুবদগীনো খঙদে ফুক্ হৌগত্তুনা মপাল থোরকই, মপাদসু

তাকলমদে। অসুম লাকপনা মাগী কোন্থোং য়ৌরকলে। মাসু মাগী শুমাংদা ফমদুনা করিনো অমা য়াম্না কন্না তৌরি। সখীবু মনাক্তা লেপ্লগা খোঙ্থাং নেম্না হায়রকই- "তা'মঙ্গী ব্রা অমত্তা হায়গে লাকপনি।"

নোকফেৎ তৌনা য়েংখৎলকই "কবি ব্রানো ঐঙোন্দবু ?" অমুক লুকথখি, থব্রায় য়াওবা শায় তৌরিবা থবক্তা।"

ঙহাক তুমিন্না লৈ সখীসু, হায়শিরা হায়নুশিরা খল্লি ; হায়গে হায়না লাকপনিনা হায়দবদি য়াদে। অমুক হায়রকই "ব্রা অমতা হায়গে তৌবা।"

"হায়য়ু কনানা থিংবগে। ঐসু তাগে হায়দুনা ঙাইবি।"

"ঐখোয় পাজীগী শগোলদু খরা থিবিয়ু।"

"ঐনা থিবগা খঙগনি হায়বরা ? নঙোন্দা কনানা হায় ঐনা শগোল লৌই হায়দনা। ঐবু নখোয়গী শগোল হূবা মানবরা ?"

"পাজীগী মতৌ য়েংবা ব্রাদুনা তৌবনি, লৌইদি ঐ হায়খিদে-থিবিয়ু হায়বতনি।"

হন্দকমুক্তি হন্না য়েংখৎলকই নোকলগা হায়-"ঐগী ইতৌ য়েংবদি ব্রাদরা ? মীবু শগোল হূরাল্লী হায়রগা শাউনিঙদবোই নিঙবরা ? কিং হেক্তা নম্বসিবু কবিগীনো ?"

ইহে:, ব্রাফে চৎখ্রেদো সখীনা খল্লী ! খুমলকই "লৈকাই মচানি কৈদৌগে থিবিবদি য়াইদনা।"

"নঙগী কনামত্তা লৈতে হায়বদি ঐ খঙদেনা। ব্রারমদায়দা ঐবু নিঙশিঙলকপা করিগীনো ? ঐ অসিবু য়াম্না লায়না শীজিন্নবা য়াবা মীশকলাও ?"

সখী খঙশাউ শাউনিঙলকই। করি থোকই হায়দনা করেমনবা শারিবনো ; মানা লৌই খঙলমক্তদা। হায় শাউরপ্লা-"নঙনা থিরগা ফংগনি হায়নৈনে মীনা।"

অদুবু মাদি শাউবগী মতৌ উদে। হান্নগুম নোক্তুনা হায় "নঙবু মীনা হায়বা লোইনা হেক্তা থাজববা ? মীনা য়েংখোম মঙ্গীদি হূরানগে হায়বদুনা হূরানবা নত্তে হায়রবসু থাজগদ্রা ? অদুগা ঙাইখো, নঙবু মঙ্গীনা সখী পাম্মী হায়দনা মীনা হায়রবসু থাজগদ্রা ?"

"চরো, শক্ চাখিদ্রে।"

ফাক্ ফাক্ নোকলকই-চহী কয়াগী মমাঙদা নোংমা নোকখিবা মীনোক্তা।

সখীনা হায়রকই "ফবে'দুদি ঐ চৎলে। হাযবা হৌনে হায়বগী হায়বনি য়াদ্রগা তোকউ।"

শাউরপ খোঙথাং কন্না কোঙ্হোং পাংলকই।

" ঙায়খো সখী" তুংদগী মানা অমুক কৌবকই। হন্না য়েংখিবদা অমুক মাগী মীৎযেংদো। মসিনা মহেল্লে সখীনা হৈনদবা হায "কবিগীনো অদুম হাযনা যেংলিবা ঐনা নঙোন্দা কৈদৌজবরে ?"

"ঙায়খো হল্লকখো মবম তাকপিগে।" কবিদগীনো খঙদে সখীসু হনজিন্দুনা লেপলৈ মাগী মনাক্তা।

"সখী মনিঙলোমদা অমুক্তা চঙলুখিসি।"

"কবিগী মনিঙলোমদদি ?"

"কিনু, ঐ নঙবু কৈসু তৌবোই, ঐ কযামুক ফত্তবা মীনোনে ? নঙোন্দা কৈদৌখ্রগে ঐবো ? য়েঙোই সখী মীগী মপোৎ ওইববসু নঙবুদি শোকেনিঙদে।"

খঙ্বা নঙদনা সখীনা মনিঙলোমদা মাগী মতুং ইন্দুনা চঙখি। মাঙ থাদুনা চৎলি মাগী শোঙলবা হিঙ্গোল লমহাংদা। মহৌশানা লন্নাই ওইবনা হিঙ্গোলসু চাউনা চাউনা খোপনৈ। মাঙদা চক্ক ইকু অমা অনী পৈবম্মী। অমদা চঙশিন্দুনা মাগী অকনবা পাম্বোমনা শৎ, শৎ চিংথৈ।

সখীনা হংলকই "কবিগীনো চক্ক লৈপাক্তা চিংথরিবো তামঙ্গী ?" খুলমক্তে-লেপতনা চক্র চিংথৈ। সখীনা খঙহৌদনা লাউবকই "হৈমা সনাবি-ই-ই, নঙদি অসিদা লৈরবোইবে....."

অঙকপনি, চক্র ইকু মনুংদা ফজনা শাবা শগোলশঙ মনুংদা সনাবিদো উকরে।

অঙৌবা মশাদা পকলিবা চক্র মকুম অদু কনথোকলগা শগোল চিংদুনা শুমাঙলোমদা থোকখরে। সখীসু মতুং ইন্দুনা থোরকই। শুমাঙ য়ৌরবা তুংদা সখীদা থৌরী অদু শিন্নে। শিন্নবা মতমদা মাগী মখূৎ অনীনা মীৎকুপতং পায়খি-মদু সখীসু খঙই-অদুবু খঙশিন্নদে।

নোক্তুনা হায়রকই 'সে পুখ্রো সে নঙগী শগোল। অদুগা সখী, লৌগে হায়দনা লৌবা নত্তে অদুমদি থাজৌ। মীবু ইতিক খঙহনগে তৌবনি।

মসিগী পাউখুম করি হায়না শীগনি, কবি হায়না নুংঙাইবা ফোঙদোক্কনি-ঙহাক চমন্নখি। মখা তারমদনা অদুম শগোল চিংদুনা থোরকলে অদুবু খুদক্তা করি

খনবদগীনো তন্না শগোল চিংদুনা হন্নকলগা ফিনুংদগী কাঁবনো অমা পুথোক্তুনা পীবগা হায-“সে তামঙ্গী।”

কবিনো খঙদনা মাসু লৌই লুপা ২০০ না শাবা নোট চবুল অমা। মমায ঙাঙখি। হাযবকই “সখী পৈশাবা ?”

ব্লাঙাঙ তাবদা, শকফম উবদা সখীনা মিপাইদবা ঙমখিদে .... কবিনো ঐনা তৌকবিবসিবু লাল্লববা ? .... মানা পৈশা পীযু হাযবদাইনে।

মানা হাযবকই “তাবিবা সখী! মীগী মপোৎ শোকপা যাদে ঐসু খঙই অদুবু মীগী মপোৎ লৌই কবিগীনো হংলক্নু ঐ খুমলোই। যাম্না খঙনিঙববাও ? খঙনিঙলগা হাযবিগে-নুংঙাইদুনা হূবাল্লিবা। ব্রাৎলি হৌজিকসু ব্রাৎলি। মখোযনা হূবদি যাবগা .......এ:, যাম্না ইনাক খুল্লবোইদা নুপীসে। নঙগী পৈশা অসি কৈদৌনৌ হাযবিবনো ঐবু ? পৈশা অসিদি অসুম -হায না শীজিন্নবিগে খঙলববা ?” অসি হাযবগা নোটশিংদো মচেৎ মচেৎ শেগাযবগা সখীগী মমাযদা চিংখত্তুনা থাজিনলকই অদুগা অমুক হায়বকই শাউনা “চৎখ্রো চৎলো...... মবল লৈবা শাবদনা, ইস, শগোলগী মমলসু পীববা শাবি .. ...।”

সখী হন্না ফাউবা যেংলমদনা শগোল পুবগা মখোযগী কোম্লোং য়ৌদ্রি ফাউবা কন্না চেল্লকই। কোম্লোং যৌবদা কযা কুইনা চঙখি খঙখিদে। ঙহাক নুংশাশোব হোন্দুনা পোৎথাই। মমাযগী চৈনাখোল হৌজিক্তা ফাউবকই, মখূৎনা মাদুনা যেংই অদুবু থোইনা শাউকদে। অদুগা খঙহৌদনা হেক উবকই-হৌজিকসু অহকপা থম্মোয অনীগা লোযননা খোংনাং পাম্বীদো তুমিন্না লেপলি। অহক্পা মযেক্তো যাম্না পাকলে-অদুবু নহালব্রাইদি মযেক কযা লাদর্বান।

-এম.কে. বিনোদিনী

# নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী

থ্রবক লোয়শিল্লকপদা মণ্ডায়রি। মতম অদো পূং তরামাথোই তাররিদ্রা? মতম কুইনা নারুবদগী হৌগৎলকপদা মণ্ডায়রি ; ঙসিদি খরা কুইনা নিংথিজনা ইরুজগে খল্লদুনা ইরুজফম চঙবা ঙহাক্তি ওইররিদ্রা ; কোক তুম্বা লোইল্লিক্লে। মতম অদুমক্তদা ঐনা য়াম্না কুইনা তোয়না তারক্লবা খোঞ্জেল অমনা মপান্দা লাউরকপা তাখি - "হো, ইঁতৈমা ইবেম্মা, ঐখোয়গী ইঁতৈমা 'বেম্মবু লৈব্রা ?" ঐনা খল্লি পাপীদু ওইরমগনিসে ! মাগী হৌনবী মীনা ইরুজরমদাই, চাক চারমদাইদা লাক্কদবনি। মাবু ঐনা খঙলকপা অসি ওহোক্লা কুইরে ; ইঁরেকাই মচানি। হৌজিক ফাউবা ইয়ুম ইঁকে পাল্লবা ফাউবা অসিদা মানা ঐবু চেন্নবা অসি লেপ্পা লৈরকত্রি। অয়াম্বা মতমদা নোংথাংগুম লাক্লগা ঙহাক খাক লাউরম্লগা নোংথাংগুম মাঙখিবা মাগী মহৌশানি। ঙসিসু করিনো নেশা অমা পুদুনা লাকপরা খল্লুবদা নুংশাবু থীরুরে।

ঐগীদা লৈবা নুপী অদুনা খুম্বা ঐসু মনুংদগী অসুম তায়। ইবেম্মদি চাইথরিনে ইবুংঙো অসিনচিংবা.....। তাথোক তাশিনগী ব্রা অমত্তা ইতা তাদনা মানা লাউনা লাউনা - কয়া কুইগদোইনো, ঐ অথুবনি ; খরা থুনা লোইবিয়ু হায়য়ু ..... অসিনচিংবা তফিং তফিং অনীদুনা ঙাঙনবা ঐনা অসুম তাখি। ঐনা ইঁতোমতা অসুম খল্লগা নোক্লিঙলম্মী। ওহোকপা মতৌ হায়বা অদুনি। মী অমনা মী অমদা তৌবা দাবী অসিবু কনানা কনাদা তৌবনা মীওইবা ঐখোয়গী অচুম্বা চৎনবী ওইগনি খঙবা ঙমদে। অসিমসু খল্লি ; মীনা হায়নৈ, শামান লেংম্নাল্লবা, ব্রাখল তিন্নবা মী অমগা মী তিন্নরম্নায়াই। অদুবু মাগা ঐগা লৈনরিবা মরী অসি করিনা ওইরিবনো ? মানা কদায়দা লৈহৌবা, ঐনা কদায়দা লৈরিব্রা, কয়াদা খেন্নগ্রবা ! মানা ঐঙোন্দা হেক হেক নৈররিবা অসিবু করম্বা থম্মোয়গী নিংঙাইনো খঙবা ঙমদে। ঐনা মাবু ইপুব্রাগুম পিক্লিঙৈদগী খল্লকই -মতম অদুদি ইচে হায়নসু কৌরম্বনি; করম্বা শরুক্তা

ইঁতৌমা ইবেম্মা ওনখিবসিসু অঙকপনি। হৌগ্রবা ব্রাবীনি। পুন্সী খোঙচৎকী কবম্বা চিথহৌবা লামায়দা মাগী ব্রাবীনা যাওহৌবা ঐনা নির্ংশিংবা থোক্তবে। কুইববগী তুংদা নোংমা শঙ্গায়সেনগী মতৌগুম লাক্লগা ঐগী পুন্সীদা দাবী পুম্নমক পুদুনা লেপ্লবি।

ঐনা থোবককপা মতমদা মকোক মরু ইচাউ চাউবদুনা লেপ্তুনা লৈরম্বী। মমীৎ অনী অদু ঈখেংমুক ঙাঙখবে। কল্লদগীবা তুমদবগীবা খঙবা ঙমদে। ঐগী ইখুৎ অনী অসি তাপ পায়বগা মানা হায়বকই "ইঁতৌমা, ঐগী ইচা য়াম্না কন্না নারে হায়-ইঁতৌমা ইবেম্মগী তাইবুংঙোদি ডাক্তরনি। অমুক্তা চৎহনবীয়ু-ঐগী উপায় অমত্তা তৌবিয়ু।" অসিগুম্না থম্মোয় শোকপা ব্রাহে অসি মঙোন্দগী থোবক্কনি হায়বা মাবু কুইনা তিন্নবদগী থাজবা ঙম্মুদে। ওহ্হোকপনি! নুঙ্গায়বক্তসু চন্দ্রমুখী মশাংলি।

ঐনা হায় "ঙাইখো কৈদৌগে নঙবো - মবাইনা ময়েংজনি। নঙগী নচা লৈ হায়বদি ঐখোয়দি খঙদেনা, কয়া চাউরবা জাংনো ?"

"মদুগী ব্রারী কোন্না শাজগে। ঐগা অমুক্তা হান্না উনহনবিয়ু।"

"নঙনা খঙলিবদু মঙায়, মহাক্তি মতম অসিদা য়ুমদা লৈতে। হোবেন হল্লক্লগা চৎপসু মঙায়দনা।"

"ইশ, কয়া কুইরগা লাক্কনি ?"

পুং অনীবোম লৈবগা লাক্কনি। ঐ হায়বমগে, নঙসু অমুক লাকখো।"

"অদুদি চৎচবগে" অসি হায়বগা হন্না ফাউবা যেংলমদনা থুনা য়াংনা চৎখরে।

মানা হল্লক্লবা মতমদা ঐনা পাউ অসি তম্মী। মাসু অদুম মহায় "মাগী মচাদি কদায়দগী ? মাবু মচা লৈব্রনে ?"

"ঐসু খঙদে, অঙাওবা অদুনা হায়ববু কনানা খঙগেনে।"

..... চাক-ঈশিং চাদুনা ঙহাক পোত্থাবদা মঙায়রি। মাসু চপ চানা হায়নবা মতমদা থুংলরে। অপনবা লৈতনা তুম্ফম কাদা চঙলক্নুনা হায় - "তাইবুংঙো লেঙলসি।"

"করিনো নঙনা হায়রিবা অসিবো ? ব্রা ঙাংনখিসি ঙাইখো। কয়া কুইনা নারবনো করি ওইনা তৌবনো, অমুক্তদি হায়খোদনা। মফম মরাং খঙদনা হেক্তা চৎসি হায়বা অসিবো।"

"তাইবুংঙো ঐসু খঙদে, মীনা তম্বনি। ইচা অদু য়াম্না কন্না নাদুনা শিগদৌবে হায়; নিপাল মাপললিনরোম শুরমালে। ঐগসু লৈমিন্নদে মমাগা সেকমাইদা লৈবনি।"

"অদুদি ফবু ফরম্মনিনে।"

"নত্তে, নত্তে, তাইবুংঙো য়াম্না কন্না নাবা ওইবমাল্লে - চৎপীদবা য়াদে।"

নঙনা হেন্না ঙকখরে। লৈমিন্নদেসু হায়, য়াম্না কন্না নারেসু হেক উবদৌনা মহায। হোয চৎসি, অদুবু পুখ্খায়মুক্তদি ঙাইখোদনা।"

শোষ্টাংননা "ঙাইজগে তাইবুংঙো।" অসি হায়রগা য়াম্না নিঙবা কায়না ফমথখরে। খুদক অদুদা করি খল্লককপদগীনো "অদুদি ঐ অসুৱাইদা অমুক্তা চৎচরুখিগে" অসি হায়ররম্লগা সাইকল তোংদুনা থোকখরে। ঐনদুম শোলহৌই ৱারৌরববা কবিনো। ঐগী নুপানা "কদায়দগী শাউরমগবনো" অসি হায়রগা যাম্না কন্না মমিৎ উইশিন্নবা লাক্করি ! অদুবু ইকুই কুইদনা হায়রকই "মহাকপু ৱাবৌখরবরনে? সে হৌদ হৌগৎচবগে, ঐগী পোৎ-চৈ গাড়ীদা হুপচল্লু.....অদুবু মাবু হন্দি হল্লক্কনিকো....।"

অসুম হায়নবগা ঐখোয অনীমক মাবু যাম্না লাঙতক্কনা ঙায়দুনা লৈখি। ওন্থোকপা হায়বা অদুনি মানা শাউখিবদো ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরনা শাউখিবগুম মিপাইখি।

অসুম্না ঙহাক ঙাইরবা মতুংদা মহাক গাডী থৌজিন্দুনা চঙলকপা উই। ঐনদুম হায় - "ঐদি নঙ শাউদুনা চৎখ্রবোই নিঙলুরে।"

"শাউদেদা, লেঙলসি।" অসি হায়রগা মাগী নাকন্দা য়েপলকপা ময়োম অদুদগী কোমলা অনীখক লৌথোক্তুনা "সে চাবীয়ু" হায়দুনা পীবকই।

চৎলমদাই থোবক্লবা মতমদা মানা ঐঙোন্দা হায়জবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা হায়রকই "ইতৈমা ইবেম্মসু লেঙলুসিবা।"

"হাইমা, ঐদি কবিগী ?"

"লেঙবিফমদি থোক্তে অদুবু লেঙবিনিংদ্রসু নপুৱানি খন্দনা মচৎপীবসু ময়াই।"

ঐদি কনাগসু খঙনদে, চৎসিরনে ?"

"ঐগা খঙনরিদনা। ঙসি তাইবুংঙোগা ইতৈমা ইবেম্মগনা লুনা তৌবীরিবা অসিসু ঐবুনি, কনাগা খঙনবদগীনো ? তৌববুদি লেঙগে খুসি, লেঙলোই খুসি-।"

মাগী ৱা অসিগী মতুংদা ঐগী থোয়না ৱা ঙাংফম খঙলুদ্রে-করিবু হায়না খুমসিবা, চৎসি কদায়, চৎনুসি কদায়। মতাং অসিদা ঐগী নুপানা ত্তেনশিন্দুনা হায়রকই-"সে নঙসু লাক্লোসে, কোয়বোইনা ঙহাক চৎলুসি।"

লমশাং অদুক শাংবা অদো ঐখোয় অহুম্মক ৱা অমতা ঙাঙনদে। মখোয়দি

কবি খন্দুনা চৎলিবনো খণ্ডদে। ঐগী থম্মোযদি মবোল মবী থোক্তবা ব্রাখলনা থল্লমী। অযাম্বদি মাগী ব্রাখলনি। গাডী তোংদুনা চৎপগী যাম্না নুংঙাইবা অমা লৈ, ব্রাখলসু যাম্না যাঙনা খনখি, কবম্বা মতমদা মাগী মচা অসি লৈহৌবা নোংমতা ব্রাবী শাখিদ্রি। মাগী লীশাং থাববা পুক্নীদা কবমনা কবি ওইখিবা ঐনা খঙবা ঙমদে।

মফম অদু যৌববা তুংদা মহৈ মহৈ কুমথনবে। ঐনা হায, "ঐদি অসিদা অসুম লৈবমগে।" মানা খুমলকই "এ কবিগী ? কুম্বিবোইদবা লৈববদি কবিগী লার্কপিবি ?"

মানা যামন্দ্রবনা ঐসু মতুংদা ইনবা নত্তনা অতৈ তৌফম লৈবমদে। শাংলবা লৈবক অমগী খমথেংবা মফম অমদা যেংদৌনা পুমকুপ কুপশিনবা মঙাল যাম্না ব্রাৎপা ইংখোল অমদা যুম মচা অমা লৈবম্বা উখি। ইমুং অদো যুম্বান কযা জুগোৎ চাদমাল্লে; লাইখন তাবা যুম মচা অদুদগী হেল্লদুনা শঙ্গোয-লুকোয থোইনা উবা ফংদে। যেনখাবোমদগী নুপী অহল অমা শুমাংলোমদা থোবকই। মীখোল তাবদা যেংবা থোবকপা ওইবমাল্লে। অহল অদুগী ফীজি পাযদুনা যামনা মযাং কংবী নুপীমচা অমসু তঙক তঙক যেংদুনা লেপলম্মী। অঙাং অদো চহী ৬/৭ লোম শুববিদ্রা ? ঐখোযবু তবাম তৌবগী মহুত্তা ঐখোযবু হেক উবদগী অহল অদো ইমুংলোমদা ফৎ চঙখ্রে। শাউবু শাউব্রা কবিনো। নুপীমচা অদদি তঙক তঙক যেংদুনা লেপতুনা লৈহৌই। ঙহাক মপা মচা যেংনববা তুংদা মানা "ইবেম্মা" হাযদুনা কৌবগা পমখৎলগা হন্না হন্না চুপখি। অঙাং অদুবু কুইনা উনখিদ্রবা মপাগী অচৌবা মথবাক্তা মমায লোৎতুনা লৈখবে। ঙহাক লৈবগা মানা ইকাযদুনা হাযবকই "মাদি ফবল্লেদনা। বাবৌবিনুকো তাইবুংঙো।"

মতম অসিদা ঐদি যাম্না কন্না পি খাঙদুনা লৈবম্মী।

খুমলকই, "ঐনা হাযদ্রা কবিসু কন্না নাবল্লোই। নাববদবু নঙোন্দা তাক্তবা হৌনববা ?"

ঐখোযবু অসুম লেপ্পদি যাদবনিনা ফক শেগাযবা অমা লৌদুনা ফমজবে। মহাক্তি ঐখোয় যাউবি হাযবা অসি কাউবগী মতৌগুম মাগী মযোমদগী ফিগী খোংউপ মচা অদু লৌথোক্লগা যাম্না কন্না মচাদা উপ্পীবা লাক্লবি। ফিবোং মচা অমা যাউবকপদু কিশি কিদুনা ইনবীববা তুংদা পেল্লদূনা হাযবকই-"বস চাবেদনা। ঐগী ইচাগী নাপপু ঐনা খঙদবা হৌনব্রা ? চহী চামা উনদ্রবসু অদু মঙায।" অসি হাযবগা ঐখোযদা যেংঙদুনা নোক্লম্মী। অদুগী তুংদা বিস্কুট টিন হাংদুনা পীজবা হৌবে। কযাদা নুংঙাযখ্রবা মপা মচাগী কুম্মৈনো। ঐখোযসু কুম্মৈ অদুগী মযায়না মহাক্কী

তাইবঙপান্দা ঙাইহাক য়াউরুরে। কয়া শাংনা মতম অদু লেনখিবা নিঙশিংবা থোক্তে অদুবু থম্মোয়দদি মমা ওইবগী নুংশি ইপোম হৌরম্মী। অতৎ অথম লৈতনা মপা মচানা ৱারী শারি। মপা মচাগী হৱাউ মিনোক্লা মাঙ্গোল অদু পুম্লিন নিনখরে। মতাং অসিদা ইমুংলোমদগী মৌনহা চহী ২৪/২৫ শুবী বামেনা থোরক্নুনা অঙাং অদুগী মখুৎ তাপ পায়দুনা চিংশিনবা হৌরক্নে। মানা ইকাইবোই করিবোই ঐখোয়দা হাইফেৎ য়েংদুনা হায়রকই-"মসি ঙাওমাল্লেনহে, ডাক্তর লাক্লিবসি উদ্রা অঙাং য়েংহন্নবা তৌবনি .....।"

মৌনহা অদুনা হায়রকই "নঙবু লাকপিয়ু হায়বগে, পংঙাং ঙাঙজনু ডাক্তাব মমাংদা চোপচনি।" অসি হায়রগা অঙাং অদু চিংশিন্দুনা ইমুংদা পুশিনখবে। মতম্বাক্তগী বিস্কুট ইচায চাইনা তাহৌই। মানা নোক্নুনা ঐখোয়দা য়েংলগা হায়রকই- "শাউরবিনিকা হায়দনা তৌরিবসি উবিবববা তাইবুংঙো? ঙসিসু ময়াম য়াওরমদ্রবদি মথরায়দা খাকপমখৈ ফৃগদবনি .....।" অসি হায়বগা লৈপাক্তগী বিস্কুট অদু খুন্দনা ফিশাফাল মথাক্তা থনম্লগা মাঙ থাদুনা থোকখবে। ঐখোয়সু অদুম থোরক্নে। মসিগী মতুংদা করিনা ৱাহৌদোক ওইদুনা ৱারী শাগনি। অদুগা খঙনিংলম্বা পূম্নমক পূমঙাল ঙালনা উরকই-অদুগা হৌজিক্কী ৱাটরলুগী লানফমদা কনানা লানঙম ফিরাল পায়খিবা ঐতদি তশেংনা খঙলকই।

\- এম.কে. বিনোদিনী

# ঐ নহোয় চংঙরোইয়ে
# ইমানা য়াদে

[ খাইদেম প্রমোদিনী দেবী : (পোকপা) ১৯২৬ কাকৈখেল খোকচেম লৈকাই, ইম্ফাল। বি:এ:, বি:এড: নি, ৱারীমচা, শৈরেং, লীলা ই। ৱারীমচাদা - "পূন্নি মৈরা" (১৯৫৮), "পলেম লৈপাকলৈমা" (১৯৮৪), শৈরেং - "কবি তর্পন" (খোমজিনবা ১৯৫৫), "খোঙ্জেলী মঙলান" (১৯৮৩), "লোইজীং লোইরা শৈরেং লৈ" (১৯৮৪), "থিঙেল লাইজ ঈরাওখোল" (১৯৮৪), লীলাদা - "লাংলেন থাদোই" (১৯৮৪), "মহালক্ষ্মীগী খুৎপায়শেল" (১৯৯০), অতৈ ৱারীদা "নুজা ফিদম" (১৯৫৮), "লৈমরোল" (১৯৫৮), "নুরা য়াইথিংকোনু" (১৯৯০), "খুমন খৱা" (১৯৯২), "তোকপুংগী তেরা পাম্বীদা শাংপা মৈবুল" (১৯৯৩), লমকোয় ৱারীদা - "হাইক্রেসাটকী কুলী নুপী" (১৯৯১), শৈরেং - ৱারেংদা -"হেলোই হেলোই মীহেলোই" (১৯৯১) অসিনচিংবনি। ]

মণিপুর সনালৈবাক অসিদা ইনাক খুনবদা মমিং ওথাক চংলিবা নুপা অমগী ইমুংনি। থাজৈশেংবা মমিং মথা য়ুম্নাক শাগে লৈকাইনচিংবদি পনজররোই। য়ুমদু পাক্কাই দলাম্নি। মথোল অনী। মমাঙ শজোই চাউই, কাং শান্নবা য়াই। মথা শজোই অদুসু চাউই চাকলুক ১০০ রোম থাবা চল্লি। লৈকাইগী চাকচা হৈজানফমনি। মন্ত্রীশিংগী চাকৌফমনি। মীতিনফম্নি। জীপ, কার, ট্রাক হৱাগী জাং শুনা লোই। মনীংথংবদা কৌগে অচৌবা অমসু লৈ। অৱাং থংবদা লৈবা শঙশাং পরেং অদুদি

গাড়ী ময়ামদুগী থমফম্নি। মীফম কাদুসু চাউই সোফা সেট ৩/৪ থাবা চল্লি। মীফম কাদু থুংনা ভেলভেটকী মোন মোন লাউবা গালিচা থাই। গালিচা মথক্তা সোফা থাই।

থংনবদা ইংখোল অমা লৈ। ইংখোল অনীদু চাউবা হাইফেৎ মান্নবা উই। ইংখোল ফজনা কোই। ইনশাং নাপী, হৱাই চেংৱাই, ফজনা হৌই, শংত্রিক শং লেক লেক। ইংখোলসে ফজনা কোইখ্রেদা ময়াম্না য়েংনৈ হায়নৈ য়েংউনে, খোংক্রম, থবী মতুম মতুম য়াম্থ্র য়াম্থ্র পাল্লিসে। ইংখোলদুগী চিদাই ওইরপ্পা মোইরাং লাইজী পাংবদা মনখ্রবা ৱানা শাবা, ই কুপ্পা শেগায়রবা শঙ্গোই অফৈবা মচা অমা লৈ। কুমশি শজিবুগী নোং নুংশিৎ লাকপদা পুখিবসু য়াবা শঙ্গোইনি। ৱাগী য়ুম্বী অনীনা ঙাক্নৌ ওইদুনা ঙসি ফাওবদি শঙ্গোই অমনবদো লেপ্লি। ইংখোলদুদা হৌবা ইনশাং নাপী ঙাক্লিমাল্লে।

অৱাং থংবদা লৈরিবা ইনাক খুনবগী ইমুং অদুদি করি অমুক হায়রুনি কোনুংনি কোনুং। ইমুংদুগী মীফম কাদা খিল্লি অচৌবা মচুগী টি:ভি: অমা। গালিচা মথক্তা চহী ১১/১২ রোম শুরবী নুপীমচা অনীখক লেঙ্গোন্নবা ফম্মিন্নদুনা টি:ভি: দা উৎলিবা সিনেমা য়েংলি। য়াম্না থৱায় তানা য়েংলি মকা লাম্না নোক্নুনা অঙাংগী থৌরমগা ওইবনে। তানজা অদুদা মশা নানখ্রবা নুপা অনী কার তোংদুনা লাকই। মীফম কাদা চঙলকই। নুপা অমনা হংঙি-

মেম্মা ! নঙ পাবুং হল্লক্ত্রিবরা ?

নুপীমচা অনীদুগী মরক্তগী অমনা খুম্মকই-হল্লক্ত্রি।

পাউখুমসি পীরগা অঙাং অনীদো টি:ভি: রোমদা পূক্লিং থিংজিনখি।

নুপা অমনা - ঙসাই হায়নবদুবো পুং মরিমখায় দগীনা মঙা ফাওবগী মনুংদা শোয়দনা য়ৌনরকসি অহানবনা ঙাইনসি হায়বা নত্রনে ?

মান্নি। অদৌ কৈদৌরগে ? নুপা অমদুনা খুম্মী।

অমদুনা ওক্লকই - অদুদি ঙহাক ঙাইরসিদনা।

শকহেনবী মী লাক্নুনা ফম্মী হায়বদু খংনীং নীংশিংল্লক্নুনা - "ইমা ! ও ইমা মী লাকএ" অসি হায়রম্মগা টি:ভি: দা অমুক পূক্লিং থিংজিনখি।

শকহেনবীনা কৌবা তাবদগী মমা ইবেম্মা কেবীসনা লেঙথোরকই-হাইমা ! য়াম্বুংগা তাইবুংঙোগা ওইরে ঐদি মীতোপ কনা কনা ওইরবোই খল্লুরে। মহোয় পাবুংসু হল্লক্লনিয়ে তাইবুংঙোখোয় লেংঙকঅদি ঙহাক্তা ঙাইবিরম্মু হায়রম্মীনে। ঐ চা নুংকা অমুক্তা হোৎনজরকখিগে য়াম্বুংগা তাইবুংঙোগী। লেঙশিনবীয়ুকো।

করিমতা হঙ্গোইবিনু। ইয়ুমনি হাপ্পনা হেক খন্দোকপীয়ো।

নুপা অনীদুনা খুম্মী-য়াজরে। খানবনি চা নুংকা তৌবিরকনুদা। য়াজরে য়াজরে।

কেবীসনানা খুম্মী-হে: ওহোক ওহোকপা তাইবুংঙোগা য়াম্বুংগা লেংঙক্লগবু কবিগী? কেবীসনানা ইমুং চঙগে হায়দুনা মমায় হেক ওহোরকপদা শকহেনবীগা য়াইফবীগা অনীনা লেঙ্গোম্নদুনা ফম্মিনরগা টি:ভি: য়েংদুনা লৈরম্বদু উই।

কেবীসনানা হায় - হায় য়াইফবী নঙদি সিদা কৈদৌরিবা?

শকহেনবীনা খুম্মী - টি:ভি: য়েংঙ্ঘিয়ে।

কেবীসনানা - নঙবু নত্তেনে। য়াইফবীবু হায়রিবা। চৎলো চৎলো য়াইফবী নমা কৈথেল কুম্মকঅম্মনি।

অসি হাযবম্মগা সনাইবেম্মা কেবীসনাদু ইমুং চঙখি। ওহাক লৈরগা চা পুদুনা থোবকই। ফম্লিবা নুপা অনীদুদা চা পীবম্লে। অদুগা অঙাং অনীনা ফম্লিবা অদোমদা চঙশিনখিদুনা - হায় যাইফবী নঙ লৈবম্মী। হৌজিক ফাও চৎত্রি। চৎলোনে থোকপ্রো চৎলো।

য়াইফবী শকহেনবী অনীদি মমানা হাযরিবদু মখোয়গী মনাকোংদা চঙদে। টি:ভি: দা পূক্লিং লুপ্লী। মখোয়গুম্বী অঙাং ঙাক্তনা শান্নবা লীলাগা ওইরে।

কেবীসনানা খোল খবা কল্লপ - মসি অঙাংসে মনা ওহোক্লা কনপ্রেদা। হাযরগা যাইফবীগী লৱাইগী মশমদু তাপ পায়রগা লাক্কুনা চিংখৎলি। অদুগা ইনবোই চিংবোই তৌদুনা মপান্দা পুথোকখি। শকহেনবীনা মতুং ইন্নখি।

ফম্লিবা নুপা অনীদুগী মরক্তগী অমনা "যেংজসনুদা সনাইবেম্মা অঙাংনিনা অঙাংগী থৌরম ওইবদুদা য়েংজনীংদুনা মতৌরিবনি।"

ৱাহৈসি তাবদা কেবীসনা ইকাই নুংশি য়াম্নখি। মপাল থেক্রকগা ইকাইবদুগী লমন খুম্বা ওইনা অঙাংদা তাইনখি।

কেবীসনানা চৈ থাংঙি, হায় - হায় লাইর চুত্তৎনবী, লমজা শরাই মচা, ইকাই খঙদবী পীতৎ-পাতৎপী নঙনা নফি নরোলদি ইমোৎ হেক য়োংলনা, মায়োক্লবদা হাকথী খনবা ফি শেৎলগা নঙনা সিদা চঙঙইবু করিগীনো। অচৌ অশাং মীয়ম তিনকম অসিদা হেক্তা লাক্কুনা ফম্নরিবা করিগীনো হায়রবা। মীগী মমাঙদা ইকাইজেনে। খঙব্রা মতুং মনাও খক চঙঙক্লনুকো। হায়রগা অঙাং নুপী মচা য়াইফবীগী মখজাই মাকন অনীদা ওন্না ওন্না খুবাক্লা শেৎ শেৎ থাম্বিল্লি। মঙক লাক ইল্লি। য়াইফবীনা অয়ো ইমা শিরে শিরে হায়দুনা কপ্পুনা মমুমদা চেম্পখি।

কেবীসনাগী মচা নুপী শকহেনবীনা থোঙজিনদা লেপ টি:ভি: দা অমুক য়েং য়াইফবীনা চেনখিবা মায়কৈদা অমুক য়েং, মমীত্তা ঈরা চেল হীক-হীক কপ্পুনা লৈহৌই। মমা ইবেম্মা কেবীসনানা মচাবু খানা য়েংঙম্ন, ইমুং চঙখি ফি-ফি কামদুনা। ঙহাক লৈরগা শকহেনবীসু ইমুং চঙখি।

শকহেনবীনা মমাদা হায় - ইমা ! ইমা নঙনা য়াইফবীবু ফুদুনা তানবিথ্রিবা করিগীনো হা ইমা। মাদি টি:ভি: য়াম্না য়েংনীংঙি হায়বনে। মাবু ইমানা য়েংহনদ্রিবা করিগীনো। মহোয়গী লৈজদদুনা তৌবনে। মাসু য়েংজসনো কৈদৌগে ইমা।

কেবীসনানা খুম্মী - তুমিন লৈয়ু তানীংদে। নঙসু খুবাক চানীংব্রা ? অচৌ অশাং মচা মান্দেনহে নঙবো।

শকহেনবীনা খুমজে - ঐখোয় অনী ৱারী শা-শাদুনা য়েংমিন্নবা নুংঙাইনে খঙব্রা ? ঐগী ইমান্নবীদি মা নত্তদি লৈদি লৈতনা। কনাগা তিন্ননি। য়াইফবী কৌরুগে ইমা !

কেবীসনানা লাউহংতুনা হায় - করি ? করি হায়বা ? নতোমতা য়েংবা য়াদ্রা ? লাঙ্গর চুতৎনবী, মফি মরোলসু নীংথি নুংঙাইনা শেৎ চাদবী লমজা শাবা মচাসিগা করিগী তিন্নদৌবিবনো ? নঙ পাবুংগী মমানবা অঙম অঘৌশিংসিগী মমাঙদা নঙগী নমান্নবনি হায়দুনা পুথোকপা ইকাইদ্রাও নঙবো ? মহোয়না সোফা ফম্বা য়াদেনে মোৎলিনে উফুলনে ৱাইফুলনে। ভাব তাউনে অঙাং নঙবো। মফি মরোলদি কয়া মোৎপ্রে। উফুল ৱা ৱা হেক হৌরদনা।

শকহেনবীনা - ইমা ! য়াইফবীদি সোফাদা অমুক্তা ফমদেনা। মাদি সোফা ফম্বা হৈনদে নোম নোম কোক ঙাউই হায়নে। ঐখোয় অনীদি মখাদা ঙাক ফমদুনা য়েংবনে ইমা।

কেবী - হী: ই মী কনখৎপকাদি হৈবীরেনে। নঙদি খঙঙিরোইনে অপঙনিনা। মাদি মখোঙ মখুৎ হামদেদো, খোংউপসু তোংদেদো। মখোঙ অমোৎপদুনা গালিচা মথক্তা কাদুনা ফম্নবদি গালিচা মোৎপনে। ইমা শিৎপা শেংবা, য়াম ৱাই ঙমজদেয়ে। তুমিন লৈয়ু ইমা তানীংদে অঙাং নঙনা করি খঙঙদনা চৈদুম চানি। হায়রিসিনিকো হয়েংদগী নঙ মাগা তিন্নবা য়াদেকো। খঙব্রা ?

মমানা য়াইফবীগা তিন্নবা য়াদে তাবদা মথৱায় য়াম্না নুংঙাইতে শকহেনবীদো কাচিন্দা ওনশন্দুনা সুৎ সুৎ কপ্পি। মচানা কপ্পদু তারগা "করি চাগে হায়দুনা কপচশারিবা মিনুংশি চাউবী" হায়দুনা মমানা চৈহৎলি। "অদু অদা খঙদে য়াইফবীগা নঙগা তিন্নবা সুকয়া য়াদেকো"।

... ... ... ...

অমবোমদা যাইফবীনা কমদৌবিবা ? মশম লাক্তুনা চিংবিবদুদা মকোক্তু নাবনে। তনৌ তনৌরিবী অঙাংগী মখজাইদা তিংখৎতুনা খুবাক্লা শেৎ শেৎ থাখিবগী চৈনাখোলনে অদুগীসু মথক্তা নুংঙাইনা অঙাংগী থৌরম টি:ভি: দা য়েংজরম্বা অদু খাংতপ্তা তাম্থোকপীরকপগী নুংঙাইতবনা ফমুংদা ফমদুনা হীক-হীক কপ্লি থব্রায় শোক্লা।

মমা কৈথেল কুম্মক্লে। ব্রানা হনজবকপনি ইনশাং নাপী য়োনবা কৈথেল কারুবদৈ। মচানা থব্রায় শোক্লা হীক-হীক কপ্তুনা লৈরম্বা উবদা কয়াদি নুংঙাইখিদ্রে মমাদো। কনা লৈজদ্রবী লুখ্রাবীগা ওইবে। মচাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মকোক্তা নার্নবিবগা হংঙি - ইমাগী ইবেম্মা ! যাইফবী ! কৈদৌরবগে নঙবো ? মীগা খৎনকব্রা ? করিগী কপ্লিবনো '

কপ্লা কপ্লা যাইফবীনা মতেক মতেক ওইবা ব্রাহৈনা খুমজে - শকহেনবীগী মমানা ঐবু ফুবকইবা ! শকহেনবীগা ঐগা টি:ভি য়েংলিঙৈদা মমা হিংচাবীদুনা ঐগী লব্রাইগী শম পাযদুনা চিংখৎলিবা অদুগা খজাইদা খুবাক্লা শেৎ শেৎ থাবিবা অদুগা লুশমদা ল্যাক্তুনা মখোয়দা চংঙক্কনু হায়দুনা ইল্লকপা অদুই নুংঙাইতদুনা কপ্লীবা।

মচাই ব্রাদু লোইফাৎত্রিঙৈদা মমানা মচাবু ফমুংদৈ চীংথরগাঐসু য়াওনা ফুখিগে ময়াংলেন্দা খুবাক্লা শেৎ শেৎ থাজিল্লি - লমহেনবী, পীতৎ.পাতৎপী, অচৌ-অশাংগী ময়ুমদা চঙঙুনু হায়দ্রাও। মমা ঐনা হায়বা ইন্দবদগী ননম তৎলেদো। মমা হিংচাবীদুনা মচা নুপীদুবুদি ফুবিবোইনে। নঙোন্দদা ফুরকপা ওইরিনি হায়বা।

লময়ায়দা থরো থরো ওন্দুনা চৈনা খাংলিবী য়াইফবীনা মমাগী ব্রাদু তাবদা কপ্লা কপ্লা খুম্মকই - শকহেনবীদদি ফুদেয়ে। ঐঙোন্দদা ফুবনে।

মমানা খুম্মী - অদুনিদনা অচৌ-অশাং ইনাক কৈরাক খুনবদি মচা মশু ফুবা হৌনদে। মীগী মচা ফুবদি মখোয়গী হৈনবী। হয়েংদগীদি নঙ শকহেনবী খোয়দা চঙঙুনুকো। হায়রগা মমানা মচা য়াইফবীবুনা লৈবাক্তগী হৌগৎপীরে। অদুগা মথাদা চেৎনা কোনশিল্লি - ইমাই লাংলেন য়াইফবী। হায়দুনা মমা-মচা চেজেৎ কোন্নরগা ও খোংনা কপমিন্নৈ।

... ... ... ....

শকহেনবীগা য়াইফবীগা অনীসি য়ুম হেক থংননা লৈমিন্নবনি। খল্লিবা হায়ববু

খোংবাল মচা অমতংগা, তিংখং তারাগী ব্রাংনা কুংনা খারিবা অদুতনি। শম্বল মনাক্তা লেপ্তুনা অহোবদা য়েংলগা শকহেনবীনা য়াইফবীবু নুমিৎ খুদিংগী কৌই মমা লৈতবা তানজাদা।

শকহেনবীনা কৌবকপবু তাববদি য়াইফবীসু হেক্তা চেম্থোরকই।

শকহেনবীনা হায় - ইবেম্মা নঙ লাক্তবসে ঐ যাম নুংঙাইতেবা। ঐ টি:ভি: সু নীংথিনা য়েংদ্রে খঙঙবা। নঙদি য়াম চাউথোকই ইবেম্মা খঙজরে। নঙ লাকও টি:ভি: য়েংসে হায়বা। সে লাকও।

য়াইফবীনা খুম্মী - ইবেম্মা খঙঙবাও ঐখোয় ইমানা য়াদেয়ে। নহোয়দা চঙঙুনু হায়নে ইমানা। নহালদি নহোয় ইমানসু ঐবু ফুই অদুগা ঐখোয় ইমানসু অমুক ফুই। য়াম নাইনে খঙব্রা ইবেম্মা নঙবুদি ফুদবনিনা নঙদি নারম্মোইয়ে ঐদি নাইএ।

শকহেনবী - অদো নঙ শাউবনোইবা। নখোয় ইমাগা ঐখোয ইমাগা লৈত্রিঙৈসিদা ইবানী তুমিন্না য়েংহৌরসে লাকও হায়বা। সে লাকও।

য়াইফবীনা - ঐবুদি য়াম লাকনীংঙে। অদুদা নহোয় ইমানা উরবদি তান্নদুনা নহালদৌনা ফুরক্কনিয়ে কিজেনে খঙব্রা। ঐখোয় ইমানা নহোযদা চঙবা সুয়া য়াদে হায়নে।

অসুম্না অঙাং নুপীমচা অনীসে শম্বল ব্রাংমা ব্রাংমদা লেপ্তুনা শম্বল অহোবদা য়েংনা য়েংলদুনা তক্তুনা বারী শানৈ। অহল লমন্দনি উনবা য়াদবা। নোংমা শকহেনবীনা শম্বল অহোবদা খোঞ্জেল ব্রাংনা কৌই - হো যাইফবী নহোয ইমা কৈথেল কুম্মকঅবরাও।

য়াইফবীনা খুমলকই - কুম্মক্রিয়ে।

শকহেনবীনা - ঐখোয় ইমাসু শাবুংগা লুহোংবা অমা চৎপ্রি। কনামতা লৈদজেয়ে। টি:ভি: দা সিনেমা নুংঙাইবা অমা তৌরিয়ে য়েংসি লাউ হায়বা। নহোয় ইমাসু ঐখোয় ইমাসু লৈত্রিঙৈসিদা য়েংহৌসে। লাকও।

য়াইফবী - ঐ য়াম্না য়েংনীংঙে হায়বা অদুদা ইমানা নহোয়দা চঙঙুনু হায়নে। ইমা কৈথেল কুম্মকপা মতম য়ৌরে। ঐ চঙব্রগে ইমা উরবদি চৈনিয়ে। শকহেনবী নঙ শাউনোইবা কো। ঐ চৎলে।

হাম্মরম্মগা চোং চোংদুনা য়াইফবী মখুমলোমদা চৎস্রে। চোংজবক্তনি মমীত্তদি পিগী [illegible] চৌত্রি। [illegible] লৈতবনে তৌফম খঙদদুনা মমা মচানা লৈজরিবা শজোই [illegible] য়াদ্দুনা [illegible] নাচু শান্নরি

মরক মরক্তা হুরান্দুনা শকহেনবীবু য়েংলি।

অসোমদনা শকহেনবীনা মাগী মরুপ য়াইফবীনা তৌরিবদু মিৎ কুপ্তুনা য়েংলি। শম্বল অহোবদা লাম্থোক্লগা য়াইফবীদা পীজগে হায়দুনা শকহেনবীনা অচাপোৎ ময়োম মচা অমা পুরকপনি। মবানি ব্বারী শান্নরিঙৈদা কাউথোক্লুনা পীজহৌদ্রে। শকহেনবীনা অচাপোৎ ময়োমদা অমুক য়েং য়াইফবীদা অমুক য়েং লেপলি শম্বল মযাদা।

খঙহৌদনা মখোল হৌনা শকহেনবীনা - হো য়াইফবী নঙ মুক্তা সিদা লাকখো লাউও। সে সি অমুক্তা লৌরখো হায়বা।

যাইফবীনা - শকহেনবী নঙ ঙসিদি শাউরনোইবা। ঐ নহোয়দা চঙঙরোইয়ে। ইমানা য়াদে। শাউনোইবা কো হীক হীক কপ্পি, মপি তৈথোকই।

শকহেনবীসু য়াইফবীনা মপি তৈথোকপদু উই। মাসু কপ্পি। নীংবা কায়রদুনা শম্বল মযাদা লেপলি শকহেনবী। যাইফবীনা শান্নরিবদুদা অমুক য়েংঙি অচাপোৎ ময়োম মচাদুদা অমুক যেংঙি। মুন্না মুন্না য়েংলগা পিগী ঈরা শিঙ্খু হীক হীক কপ্পি।

- প্রমোদিনী

# শেগায়খ্রবা দলিল

[ হিজম গুণ সিংহ : (পোকপা) : ১৯২৭, কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল। বী.এ. নি। মতম শাংনা সেসন্স জজগী কোর্টতা এডমিনিষ্ট্রেটিভ ওফিসাব ওইনা থবক তৌবম্মী। উপন্যাসকাব অমা ওইনা হেন্না শকখঙনৈ। ব্রাবীমচা অমদি সমালোচনাদসু মহাক্কী অচৌবা দান লৈ। ব্রাবীমচাদা - "ফিজং মকমদা", "লংজিন মাঙখ্রবা কিশি", "খদাংগী শমত্রু", উপন্যাসতা - "লমন", "খুদোল", "ঐখোয় তাদা", "অবোইবা পাউদম", "বীব টিকেন্দ্রজিৎ বোড", "ইপাম মৈহৌবে", শীংথানবা ঙাক্কী। "খুদোল" দা যামিনী সুন্দর গুহা গোল্ড মেডল (১৯৬৩) ফংখি। ১৯৮৩ দা "লংজিন মাঙখ্রবা কিশি", দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী এব্রার্ড অদুগা ১৯৮৫ দা "বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড" তা সাহিত্য একাদেমী এব্রার্ড ফংখি। বাঙ্গঁলা সাহিত্যের ইতিহাসকী মণিপুরী অনুবাদকীদমক সাহিত্য একাদমী মনা (অনুবাদকী) সু ফংলে। ]

মেবা লৌখোমলকপা তাঙ্গানি, অশংবা ফৌনানা লৌবুক্কী ফজবা হেঙ্গৎহল্লে। য়োৎলৈ নোংথাং শাখিবা খুনগী খুঙ্গা পুম্নমক মপৃক্লিং লুমনবে। কালেনগী নুংশানা থবাক মৈশা লাং লাইববা মপোক্তা পোকপগী অব্রা মৈচাক কযানা থনুংগী মৈশা ওই মতম কোঙ্গাই অব্রা হকশোক লাংখিবা, অনৌবা ফৌনাগী জগোয উবদা পৃক্লিং হকচাং ইংনবে। অসিগুম্না তাঙ্গাদা নোংম্না চাউতোন মশামচানা লৌ য়েংউসি হাযনা কৈনৌ লৌকোন্দা চৎলমই। ফজবে মখোয়গী লৌফম, চবোং চুম্নবা ফৌগী চবোং চয়োংনা ফৌবান পান্দোং খুদিংদা শাবান চুম্বী শানৌশিংনা থাদক্কী মচাশিংবু

থাবোইনদুনা নাওথেম্বগুম হায়না হুম্না শান্নবি। উরগা চাউতোন্না মচাদা ওনশিন্দুনা হায়বকই, "উরেদনা তোম্বা ঐখোয়গী ফৌ মপাম্বীশিং অসি। নহাক্না নহাল ইম্ফাল কারগা ফজবা ফুরিৎফি লৈগনি হায়বদু কুমশিদি ইপানা শোয়দনা লৈবিগনি। মদু হেক তাবদা অঙাং ওইরিবা মচানা মমানা হায়খিবা নীংশিংলক্তুনা অসুম্না হায়রকই, "পাবা ঐগীদি লাইবু লাইরি ঐখোয় ইমাগী ইনফি অমা লৈগনি হায়বদু! নহান নিংঙোল চাক্নৌবদা অফবা ফি ইন্নিংঙাই লৈতে হায়দুনা ইম্ফালদা অবোক হোয়দা চৎখিদবদো।" চাউতোন্না নোক্লদুনা হায়রকই, "অদুদি ইন্নফি লৈতবগী নত্তেদা, মশা ঙমদদুনা চত্তবনি।"

"ঐসু তাহৌই নহাক্না ইমাগা ঙাংনবদো। ইন্নফি ইন্নিংঙাই লৈত্রে হায়রবদি ইকাই হকচাং ঙমদ্রে হায়না পাউচেনখিসি হায়নবদো। ঐহাক অবোকহোইদা চৎলগা খ্বাইরম্বন্দা কাদুনা বাইস্কোপ য়েংগে খল্লম্বনি। ঐগীদি হাক্লমগী ফুরিৎ অসি খবদি শেগায়রে হায়ববু লীৎপদি যাবি, ঐদি ইকসু ইকাইদে, ইমাদি য়াম্না ইকাই থীগল্লি, মাগী হান্না অমা লৈবিখো।"

মচানি হায়দুনসু তোম্বনা হায়রকপদু তাবদা চাউতোন ইকাইদবা ঙমদে। অঙাং অদুনা হায়বিবদু অচুম্বনি। ময়ুম পাল্লবী নীঙোলশিংগীদি নীঙোল-চাক্নৌবা হায়বসি অখন্নবা নুমিৎ অমনি। কয়ারকসু চৎখিসনু মপামদা নীঙোল-চাক্নৌবা নুমিৎ অসিদা সনা লমজাউ সোরোক অসিদা নীংথিনা শেৎ-চাদুনা মপামদা চৎনীংদবা করম্বা নীঙোল লৈবমগদগে? অদুগী মথক্তা অপাম্বীদি ইম্ফালগী ময়াই থোকপা য়াইস্কুলগী নীংঙোন্নি, অসুম্না অসুপ লাপ্পা কৈনৌগী খুন্দোন অসিদা ময়ুম মকৈ পাল্লগনি হায়বসি মহাক মশাদি লাইরদুনা কনাসু থাজরমলোই। কৈনৌদা লৌতাংবনি ময়ুমদি সগোলবন্দনি হায়দুনা মনেগী য়ুম অমদা য়ুমদাংদুনা লৈরম্বদগী চাউতোনগী মফমদা অপাম্বীবু থাজরকপনি। চহী ওল্লকপদা নোংমা নীনি অহল লমন খুরুম্মুসি লাকপদগী কৈনৌদা অসুম্না লৈখিবনি। লাইবক্তা তম্বা হায়বদি য়াই হায়ববু অপাম্বীনা মদু পামলমদে। থীন্দনা মখোয় অনীগী লৈপুন্দা লৈশাৎ তমলে তাইবংপানগী মপুগী খুদোন্নি। অসুম্না লেল্লকপনি অপাম্বী।

কেনা মৌনা হৌজবী, শেৎলি চারিবমখৈ পকচবী অপাম্বীনি। অদুগীসু মথক্তা মপুরোইববু নীংজবী অপাম্বীনি। মনেম মকুগী সেবা নিংথিনা তৌই; সহুরদগী লাকপনি হায়দুনা মকুগা মনেমগনা লৌবুক কুমহন্দে। অদুবু মদুদা অপাম্বীদি পুক্লিং পোখাবদি ফংলমদে, হকচাং মখৈদি পোখারমগনি। য়াদ্রে মমৈদা মনেম মকুগীবাদু, মপুক্লিংগী পোখাফম ফংনীংলে, মমান্নবীশিংগী মতুং ইন্দুনা পাত্তা, লৌবুক্তা, চীংদা

চঙুনা মাগী মথৌ তম্বা হৌগৎলে। নৌববী মথুৎ অনীদু কয়া পোপগোকলমই; মখোঙ মথুক্তা কয়া যাৎলমই, কোক্কা মোনগমক তাইনদুনা অমা শঙ্গমদ্রবসু মতেক মতেক কয়াবক মশা গুমদদুনা লৈবমই। অদুবু মানা ঙমলমই মমৈদা অসিগুম্বা হৈন্নদবা পৃমমক। মাগী মতৌদু উবদা নোংমা চাউতোন্না হাযবমই, "অপাম্বী নহাক্কা অসুপ বানা হোৎনবিবসিবু ঐখোযবু ইকাইহল্লিব্রা? নহাক্কা নোমদ্রবসু অসুম্মক চাগনি। মখোয়গী অখোকহোইনা উবগা ইচাবু শা-শনদৌনা শিজিন্নবিবা অসিবু শল ওইনা শনশান লৌদুনা শাল্লকপবা হাযবগনি কৈদৌবগে নঙবু।" অপাম্বীনা খুমলমই, "শলশান পীবগা শাল্লকপা ওইববদি শলশান তমজন্নকে হেক হায়যু। মগুনা ময়ুমগীদমক নোমজবগী অশানমন চঙদে হেক হাযবগা লোইবেদনা।" হায়রগা অপাম্বীনা খুতক তারবী মমীৎ অনীনা মপুবোইবদা যেংলগা পোখ্বা পোখ্বা নোকখিবদু হৌজিকমক উবগুম খল্লকলে চাউতোনগী মপুকনীংদা। ইকাইবমই মচাগী মমাঙদা। অদুবু কমদৌনি, নোংমা সনা সঙ্গাইগী যাইফবা নুপাদু লাইবা মবক তিন্দুনা মীগী পৈশাবালী চৎপসু কোঙ্গায মযাওই। ঙম্মা নীংশিংলকলে মপুক্লিংদা চহী অমা থংনা থংননা অহানবদ্যা মপা অদুদগী মমা লৈখিদবা, মপা লৈতবা হাকতক্তা অবৈবা ফৌচেঙ তাইদুনা কর্ম্মগী লাঙখৎপদা কোন্নদদুনা মীঙোন্দগী শেনদোয চাউনা পুদুনা কর্ম্ম তৌখিবা অপাম্বীগী লীক কোল কাযদুনা অবাৎ অপা কয়া মেন্নখিবা। খুদোংথিবদি নাইতোম খক চত্তে। মপা লৈতবদগী মমাগী মপাঙ্গন খংশোন শোম্বখিদুনা চহী অমা চুপ্পা অনা লাইকন্নে। ওল্লকপা চহীদা মপাগী ফিবোয় হেক লোইবগা মমাসু অমুক লৈখিবমদে। খুঙ্গংগী কাবক মচিঞাক চাজবা ইমুংনি, নুপী ওইববসু মমা লৈবিঙৈদদি খববু মীনা হঙ্গোইনা লোইনবী। মমাগী কর্ম্ম অসিদদি শেন্দোয চাবা মাবু লুনদি তৌবিবা মী কযামুক চোংথোকলমই। ফজেগা ফজদেগা হাযদুনা লৈজবা মখে কোক কোক কোকনা কর্ম্ম অসিদা চঙহল্লমই। খুল লৈকাইনা ঙাংনৈ চাউতোন-মাগী শোবাৎ অদু চাউনা শোনখিদা কৈনৌদা অদুগুম্না শোনবা শোবাৎ অমুক থোকলক্কনি থাজদ্রে। অসুম্না লোইখ্রে। হাক্তক অসিদা পুখিবা পৈশাশিংগী মৈশাদি নোংহেক ঙানবগা ফাওবকলমই। চাউতোন মথক্তা পোকপগা চাবা শেৎপা কযা বাৎতনা হৌবকপগা অসিগুম্বা মৈচাক ফংলক্ত্রি। অদুগী মথক্তা পৃংজা খৃদিংগী ওইনা শেল থৌববগী অশাবা বাহে বাতাশিং অসি অপাম্বীনা তাবগা হৈনখিবোই হায়বসি মহাক য়াম্না কিবমই। মহাকথক্কী সহবদা পোকপী মহাক্না খুঙ্গং অসিদা য়ৌবকলে হৌজিক অমুক অসিগুম্বা অবা মৈশা অসি লাংহনবা মহাক পামলমদে"। উপাযদি কবি?

মাগী য়ারবমক্তবু লৌশিবি অমত্তং লৈবি। অদুবু মহাক মদু য়োম্থোকপদি

ঙমলমদে মবমদি অপাম্বীনা তত্তনা হায়বমই, 'লৌফম অসি ইপা শকলবনি মসিদা খোংলগা হিংগদবা মঙাইবে।' লৌফম অসিবু মহাক্না লুনা তৌজে। লৌ পান্দবা মতমদাফাউ মহাক্না চৎ চত্তুনা ধুপ থাউমৈ থাদুনা খুকমই। অদুবু মহাজন্নদি তকশিল্লকপনা খাঙফম লৈবমদে। কৈদগী হেন্নবা মহাজন্নি শেন্দোনবগী মফমদা। অমবোমদা অপাম্বী, অপাম্বীগী নুংশিবা, থাজবা। মমৈদা তাবে পাউ অমা ইম্ফালদা অচৌবা মহাজন মপুক ফবা অমা লৈ। ফৌশান লৌশান লৌবোই শেল ওইনা শিংবা মতমদা শেন্দোয হাপ্পা যাগনি। খুঙ্গংগী মহাজন্না থিবকপনি।

নোংমা চৎলমই চাউতোন অমসুং লম্বশাবিবা খুঙ্গংগী মকুপ মহাজনগা ইম্ফালগী মহাজনগী মফমদা। তরাম তবাম কৌবমই, হেক চঙখিবগা ফিদা থাই, হিদাক লাংথক্না সেবা তৌবি। ব্রাবী শান্নকবদা মপূক ফনা উই, মহাক্না হায "ঐনা তাইবঙপাল অসিদা কিবসি ধর্ম্ম কাযবা হাযবসিনা মবোইবে। লক্ষা অমা ফংগদৌশকক পাই অমত্তা ফংজগে ধর্ম্মদি কাযনীংদে। মীনা শিবদা পাই নাতৎপী অমা পুখি হাযবা তাববা ? পামদে পামদে, ধর্ম্ম যাউদবা পৈশা। অদুবু বাধা গোবিন্দগী সেবাগীদমক খবা খবদি লৌনীংই। চাম্মদা অহুমদং নখোয়না পীনিংবা মতমদাপীযু ইনাওসিদি।" চাউতোনগী মকপকা মহাজন অসিগা হান্না খঙনবমই। চাউতোন্না থাজবমই মহৌশা মী থাজগনবগী হৌনবা। মাপী মকুপনসু ব্রাপাংলমই "লাকপমগী তাইবুংঙো মুহোবীনবু ধর্ম্ম কাযববদবু ঙসি কদাযদগী অসুপ যাম্বা বৈভব মযামসিগী মপু ওইগদগে তাইবুংঙো ? ননাই ঐখোযনা লাকচবদি ননাই অসিনা মমাগী কম্মগী লুপা ২৫০ দং লৌই ননাই ঐঙোন্দগী। ননাই ঐনসু লৈজবা নত্তবনিনা পৈশা অদু পামজবে অদুদা শিংননবগী উপাযদি লৈজদ্রে। ননাই অসিগী মপানা থনম্বা লৌ পবি অমত্তং লৈজৈ মসি তাইবুংঙোদা থমগে লাকচবনি। অসিবু -"

'লৌদি কনাগী মিংদা লৈবি ?'

'ননাই অসিবু পোকপা বাবাজীগী মিংদা লৈবি তাইবুংঙো।'

'মচিন মনাওদি কযা শুই, ইবুংঙো ?'

চাউতোন্না মথত্তা পোকই খুমলমই।

'ইয়াম্বনা হংবসি ব্রাবৌববা ইবুংঙো ? ব্রাবৌনু মী হায়বসি অশিবা মচানিদো। অদুবু বন্ধক ওইনা ইনবদি'

চাউতোনগী মকপ্পা হাযবমই -'ব্রাদবু বন্ধকনি হাযবনি ইনবদি লৈবাক্কী চৎনবী লৈবা যোনবা হাযনা ইনবদা তাবেদুনা তাইবুংঙো। কবি হায়বগে ইবুংঙো চাউতোন ?'

চাউতোন্নসু ফরে হায়না হায়রমই। অসুম্না য়ানরদুনা রেজিষ্ট্রেসন ওফিসত্তা চত্তুনা চাউতোনগী লৌফম অদু মহাজনগী মফমদা য়োল্লে হায়না দলিল ইনদুনা রেজিষ্টার তৌনরে। লুপা ৩০০ মহাজন্না চাউতোন্দা পীরমই।

ফংলকপা লুপা ৩০০ অসি খুঙ্গংগী মহাজন্দা শেল্লেপ লুপা ২৫০ গা মথোই শেন্দোয়গা শিংবদা কোন্নদদুনা মরন্নাই পৈশা খরা হাপ্তুনা শেন্দোন কোকথোকলমই। য়াফম অসি কনা অমত্তা হায়দোক্নরমদে অদুবু তানরকই চাউতোন্না শেল শিংবগী য়া। য়া অসি তারকপদা অপাম্বীনা নোংমা হংলমই কদায়দগী পৈশানা শিংবনো হায়দুনা। থুপ্পা য়াদ্রদুনা য়াফম অদু তমথোকলমই চাউতোন্না অদুবু থুপখি য়া অমদি দলিলদা মশানা য়োল্লে হায়না সহি তৌদুনা দলিল রেজিষ্টার তৌখিবদু। বন্ধক থম্বনি হায়দুনা অদুম খঙহন্নমই ; অপাম্বীসু য়া মখা তানা হংলমদে। খঙহৌদে মতম হায়বসি নোংমা নোংমা হৌজিনখিদুনা থা হেক মফাখি। নুমিৎ থাদি থোকপা তাবদুম নাই মহাজনগী শেন্দোয়দি অহিং নুংথিল তুম্বা নত্তে, লেপ্পা নত্তে, মিকুপ-পৃংজা খুদিং হৌখিবগা চাউরকলিবনি মাসু। অসুম্না হৌখিরমই চহী অমা। লাকপমগী খুরা মহাজন য়া অমত্তা হায়রমদে। চাউতোনসু মদুতা ঙাক খনবদি নত্তবনিনা কাউথোকখিবসু ময়াওই অদুবু নীংশিংলমই। অপাম্বীনা মরক মরত্তা নীংশিংলমই য়াফম অসি। মতৈ মনাও অনীনা কন্না হোৎনজদুনা অনীশুরকপা চহীদা শেল শিঙ্গৎনবা লাংখৎলমই। মতম অদুমক্তদা লৌরুংশঙগী নোটিশ অমা ফংলমই য়ারোলদি চাউতোন্না য়োনখি হায়রিবা লৌফম অদু লাকপমগী মহাজনগী মিংদা নামজরি তৌনবগী মরীদা আপত্তি তৌবো হায়বনি।

নোটিশ মরোল তাবদা পুমঙক ঙকলে চাউতোনদু, লোত্তুনা থমমকপা লৌ য়োনবগী ইনখিবা দলিলগী য়া অপাম্বীসু তারে, তাদবা য়াদ্রে হৌজিক্তি। অদুবু অপাম্বী করিসু হায়দে মীগী পৈশা শিংদোকপ্পগা লোইরে নীংদুনা। চাউতোন তুম্বা হিপ্পা য়ারমদে, মহাক্না লৌ-য়োনখিবা নত্তে অদুবু লৌ য়োল্লে, অরৈবনা নামজারি তৌগে দরখাস্ত থারে তাবদা মহাক নুংশা থিরমই। হিয়াংদসু উনখিবা নত্তে মহাক্কদি লাকপমগী খুরা ইবুংঙো মুহোরী। চিঙৈনা চৎলমই খুঙ্গংগী মহাজন লম শাবিখিবা অদুদা অদুবু শিং নাম্থোকপীরমলে, ইশম শম্না হায়বীরকলে 'লাকপমগী তাইবুংঙোগা উন্নরুরগা খঙগনি, ইয়াম্বদি অচনবা খরা লৈরে, নহাক অদুম উন্নরুরো।'

চাউতোন্না নোংঙানবা ঙাইঙদনা লাকপমগীদা চৎলমই। মহৌশা মহৌশাগুম তরাম তরাম ওকরমই। হংদ্রিঙৈনা তাকপীবমই 'মী হায়বসি অশিবা মচানিদো ইবুংঙো। আইন কানন হায়বসিসু নখোয় ঐখোয়না শেমদোকপা য়াদে। আইন্দা

পীবা মতম হেনগ্রবদি দলিল অসি তমাধি তাগদৌরি। অদুগীদমক খুরানা লৌরুংশঙদা দরখাস্ত অমত্তং থাজিনবনি। নোটিশ লাকলরিগনি। করিসু চিংনরুনু ইচাসিদি খুরানা অদুম ঙাংনগে। অদুবু খুরাদি শেল চিল্লেদা।'

'কুমশিদি শিংজরগনি খুরাইবুংঙো। অদুবু নামা ওনগে হায়বসিদি কমদৌবা তারিবগে, খুরাইবুংঙোনা অমুক্তং লেংবীরগা ইপা ইচা হায়নখিবদু কায়দনবা তৌবীগদ্রা ?

'নহাকনবু শেল শিংলগনি হায়রবদি খুরা হয়েং চত্তুনা চমথোকউগে। তারিক থোকপা অদুদা কারক্কবসু য়াগনি।'

'য়ানবা অদুম তৌবীয়ু। শোইদি শোইবীরনু।' অসুম্না য়ানরগা চাউতোন ময়ুমদা হল্লকলমই। অপাম্বীনা ব্রাদু তারগা মপূক্লিং খরা ঈংজৈ। মীঙোন্দা লাগ্রদবগী হৌনবা মী পূম্নমকপু থাজগনবা অদুগুম্বা মখোয়নি। থানখিবা মতুংইন্না শেন্দোন অদু শিংগৎনবা লাংখৎচৈ অদুবু হৌজিক হৌজিক্কী চানবা হোৎনবগী ব্রারিঙৈ চৈরক্তা মচানুপা অমত্তং ঙায়জবদু মশা ঙমলক্তদুনা লায়েংবা তারমই। মহাজনগী পৈশা পুখবা তারমই। হায়নবা শোয় হায়গনি হায়বসিগী ইকাইবনা লাকপমদা অমুক চৎলুদ্রে। ওল্লকপদা শিংবা হায়বদু মঙাইরে হায়দুদা চাদ থক্তমখৈ হোৎনবমই। পোইনু হেনখিদুনা ব্রাকচীং য়ৌরকপা অদুব্রাইদা চৈরাপ কোর্টকীনি হায়দুনা দোলাইপাবা অমা লাকলমই। চাউতোনবু থিরক্তুনা মাগী মখুত্তা সমন অমা পীরমই। সমন অদুদা ইরকলিবদি লাকপম মুহোরীগী লৌ পরি অমা শানবগী লৌশাল পীদবা চহী অনী শুরে, ফংজগে হায়না দাবী তৌরি, য়েৎকদবা য়েৎলো হায়বসিনি। চাউতোন শ্বাই লাউরমই, করিনো হায়বা ভাব তারমদে। ইম্ফালদা অমুক তনচৎ চত্তুনা লাকপমদা লাক্লমই। অদুবু লাকপমগী মহাজন্না হান্নগুম করিমত্তা ফিভম হোৎদনা মাবু তরাম তরাম ওকলমই। অদুবু চাউতোনদু হন্দক্তি মমীৎ মনা খরা শিংনা উরমই। হংবদা মহাজন্না হায়রমই 'ইবুংঙো নহাক্লদি কুমশি শিঙ্কৎকনি হায়রগা পাউ অমত্তসু পীদ্রে। নুংশা থীদুনা খুরানা চৈরাপ্তা দরখাস্ত থাবনি। ঐনা হায়খিবদুনি, দলিলনা তমাধি ওইগ্রবদি খুরাদি ঙাপ্রুম মমৈদা খুজিন্না শিকপগা চপ মান্নগদৌরি। ঐসু শেল চিনবনা কোক ঙাওরে।' চাউতোন্না মাগী খুদোং চাদবগী ব্রাদু লীজরমই, মাগী অশেংবা ব্রাদু তাবদা নুংশিবীরমাল্লে। মহাজন্না হন্দক অমুকসু, মতম য়ৈথোকপীরমই মহাক্না কোর্টতা চত্তুনা হায়দোকলুবা হায়বদুনি হায়না হায়বীহৌই। চাউতোন ইকাইবনা লৈবা ঙমলমদে। বিচার তারিখ থোকপদা হন্দক অমুকসু মহাজনগী থৌজান্দা থাজদুনা মহাক কোর্ট কারমদে। শেল অসিদা হেক্ শিংদ্রোকগ্রগা লোইরে হায়বা অসিনি মাগী ব্রা হায়ববু।

নীংবু নীংলবদি পাংথোকনবা উপায়সু মরাকই হায়গুম্লদুনা কুম অদু ফৌ খরা মরাং কায়না থোকই। চাবা চাদবা থোক্লবা অমা লাক্লগনি হায়না চাউতোন অমসুং অপাম্বী অনী তান্নদুনা মহাজনগী শেল শিঙংনবা অরেবা ফৌ পুম্নমক তাইথোক্লুনা শেল অদু খোমজিল্লে। চহী অহূমগী ৩০০ দা চহীগী শেন্দোয় লুপা ১০৮ গী হিংদা লাক্লুনা পুন্না লুপা ৬২৪ থোক্লে হায়দুনা শেল অসি লাংখত্তুনা লাকপমগী তান্না তাউতোন চৎলমই। শেল থিনদুনা শিংলে, শিংলবা তুংদা চাউতোন্না দলিল অদু হনদোকপীরো হায়জরমই। মহাজন্না মাগী উপু বাকসি হাংদোক্লুনা দলিল অমা পুথোরকই। মাগী থারবা আনোক্লু উপশিন্দুনা ঙাইহাক পারগা দলিল অদু মহাক্লা পায়রিবদুনি হায়না হায়রমই । অমুক মখা তারমই, 'ইবুংঙো নহাকপু নিংথিনা পাবা ইবা ঙম্লা, খুরাবু কাউরে।"

"শোই তৌবমখেদি ঙমজে, পাবদি কয়া কন্না ঙমজদে।"

'অদুদি সে সে দলিল অসে খুরা শেগাইবগে ঙসিমখে ঐগী শেন্দোন কোক্রবনি।"

অসি হায়রগা মুহোরীনা দলিলদু শিংকুপ শানা শেগাইরমই শেগাইখ্রবা মতুংদা চাউতোন্না হায়রমই, 'ইহে পাট্টা অমা হাপখিবদুদি খুরাইবুংঙো ?" ঙাইহাক খল্লগা মহাজন্না তাকলকই, 'পাট্টাদুদি লৌরুংশঙদা ঐনা নামজাবিগী দরখাস্ত থাবদুদা হাপখিবদগী লৌথোকত্রি। কাউবু কাউকরে।"

"অদুদি কমদৌনি খুরাইবুংঙো ?"

"নোংমা চৎলগা হেক লৌথোকলুবা হায়বদুনি। কৈদৌঙেনো হেক কারকউ।"

হোয় দলিল হায়রা শিংকুপ শানা শেগাইখ্রে নোংমা লৌথোকলুরগা লোইরেদনা হায়রমই। চাউতোনদু মহাজনগী ব্রাদা থাজদুনা মযুমদা হল্লকলমই।

কুমসি মচাগা লোয়নদুনা লৌরীদা কোযবদা ব্রাফম অসি মথং মথং নীংশিংলমই। মহাক্লা হাকুম মীগী শেন্দোন অদু কোকথোকপদা নুংঙাইখিবা মনুংঙাই অপাম্বীনা হরাউজখিবা পুম্নমক পুমনৌ নৌনা নীংশিংই।

মচানুপাদা ওনশিন্দুনা, চাউতোন্না হায়রমই, "নমাগীসু লৈগনি, নহাক্কীসু লৈগনি, অদু ওইববদি য়ারেদনা ?"

মপামচা অনীমক অসুম্না হরাউ-তয়াম্না নোকমিন্নদুনা মযুমলোমদা হল্লকলমই। মচামা পাউদু নংহৌরোইদৌগুম মমাদা তমজরমই। অপাম্বী পুন্সী চুপ্পা ব্রানা লেল্লকলবসু পাউ অদুতা তাজবদা অব্রাবা পুম্নমক কাউখিরমই। লাক্কদৌরিবা পুন্সীগী থৌদোক অদুবু ঙাইজবা হৌরমই মিকুপ অদুদগী। থিন্দনা পুরকলমই অদুগুম্বা তাঞ্জা লেপমাইদ্রবী মতম্না। পোইনু হৌগৎলকপদা চাউতোনগী লৌফমদা লৌ

খাউরমই। মৌথোক্ত কনা নীংথিনা থোকই, কৌওইবী লাইরেম্বীনা থৌজানবীরে হায়নে খুলং য়াওবীরবা খুজংগী মরুপ মপাংশিং মখেনা। লৌবুক্কী পুখৎলকলে কুমগী ফৌনৌ। অপীকপা য়ুমজাউ মাঙোল অদু থন্না হৈজিঙ্গরে ফৌশিংদু। নুমিদাং অদুমা চাউতোন মপা মচা মচাগীনা ফুরিৎ-খোংগ্রাউ, মমাগীনা অসি অসুম্না মখুৎ থেক্কুনা পানরমই, লৌমীগী নুংঙাইবা অসিনি।

মথংগী নুমিৎ ঙখোং মৌরকপা অদুবাইদা মী প্ররিমঙা খুনগী চৌকিদাব নম্বর য়াউনা চাউতোনগীদা লাকলমই। চৌকিদারনা হৌদোকলমই, "চাউতোন নঙবু লাকপমগী শেনদু শিংখ্রে হায়বদাই ?" "করিগীনো তাদা ?" "মাগীনি হাদুনা চৈরাপকী মুহোরীনা নংগীদা ক্রোক তৌগনি লাকলিবসিনি।" চাউতোন ভাব তারমদে। অপাম্বীসু মফম খঙলমদে। চৈরাপকী মুহোরী বাবুনা ক্রোক্কী ব্রারেন্ট পাথোকলমই, লাকপমগী মুহোরীগী লৌ পবি অমগী লৌশান পীদবা চহি অহুম শুরে। পরিদা চহীগী ফৌবোৎ ১২ নি, ফৌগী মমলনা লুপা ১ নি, পুন্না লুপা ৭২ থোকলে। শেল অসি শিংদ্রবদি অবৈবা মালামাল ফাবা তাবি অসিনি। চৈবাপকী ইঙোশিংগী সনা য়াথংনি হায়রিবা অসি। চাউতোন্না শেল শিংবা অমা নৎত্রগা মাগী মপোৎ-মচৈ ফাবা অমা অসিনি। চাউতোন্না ইচুম-চুম্না হায়জে থোকখিবা ময়ামদু অদুবু মুহোরীনা তাকলমই ব্রাফম অদু বিচারগী মতমদা করিগী হায়হৌদে। মশানা য়েত্তবদগী বিচার অদু একতর্ফাদা লোইখিবনি। কোর্টকী ম্রায়াথং ইন্দবা মতীক নত্তে, চাউতোনগী অরৈবা ফৌশিং অদু মপাচাব্ন য়েংদুনা ওম্থোকলগা চৌকিদারগী মখুত্তা জিমাদা থনমলে। কোর্টনা পুখৎলকউ হায়রদা পুখৎলক্কদৌবনি। বিচারগী মতমদা মঙোন্দা মহাজন্না হায়খিবদু নীংশিংলমই। লৌরুংশঙদা চত্তুনা কোইথি থিরুবদা মাগী লৌ অদুদি লাকপমগী মুহোরীগী মমিংদা নামজাবিদুনা লৈরমলে, মহাক্না শেগাইখিবা দলিলসু মওং ইকাই কাইদনা ব্রাযেলশঙগী চে মরক অদুদা নিংথিনা লেংশিন্দুনা লৈরম্বা থেংনরে। লাকপমদা চত্তুনা খুরাইবুংঙোবু উন্নরুবদা মাগী মশক ফাউবা খঙবীরমদ্রে। কনাদা অমূক হায়জরুগনি ? চাউতোন অঙাওবগুম্না ময়ুমদা হল্লকলমই, হংবদা অসিতমক খুমলমই মহাক্না - 'ঐখোয়গী লৌ ঐখোয়গী নৎলমদ্রে, শান্দুনা উবা ওইরমলে। "করিগী - ?" করিগী, করম্না হায়বগী পাউখুম চাউতোন্না খুম্বা ঙমলমদে, মপূক্লিংদদি খঙবগুম তৌই। লমন খুম্নিংবগী ব্রাখন্না মহাক খঙদ্রিবা। লৈবাক্কী আইন অমসুং কাননগী মতেং লৌগদ্রা মরন্নাই আইন শিজিন্নগদ্রা অসিনি মহাক্না থিরিবা। নুমিৎ অদুদগী চাউতোন খুন অদুদগী চৎখিরমই, অদুবু খরা লৈরগা তানরকই মহাক জেল চঙখ্রে থা অহুমগী কারাদণ্ড ফংদুনা, লাকপমগী মুহোরীনা পীবনি। থা অহুম অসিগী মতুংদা করি তৌখ্রবগে হায়বদুদি কনানসু থিরুদ্রে।

- হিজম গুণ

# শ্রীগোবিন্দ দর্শন

অবোক তোনশীজ নহানদৌনা কোনুং ম্নথোঙমক্তদা লায়বক্তা চন্দন-চন্না ইরংরং মখুত্তা মখল মথেল কয়াগী লৈ-শুনা থল্লবা তক তরুবা য়েন্দায় মচা অমা পায়, লেপ্তুনা লৈরমলে। ঐসু খোঙহৌ খবা থিল্লকপগা শ্রীগোবিন্দগী আরতি কৎপা নংহৌবরোই হায়দুনা হোবে হোবে চেল্লকপনি, অদুবু অমুক খামলে ঐবু-

"ইশু লাক্লেদনা, শ্রীগোবিন্দগী কৃপানি!"

"লেঙশিল্লুসিদনা অবোকসু, দর্শন তৌরুসি।"

লৈগী য়েন্দায়দু পীরগা হায়রকই,

"নহাক অদুম কৎলুবো কৃপা ফংজৌ লেপ্পমক; অবোক অসিদা ঙাইবমগে।"

হৎনীংদুনতা লৈরবনি অদুবু শ্রীগোবিন্দগী আরতি কৎলমদাইগী থীংলকপা শবীক খোঞ্জেন্দু তাবদা লৈগী য়েন্দায়দু লৌরগা মন্দিব তম্মা চেন্না চেন্না চঙশিল্লে। মাগুবতা থৌগল-পালাশিংনা সংকীর্ত্তন হৌখিগদৌবদু উবদা সেবা থৌগন চঙলিবা বামোন আজ্ঞাশিং অমদা লৈগী য়েন্দায়দু লানশিল্লগা চেনশিনগে তৌবদা আজ্ঞানা ঙক্তক তৌনা য়েংথোক্লকই, খুদক্তা নীংশিংহল্লি ঐগী অকাউবদু। লীক্লা ফংলকপা থাগী অরামন তলবতগী য়াম্না রানা ইবুংঙো মাগীনি হায়দুনা হৌনখঙদবী হয়েংমুক্কী মপোক্কী রাবা হৈত্রবী, ধর্ম্ম খঙবী ঐগী নুপী, ইচাশিং খঙহন্দনা লোক্তুনা থমজহৌবা, মস্তক তৌবা লুপা চৎপীগী নোট অমা ফিরৈদগী লৌথোকলকপা উবদা আজ্ঞাদু মীৎ-না হায়ফেৎ শীংই। মনাই ভক্তগী অকাউববু নীংশিংবীবা মাগী মথৌনি, কৃপা ফংজরিবনি। মহৌশাদগী শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরগী কুমথফম থাক মথক্তা মনিল চৎপা ঙমদবমখৈ রাইখু অমী ফাংন চাজুম নমদুনা লোল্লিবা উপু অদুদা ঐহাক শেঙ্গং ওইহন্নীংদদুনা। ঐনা লুপা চৎপী নোট লানশিনবদা আজ্ঞানা ফিগাউ শানা ওকপি, নাম শোন্ন শোন্ন-হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ......

"চরণ্ মক্তদা আজ্ঞা !"

"সনা চরণ্ মক্তদা-আ সিংহাসন মখাদা !"

থৌগল পালাগী ঈশৈ হৌগৎখ্রে, ভক্তশিংগী মরক্তা অদুম চেনশিঞ্জরে। আরতি কৎপগী পূং শেনগা লোয়নরবা সংকীর্ত্তনগী ঈশৈনা পুমনীল নীল, পূক্লিংগী অমম্বা পুম্নমকপু কোকহনবীবা ঙল্লবা শরীক খোঞ্জেনগা ইরোয়ননা অহল-নহা খাক্তনা অহানবদা শ্রীগোবিন্দ, ইবেম্মা রাশেশ্বরী মথংদা বলরাম কৃষ্ণ অরোইবদা শ্রীজগন্নাথ সুভদ্র, বলভদ্রগী থৌগল ঈশৈ কৎ কত্তুনা থৌগন ফংমিন্নৈ ; ঐখোয়গুম্বা ভক্ত মীচমশিং কয়া শেংফাত্রিবনা মাঙবতা, মন্দিরগী শুম্মাংদা অদুগা মপোক ফরকপী কোনুংগী লৈমশিং নিংথৌকোনগী লৈমশীজশিংনা মন্দিরগী মথক্তা। শ্রীগোবিন্দবু নোংমক্তং দর্শন ফংজহৌদবদা যুগ কয়া দর্শন ফংহৌদবগুম রাজববী, হৈ অমক্তং লৈ অমক্তং হঙ্গাম পান্দোং অমক্তং, কোবী মশোই অমক্তংদা ওইববসু শ্রীগোবিন্দগীনি হায়দুনা ময়ুমদগী রাক-নুংজু থোকপমখৈ নুমিৎ খুদিংগী পুদুনা কাজরকপী, ইরুজবদদা অনা লোইববী, উন খুইরবী ইমা ইবেনশিংনা মথক অদুদা কাখৎচদুনা দর্শন ফংজবগী কৃপা লৈত্রি।

মন্দিরগী মখাদগী দর্শন ফংজবদুদা ময়েক শেংফাত্তদুনা মখুৎ অনী খন্দুনা দর্শন ফংনবা ঙাকনি, মীৎ ফনা ফাববা ঐসু অদুমঙাই। মীৎ-না কয়া ফত্রবশিংদি দর্শনদু নুংঙাইরমগদ্রা খঙদে।

অসোমদা ভক্তশিং কাঙবু অমনা লাই কোয়রি অমবোমদা নেপালী দেশরালী বাঙ্গালীশিং অতোপ অতোপ্পা ভক্তশিং কযা অমসু দর্শনগী লাক্লবি। কনানা নুংশিৎ-নুংশা চঙদ্রবা উপুদা পৈশা থাদৈ, খরনা আজ্ঞাশিংনা পুথোক্লকপা শেংলবা কোরীগী পুখমদা কৎশিন্নবসু কোঙ্গায়নি। নির্ম্মাল্য লৈপরেং বাল্যভোগনচিংবা পীথোক পীশনগী ইরাংদা দক্ষিনা মনতিক্লবসু য়াওরি - হা গোবিন্দ ! পংতক তৌবা ননাইশিংদি নহাক্কী সনা চরণ্ ইয়ৌ থৌদ্রিবা নির্ম্মাল্য ফংজবসু ময়াওরি। দক্ষিনাগী দরদা বাল্যভোগ, নির্ম্মাল্য, মতম্মনি কৰিগী চাক্তাং ফিদাংহল্লি !

লাই কোয়বা লোইরক্লদুনা শ্রীগোবিন্দগী দর্শন তৌগে হায়দুনা মন্দিরগী শুম্মাং ময়ায়, কুমথফম থাক তান্ন চঙখিবদা মাগা চহী লেঙ্গা ওইবী ইমা ইবেনশিংনা খুরু খুদক লৈতানা শ্রীগোবিন্দবু দর্শন তৌবদু উবদা অবোক তোনশীজগীদমক নুংঙাইরক্তে। চহী চা কয়া অহিং নুংখিল নুমিদাং খাক্তনা ইবেম্মা রাশেশ্বরীনা নাক্তা থৌগন তৌ, মোমোন নোকপা মিনোক্তা সনা খৃত্তা বাঁশি পায় মথেক অহুম থেকপা পূক্লিং হুরবা ফিরেপতা ভক্ত লীশিং লক্ষা কয়াদা দর্শন পীনবীবা মহাক্লা অহল ওইরবী

মচামশু লৈজরবসু লূখ্রা ওইরবী অবোক তোনশীজবুদি করিগী দর্শন ফংহনবীদ্রি - ঐহাক ব্রারৌরকই।

মন্দিরগী মথকমক্তদগী তৃরাম তরাম কৌবীরকই -

হৈমা ইবুংঙো লাই খুরুম্বা লাকইবোইরে - অসোমদা লৈরে বাল্যভোগ !

লৈশিল্লপ তৌরবী অমনা বাল্যভোগতু লাহোরকই ; শক্তি খণ্ডদে অদুবু খণ্ডদ খণ্ডবা শারদুনা "অহোই" হায়না খুম্মী। নীংশিংলকই "লৌরী চৎপী ফিভাং শেৎপী তাদগী মতু ইনম্ম !" শ্রীগোবিন্দগী কৃপা ঙাকনি। অমুকসু লাহোকলকই ঐগী পৈশা কৎশিনহনখিবা বামোন্না নির্ম্মাল্য, বাল্যভোগ। অঙাংশিং খরনা মমীৎ মনা ইতু তুথনা মখূৎ ত্তিংথোকচৈ আঙ্কাদা, হন্না য়েংলমদে উদশিন্ন শানা লেঙশিনখি, ঐনসু উশিন্নদে। অমরোমদা দেশরালী নেপালীশিংগী নুপী অঙাংশিংদা লৈ-পরেং পীনবগী আজ্ঞাশিংনা লাঙলি।

মথোঙ হোজংদা।

অবোক তোনশীজদা -

"অবোক ঙাইবমলিবোইরে, য়েন্দায়সিদসু ফংজখ্রগে হায়বা ! বাল্যভোগ নির্ম্মাল্য অসিদা লৈবে।"

"মঙ্গল ওইয়ু ইবুংঙো।"

"চৎমিন্নরসি অবোক !"

ঐখোয় অনীমক লাকমিন্নরে। ঐনা হংই -

"অবোক ঐ ব্রামা হঙ্গে ?"

"হঙঙু কৈদৌরগে ?"

"করিগীনো অবোকনা অসি য়ৌরক্লবফাউ শ্রীগোবিন্দগী দর্শন তৌদ্রিবো ?"

থাজরমদবা ব্রা ওইরব্রা করিনো ঙক্তক তৌই ; পাক খুম্লক্তে ; ঙাইহাক লৈরগা -

"মীৎ-না অসুপ ফংত্রবসিদা দর্শন কয়া নুংঙাইতেদা ইশু-শা !"

অমুক তুমিন লৈখি।

"মন্দির মথক্তা কোক হেক কাখৎলগা !"

"তৌহৈদে, তৌহৈদে, -

ঐগুম্বী পাপচেনবী অমনবু কদায়দগী মন্দির মথক য়ৌবা য়াগদগেনে অঙাওবা ? ঐদসু নত্তে ময়ামদো !"

" অদু ওইরবসু অবোক্তগী হেন্না অহুল ওইরবী কয়া দর্শন ফংনৈদা !

অবোক্তি মীৎসু যামনা ফবিবদাযনে ?"

তুমিন লৈখ্রে ; ফনা শাংনা চৎলগ" মাগী যেন্দায অদুদগী অচৌবা ফিনা যোমশিল্লবা নীংথিনা মিংশেন চল্লবা অযেকপা লাই অমা ঐঙোন্দা পীবকই ;

"উবব্রা, শ্রীগোবিন্দ অদুগা ইবেম্মা বাশেশ্বরীগী অশেংবা তসবীব ! ফনা কুইবে মেবাগী পূর্ণিমা নুমিৎ অমদা নঙগী নপুবোক লৈবিঙেদা নমখিবনি। নহাকনা ঐবু শ্রীগোবিন্দগী দর্শন ফংদে হাযবিবসু লাল্লবিগনি। মহাক্তি ঐগুম্বী মপু পান্দ্রবীশিংগী থব্রাযগী লন্নি। ঐঙোন্দগী হেনবা লাইবকফবশিংনা মন্দিব মনুংদা সিংহাসন মথক্তা ঙাম্ভোইদুনা লৈবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীবু দর্শন ফংজববসু ঐদি মীকুপ পৃংজা খুদিংগী চেগী মূর্ত্তি অসি দর্শন ফংলিবনিনে।"

হাযবগা অবোক তোনশীজ হিক হিক কপলকই। খঙনীংমনখ্রদুনা,

"অদুদি যুমদা ফমদুনা দর্শন অদুম তৌবা যাদ্রা, ইংখ্রবসিদা হোবে হোবে লাক্তবসু ?"

"মহাক হন্দক্তি নোকলক্লে -

"চুম্মি মদুম তৌবনবু হেন্না ব্রাইশংবা পোৎনি। অদুবু মাগী শবীক কাংসিগী মখোন্না ঐগী থম্মোযগী ঈখৌলাংবা অসি হেনহল্লি। ঐহাক ইঁশে পামই নহাকসু খঙঙিদনা ?"

"অদুনবু চঙদুনা থৌগন যাওবা যাদ্রা হার্যবিবনি।"

অবোক তোনশীজ ইশিশিনা নোকলক্লে,

"ঐবু কনানদি থিংগনি ? নহাক্তি অঙাংনিনা খঙলোই। মঙ্গল ওইযু ইশুশা মতম শাংনা শ্রীগোবিন্দ ইবেম্মা বাশেশ্বরীবু দর্শন ফংবা ওইযু। চহী যাম্নকলেদো ইবেনহোর্যদি, খল্লুবদা পাম্মুবকই হৌখিবা পুন্সীবু; নীংঙম্লক্তে হৌজিক্তা লঙজখিবা ইবানগীদমক। চোংঙা-তেনব্রাগুম শকখি ইঁশে। অশুবা ফি শেৎলগা, মাযদা চন্দন খবা তৈবগা শেংলবনি খল্লম্মী। হোয মনাই ভক্তশিংনা লাল্লিবমখৈ ঙাকপীবা হৈবা শ্রীগোবিন্দনা ঙাকপীবা ওইসনু। ইঁশে শকপা ঙাকনা মাগী নাম শোনবা নক্তে, পি তাবা ঙাক্লা ভক্ত নক্তে। পৃক্লিং হকচাং ফাওনা অর্থ খঙনা ঙসি ফাওবা মাবু কৌজবা কৌঙমদ্রি মসি ঙমদবা ঐগীদি স্ন-থোঙদা হুবানবগুম কোইক, কৌইক যেংদুনা ইবুংঙো মাবু ইনীং তম্না কৌজবা, উনীংদবা থৌদো উজদনা তানীংদবা চিবোন তাদনা, অমোৎপী ঐনা অকবা শাকদনা ইথক্তা লৈজবসিনা ফক্তববনে !"

অবোক তোনশীজ অমুক মখা তাবমদনা মমীৎ অনীমক ঈবা চেল্লদুনা

ঐঙোন্দগী পরপ পবপ হেঙ্গত্তুনা চৎখি। শ্রীগোবিন্দবু ঙমখৈ লৈতনা থাজ-জবী মানা দর্শনগীদমক মিহৌদবা, মিহৌদ্রববা হায়রবসু অঙকপা ফংনা পামজবা, মন্দিব ন্নাই তৈদুনা সংকীর্ত্তন য়াওদুনা চহী কয়া লেল্লক্লবী মহাক্লা হায়রিদু কাবনো ঐহাক লৌফম খঙদে। খঙদবা লোনগী ইশৈনা থৌগন তৌবা অসিদা রস খঙদে ন্নারৌব্রা, নৎত্রগা মীনা হেক উবদা মমল য়াওদনা উরবা মাগী লৈশিং অসি কৎপনদি শ্রীগোবিন্দনা লৎনগনি নীংবনরা নৎত্রগা মন্দির মথক্তা কাদুনা হকথেংননা দর্শন ফংবা য়াদবগীরা, সেবা চঙলিবশিংবু পেন্দবরা ঐহাক খনফম থোক্তে। অদুগা তশেংনমক থম্মোয শোকপা ন্নাফম অমদি লৈববমাল্লে খন্দবা ঙমদে। খঙলবদি মদু কোক্লবা ঐসু মাগী মতেং পাংজনীংবনি।

- হিজম গুণ

# খুঙ্গংগী মায়কৈদা

[ শিজগুরুময়ুম নীলবীর শর্ম্মা শাস্ত্রী: পোকপা : ওক্তোবর ২৮, ১৯২৭, ব্রহ্মপুর ভগ্যবত্তী লৈকাই, ইম্ফাল । সংস্কৃত ব্যাকরণগী শাস্ত্রীনি লোযননা হিন্দিদা রাস্ত্রভাষা রত্ন নি । শৈরেং অমদি ৱারীমচাগী লমদা শীংথানবা য়াবা খুদোল তম্লবা অইবনি । শিনফমনা ওজা ওইনা হৌরকখি । শৈরেংগী লাইরিকতা "অহিং লীক্লা", "ঈথক ইপোম", "মাধ্যাবী ঈশৈ", "খোংজোম তীর্থ", "বাসন্তী চবোং", ৱারীমচাদা' "তংখুবা পুন্সী লৈপুন", শাস্ত্রীজীগী মমল য়ামলবা খুদোল ঙাক্তনি । ৱারীমচা অসিগী মগুন খঙদুনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী অমদি ভারতকী সাহিত্য, একাদমী না শক: ১৯৮৯ দা মনা পীদুনা ইকায়খুম্নখি । বিশ্বহিন্দু পরিষদকী থবক থনা কয়াদা মায়পুনবা মীশক অমা ওইনা সমাজ সেবা তৌদুনা লাকই। মণিপুরী সাহিত্য পবিষদকী সভাপতি সু ওইরম্মী । ]

হুবিদাসনা ইম্ফাল থাদোক্লুনা লৱাযদা লাকপা থা অহুল্লোম ফাবে । মহাক গ্রাম সেবকনি । তলোপ লুপা হুমফুতবাবোম ফংই । লৱায থৱাইগী সেবা তৌননবা মহাকপু মণিপুব সবকাবনা থাবকপনি । মহাক হৌজিক ফাওবা থবক অমতা পাযখৎপা ঙমদ্রে । মাবু কনানসু থাজদে । মাগী ৱা কনা অমতনসু লৌদে । খুল অসিগী মীশিং অসিদা অফবা অমতং হাযকবদা মদু মখোযনা থাজদে । মীবু থাজদবা, মহৈ মহৈ নুংশিনদবা, মশা মশাগী ওইজবা তান্নবা পুম্নমক অসি খুল অসিগী মীশিংগী হৈনবী শাজৎনি ।

খুঙ্গং অসিগী মীশিংনা সবকাববু অমদি সবকাবগী থবক তৌবা মীবু যাম্না

তাথি । লৈত-লাযব, পোং চৈ তাঙবা চাক তাঙবা পুন্নমক অসি সবকাবনা তৌহাল্লবনি হাযনা মখোযনা থাজৈ । মীশিং অসিনা মতম পুন্নমক্তা মহৌশা সাহেবনা পাল্লিবুঙৈ মতম অদুতবু নুংঙাইবগী মতম্লি হাযনা খল্লি । কনানা হায - "সাহেব হাযবদুদি লাইনিনে , হৌজিক, সোবাইজ ফংবনি হাযদুনা মযাংনা পানবর্সিদি ঐখোয প্রজাবু শুমদুনা চাবনিনে ।" কনা অমনা হায- "সাহেব হাযবর্দুদি মখোযগী দোবিন হেক থানবদা ঈশিং মনুংদা লৈবা লাই ককা উবা ঙম্বনি ।" অমনা খুম্মি- "মানি মানি মখোযগী থোংজাও অচৌবদো শাবদা বেবা ইতৌ তৌদুনা লৈবদগী মখোযগী দোবিন থান্দুনা যেংবদা লাই অমা মনুংদা লৈবদনা মী অমা ফাদুনা হাপ্পদগী শাবা য়াম্খিবনি ।" অমনা হাযবকই-"এ অদুননিদনা হৌজিক থোং শাবদা পৈবে তেক্লে তৌবিবর্সি অদুগুম্বা খুৎলাই অফবদু লৈতবননিদনা। " অহন অমনা খুম্লকই-"অদুবুঙৈ মপা ইবুংঙো চুবাচান্দ মহাবাজনা পানবা মতমদা বোড লাট সাহেব থোবক্কুনা থাঙ্গপাৎতা হিযাং তান্নবা খোংফমদা কাঙজৈ ফানবী শান্নবা অদু মখা থংবগী কোনুংজাও যাওবিবনিদনা, শকহেনগী বাজিবো হাযবা।" অসুম্না অন্ধবিশ্বাসনা কুপতুনা লৈববা মতমগী চাওখৎপগী মঙাল ফংদ্রবা খুঙ্গং অসিদা হবিদাসনা হৌদোকলুবা শেমগৎ-শাগৎপগী ৱাফম পুন্নমক অঙাওবা তাদুনা তোকই ।

হবিদাসনা মিতিং অমা তৌনবা থৌবাং তৌবে । মানা যুমথোং খুদিং চত্তুনা খুঙ্গং থুংনা পাউ চেল্লি -" খুবাবু হোবেনসি ঙাইহাক্ত লেঙবিবকউ মিতিং অমতং তৌনবা থৌবাং তৌজবি । ইবুংঙো হোবেন নুংথলসি ঙাইহাক্তং লেংথোকপীবকউ । এ তাদগা উন্নবা ফবেদা ঐ সঙ্গাইদা লাকচগে তৌজবল্লিবনি। হোবেলসি লাইশ্রমগী খু বাগী মমাং শঙ্গোইদা ঙাইহক্তং লেংথোকপীবকউ খুঙ্গংগী চাওখৎনবা লম্বী খবদং নৈননবা থৌবাং তৌজবি ।"

হবিদাসনা অচাবা মফম যেংদুনা মযেক চাউনা চাউনা ইদুনা পোষ্টব কয়া থেৎলি । মমাং শঙ্গোই অমদা ৱাইবম তৈথোক্লদুনা মেজ অমগা চৌক্রী অমগা থাবে । অকোযবদা ফক খবসু থাবে । অসিগী মথক্তা মযামদা যেন্নবা চুরুট বীড়ী খবসু লৈদুনা থমজবে । মিটিংগী ৱাবেপ ইনবা চে-নুং খব তেবল মথক্তা থম্লে । ময়াম লাকপা ঙাইদুনা লৈবে । নুমিৎ তাবা ফাওবা ঙাইবদা কনা অমতা লাকপীদ্রে । অসুম্না সবকাবগী তলোপতি চাবগা মথৌদি পাঙবা ঙমদবা অসিদা হাবিদাসকী ৱাবা ঙমখৈ লৈবমদে । মথৌ পাঙবা ঙমদবা অসি মাগী অচৌবা মাইথিবা অমনি খল্লম্মী ।

নোংমা হবিদাসনা অসুম চৎথোকপদা খুলগী এল, পি, স্কুল অদু যাম্না মোৎনা উবে। স্কুলগী অকোযবদা অমোৎ অকায অমাঙ অশোযনা থন্না লৈ। ফক্লাং অদু অকায অতোয যাম্না লৈবে, দাবী অদুসু মচি মচিদা কিম্বুবে। মদু উবদা মানা খল্লি মী হৌনদুনা কান্নদে ইথম্ভনা তৌবা ঙম্বা থোকখ্রে। স্কুল শঙগী দবী অকোযবা থোঞ্জিল্লে ফক্লাং ব্রাই তৌশিল্লে। অমোৎ অকায পুম্নসু শেংদোক্লে।

মাগী থবক অসি খুঙ্গং পুম্বা শিনবা থুংনা শন্দোকখ্রে। কনানা হায - "এ ইম্ফাল তাৎ হাযবদুনি। তৌশিন্নবিবনি, মথিবোং চানিঙাই লৈত্রদুনা ঐখোয অপঙবদগী নৈদুনা চাথোক্কদবগী মতাৎ তৌশিন্নববির্বনি।" স্কুলগী চৌকীদাবনা হায "মাগীসি ঐগী তলোপ খব খবদং ফংজবিসি মুনগদবগী তৌবিমাল্লে।" মদু তাবদা অহল অমনা খুল্লকই "চুম্মী ভালো শোযদ্রে ইম্ফাল মচা হাযববু শিংখ্রপোৎনি। ঈশিং মনুংদা ৮নিপ্পা মথী ফাযবা উবিপোৎনি।" স্কুলগী ওঝানা হাযবকই "ঐদি ওঝাগী থবক অসিদম মনখিগববা চিংনবে। ঐখোযনদি কযা হৈ শিংবগা নওেদ্রো ড লৈতবা লমদা কেগেনা যুম্বী ওই হাযবদুনিদো।" অমনা অমুক খুল্লকই "মানি শোযদ্রে গোমেননা থাবকপা মীনবু ফবা হৌনব্রাও মখোযগী গোমেন হাযবসিদি ঐখোয লবাযগী মাঙনবত তৌবিবনিনে। চেঙসু থাবনি হাযবসিদি ঐখোয লবাযগী মাঙনবতা তৌবিবনিনে। চেঙসু থাবনি হাযযে অদুগা মমাঙগী খুবা তোঞ্জাওনা তম্ববু ষণসু থাবনি হাযযে।" মযামগী মবক্তগী যাম্না হৈ শিংবা শাবা নহা অমনা হাযবকই "কান্নদে মসি থানাদা এজাব তৌবসি মবাইনা বাবলড এনসুব তৌজনি। পুলিশনা হেঙা ফাবগদপোৎনি।"

স্কুল শঙ শেংদোকপা অদুগী মতুং হাপ্পা অমবোম হৌখ্রে। খুল অসিদা উখোঙ কৈথেল অচা অমা লৈ। মসিদা পোৎফম মঙা তবক খক ফম্মি। হবিদাসনা কৈথেল অসি নুমিৎ চুপ্পা অমা চঙনা শেংদোক্লে। পোৎফমশিং অদু থোঙ্গৎলে, জুবী যজনা হল্লে, বাই নান্না তৈথোকপীবে, যেংবদা অঙকপা ংংনা নিংথিজবে। পোৎফম ফম্বী ইমা ইবৈল মখৈদি হবাওবনা লোইবে। ৬৬দু পীবনে, থাবু থাগৎপনে, ঙসি অহানবা ওইনা লাইবিক লাইশু হৈতবী পুকচেল তিংলবী ইমা ইবেলশিংগী আশীর্বাদ ফংলে। হবিদাসকীসু নুংঙাইজবা লোইবে। মানা খবদং নোমজকবগী মহৈ যাল্লে নিংজবে। মীবু থাজবা ঙমদ্রবা অফবা তৌবদা থাগৎপা হৈব্রবা কাঙবু অমা হৌবক্লে। মযাম তিন্নদুনা খন্নবে "ইম্ফাল মচা অসি লম যাম্না হেনগদৌবি। নহান্না স্কুল শেংলম্লে, ঙবাংনা কৈথেল শেংলম্লে। মসিবু মথৌ কযামুক লৈতবা জাৎনো।" অমনা হায "এ মখোযগী ইম্ফালদদি

কৈথেল ৱাইবম শিৎপীশিংনা পোৎফম খুদিংগী পোৎ খাযবান । মাসু চানিংঙাই লৈবক্তুদুনা ঐখোযগী পোৎফম ফন্বী ইমা ইবেলশিংদগী পোৎ খাযগদবগী , পৈশা খাযগদবগী তৌবিবনি ।" নহা অমনা হাযবকই "র্মাস হেক্ত ফুদৎলসি চৈগী মমাঙদা কযাবু কুইনা খাঙ্গদবনো ।"

মযাম লাক্তুনা মচিন হংলবে । মদুদা মহাক্না খুম্মি -"মযাম্মা ঐবু চিংনবিবোই আশা তৌজে । ঐখোযগী সবকাবনা খুঙ্গংগী শেমগৎ-শাগৎপদা তেংবাং পীকনবা হাযদুনা ঐবু থাবকপনি । ঐনা খুল অসিদা লৈদুনা নোম্বা খুদিংমক্কী মমল ঐনা লৌজবোইদবনি । ঐগীদি তলপসু সবকাবদগী ফংই । ঐবু মযাম্মা শিজিন্নবিনিংবা থবক্তা শিজিন্নবিবা যাগনি । মযাম্মা ঐগী দবকাব লৈতে খনবিববদি ঐ ঙসিমক খুল অসি থাদোক্তুনা চৎখিগনি ।"

মাগী বা অসি তাবদা শাওবনা মৈ হৌববা মীশিং অদ মখা তাবমদনা তুমিন্না হন্নখ্রে । হবিদাসস মাগী নোম্বদা পাঙ্গল থোক্তবা মযামগী তেংবাং ফংদবা অসিদা যাম্না আশা কাযবে । নুমিৎ অসিদি মহাক মামগা মপিফাঙ তানা কপ্লে । মহাক খুল অসি থাদোক্ল গে হাযনা চপ যুংনা লেপখ্রে । খুল অসিদা অঙাং অমা অনী লেম্না লাইবিক তম্বী মদুসু খুলগী নহাবোলশিংনা বদনাম খবদি মতৌবি । লৈপুং ফম্বা পাখং খবনা বাবী শানৈ "মানা তম্বীবিবা অদুদি অঙাং হৈহন্নিংদুনা নত্তেদা মচেগী যেংদুনা তৌবিবনি ।" অমন হংলকই "মচে হাযবদি ?" "হেবা ইবুংঙোশা পঙখ্রে ওইনামগী থাবিকথাবুনিনে ।" মযামদু চপ মান্ননা ৱা হেক নোকই । অমনা হাযবকই "নুংঙাইদা ইম্ফাল তাৎ । মতৌদ শামু ফাগদৌবদু মঙাই, মাগুম্বগী লেংনসু ঐখোযবু শেম্বীগনি, হাযনেসে ।" অসুম্না ৱাবী শাবিঙৈদা হবিদাসসু খবব অমা পাযবদুনা মাইকৈ অদোমদা লাকই । তাঞ্জা ফংলদুনা লৈপুং ফম্বা পাখঙশিংনা মাবু কবেম্নগদবগী হেক কৌশিল্লি "বাবুগীদুবু খববা ঐখোযসু হাৎফেত্তুং লাত তৌগে ।"

হবিদাসকী নুংঙাইবা ঙমখৈ লৈখিদ্রা । মাগীদি মযামগা উন্নদুনা ৱাবী শানবা তাঞ্জা ফংবা হাযবসি ওহ্বোক্লা লাইবক ফবনি । মানা খবব পাদুনা তাতল্লে । মতুংদা মখল মখা অযাম্বা ভাবত সবকাবগী যোজনা, চহি মঙাগী থৌবাংনচিংবগী মবীদা মাসু লেকচব তৌবা যাবমখৈ তৌবে । মাগী ৱাঙাংদা এদলট এজুকেশনগী ৱাফম যৌবকপদা পাখঙ শাবি অমনা মবক থৎনা হংলকই

"ইবুংঙো বাবুগী হৌজিক্কী অদুবু অহল লাইবিক তম্বীবা হাযব্রা ?"

"অহোয তাদবু মতম চানা লাইবিক তমহৌদ্রবা অতলশিংবু লাইবিক মযেক

চৎহন্দুনা পাবা ইবা ঙমহনবা হাযবসি ভাবত সবকাবগী চহি মঙাগী থৌবাংগী মনুং চল্লি ।"

মযাম অদু ব্রা লাউনা নোকই । পাখঙ অমনা হাযবকই "ঐখোযগী ভাইযা হাযগদ্রা বাবু হাযগদ্রা চৰ্হিসি খঙদ্রে লোঙ্গাদি মওইবম্না যাই । হৌজিক্কী অহল লাইরিক তম্বিবা হাযবদুদি ষন্না উবোক থোং লাল্লগা উববসু উদে হায়য়ু হাযবদু ওইবে ।"

হবিদাসনা যাম্না শকফম হঁঞ্জন্না খুম্লকই - "মদু থাজদবা ত্তৌবিগনু । ভাবতকী মফম অযাম্বদা তৌদুনা পাঙথোকখ্রবা থবক্লি । মসি যাম্না লাইবা পোৎনি। হৌজিক অসি যৌনা চাওখৎলবা মতম অসিদা খুবীনা সঙী তৌবা, খবব পাবা ঙমদবা, মসি থোইদোক্লা অৱাবগী মৰ্শক্লি । পাখঙ শবি অমনা অমুক হাযবকই - "মদুগীদি যাম্না চুমখ্রবা ব্রানি, খুবী শোই ককা হাযবসি ওহ্নোক্লা ইকাইখ্রবা পোৎনি। অদুগী মথক্তা চিঠী ইবা পাবা ঙমদবা হাযবসিসু ওহ্নোক্লা অৱাবগী মশক্লি ইবুংঙোশা ! ঐবুনে নতৈমসি লৌবা হাক্তক্তা কোযৰ্বনি হাযদুনা চৎলিদো নোংমদি অসুম থোকউ হাযবদুনা মবুংশিং অমা অসোমদা থবক শুবা চৎখি হাযদুননে, মানা চিঠী অমা থাবকই হাযবা মখোযগী পাজীদুনা ঐঙোন্দা অমুক্তা পাও কোক হেক হাযজিল্লক্লে, অদদদি ঐদি তিংদম শিখ্রপোৎনি হাযবা, ইস ইমাই পেম্মা মীত্তা লাইবিক মযেক উদবা ককা হাযবসিদিনে ।" হবিদাসনা খুম্মি "অওইৰ্বনি তাদনা তাকপীবিবসি যাম্না হৈখিবা হাযবদুনা অমা ওইখ্রে । অদুগা পাবা ইবা ফাওবদং হাযবদুদি মী খুদিংগী ঙমফম থোকপনি ।" "অদুদা ইবুংঙো ! মতম হাযবসিনা হৌখ্রবদা............. ।" "এ ! তাদবু মহৈ তম্বদা, অফবা তানখৎপদা মতমগী ব্রা লৈতে । অঙাং মচাদবু ব্রাৰ্বনি তাদখোযগুম্বা ঞ্জান তাববা মী অমৰ্দদি থা অহুমগী মনুংদা পাবা ইবা মিং ইবা, যাম্না লইনা ঙমগনি ।"

পাখঙ মচা অমনা শাওবংননা যাম্না উশিৎ থওইদনা খুমলকই -"তাদখোযসি ঐখোযবু অপঙবনি, লাইবিক হৈতৰ্বনি হাযবিবমখৈ পংতাদা তাগনি খৰ্নবিবমাল্লেদা, থা অহুমদবু লাইবিক পাবা ইবা ঙম্লবদি ।"

হবিদাসনসু কল্লপ্পা খুম্লকই "এ ! কবিনো ইবুংঙোনা তাকপীবিবা অসিবো ঐনা ইবুংঙোখোয, লৈবিবা ইচিন ইনাওশিংদা ওইদবা ঙাঙলগা কবি কান্নগদগে ? হৌজিকসু লৈবীবিবা ইচিন ইনাওশিংগী মবক্তা কনানো অমা চোংথোকপীবকউ । ঐনা থা অহুমগী মনুংদা লাইবিক পাবা ইবা ঙমহন্দ্রবদি ঐবু হাৎচৌ । সত্য

ঐ ৱাশক্লুনা হায়রিবসিনি ।"

ৱাফম অসি খর কনখৎনরকপদগী মহৈ মহৈ অমুক নেমথনবক্লুনা ময়াম কায়নখ্রে । মতমসু সন্ধ্যা মতুং ওইশিনখ্রে । হরিদাসনা অসুম হল্লকপদা তুংদা নুপা অমা খোঙথাং কল্লপ লাকপগী শামিল ফংই, মহাক হায়ফেৎ চিংনরমই । ঙসিদি ৱাসু কল্লপ তৌনখি । হায়না হায়না খামসু খাল্লকই "বাবু ঙাইবিখো ।" হরিদাস কোকচাওবী কাখ্রে - শোয়দ্রেদনা ঐ ঙসিদি পোকপদগী তৌরক্লবা মী ফুনবা হায়বদু তৌবা তারেদনা, অমুক খল্লি,হেরা মখোয়গা মান্নরুবা হৌনব্রদা । নকশিল্লবদা ঙসাইগী পাখঙ শরিদো ওইরম্লে, মদু উবদা নুংশাশোব খর হেক হোল্লি । মাদি ফনা ইংবা জ্ঞান তাবা মীতানি ।

পাখঙ শরি মমিং থম্বালজাও কৌই হাযবকই - "ইবুংঙো বাবু ঙসাইগীদুবু থা অহুম মবিদবু ইয়াম্ববু পাবা ইবসিবু ঙমগদ্রনে ?"

"তাদবু করিগী ঙমদদগেনে । ঐনা খঙদনা হাযজবিবনি । ওইদবা ঙাঙলগা করি কান্নগদগে ।"

"অদুদি ইবুংঙো ইয়াম্ববু মীৎসি অমুক্তদি পাঙহনবীরম্মুদনা । হৌজিমক্তি ইয়াম্বসু খরা নংলি । হয়েং পোইনুদা ইনাওগী, ইবুংঙো বাবুগী হাযবকো, ফৌ পোৎহুম খক কৎকেনে ।"

"অদুবু কবিগী ফৌনো ঐদি ময়ামগী সেবা তৌগে লাকপনি । মযাম্না পাম্বে ইপি পীবিদবা সিদা আশা কায়দুনা লৈরবনি । তাদদা নত্তে ময়ামগী ওইনা স্কুল অমা তৌগে খনবনি । হৌদোক্কদবা কিদুনা লৈরবনি । ঙসাই খজিক্তং ৱাবীদা তৌনবদা শওগৎলকইবদুনিদো ।"

"অদুদি ইবুংঙো ! লাইরিক লাইশু কবি কমদৌবা ? অদুগা মীঙোল্দকাদি হায়দোকপীনু ইয়াম্বা হঙ্গোইকো ।"

"লাইরিক লাইশুনচিংবা চঙ্গদবা পোৎ পুম্নমক ঐনা পুথোকচগনি । তাদনা থাংদোকপীগদবদি হকচাং মখৈদনি । অদুগা থা অহুমসি শুদ্রিঙৈদা করিগুম্বা তোক্লগে ককা হায়রবদি ঐদি য়ারোইকো । হান্না ইচিন ইনাও ৱাশক্লবতাই । ঐসু খুল অসিদা থবক পাঙথোকপা ইঙম ঙমদ্রে । ইম্ফালদা হনখ্রগে । তাদদংদি লাইরিক ময়েক চৎহল্লমগে ।"

থা অনী অহুম হৌখ্রে । হরিদাসনা নুমিদাং থম্বালজাওবু লাইরিক খবা-খবা

তম্বিরকপা। নোংমা থম্বালজাওনা মমাঙদা খবর অপাকপা অমা ফাত্তোক্লদুনা তপ্না তপ্না পাই। মবক মবক্তসু খরা-খরা লেপ্লি। মানা লেপ্লিবসি হিন্দী, সংস্কৃত অমসুং ইংরেজী ব্রাহৈ য়াওরকপদা বনান তৌরিবনি। ফম্বম ফক্ত ফম্লদুনা হিদাকপু পোরোক চিংলিবা মপানা হংলকই "করিনো নুপা মচা নঙনা যেংলিবদুবু করি লাই য়াওবগে ?"

থম্বালজাওনা খুম্মি - "বাজী লাই থোইদোকপা য়াওদে। খবর পারিবনি। ঈ-পাউ নুংঙাইবা ফনা যাওই।"

মপানা ঙকলপ্না হংলকই-"নঙবু খবব পাবা ককা ঙম্লববনে ? তুক লাওনা পারকউদনা পাজীসু তাগে।"

থম্বালজাওনা যাম্না তপ্না পাবকই, মবক মবক্তা বনান লাওনসু তৌরকই। "ইবো নংগী ওঝা হর্বিদাসসির্দি লাইনিহায় থা অহুমল্লোমগী মনুংদবু লাইরিক ময়েক চংহনবর্সিদি। থা অমা অনীদংগা তমথবর্বাদি নঙ পাইবমখৈ যাংনা পাবা ঙম্বা তাবি।"

"পাজী মানা হাযবা বাশিংসি লৌববদি ঐখোয়গী খুল অসি ওম্ভোক্লা চাওখৎকদবনি। ঐখোযনা মাবু থাজকদবসি লানগদৌমাল্লে।"

"মানিনহৈ অতো ময়েক অমতং তম্বীরবসু ওঝানি হায়না শাস্ত্রনা লাওরিবনি। নঙগী ওঝা লুনা তৌ। চাক চবা অমতংসু কৌদুনা পীজৌদনা।"

ব্রাফম অসি খুল থুংনা শন্দোকখ্রে। নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংব্রাইবম খুলগী অহল পুম্নমক খবরগী পাউ তাবা লাকই, থম্বালজাওসু নোংমা নোংমগী ময়েক শেংনা উচ্চারণ চুম্না পাবা হেনগৎলকই, মসিদা মপানা হরাওখিবনা খুলগী অহল্লমন লাক্লগা থক্লবা হিদাক য়াম্না শুদুনা থম্মি। থম্বালজাওগী নুপী লেম্বীনা তিকী য়াম্না শাদুনা থম্মি। ইমুং অসি পাম্মুবা ককা লৈখিদ্রে। হরিদাসকীসু নিংবা ওম্ভোক্লা থুংলে। হৌর্জিক্ত মানা হায়বা অফবা পুম্বা য়াবগনি হায়বা উরে।

নোংমদি থম্বালজাওগী পাজীনা গোপালগী মপাদা হায় "ইবুংঙো গোপাল ! পাজী ! মাগী হরি হায়বা অঙাংর্সিদি নুংশিখ্রেদা ঐখোয়গী নচা থম্বালসিবু মমীৎ পাংহল্লে হায়বা।"

গোপালগী পাজীনা খুম্মি - "মানি তাধনবু ফৈ অঙাংসি, ঐখোয়গী গোপালসু মাগা খর খর তিন্নৌ হায়র্বনি য়াদেনে। হর্বিদাস হায়র্বসিনা ঐখোয়গী

খুল অসিগীদমক ব্রাজরিবা ঐখোয়না অমতা হেক শীংথাবিদবা ”

“মাদি ঐখোযগী পাখঙ লাইরিক ময়েক চত্তবশিংসে মসি তম্মিনবা ইস্কুল অমা তৌগে হায়রিবনি । ময়াম্না য়াদবনি ।”

“হে য়াদবা য়াববা ঐখোয় অহল মখৈনা হৌবা তাবে। মিটিং তৌদবা য়াদে । লৌ-শিং উবা মতমসু কায়দবা নুমিদাং লৈপুং ফমদুনা ব্রারেম ঙাঙ্গদবা মতমদা ঙাহাক ঙাহাক হোৎনরগা থা মরি মঙাদা লাইরিক পাবা ইবা ঙন্নবদি মসিদগী হেন্না ফবা করি লৌরুগনি ।”

থম্বালজাওগী পাজীনা হায়রকই - “লাইরিকসু লেম্না পীনি হায়রিনে ।”

হরিদাস লাকপদগী খুল অসিগী মশক য়াম্না নিংথিনা ওনখ্রে । মতম খরগী মনুংদা হবিদাসকী এদলট স্কুল অসিদা খুলগী অমসুং অতৈ অনকপা খুলদগী ফাওবা পাখঙ, পাখঙ শরি কযা ছাত্র ওইররে । অসিগা লোয়ননা লাইবিক ময়েক হেক চৎপমখৈ হিন্দী স্কুল অমা লিংখত্তুনা মদুদা তম্নবা থৌরাং শিনখ্রে , মসিগীদমক ইম্ফালদগী হিন্দী তম্বিনবা ওঝা অমা কৌকবে । মাগীদমক চহি অমদা খুলনা খায়নদুনা ফৌপোৎ কুনথ্রা পীবা য়ানরে ।

খুল অসিদা লৈপুং ফমদুনা ব্রারেম অমসুং মীব্রা ঙাংলম্বা পাখঙ পুম্নমক ক্লব লিংখত্তুনা খবর পাবা অমসুং লৈবাক্কী বাজনীতিগী ব্রাফম নৈনবদা পুক্লিং চঙখ্রে । খুল অসিগী লম্বী থোং পুম্নমক সবকারদা আশা তৌরুবা লৈতনা প্রজাশিংনা হান্না হান্না মখুৎ থাখ্রে । সরকাবনসু মতাং চানা চানা মতেং পীরক্লে । খুল অসিদা ফৌকপ অমসুং লৌমী-মরুপ শেমদুনা অমগা অমগা তেংবাংনদুনা নুংঙাইবা পুন্সী মরেল লেল্লক্লে । লাইরবা চানিংঙাই লৈতবা হুন্নিঙাই লৈতবা মীশিংদা ফৌকপ্না মতেং পী । পোইনুদা ফৌদোইগা কোন্ননা অমুক শিংহল্লি । ফৌরুপ্না ষন লৈজদবা মীদা ষনগী মতেং পী । অসুম্না খুঞ্জাশিংনা মহৌশা ওইরম্বা পুন্সীগা চাংদম্নবদা হৌজিক মখোয়গী খুল অসি স্বর্গনি খনখ্রে ।

ঙসি হবিদাসনা খুঙ্গং অসি থাদোক্তুনা চৎলনি । হৌজিক বিদায়গী মতম্নি । বিদায়-সভাদা খুঙ্গংগী মী পুম্নমক তিল্লরে । হরিদাসনা মমিৎতা মপি ঈরা চেল্লদুনা হিক হিক লাওবা খোঞ্জেন্না হায়রকই-“খুলগী ইপা ইপল অমসুং ইচিল ইনাও পুম্নমক ! মফম অসিদা লৈদুনা ময়ামগী সেবা তৌজবকপা চহি মঙা হৌখ্রে । ঙসি ময়াম্বু থাদোক্তুনা চৎলগনি খনবদা থম্মোয় অসি পুবা ঙমজদে । ঙসি ঐখোয়

## খুঙ্গংগা লাইবেকপা

চহী মঙাগী মমাংদা অমুক্তং হঙ্গৎনা য়েংশি । খুল অসি অঙকপা ফংনা ওনখ্রে । মসি পুম্বা মযামগী থৌনা, ওইজবা থাদোকপা অমসুং নোম্বা কনবগী মপান্না ওইবনি । হৌজিক্তি মফম অসিদা ঐগী তৌগদবা থবক লোইবে মখা তাবদি মযামগী খুত্তা শিন্নর্জাব ।

মযাম পুম্নমক মমীত্তা মপি তানা হিক্লা হিক্লা কপ্পি । ঙসি মখোযবু মমীং পাঙহল্লম্বা মখোযগী লুচিংবা অসি মখোযবু থাদোক্তুনা চৎখ্রগনি খনবদা থম্মোয কায়গদৌবে । মযামগী মব ঙগী অহল অমা চঙলক্তুনা হবিদাসতা কোল্লদুনা হায়বকই - "ইবুংঙো হবিদাস নঙনা ঐখোযবু খুৎ শমদুনা চহি মঙাগী শাংলবা লম্বী লমশাং অসি পুবিবক্লে । অদুগা ঙসি ঐখোযবু হুন্দোকলমদুনা চৎকদৌবে । নঙগী লম্মলনা পোৎলুম ওইলবা ঐখোযনা নঙোন্দা ঙসি কবি হাযগনি অমসুং কবি পীগনি । ইবুংঙো ! ঐখোযনা নঙোন্দা লানখিবা পুম্বা ঙাকপীযুকো ।" মতুংদা বিদায় সভাগী সভাপতি ওইরিবা ব্লোক্কী ওফিসাবনা হাযবকই " মণিপুব সবকাবনা হবিদাসকী সেবাগী থবক্তা থবায যাওবা অমসুং শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা হৈ শিংবা অসিদা পেল্লদুনা মহাকপু প্রমোসন পীবিবে । হৈ শিংলবা নুপা অসি খুঙ্গং অমতগী ওইদদুনা মহাক্কী বুদ্ধি লৌশিং অসি মণিপুব পুম্বগীদমক দবকাব ওইবে, মবম অসিনা মহাকপু তেন্না চাওবা ফম অমা হপ্লে । ঐখোযনা মণিপুবগী খুল পুম্নমক্তা হবিদাদসকুম্বা গ্রাম সেবকশিংগী দবকাব ওই । মাগী মপান্না ঙসি খুল অসিদা ওইরিবা চাওখৎলবা মওং অসুম্না অতৈ খুল পুম্নমক্সু ওইহনবা ঙম্লবদি ঐখোযগী মণিপুব অসি চাওখৎলবা স্বর্গগুম নুংঙাইববা লৈবাক অমা ওইহনবা ঙমগনি । ঐখোযনা শিবগা ফংলুগদবা স্বর্গদা থাজবা ঙমদে তৌইগুম্বসুং ঐখোযনা হিংলিঙৈ মতমদা স্বর্গগী নুংঙাইবা ভোগ তৌবা পাম্মি । ঐখোযনা লৈবিবা পৃথিবী অসিবু স্বর্গ শেমগদবনি । পৃথিবী অসিদা লাইবৈবাক্কী স্বর্গ অদু পুথবক্কদবনি ।" অসুম্না সভা লোইশিল্লকপদা ইখঙ খঙহৌদনা মযাম পুম্নমক খোঞ্জেল অমতদা লাওবকই "হবিদাসকী জয ।"

- নীলবীর শাস্ত্রী

# তংখ্রবা পুন্সী লৈপুন

মেবা ব্রাফুকপা নুমিৎনি । পূর্ণিমাগী নিংথিবা থাজনা অতিযা মকোযদা মোমোন নোক্লি । থবোনচিংবা অহিং শাৎপী লৈবাং কযানা হবাও মথোই কার্জবি । ফজবা ঋতুগী মতম ওইবনা হৈপাল লৈপাল ফাউবনা হবাও মোমোন নোক্লি । তাইবংঙ মী ওইবগী পুক্লিংদি কবি অমুক হাযর্কখিগনি । শ্রীগোবিন্দগী মান্দব মীনা চোন্না তিল্লে । বাসকী নুপা পালা হৌখ্রে । মতম অসি ফাউবদা বাস খুকম্বা মী শিংনা ঈহৌবকপগুম্না অতৎ -অখম লৈতনা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিব তম্নর্বক্লি ।

মতম অসিদা মৈত্রবাককী মপু চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজগী সনা সঙ্গাইগ সর্বদা ফম্নদুনা কনাগুম্বী লৈশাবী মচা অর্মদি অব্রাবা ঈপা ওা লৈবি । নুপা পালা হৌখিবা ফনা কুইরে ঙাইহাক লৈববদি মজাইবেম্মা বাস খুকম্না লেঙথোক্কে তাকপীবক্লগনি । মহাকসু মজাইবেম্মা থাদোই সনাগী থৌগল ওইনা থোককদবনি । অব্রাবদি মজাইবেম্মনা মনাই নুপীগীনি হাযনা থোর্নাববা ফনেক্তি নহাল মমা লাক্লম্বদা মচেগী শেৎনিংঙাই ফনেক অমতং কোনুং মনুংদা থৌগল তৌদনা লৈবিবী মমান্নবীশিংগী ব্রাযগে হাযনা হোৎনবা অদুবু নুমিৎ অসিদদি মখোযসু মজাইবেম্মশিং মমাশির্জাশিংগী থৌগল তৌবা থোবক্কদবনি । থৌগলনাইমক ওইববসু মখোযগীসু সংসাব অর্মনি । আশা কযাগা লোযননা মখোযগী পুন্সী ঈচেলসু চেনথবি । মাগী মগী লৈজবা লিক-কোল শিবদুনা ঐনা মহেল্লে মতাগুম থোক্লগদৌবিবনি ।

খোঙচৎ যাঙবা মতম্অগী ঈচেল মতিক চাউবা কনানা মিৎকুপ অমতং পলহলবা ঙম্না যাউবগে । হায়না হাযনা নুপা পালা লোইখ্রে । মহাক ঙসাইনা মজাইবেম্মগী নাক্তা চঙদুনা শম-না হাৎপা ফি বোল লানথোকপা মতম যৌববনি, অদুবু মাদি মজাইবেম্মনা বাস খুকম্বা চৎলাসি তকপীবকপদা কবি খুর্মশিগে খনবদা

ব্লাখল-লংজা পুন্দুনা লৈরি । অতৎপা লৈতনা কাখৎলক্লিবা পুর্ণিমাগী থাজনা মীৎ কুপ্পুনা য়েংদুনা লৈখ্রে । মমৈথংদা খঙহৌদনা মীৎলু নাপোম অনীদগী শিনথরকপা পিরাংনা নিংথিরবা চাঙ্গরুং অনীমক চোংখ্রে । মহাক খঙহৌদনা মরু লুকথখ্রে, ব্লায় ব্লায় লাউনা তারক্লিবা শাইনোম্না বাহনা উমশিনলক্লবা থাজগুম নিংথিরবা মায়থোঙ অদু কুপশিনখ্রে ।

তাঙ্গা অসিদা নৌরবা খোঞ্জেল অমনা কৌরকই- "কবোকৈল" কবোকলৈ কদায়দা চৎখ্রবগেনহায় ।"

অব্লাবা ঈপাক্তা লুপ্পুনা লৈরম্মী অদুনা ইফিং ফিংনা খুম্মী - "ঐজ্ঞা ননাই ঐহাক লাকচরে । "অসি হায়না থুনা য়াঙনা মজাইবেম্মগী নাক্তা চঙশিনখ্রে ।

"হায় অঙাওবী । নুমিৎ অসি কয়া থেঙজিনখ্রে । নুপা পালা লোইখ্রে হৌজিক ফাওবা ঐগী ফিরোল লানথোকত্রি । হায়মা ! নশম-ননা ককা অমতা হার্ৎত্রিবা । কৈদৌরবগে নঙবু ? ঙসি রাসনি ককা হায়বা কাউরব্লাও ?"

কবোকলৈনা য়াম্না কিনা হঙ্গৎচৈ " ঐজ্ঞা ননাই ঐ হকচাং য়াম্না ঙমদ্রে । ঙসিদাদি থৌগলসি ... ।"

মজাইবেম্মনা শমজেৎ হাৎনা হাৎনা হায়রকই- "অঙাউবীসিদি অরাপ্পদা চৎকদৌবসু নত্তবা মান্দব ফাওবদং থোকপদা নঙ শিরনিহায় । কুইরকুর্মসি ঙাইহাক্তং রাস খুরুম্লম্মগা হল্লকাস । ঙসিগী জগোইদি ইনেমশি য়াইমনা মকোক চিংলিবনি । ঙাইহাক্তংদা ওইরবসু থোক্কু দ্রবদি ঈনেমশিনা রাবৌখিবোইদ্রাও । সে শর্মাজৈরেসিদুম অমুক্তা থেৎলুসে ।" শেৎকদবা ইনগদবা পুম্নমক লোইরদুনা মজাইবেম্মা মোরাদা লেঙশিনখ্রে । মনাই য়েংলদুনা তাকপীরকই - " চৎলো চৎলো নঙ য়াওদ্রবদি ঐসু ইথনতা চৎপসি নুংঙাইতে । ঙাইহাক্তং য়ৌরুরগা তন্না হেক হল্লকসি নফি শেৎচরুরো ।"

কবোকলৈনা য়াম্না কিনা হঙ্গচৈ - ঐজ্ঞা ননাই ঐবু - ।"

"করি অমুক তৌরবগে ? "

"ননাই ঐহাক কী শেৎনবা ইফি ফনেক অসি কয়া জুৎ চাদ্রে । নহান্দা ঐজ্ঞানা লৈবিবা অদুসু ঙরাং ইমা লাক্লম্বা অদুদা ইচেগী শেৎনিংঙাই লৈত্রে হায়দুনা পুবিখ্রে ।" অসি হায়রগা মমীৎতা মপি তরং তরং শিনথবা হৌরক্লে ।

" থিদা অঙাউবীসিদি অদুগী দমক্তবু কপ্পা হৌনব্রা হান্ননা হায়বদি করি তৌই, নচিন পান্দ্রাও । সে শো অসি লৌ, - উপু হাংদোক্লগা নহাল লৌহৌবা ফনেক অহনবদো নঙগী দুগা লৌমিন্নহৌবদো মদু পুখো । থুরকউ - সে অসি

হায়না থোং অদু লাক্লুনা লংশিল্লকই ।

কবোকলৈনা য়াম্না নোল্লক্লা হঙ্গচে-ঐঙ্গা ননাই ঐহাক চরৈ ফিমল ওইনা খুঙ্গগে, অহনবা অসিদি তাকপীগনু ।"

"ইহে ঐনা হায়রিঙৈমক্তদা মানা অহৈ অপা অমুক শাবা শাই ।" অসি হায়না মজাইবেম্মগী সনাখুৎনা উপুদগী লৌথোক্লুনা ফনেক অহনবা অমা পীবীরে । মনাই নুপী অদু মপুক্লীদা শেৎপা ফংজদ্রিবা, মজাইবেম্মনা থোন্নবা থম্বা ফনেক অহনবা অমা ফংলবদা হরাও হরাওনা চৎখ্রে । কবোকলৈ কেজবনা লোইরে । খল্লকই - ঙসিদি মজাইবেম্মনা পীবিবা ফনেক অসি মমান্নবী পুম্নমককী মীৎ থম্ফম ওইরগনি । মশম-মনা হাৎপা লোইরদুনা মিংশেল য়েংনা য়েংনা নাচোম অমা নাপদা থেৎন-থেৎনা নোকফেৎ তৌবা শাই । মপুক্লিংদা খল্লকই -নহাল ৱায়ুংবগী জগোইদা মুনা মুনা য়েংবা মপাইবুংঙোগী থৌগন্নাই পাখঙ অদুবু ঙসিসু রাস খুরুম্বা থোক্লককদ্রনে । ঙরাংসু ঐনা চেংহি লুজরিঙৈদা চেংহিদুম নিরবা শাই ।

কবোকলৈনা কেবা মখে কেরগা হরাও মথোই কানা তফিং তফিং লাকপদদি মজাইবেম্মদি ফি-হোংদোক্লুনা ফমুং খুদাদা হিপ্লুনা লৈরল্লে । কবোকলৈ চঙলকপা মজাইবেম্মা ভাব তাদবগুম তৌই । মীৎতা পি তত্তনা শিন্থরি । নুংশা মপী হোল্লি, করিগুম্বা অৱাবা ৱাখল অমদা লুম্বগুম তৌই । কবোকলৈনা ঙসাই হায়রম্বা "ননাই ঐহাক চরৈ ফিমল ওইনা খুঙ্গগে" ৱাহৈ খরা অসি মজাইবেম্মগী নাকোংদা তত্তনা নিন্দুনা লৈরি । পামেল উপালদা য়েৎচদুনা হাই-হুম্না লৈরবী উরীনা মালং ঈপোম লাংবদা মালেম লৈওনগুম হৌজিক্তা হরাও মথোই কানা পুক্লিং মকালাম্না অৱামৈশা লাংনা লৈরম্বা উবদা কবোকলৈ ৱাখল লাংজা পুনখ্রে । ঙাইহাক্তি ৱা অমতা ঙাঙদনা তুমিন্না লেপ্লুনা লৈরে । মহাক্লা খল্লি- মাবু ঙাইনবদা ৱারৌরবী মজাইবেম্মা রাস খুরুম্বা লেংথোক্লরোই খল্লমালে । ঙাইহাক লৈরগা য়াম্না কিনা হঙ্গচৈ, "ঐঙ্গা ননাই ঐহাকপু হন্দককী অসিদদি ঙাকপিয়ু । মতুংদদি থৌগলদা অপনবা খক থোকহনজরোই । ননাই ইমা লাইররীনা ঐগী ফনেক পুখিবদগী সনা পুক্লিং নুংঙাইতবা অসি থোকহল্লে । মতম অসি ফাওবদা মজাইবেম্মা ৱা অমত্তা ঙাঙবা লৈতনা করিগুম্বা অৱা চৈনাখোল অমা খাঙবগুম উরি । মনাই নুপীনা চঙশিনখিদুনা খোঙ পায়না নোইবা হৌরকই । মজাইবেম্মানা য়াম্না তম্না তাকপীরকই . "কবোকলৈ ঈশিং খরা পুরকউ ঐগী লৱাই অসি মৈহৌবগুম শারে । ওঃ ওন্থোকপানি, নঙনা ঙসি ঐবু ওন্থোক্লা ৱাহল্লে । মতুং মনাউদি নঙ ঐঙোন্দগী চরৈ ফিমল খক নিগনুকো ।"

ব্রাহৈ অসি তাবদা কবোকলৈ লব্রাইদা বক্স তাবগুম থোকখ্রে । হৌজিক্তা মহাককী নিংথিরবা ফনেক অদুগী মপান্না পুম্নমককী মীংথমফম ওইরগনি খম্না হরাউজরন্বা ফি অদু হৌজিক্তি মদুনা মশাদা থোংবদা মৈরীগুম ফাওরে । ইকাই-নুংশি য়াম্নরবা থম্মোয়না খল্লকই - ফনেক অসি শেগাইদুনা লংথোকখ্রসিরা । য়াম্না কিনা মমীৎতা ঈরা চেন্না হঙ্গচবা শাই- "ননাই ঐদি অঙানিনা মপুনা থোনবা চৈরে ফিমন মনাইনা খুনবা হৌনদে হায়বদি খঙজরুদে । মতুং অমুক হন্না তৌজরোই, ঙসিদংদি মজাইবেম্মনা ননাইনি খন্না ঙাকপীয়ু ।"

মজাইবেম্মনা মখা অমুক তাথরকই - "ঙসি জগোই নুমিৎ অসিমক্তদা নঙনা চৈরে ফিমন নিবকো ।"

কবোকলৈনা অঙাং ওইবগী বুদ্ধিনা খঙবা শাই -জগোই নুমিত্তা মনাইনা মপুগী চৈরে ফিমন নিনদবোইরে । কপ্পা কপ্পা হঙ্গচ্চে - ঐজ্ঞা ননাইবু অঙাংনি খন্না ঙাকপীয়ু ।"

কবোকলৈ মজাইবেম্মনা য়াম্না লুনা তৌজবী মনাইনি । মাগী মতৌ অদু উবদা ওনথোক্লা নুংশিবা পোক্লে । মহৌশানা থৌজাল হৈবা থম্মোয়দি শৌদোককনবা ঘী-মাখনগুম অরা-মৈশা খজিক্তং ফংবগা থুনা মহী চেল্লি । তাকপীরকই -"অঙাওবীসিদে নঙনবু করি অরানবা তৌখ্রবগে ? কবোকলৈনা তপ্পা হঙ্গৎলকই - 'ননাই ঐনা থৌগল্লোন খঙদবনা ওনথোক্লা লঙজখ্রে ।"

মজাইবেম্মনা তাকপীবকই-"হায় অঙাওবী । কনানা মপুনা শেৎপা চৈবে ফিমন মনাইদা পীবা যাদে হাযগে ? অদুগা যেংঙোই নঙনা ঙসিগী নুমিৎ অসিদা ঐঙোনদগী চৈবে ফিমন নিবসে মসিনা ঐঙোন্দা ওনথোক্লা অব্রাবা থৌদোক অমা নীংশিংহল্লে । থৌদোক অদু অকাউবগী ফিজংনা মতম কুইনগী ওইনা কুপশিন্দুনা থম্বা পামখ্রবনি, অদুবু নঙনা ঙসিদি অকাউ ফিজং শেগায়দুনা নিংশিং মৈরীনা থম্মোয় কায়না চাকহল্লে । থৌদোক অসিবু নীংশিংলবদি ঐগী হকচাংদা থোংলিবা ফিশিং অসি খাম্বী মৈগুম মৈশা লাংলকই । ব্রা অসি তাবদা কবোকলৈ ঙকপনা লোইখ্রে । য়াম্না নোল্লুক্লা হঙ্গৎলকই, "ঐজ্ঞা থৌদোক অদু ননাই ঐঙোনদসু অমুক্তা লীবিয়ু । নচা ননাই ওইবনিনা পুক্লিং লৌশিং ওইহৌগে ।" মনাই নুপীগী নোললুকপা থম্মোয়গী মখা পোল্লবী মজাইবেম্মনা ব্রাবী লীবা হৌরকই - "মতম অদু ঐ নোংমাইথেমদা লৈরি । নুমিৎ অদু অসিগুম্বা জগোই নুমিৎ থোক্লম্মী । ময়ুম পাল্লবী নুপীশিংনা মপাম চৎনিংবা মহৌশানি । জগোই থোকপা খুদিংদা ঐহাক হেক হেক খুরুম্বা লাক্লম্মি । সনা কোনুং হায়বসি ঈপামগা ওইবনিনা ঈনিং

তৌনা চা-থক্লুনা খরা থেঙবা ফাওবসু ময়েথোকই । নুমিৎ অদু জগোই যেংলগা হল্লকপদা খরা থেংদোকখ্রে ।" য়ুম পানবগী চৎনরোল মপুবোইবগী অচেৎপা ব্রারক, মনেম- মকুগী ইকাইখুম্নবা পুম্নমক অসিগী জ্ঞান লৈত্রিবী কবোকলৈনা ইপণ্ড পঙনা খুমজবা পাই-"অদুবু থেঙদোকখ্রগা সনা কোনুংদা নুংঙাইনা হেক লৈথোকপা য়াবদুবু । মজাইবেম্মদবু কনানা করি হায়জরনি হায়বগে ?"

মতম অসিদা জগোই রাসকী মোইবুঙ খোঞ্জেন্না শ্রীগোবিন্দগী মান্দবতা নত্তনা সনা কোনুং পুম্নমক খোনথাং য়ৈনা পুম্নিন হেক নিল্লকই । মদু তাবদা মজাইবেম্মা খুৎলোন্ননা লু লুকথনা অমুক্তং খুরুম্লগা মখা তাথবকই -"
করি হায়বা চরোদা অঙাওবী সিদি, ময়ুম পাল্লবা মীনবু নিংথৌমচানি হাযদুনবু মপামদা হেক লেকথোক্লুনা লৈবা যাব্রনে, নঙসি হযেং নযুম নকৈ পাল্লগা লম ইহেন হেক হেল্লদুনা ঐখোয় য়াউনা চোপ্লববনি ।"

কবোকলৈদি মখা তানিংবনা খাঙবা ঙমদ্রে -"ঐজ্ঞা মখা কবি তৌখ্রবগে ? "
মজাইবেম্মনা মায়থোং লাংশিন্না শকফম হঞ্জিন্না ব্রাবী মখা লীথবকই -"ঐনু লৌবা মমাক ইবুংঙোনা ঐনা থেঙনা হল্লকপগী মরীদা পেন্দবা ফোঙদোক্লুনা ব্রা কয়া হাযখি। ঐসু শাউবনা ব্রাহৈ কয়ানা পাউখুম পীখি । মমৈথংদদি খুৎ থোক্লক্লে ।"

"ইঃ' মজাইবেম্মদবু মখুৎ থোক্লা হেক ফংখ্রবা ।" অসুমনা মবক থৎনা কবোকলৈনা হঙ্গৎলি ।

"মাগী উশিত্তবা মতৌ অদু উবদা ঐ শাউবনা মৈ হৌবকখি । খোঙনা নেৎখ্রবা লীল অমোমগী মতৌগুম ঐহাক শাউবনা ফি ফি কান্নম্মি । ইনুং ঙানবগা কোনুং তান্না লাক্লুনা পাবুঙ খাদা হঙ্গৎলম্মি । ব্রাফম অসি লৈবাক শবা শনখ্রে । খুল্লক ইবক্তা থৌদোক কযা কযা থোকই মদু অযাম্বনা লৈবাক ব্রা ওইদে । অচৌ অশাংগী ইমুংদা কবিগুম্বা অমতং থোকপদা মদু লৈবাক ব্রা হেক্তা ওইখি । লৈবাক ব্রা বা লাউনবকই - 'মমাক ইবুংঙো নোংমাইথেমবনা মজাইবেম্মা থাদোইসনাবু খোঙপাক্লা কাওবে ।"

কবোকলৈনা ইঙক ঙব্ল হায়বকই -"ইস মজাইবেম্মদবু খোঙপাক্ল হেক কাওখ্রবা ।"
"থীন্দনা পাবুঙখাগী সনা যাথং পাউ লাক্লুনা মমাক ইবুংঙো কৌখৎখ্রে । ঐনা খল্লম্মি - মহাকপু খবা চৈ থাঙদুনা ব্রারক ব্রাত্তৈব্রীগনি । অদুবু .... ।

"অদুবু করি তৌখ্রবা.... ?"

মজাইবেম্মা মীৎতা ঈরা চেল্লক্লে হাযবকই "ওনথোকপনি মহাকপু গারোটতা পুথোক্লুনা যাম্না থীনা য়ৈরম্মি । পাউ অসি খঙহৌদনা লৈবাক শবা শনখি । ইনেম ইকু অনীমক্লা কপ্পদুনা হায়বম্মি - ইমৌ ইবেম্মা মহাক্কী মথব্রাযদদি কল্লু । ঐখোয়না

ওমথোক্লা লগুজত্রে, ঐখোয়বু অমুত্তং ওাকপীয়ু । করি অমুক হায়গনি, কবোকলৈ, মহাকপু কৌখৎখিবা নুমিৎতু, ওসিসু ঐনা শংশংনা উরি । কৌবা লাকপা সিকাইগা তুংথা মাংথা চংখি । মহাক মায়থোং লাংশিনত্রে, মরু লকথদুনা মরাল লৈরবা মীগুম ইকাইবা অব্রাবা, নিংওমদবা পুম্নমক্লা তুহৎতুনা খরাই থোঙ্গাল ব্রাংমা লানখি ।

ওাইহাক্তি মপু-মনাই অনীমক অব্রাবগী ঈপাক্তা লুপখিদুনা তুমিন তুমিন লৈনত্রে । কা অদু ওাইহাক্রীদমক উন- ব্রাইমুক চীকত্রে । রাসকী বাঁশী খোঞ্জেন্না নুংশিবা সুরদা অহিংগী অচীকপা থুগাইরকই । কবোকলৈনা য়াম্না কিনা অমসুং শোনথাংননা হায়রকই-“ইস পাবুঙখানা মমাক ইবুংঙোবু য়ৈয়ু হায়না য়াথং হেক তাকপীখিবকো ।” মজাইবেম্মনা মখা তাথরকই-“হায় অঙাওবী নিংথৌগী মজাইবেম্মদা লংজরুবগী দন্দি মদুনা লোই হায়ব্রা ? ”

“ইস মদুনসু লোইদ্রিবা, ঐজ্ঞা । মখা করি অমুক ... ।”

“মখাদি যোলহিং চন্দুনা শুগুদা লোই থাবা । পাবুঙখাগী ব্রাবক চৈফু অমমমনা ঐঙোন্দা বজ্র তাবগুম থোক্লম্মি ।”

“করিদি তৌগনি কবোকলৈ । মশানা থাকচবা লাংদা মথন্নতা থুজরবা মীনা কনাদনো মানা অমুক কনবীয়ু হায়জরুগদবা । ইশাগী নাপলনা ইশাগী য়েক্লবা ওইববদা । অসিগীসু মথক্তা ইচেমশিজশিংনা মতাং চারিঙৈ অসিদা খরা খঙহল্লৌদ্রবদি তুংদা ঐখোয় নিংথৌ মচাশিংবু কনানসু উশিংপিররোই খল্লম্মি । মখোয় কনা অমত্তনা ঐগী ব্রা তাবমদে । মমৈথংদা ঐগী ইতৌ য়েংবা ঙমদবদগী ইচেমশিজশিংনা মমাক ইবুংঙোগী থব্রায়দদি কনবীয়ু হায়না পাবুঙখাদা হঙ্গৎলম্মি ।

কবোকলৈনা নুংঙাইবা ব্রাহে খবা তাগদৌরি হায়বগী আশাদা ঙাইঙমদনা হঙ্গৎলকই -“ঐজ্ঞা ! পাবুঙখানা মমাক ইবুংঙোবু কনবীরে অসি নৎত্রদো ?”

য়াম্না নিঙবা কায়না মজাইবেম্মনা খুন্নকই-“পাবুঙখাগী সনায়াথং অদুবু ইচিল অসিনা করম হায়না তমলসিগে কবোকলৈ.... করিগুম্বা মমাক ইবুংঙো নোংমাইথেম্বনা ঐনা শেৎপা খ্বাংজেৎ চবৈ ফিমন নমদা থোংউ য়ারবদি ....।” অসুম্না হায়রগা মখাদি অতৎপা লৈতনা চেনথবক্লিবা মীৎকী পিনা খোঞ্জেল থোক্তবা ব্রাহৈনা পাউ তম্মি । তাঞ্জা অসিমক্তদা পোপীশিংনা প্রার্থনা শরুকই - হা গোবিন্দ প্রার্ণনাথ ...। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা অমুক হায়রকই - “পাউ থাদুনা মমাক ইবুংঙোবু লৈশাংখোংদা খামহনপ্রি । পাবুঙখাগী মনাইশিং লাক্তুনা ঐগী খ্বাংজেৎ চরৈ ফিমন পুখি । ঐবুনা কোনুংদা কৌখৎলৈ । কবোকলৈ, নঙ মখা করি অমুক তানিংলিবগে ? বিধিনা শেম্বা পুন্সী লৈপুল নুমিৎ অদুদা তাৎথ্রবনি ! ”

- নীলবীর শাস্ত্রী

# লাইনীং ওনবা

[ এলাংবম সোনামণি সিংহ ঃ (পোকপা) ঃ ১৯২৭,মোইরাংখোম লোক্লাউবুং ইম্ফাল । ইতিহাসতা এম.এ. কলেজদা ইতিহাসকী লেকচরর ওইরম্মী । মতুংদা আই.এ. এস. ওফিসার অমা ওইনা সরকারগী অচৌবা ফম কয়া পায়রবা তুংদা থবক্তগী পোৎথাই । কবি অমদি ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা থোইদোক্লা শীংথানৈ । - "ৱাখল শৈরেং" "শংবান্নবী" "নির্মল-যমুনা","থম্মোয় -বীনা", "লৈনম চাউবী লৈরাং","হাওকুদা শিকার ", "কায়নবদা", "মঙশৎ তানবা", "অনী নোক্নবদা", "জগান্নাথ পুজারী", "উদ্ধবকী পাউ", "বসুমতী", "পোমশাংনবী", "মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা", মহাককী লাইরিকশিংনি । ৱারীমচাগী "লাইরিক মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা" দা শক ১৯৮৮ গী ওইনা সাহিত্য একাদমী এৱার্ড অমদি মনিপুর ষ্টেট কালা একাদমী এৱার্ড ফংখি । হৌজিক হৌজিক সাহিত্য একাদমীগী একজিক্যুটিভকী মেম্বর অমদি মনিপুরী এডভাইজরী কমিটিগী কনভিনরসু ওইরি । ]

নোংমা নুমিদাংৱাইরমনি -ইম্ফাল তুরেল মপান্দনি, তারমদাই নুমীৎনা নোচুপ চীংদোন্দা লেপ্তুনা ঙাইহাক্তুং মনিপুর তম্পাক্কী ফজবা য়েংবগুম তৌরি। মতমসিদা -তোর্বান্দা অশংবা তিংথৌ গালিচা থক্তা ফমদুনা পাখঙ অহুম ম্নরি ৱারী শারি- ৱারীদুদা উংদুনা মখোয় মশেল ওনশিন্নদুনা জা-জা নোক্লী । মেরা থাগী মেঙঙনক্লবা নুংঙাইরবা নুমিদাংৱাইরমনি । অইংবা নুংশিৎ তপ্পা তপ্পা

শীৎলকলি- লোয়ননা মখোয়সু কন্না শিথ-শিথ নোক্লুবদগী হন্থরকলি । নুংশাম্বর শাংনা-শাংনা হোল্লি । স্বর অশাংবা হোন্নদুনা শকফম হঞ্জিল্লক্লবদা ইন্দ্রজিৎনা হায়বকই- "ঐখোয মীব্রা ঙাঙনবা ওকলে ঐখোয় ঐখোযগী ব্রাসু খরা মঙাঙনসি।"

নীল-কবি ব্রানো ঐখোয়না ঙাঙনদৌরিসিবো ?

চাওবা-করি ওইগদগে নঙগী ব্রানিদনা Matric 7th year

নীল- নঙগীদি য়াওরোইদ্রা P.U.C. 5th year

ইন্দ্র - যাওনি য়াওনি ঐগীস্, বাজেন B. A. 6th year গীসু ।

রাজেন- নঙগীদি ঊচিন নাচিন্না হন্দক্তা B.A. Supplementary ওইহৌরবনিনা খরবু ফরে । ঐখোয়বু কমদৌদৌরিনো ?

ইন্দ্র- অদু খরসু খন্নসে ইবা ঐখোয়সে পৈশা পাই অমা ফাও থোক্তে খরচদি মী খ্বাইনা তৌনৈ হায়দুনা হন্থবা য়াদে- চা কপ্তা মখায় লুপা, পানা জর্দ্দা অমদা শিকি অহুম, খ্বাইরম্বন ফাওবা বিকসা তোংবদা লুপা মঙা য়ৌরে । য়ুমদগী ইপা ইমাদগী অসুম তান্দুনতা লৈবসিসু ইকাইশিল্লকলে ।

নীল- হোয়নে, চহী হায়বা ঐখোয় কুনতরেৎ-নিপান কুন্থা শুঞ্জিল্লকলে !

চাওবা -ইমান্নবা মণি, মোহন, দিন, মহেন, তোম্বা লোইনা দাক্তর ইঞ্জিনিযার্ এস. ও. লেকচরব, ঠিকাদার ওইদুনা পৈশা নমথিখৈ পায়নখ্রে । ঐখোয় ইপা ইমানা লৈবিবা সাইকল চীদেকপদু ফাওবা শেম্বা ঙমদদুনা তোংবা ফংদ্রে ।

বাজেন-চুম্মীনে । অদুগা ঐনা য়াম্না নুংঙাইজদবা, থব্রাযসে প্রোক প্রোক চাকপা অমদি -ঐখোযগী নুংশিনজবম্বী ইবেতোম্বী, মালা, সনাহনবীখোয় লোইনবা মখোযনা লৌখ্রেদো ।

ইন্দ্র - হোইনে - ঙকইকো নুপীশিংসে । অদুক নুংশিনবম্বা-শিমিন্নসি ককা হায়রম্বদো । শেলখোয়না পাযদ্রবা থবক ককা অমত্তা ফংদ্রবসিদদি লোইনা হেক নাম্থোকখিদা । হৌজিকসিবু থায়নগী থোইবীগুম্বা সতী ককা হায়দুবু লৈরমখিদ্রা ?

নীল-অদো নুপী পুম্বদি নত্তেকো ঐখোয়গী চান্দনীদি হৌজিক ফাওবা হোংদ্রি হায়বা । ঐসে মেত্রিক ফাওবা পাস তৌদ্রিবনেইবা । ঐঙোন্দগী হেন্না ফর ফরবা বিএ, এম.এ. ইঞ্জিনিয়াব ডাক্তর এম.সি.এস., এম.পি.এস. কয়া মাবু হায়বা লাকলিপোৎনে, হায়খ্রপোৎনি মানা শুকয়া য়াদবনি । মহাক মশামকসু হন্দক এম.এ. থাখ্রবনি । মানা ঐঙোন্দা চেল্লসে ফাওবা হায়রক্লবনি । ঐনা-ঐ থবক তৌদ্রি শেল থোক্ত্রি, খবা ঙাইখো হায়নদুনা লৈরিবনি ।

রাজেন-বা নওগী চান্দনীসিদি 20th Century গী মহা সত্তীনিংহে তায় ।

মখোয় ময়াম ব্রা লাওনা নোকই । ইন্দ্রনা মখা তারকই- "হৌজিক কালদি শেলবু পায়রবদি লৈমা সনা নংত্রবসু তাইবুংঙো মাইবুংঙো খুরাইবুংঙো ঙাক্তনি । শেলবু লৈরবদি অতাঙবা লৈতে , ফংদবা লৈতবনে । কল্লিদদি শেল পায়বনা রজানে অদুনা ঐখোয়বু শেল থোক্লবা করি তৌসিগে ?

চাওবা - হোয়নে ঐখোয়সে পরীক্ষা হায়রা খঙদ্রবনিনা ফনা শিন্দুনসু পাস তৌররোই । চহিদি নোংমা নোংমা হাপচিল্লক্লি । পৈশাসু পায়দবনিনা থবক ফংবগী ব্রা লৈতে ।

ইন্দ্র-অদুগী হায়রদি ঐখোয় ইন্টরভিয়ুসি ফন য়াম্না য়াওরেদনা । খল্লকপদি লায়রদনা Waiting List তা ফাওবা ঙসি ফাওবা য়াওদ্রিবা । হৌজিক্কী দরদি পিওন কন্সটেবল গ্রেড ফোর লিশীং মঙা, কেরানী তুরানি লিশীং তরা, হায়স্কুল ওঝা পুলিস সব-ইন্সপেক্টর লিশীং কুন, এসদিসি লেকচরর লিশীং কুন্থা, এম.সি.এস., এম.পী.এস. ইঞ্জিনিয়ার লিশীং য়াংখৈদগী লাখ য়ৌরবা কানসিদা কদায়দে পৈশানো ঐখোয়না লৌরুদৌবা, থবক ফংবগী ব্রা লৈতে ।

রাজেন-অওইবনি-মী খ্বাই ঠিকা তৌনে, সপ্লাই তৌই হায়দুনা য়াওরুনি, শেলদি লৈতবনিনা মীঙোন্দগী পুবা তাইদো । থবক হেক লোইবগা বিল পাস তৌবিরোইদো । শেল লৈগা-লৈতেগা ওফিসতা হঙ্গৎ-হন্দা-খরচ কয়া অদুদগী ইঞ্জিনিয়ার এস ওগী 10% (ten percent) 5% (five percent) অদুদগী শেঞ্জাও পায়বগী শেন্দোই--চামদা থাদা মঙা হুনবদা শেলহুৎ মাঙই নামৎ শীংলি মতম মাঙই । মমৈদা ইপা ইমাগী লৌ-ইংখোল বন্ধান । মিক্সৌদি ঠিকাদার কন্ট্রেক্টর-নীক্সোংদি থাঙজৌনা য়ানবদা ঈ থোক্লে । করিনো ঐখোয়না তৌদৌসিবু ।

নীল-লল্লোন ইতিক কারবার তৌসি হায়রা লল্লোন-শেল লৈতে অদুগা মতেক পাইদগী শাগৎপা ইমা পুক্লুংদগী হৈনদ্রবা মৈতে ওইনা পোক্লরবা ঐখোয়না হৈনবসু নত্তে-ময়াং বাঙ্গালী মারবারী পঞ্জাবী দেশবাসীনা চা-আদুনা তোকই । মৈতে মচা খরা লল্লোন ইতিক কারবার খরা হৌখে হৌরুরগা মমৈদা মখোয়গী চাকর ওইখিবা ফন য়ামশ্রে ।

চাওবা-লল্লোন শেল লৈতে হায়সিবু বেঙ্কনা শেঙ্গুং পী, গবর্ণমেন্টনসু লোন সবসিদি গ্রান্ট ককা য়াম্না পী হায়বদাইনে । মন্ত্রীগী ভাষন্দা তত্তনা হায়বদাই । মৈতেলোন খবরদা য়াম্না তোয়না ইবদাইনে ।

ইন্দ্র-মণিপুরদবু লাক্লবদি বেঙ্ককী মীসু - ময়াং ওইগে ওইসনু, দেশবালী বাঙ্গালী পঞ্জাবী ওইগে ওইসনু -মণিপুরগী চৎনবী চবান হেক থাদোক্লিমখে শেঙ্খং-নুংথং পীরকপগী ব্রা লৈতে । ঐ য়াম্না হোৎনরুরবনি - চবান থানিংঙাই, শেল লৈতদুনা ফংদদুনা তোক্লবনে । ভারত সরকারগী হুকুম মণিপুর সরকারগী হুকুম - মচিন্দদি পীগে মহায়বা মপুক্লিংদদি কয়া পীনীংদমাল্লেদা থাজৈশেংনা হায়রুরবদি -হা অদু ব্রাৎলি অদা ব্রাৎলি-কাথোক কাশিন চৎথোক চৎশিন্দা কপ্পাক চোক্কুনা তোক্লে । রিক্সা ভারাদা ইমাগী শেঙ্গাও মথক মখা ওল্লে ..... ।

রাজেন--হোয়নে মদুদি ঐসু খঙঙেনে । লুপা লিশীং তরাদং ˙লোন ফংনবা হোৎনবদা রিক্সাগী খরচ চাগী খরচ চবানগী খরচ লিশীং মঙাদগী তাদনা চঙখ্রে-করিগুম্বা কান্দসু ফংদদুনা নামৎ শিত্তুনা মতম মাঙদুনা তোকপসু য়াওরিপোৎনি । ফংলসু থাজৈশেংনা খুত্তা লিশীং মঙাতং ফংলগা লীশীং তরা ফংলে সহি তৌবা । লিশীং -তরাগী শেন্দোইগা কোন্ননা শিংবা তাবা, কানানা শেঙ্খং লৌনীংদৌরিনো ? লৌরগা কনানা শিংনীংদৌরিনো? শিংঙোইদবা মী খন খন্দুনা পীরগা- শিংদ্রগা, শিংদ্রে-মথং পীরোই-সিনে হৌজিক্কী বেঙ্ককী থবক ।

নীল- ঐখোয়না তাবদি মণিপুরদা লৈবা সেদুল বেঙ্কশিংসি মফমসিগী মীনা ডিপোজিৎ তৌবা শেলগী শেন্দোইনা মণিপুরদা চলাইরিবা বেঙ্ককী খরচ পুম্বা লেমদুনা মণিপুর ব্রাংমদা Invest তৌই হায় ।

ইন্দ্র-অদুত্তা নত্তে মখোয়না মণিপুরদা Invest তৌবদি ডিপোজিৎকী চাদা অনীমখায় গী হীংতনি অদুগা পঞ্জাব হরিয়ানা গুজরাট কুম্বা লমদদি চামা ডিপোজিৎ তৌবদা চামরি Invest তৌই হায় ।

রাজেন-অওইবনি মণিপুরগী সেদুল বেঙ্কশিং পুরিবশিংসিনা শেঙ্খং পীনীংদ্রবদা ঐখোয়না ফন-হোৎনদুনসু ফংবগী চান্স শুক্লে লৈতে ।

চাউবা-গবর্ণমেন্টকী লোন সবসিদি য়াম্না পী হায়বদাই ; মদু লৌবদি য়াদ্রা ?

ইন্দ্র-গবর্ণমেন্টকী লোন সবসিদি গ্রান্টসু অদু মঙায় -ভোৎকী হিসাবতা পীরবা-মদুসু চবান থাবী নৎত্রবদি য়াদ্রবদা ঐখোয়না করম্না ফংদৌরিনো ?

চাওবা-অদো-করি তৌসিগে শেল তান্দবদি য়াদে । লুট-পাৎ তৌদুনা মুন্দুনা তানসিরা ?

রাজেন-মদুবুদি খুনেক্তা মী হাৎপগী কারবারসু শেল য়াম্না ফংই হায় ।
নীল-মদু শিবা হিংবা মফম খঙদবা শেন্দান্নী ধর্ম্মনসু য়াদে ঐদি - তৌনিংদে -

চাওবা- অদু করি তৌসিগে মুন্না অমুক্তা খল্লু ।

ইন্দ্র-এ: য়াম্না ফবা অমা লৈরে শেল হেক্তা য়াম্না ফংবা ইৱা ৱাদনা ।

নীল-চাওবা -করিনো করিনো ?

ইন্দ্র-মাইবী লাইফাও ।

নীল-করম্না ?

ইন্দ্র-হৌজিক কালদি পাম্ব্রোইবীখোয় পাখণ্ডবখোয়, নোংপোক নিংথৌখোয় য়াম্না তোংদুনা মী য়াম্না চৎনৈকো পৈশা কাসু য়াম্না য়াম্না কৎনৈ ।

চাওবা-করিনোনে নঙনা হায়রিদুবু ।

ইন্দ্র- হেরা নখোয়সিমা খঙখিদ্রেদা, ভাব তাখিদ্রেদা । নখোয়বু তা-দ্রা নম্বোলগী লাই ইবেম্মা, খোংমনগী ইধৌ, খুরায়গী জগৎমাতা, চিঙামখাগী খুমন পোকপা, লাংজীংগী লুৱাং পোকপা ।

রাজেন -মখোয়দুদি মশানা লাই তোংদুনা লাইবাও পীবা ঙম্বনি । লাইদি তোংদনা ঐখোয়না করম লাইফাও পীদুনা শেন তান্দৌরিনো ? চৈদুম চাদুনা তোক্কনি ।

ইন্দ্র - মদুবু কয়া লুবা থবকনো ? নঙবু· বিএদা সাইকোলোজি কাসু লৌবদাইনে, মী মীগী মীশক মীতা য়েংলগা মখোয়না পাম্বা য়াবা ৱা খরা হায়জিল্লগা লোইরে ।

চাওবা-করম্না ?

ইন্দ্র-পাখণ্ড লৈশাবী লাক্লগা-নুংশিনবা লৌন-লৈনবা থুংননি থুংনরোই, পক্লবা মায়কৈ, কুচু খরা মহায়বা । ছাত্র ওইরগা পরিক্ষা মতমদা পাস তৌনি তৌরোই -খরা ৱানি, হেক মহায়বা- করি হাযগে ? সরকারগী থবক তৌবা ওইরগনা প্রোয়োসনগী ৱা, থবক্তা য়েৎনবা-মুক্লবা,হাযজিন-খোৎচিনবা মতাঙ খরা মহায়বা, পুজা নুংজা তৌরগা ফনি পুজা তৌ কাসু মহায়বা, মৌ নহা মৱানা হুন্দোকপীবা কাদনা-মৱা অদুগী পাউ থা ৩গী মনুংদা তারনি হেক হাযজিনবা- মচাগী মতম খঙনীংবা মমাদনা মচাগী অফবা লাক্লনি- থা ২গী ৩গী মনুংদা ককা হেক মহায়বা । মসিবু কয়া লুবনো ?

নীল- চুমদ্রবদি কমদৌবা ?

ইন্দ্র- ঐনা হায়বা নত্তে লাইনা হায়বনি হায়রগা ওইদ্রবসু লাইনা মচীন থীবা মরাইনা তাজনি । অদুগা হায়খিবা ময়ামদুই মরক্তা খরদি শোয়দনা চুমগনি খরনা লানগনি । অচুম্বা কাঙবুদুনা চুম্মী ঙাঙনদুনা মী অতৈ পুদুনা অমুকসু লাক্কনি- চুমদবা কাঙবুনা চুমদে হায়দুনা লাকলোই ।

চাওবা-হোয়দা অদুবুদি চুমদে হায়দুনা অদুম তোকই কনাসু হন্দুনা ব্রাফংনরুই হায়বা তাদে ।

ইন্দ্র- হংদ-হংলরগা শোয়দনা চুমগনি, ওইগনি থা ২/৩ গী তুংদা - মেরা থা লাংবন থা লোইরগা হেক হায়বগা লোইরে ।

নীল - য়াম্না ফবা ব্রানি রাজেন ঐখোয়না নতেঙ পাংগনি - "চুমখ্রে চুমখ্রে" হায়দুনা প্রোপেগেন্দা তৌগনি । অখঙবা পাউ নঙোন্দা হান্না তাক্কনি করি কিনিংঙাই লৈ ।

ইন্দ্র-অফংবা শেলদু ঐখোয় য়েন্নসেইবা।

নুমিৎ অদুগী তুংদা নুমিৎ নিনি হুমনি মখোয় মরি চিকপক চিকপক ব্রা তান্নে । মতুং মরিনি কোনবা নুমিত্তগী রাজেন ফিভম হোংবা হৌরকলে- চরা হেল্লি ফিঙৌ ফিশেং শেংলি-ব্রা ঙাঙদনা পুং কয়ামুক লৈ , চোইরোন-পারোন লোল্লি -মরক মবক্তা খুলঙ ঈশৈ ওইনা লাইরোন শকই -মাইবী অঙৌবীদগী তমহৌবদু । রাজেনগী মমা-মপা নুংশা থীরে । মাইবা মাইবী কৌদুনা ইরাৎ-চবান কয়া তৌরে খয়োম কয়া লাক্লে-অদুবু করিমত্তা কান্নদ্রে ফবা কৌবা লৈত্রে । ডাক্তর সাইকিয়াত্রিস কৌদুনা যেংহল্লে ডাক্তরগী হিদাক কয়া থারে মদুনসু করিসু কান্নদ্রে - মবর্মদি বাজেন হিদাক অমত্তসু চাদে । মরক অসিদা ইন্দ্র, নীল, চাওবনা নাইতোম ওইনা নৎত্রগা পূন্না লৈকাই য়ুমথোং খুদীংতা নত্তনা লৈকাইং খুল ব্রাংমা লান্না ফোংনা - রাজেন লাই পাঙ্গোইবী তোংলে লাইফাও চুম্মী হাযনা শন্দোকলম্মী । মখোযগী প্রোপেগেন্দাদা-সরকারগী অচৌবা কর্ম্মচারী শ্রীব্রজমণিসু য়ৌখ্রে ।

শ্রীব্রজমণি সিংহ অচৌবা ওফিসার অমনি - মপা মপুনা চৎলম্বা হিন্দুধর্ম্ম চংফংনা থাজবা । শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী সেবক নরোত্তম দাস ঠাকুরগী সম্প্রদায়ান । চন্দন-চব্রা থিন্দবা নোংমা ফাওবা উদে ।

'ওফিসতা ময়াম্না খঙনৈ মাবু "য়ুম্নাম চন্দোনতৈ ।"

শ্রীব্রজমণি সিংহ অয়ুক ঙন্না হৌগৎলি । নুমিৎ খুদীংগী তুলসীবুং ব্রাই তৈ-ঈরু মাইথজরগা চন্দোন লাইপোৎ পুথোক্তুনা চন্দোন চব্রা হকচাংগী মফম ১২ দা থিল্লি । মতুংদা মানা লাৎচবা শ্রীশ্রীব্রজনাথজী অমদি রাসেশ্বরী দর্শন তৌই । মথংদা য়ুমদা হল্লকলগা তুলসী সেবা তৌই খূরুম্মী । অদুগী তুংদা শ্রীহরিদা কৎলবা প্রসাদী ফংলবা তুংদা ওফিসনচিংবা চৎলি । অসিতা নত্তনা নিয়ম লাইরিক তাবা, ব্রারী লাইরিক তাবা, রামায়ণ মহাভারত ভাগবত তাবা তত্তনা মাগুব মফম কয়াদা চিখদে, লাইরিক হায়বা থীবা পঙ্কোৎ লৈকাই মাগুবতা উজ্জল নীলমণি,

চৈতন্য, চরিতামৃতনচিংবা তাবা খক চিখদে । অসিদসু নত্তে শ্রীশ্রীজগতবন্ধু মেলা কাংচিংবা জয়দেব চোংবা কাংপালি পুবা ঝুলন হৈবা কৃষ্ণ জন্ম পুজা, গোবর্দ্ধন পুজা, মেরা নিয়ম তাবা মানা মকোক থোংনা তৌরিবনি লৈকাইদুদা । মসিগী মথক্তা য়ুমদা পর্ব্বদিন খুদীংগী উৎসব কৎলি, একাদশী চরা হেল্লি - নিয়ম চুম্না পালণ তৌই । হেক য়েংবদা মাবু হরিভক্ত নত্তে কনানা হায়গনি ।

শ্রীব্রজমণি সিংহ হৌজিক মহাক্কী থবক্কী জিবন্দা অচৌবা ক্রাইসিস অমা থোক্লে । মহাক্কী সিনিওবিটিগী কেশ অমদা মীনা হায়জিনবিবা কয়াদগী অমদি মমান্নবা ওফিসার অমনা কন্না যেৎপনা মাগী ওইফম থোকপা সিনিওরিটি অদু ফংদদুনা মানা ফংফম থোকপা প্রোমোসন অদু ফংদ্রে । মখাদা লৈবা ওফিসার অনী অহুম্না মাবু কান্দুনা প্রোমোসন কাথোকপ্রে, মানা দরখাস্ত ফনা থাই, অদুবু কান্নবা ফংদে । কনানা হায়জিল্লিবনো - কনানা য়েৎলিবনো তাংদাংনা খঙদে । মানা চিংনবা ওফিসাব অমদি লৈ । অদুবু প্রমাণ লৈতবনা মানা মথক্তা ৱাকৎফমসু খঙদে । খোয়দৌ শাওগৎলি । নোংমা অয়ুক অমা থবক অমগীনি হায়দুনা ইন্দ্র মখোয়দা লাকখি । অসুম অসুম থবক ইনখাং প্রোমোসনগী ৱারী-ৱাতায় শানরকপদা মাগী ৱাদু তারবদা ইন্দ্রনা হাযখি-

"তাইবুংঙো ! খুরায় কোংপান্দা অনৌবা লাই তোংবা নুপা অমা লৈ । ইবেম্মা পাম্বোইবী তোংবনি হায় । মাগী লাইফাওদু ঐখোয়দদি য়াম্না চুম্মী । তাইবুংঙোসু নোংমতং য়েংবিয়ু মানা য়াম্না চুম্না ফাওগনবা নুমিত্তি নোংমাইজিং থাসি পূর্ণিমা নুমিৎসিনি হায়নৈ । অদুগা মানা পুজা তৌবদগী মণিপুবগী অচৌবা ওফিসার য়াম্না -ডিরেক্টর বিজয়, ইঞ্জিনিয়ার মধু, সেক্রেটরী ইবোচাওবখোয় প্রোমোসন মথং মথং ফংখি হায়নৈ ।"

শ্রীব্রজমণি সিংহ ৱাখল তৌই । ঈবাক্লরবা মী অমনা নাপী মকা অমদসু য়ান্দুনা হিংননবা হোৎনবগুম মাসু লাইবাও তারগে, করি হায়রকপগে য়েংলগে ; হায়রকপা ফাওরকপা পুজাদুমক তৌরগে খল্লে-হায়রকই-

"ফরে ইবুংঙো মথংগী নোংমাইজিং পুর্ণিমা নুমিত্তা অমুক্তা লেঙভুসি ।"

মরকসিদা ইন্দ্রনা নীলদা, নীলনা চাওবদা তমদুনা ব্রজমণিগী মরমদা অখঙবা পাউ ৱা কয়া রাজেনগী নাকোং য়ৌখি ।

ঙসি পূর্ণিমা নুমিৎনি । লৈকাইগী মীনা ফিত্তৌ ফৌরে । অয়ুক অঙনবদগী থাপ্লবা লম কয়াদগীসু গাড়ী জিপ কার স্কুটর লুনা সাইকল তোংদুনা মী কয়া লাক্লরে। মীনা ক্রক ক্রক ইন্নরে-রাজেনগী পাম্বোইবী শঙলেন মাঙদা । হৈরুক

কারি, চেঙ হৈরি, লৈশু কংলি লাইমাঙদা ম্লানা ম্লানা ঙমজবা দক্ষিণা লুপা মঙা তরা চামা কংলি । শঙলেন মাঙদা খোইরু থাওয়ৈ মোমবতি পরেং থাল্লি ধুপ থারি । লাইমাঙদা চফু অমদা ঈশিং থন্না হাপ্পগা তাইরেন মশা অমা লুপ্পদুনা থম্মী - ফমলিবা মীয়ামলক্তা শ্রীব্রজমণিসু য়াওরি ।

ফিডৌ শেংলবা মকোক্তা লৈশু কয়া থেংলবা রাজেন থোরক্নে - ইরেম্মা পাম্বোইবী খুরুমলে-ঈশাইফুদগী তাইরেনমশা পায়খত্তুনা লাকলিবা ফন্নীবা মী পুম্বদা ঈশিং খিক্তোকই মথংদা লাইমাঙদা ফমখ্রে । নুংশিরবা খোঙ্গেলনা লাইরোন শক্লকলে । ঙাইহাক লৈরগা মশা তনিক তনিক্লক্লে, হুমাং মরীক মরীক কারক্লে, মমীং উইশিনখ্রে; খঙহৌদনা লাইবাও থীথরক্লে ।

"নহাল্লে ইয়া তাইবঙ ইনুংয়াই নবেন শিদবী ঐনা হায়বীগে হৈ । পঙনা পাল্লিকো ইদাইরেম হাওরৈখা পাংবদা লৈরবী মথোক কারক্লীবী নবেন ঐগীদমক্তা শীঙেল খরদং পুরদুনা হোবে হোবে চেল্লক্নুনা লাতোন অমদা য়োমদুনা নবেন ঐগী ইমাংদা পোপ হেক থাদরম্বী ওইগী লমদাং অমত্তংবু ইকুই কুইদনা মীমাঙ ফম্না তারেদো । চেকশিল্লু হৈ ইনুংয়াই নবুধৌ নবেঙ্কৌগী হৈরুক হৈরা কাজরকউ, নোংলেন ইরাই নুমিত্তা ফিজোন হোংজৌ ঙাকথোকপীগে হৈ ।

"নহাল্লে ইয়া তাইবঙ ইনুংয়াই নবেন শিদবী ঐনা হায়দবরহৈ-হাওরৈখা-নোংপোক্তা ঈম্মা ইনখংলকলিবা পাখঙ মথোন কারকপা নোক্রেম হাঈগ্রেম নবেঙ্কৌ ঐবু উঁশিত্তবা লাইসু নত্ত তৌশিন্নবা-করেম কথাই মঙাঙবা লাংখ্রে নুংদা শম্লে-করিনে ফিমাং শেংল লংশিল্লম্লা খঙনি নয়াং থেকেদো । ঙসি কোরৌ নোংজাদগী নুমিৎ শীংবুম তরেংনিগী নুংদা হৈরুক হৈরা কাদুনা নবুধৌ শিদবদা হায়জরো থৌনিজরো কনবীগেহৈ ।

"ইয়া তাইবঙ ইনুংয়াই নবেন শিদবী ঐনা হায়দবরা হৈ-হাওরৈ নোংচুপ পাংবা লম অহল মতম ওইরবা কপ্পাক কুরু কারবা অমত্তংবু ইকুই কুইদনা তৌরাং ফক্তা ওন অয়ো নাহেরিবা ঙসি নোংলেন নোংজাদগী নুমিৎ শীংবুম তরামাথোইনি শুবা নুমিত্তা অমম লোকপু তানগনি, গুরু ফানখোং পায়খরে নবেন শিদবী ঐনা কনবা ঙমদ্রেহৈ ইদাইরেম ।

"নহালে-ইয়া তাইবঙ ইনুংয়াই নবেন শিদবী ঐনা হায়দবরহৈ- ইদাইরেম হাওরৈ নোংচুপ পাংবা ভুরেল ঈখাই ঈবাংমদা লৈবা শামান্নবা শয়েং পান্দ্রোম ঙানরিবা অচৌবা ফম ফমথোন মুন্নরিবা, মাঁনা কৈদা ঐনা কৈদা য়েংনরিবা-ইদাইরেম নুংশুক নুংজানগনু, নীংজবা থুংনি হৈ নবেন ঐনা উরে হৈ-ইদাইরেম

নঙবু লাই অমাংবনা যেত্তুনা ফংফম থোকপা কযা মাঙজবেহে ইনুংযাই-নবুধৌ ইবাৎ থৌনিজৌ । ইদাইবেম নঙদি পঙইদা নবেন ঐনা কুবিগেইদুনা নঙগী ইংখোল চাওগোইনুং নোংপোক চীংখৈদা লৈববু ইদাইবেম নঙনা খঙদেদা নাৱা থবো মাল্লো খোঙ্গাওনহল্লিদা নবুধৌদুসু নঙবু কুবিবা লাকপনি, শঙলেন কৎন খুকমজৌ যাইফগনিহে । লোইদাম থাবুম অহুম্নুংদা যাইফজগনিহে । পঙইকো ইদাইবেম নঙসে নঙগী ইংখোলনুংদা হি-যাই লৈবসু থিদেদো, নঙবু কুবিগে লাকপা নবুধৌবুসু থৌওইদেদো । ইযা তাইবঙ ইনুংযাই নবেন শিদবী ঐনা হাযদববহে ইদাইবেম নঙোন্দা লোযবংশীংখোঙ ওইবিবা ফুল্লেননা মুবৈনবা নুপাদো নবেঙ্কৌ ঈবাৎচবা ঙমজনিহে। ইনুংযাই ৱাগনু লোইদাম থাবুম অহুমতা মঙাযবে । ইনুংযাইশা অবাপ্পদা ইশু অনীদংবু অৱাবদা তাবৈহে -ও অদুক কল্লুখিগে ।

লাই কা খ্রে, লাইথংনবা চাওবনা ঈশাইফুদগী তাইবেন মশা মনানা চোৎলবা ঈশিং চাইশিল্লে বাজেন জ্ঞান তাবক্লে । লাইবাও তাবম্বা পুম্বা লাইবেম্বী খুকম্নবে । হৈকক যেল্লে ।

শ্রীব্রজমণি সিংহ, লাইবাও অদু যাম্ন চুম্মী হাযনা খল্লি অদুবু মবুক্তা চিংনদবসু ঙমদে । অঙম্বা লুপা মঙা তবা কৎলে । অদুগা বাজেন নাক্তা চঙশিল্লক্তুনা ইবেম্মা পাম্থোইবীদা মাগীদমক মুন্না হংবীখো হাযবম্মী । বাজেন্না মথংগী নুমিত্তা নুমিৎ তাববা তুংদা লাকপীযু হাযখি । শ্রীব্রজমণিসিং মযুমদা হনখ্রে । খনখি অওইববু ওইবিদ্রা পঙহায হাযবা ওইবিদ্রা ?

চুম্বু চুমলিদ্র' লানবু লাল্লিদ্রা খন্না খন্না মযুম যৌখি শ্রীব্রজমণি । অমুক থোইনা খল্লুবা তৌদনা অসুম ষণ তাম্থোক্লুবদা মাগী ইংখোল নোংপোক চীংখৈদা ঙসাই লাইফাওদা হাযখিবা মফমদুমক্তা মুন' লংলবা ফজববা খুদোল মবিমুক ৱাংবা অঙৌবা মযিনা লিন্না খাউওন ওনবগুম যেকপা মহাদেব নুঙ অমা হেক থেংনকই । মপুক্লীংদা থুক লাউই খবা হেন্না থাজবকই । মথংগী অযুক্তা যীন্দে কাব তোংদুনা বাজেনগী নাক্তা হেক্তো । বাজেন লৌকই যেংহল্লি । মানি থাঙ্গৈশেংবনি নোংপোক নিংথৌনি ।

বাজেন মীৎ উইশিন, খুদোম্বীনা থিল্লি তুলসীপুং মযাদা হাযবকই-লৈবি সিদা হী যাই- ইবেম্মা পাম্থোইবী । শ্রীব্রজমণি অখাকপা লৈতনা থাজবা হৌবক্লে । যীন্দনা শঙলেন শাবে; তুলসীপুং তৌথোকহন্নবা মী থিকবে । মী অদুনা নুমিৎ হুম্ন চুপ্পা তুসসীপুংদা ফনা-লুনা অসুম অসুম তৌথৈ । কবিসু ফংদে হুম্মী শুবগী নুমিদাংৱাইবমদা নুপা অদুনা কবিনো খঙদে থাংজৌ নীংনা কোক কোক শুজিনখি

মদু শ্রীব্রজমণি সিংহগী চাকব নেপালীদুনা উখি । মথংগী অযুক্তা মী কযা তিল্লে - হাযনবা নুমিৎ ওইবনা বাজেনসু থুংলবে । পুং-খাযমুক তৌববা তুংদা ফংলে নুংঙৌ খুদোল অহুমলোম ব্রাংবা মকোক্তা ইকোয কোযনা মুনা লংবা মযি যেকপা । থাজনৈ লাইনি - থাঙ্গৈশেংবা পাম্থোইবীনি । শঙলেন্দা লেঙশিল্লে অনীমক । ঈকৌদুনা লাই লৌখৎলে । নুংজেং পুখ্রি ঈশিংনা অভিষেক তৌবে । ঝামাৎ চাওনা হবাওবে । শ্রীব্রজমণিসিং পাম্মু খঙদ কৎচবে । বাজেনগী কাঙবু মতিক চানা ফংজবে ।

লাইগী নোংদম মথং থা ২ লোইবকপা অহুম চঙলকপদা তান চাকদুনা মাগা যেৎনবম্বা ওফিসাবদু ট্রান্সফব তৌখ্রে । মতা চাকদুনা মাগী কেশ খন্নবকপদা মানা পামজবা ফম অদু কাজবে, প্রে'মোসন ফংলে । শ্রীব্রজমণিগী থাজবা খম থেংখ্রে । মীঙোন্দা ব্রাবী শাবদা হার্যখি তত্তনা নীংগদবা লাইদি পাম্থোইবীর্তনি । তুলসী ফুকতোখ্রে তাইবেন পাম্বী থাখবে লাংথ্রে ফৈদোম লিংখ্রে । চন্দোন লাইপোৎ কাচিন্দা মিবাং থুখ্রে । নোংমতা ফাওবা শ্রীশ্রীব্রজনাথকী লাইশঙ চৎখিদ্রে কাং ঝুলোন গোবর্দ্ধন পুজা পুম্নমক লোইনা নীংশিংখিদ্রে । পাম্থোইবীনি হাযনা বাজেনতনবু হাযববদি পাম্মুবা লৈতনা খবচ-বাজেন নীল ইন্দ্র চাওবা লমহুই মকোন থেংনবে ।

হৌজিক শ্রীব্রজর্মণি সিংহ ইবেম্মা পাম্থোইবী নীংজবা লম যৌবে, বাজেনবু থাজবা খম থেংখ্রে মযুমদা কেক লাউবা যাবা নত্তে, কাব তোংদুনা বাজেনগীদা হেক্তা । অসুম্না লৈববতুং থা মঙা তককলোমগী তুংদা নোংমা বাজেন্না হার্যখি "তাইবুংঙো ! ইবুংঙে নোংপোক নিংথৌগা ইবেম্মা পাম্থোইবীগা হিবী কোন্দনা তাইবুংঙো খোইদগী পুখিদৌবে খবা চেকশিনর্বীযু । অঙাংশিং লৈবিবা চাকব নুঙ্গোবনা শমশা - শমশাসু খবা তৌবমাল্লে খবা চেকশিনবীযু ।

নুমিৎ অদু শ্রীব্রজর্মণিসিং মযুমদা হোবে হোবে হল্লকই মাগী মেম সাহেবদা খবা ঙাঙলুগে খন্না । মতম অদু নুংথিল পুং অহুমলোম তাবা মতমনি নোংমাইজিং নুমিৎনি । মানা থোঙ্গাল হেক লানশিল্লকপমক্তা মাগী মেম সাহেবগা নেপালী চাকব অদুগা বাবী বাতায তৌবম্বা থেংনকই -মনাক যৌবকপদা তাখি "মেম সাহেব ! নহান তুলসীপুং মখাদা লৈবম্মী ফংই হাযবা নুঙদু লৈবাক তৌবিবা নুপাদুনা ফিবৈদগী লৌথোক্লগা থমজিনবনি ।"

"নঙ কবম খঙই ।"

"মানা তৌবদু ঐ খোৎ খোৎপা উহৌবনি । লৈবাক তৌববু থাঙজৌ মনীংনা

তৌবরা ?" শ্রীব্রজমণি সিংহগী নুপী মেম সাহেবদু মঙোন্দা অমুক য়েং শঙলেন্দা অমুক য়েং চময়না ঙাইহাক লৈবি । নেপালী চাকরনা মখা তাবকই

"মেম সাহেবা, নহান নুংদাংৱাইরম ঐখোয় সাহেব উনবা লাক্লম্বা, লাই খুকমখিবা নুপাদু নহান তুলসীপুং তৌবা নুপাদু ওহ্লোক্লা মানগ্রে ।"

ৱাদু তাবদা শ্রীব্রজমণি ৱা ঙাঙলমদে, পরপ পরপ শঙলেন তান্না চৎখি-মেম সাহেবসু পরপ-পরপ তান্নরকই । শঙলেন থোঙ হাংদোকলুই করি উখি ?

সিংহাসন্দুগী মনাক্তা অচম্বা সিন্দুর তৈবা নুঙ অনীখক্তং । ফজববা ৱানা ফংজরবা লুপা লীশীং কয়া চঙখ্রবা, মাগী মফমদা হীয়াই ওইবা নুঙ-নোংপোক নিংথৌ পাহ্লোইবী অনীমক লৈরমদ্রে লেঙগ্রে । নুমিৎ অদুমক্তদা নেপালী চাকব তাহ্লোকখ্রে । থীন্দে-অমুক পম্বা তৌদনা কাব থৌদোরকখি শ্রীব্রজমণি সিংহ মতৈ মনাও বাজেনখোই তম্না -

নুমিৎ অসিমক্কী নুমিৎ তাবমদাইদা ইন্দ্রগী ফম্মাংদা ইন্দ্র নীল চাওবা বাজেন চা-থক্লি-ৱাবী শাবি। নীলনা পোঙনা নোকমি নোকমি হায়বকই

"ইবেম্মা পাহ্লোইবীদি লেঙলক্রে ইবুংঙো নোংপোক নিংথৌদি কদায় ? শঙলেন্দসু উরমদে ।

হায়না হাযনা ফুরিৎখাওদগী ফজববা নুংগী পাহ্লোইবী পুথোবক্তুনা খ্বায়গী মাঙদা হেক থম্মী । মখোয় পুম্না মুন্না যেংই । ঙাইহাক তুমিন্না লৈনৈ ।

কনাসু ৱা ঙাঙলক্তবদা মহৈ মহৈ নুংশা থীনৈ-থাঙ্গৈশেংবমক লৈত্রবরা ? অমগা অমগা যেংনৈ । ঙাইহাক কবি ওইগদগে চিংনবিঙৈদা ইন্দ্র নোক্ল নোক্লা ফুরিৎখাওদগী নোংপোক নিংথৌ পুথোক পুথোক্লা হায়রকই-

"বাজেন লাইফাওবু লাজহনবা য়াবরা ?"

- সোনামণি

# মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা

নুমিৎ অদু মন্ত্রী ইবোচাওবা মথক্লায নুংঙাইতনা উই -রা ইঙাং ঙাংদনা মাগী তুম্ফম কাদা চঙখি। মাগী মথক্তা ইলেকসন কেশ তৌরকলে-নোটিশ ফংলে ।মরম অসিনা মন্ত্রীগী পোর্টফোলিও যেন্নবদুসু মানা পাম্বদু চিফ মিনিস্টরনা মঙোন্দা পীদ্রে। পোর্টফোলিও য়েন্নবা মতাঙদা অচৌবা কাণ্ড অমনি। মন্ত্রী ওইনিংবা, ওইগনি আশা তৌরম্বা ফংহৌদ্রবা এম এল এ কয়া রাশকপা নুমিত্তগী তোঙান্না পুনশিনবা হৌম্লবনি- মখোয়না মখল মখা অয়াম্বা প্রেসব পীরকলি। মখোয়গী মী থবক হাপ্পা -ঠিকা পীয়ু লোন পীয়ু, মাগী মী চীংদগী ইম্ফালদা ট্রান্সফব তৌ অসিনচিংবা প্রেসর কয়ানি। মবক অসিদা সেপ্পম খুরা ইনাকখুনবা লাক্তুনা মেঙনা থোংনা শেন্দোইগী রা অনীরক অহুম্লক পল্লম্লবনি। ইশেল ইবাই ইলেকসনদা শেল লৌশিল্লুবা কাঙবুসু- শেল শিংহন্নিংবগী ইঙ্গিৎ কয়া থোরকলি। মন্ত্রী ওইঙেদগী মী লাকথোক লার্কশিনগী, চা চুরুটকী খরচ চংফংনা হেনগৎলকলি - থোইদোক্লা সংস্থান কয়াদা মতেং পাংবীয়ু হায়বনা খুরক হাঙদে- খরচকী লোইবা লৈতে-শেলদি হৈগ্রু মনাদা য়োমদুনা ফংই - মন্ত্রী ইজ্জৎসু ঙাক্তবা য়াদে। মাগী খোঙ্গু পোংথাবা ফংস্রে। রাখল খনফম থোকলক্লদুনা মাগী মরুপ ব্রেক মার্কেটর মানিকচান্দ ফোনদা কৌদুনা চীক্ষপক্লা রাবী শারি- মমাঙথোঙ লোনশিল্লী।

মনিকচান্দ মোবেদগী থুংলবদা ঙায়রি - জোনি রাক্ষর কেশ অমা পুবকই। লিক্লী অমা হাংদোক্তুনা মখোয় অনী গ্লাস থল্লা হাপতুনা তপ্লা চিংলি-রারী শারি চুরুট ৫৫৫ অমমমসু মৈখেৎ খেক্তুনা থকলি। মনিকচান্দনা হায়রকই-

"করম্না অচুম্বা তৌগদৌরিনো ?"

"লৈবাককী সেবা তৌবদা অচুম্বা খবা তৌদ্রবদি মীনা কাব হায়গনি, বাশক লৌবা কান্দসু অচুম্বা তৌগনি বাশকখি।

"মী অতৈনা অচুম্বা অমা ফাওবা তৌদ্রবদা নঙ নখঙ্গা তৌবগা কবি কান্নদৌবিবা লৈবাককী কযাম ফদৌবিবা ?"

"মী অতৈনা তৌদ্রবসু ঐনা খবা তৌবদি যাদ্রা ?"

"ফবেনে -ঐ ব্রা হংগে-ইলেকসন কেশ তৌবক্লবা নণ্ড্রা ?"

"হোয তৌবক্লে।"

"ইলেকসন খবচ বির্টন পীখ্রববা ?"

"পীদ্রি থুনা পীবা তাববদি কেশকী মবমসু অমনি।"

"ঘবে পীবসি অদুগা যেংসি আইনগী মতুংইন্না ইলেকসন খবচ কেন্দিডেট অমনা লুপা লিশিং ২৫ দগী হেনবা যাদে থাঙ্গৈশেংনা খবচতি কযা তৌখি।"

"পুন্না পাবদা ইলেকসনদা লুপা লাখ অহুমদি হেন্না চঙখ্রে।"

"মন্ত্রী ওইবদদি কযা চঙাখ।"

"পার্টি ফন্দদা লুপা লাখ অনী পীখি।"

"পার্টি ফন্দ ওইগে ওইযু পোকেট ফন্দ ওইগে ওইযু নঙোন্দগীদি লাখ ৫ চংখ্রেদনা।"

"হোয"

"অদুদি পুন্না ইলেকসন বির্টন পীবা কান্দা খবচ লুপা লিশিং ২৫গী হিসাবতমক উৎকদবনি মদুবু অচুম্ববা ?"

"মদুদি ঐতা নত্তে কেন্দিডেট পুম্বা লোইনা তৌনবিবনি।"

"অচুম্বদু পীবা তাববদি ইলেকসন কেশ মীনা ঙমখিনি কেশ ফেল ওইবতা নত্তনা শেল অসুক হেন্না চঙনা ওইববা মন্ত্রী তোকপদগী হেন্দোক্লনা এম এল এ ওইবা ফাওবা তোকদৌবিবনি

"সিদবু অচুম্বা যাবিববা ?"

"ব্রাশক কাযবনা লুববা এম এল এ তোকপনা লুববা ? ঐখোযগী সিস্টেম অসি ফত্তবনি যেংউদনা ভোটবনা পৈশা পামলিবা, ভোটবনা শেল পীবগী সিস্টেম লৈবিঙৈ চহি শুদ্রিবা অঙাংবুতা নত্তনা ভাবতকী নাগবিক চিংদ্রবা মী ফাওবা ভোটর্বলিস্টতা যাওহনবগী সিস্টেম লৈবিঙৈ, ইলেকসন খবচ লুপা লাখ হেন্না চঙববু লুপা লিশিং ২৫দগী হেনবা যাদে হাযবা আইন চৎনবী সিস্টেম

অসি লৈরিঙৈদা- করম্না অচুম্বা লাক্কদৌবিনো ? মসিগী মথক্তা হুদুনা লাক্তুনা পুদুনা শেল কয়া শীজিন্নখ্রবনি-মদুনা কদায়দগী শিংদৌরি ?"

"অদুগীদি শেল থৌবা হৌরকলবনি শেনদোয় থিল্লদবা য়াদ্রবনি ।"

"কদায়দগী পীদৌরি ? সরকারনা পীরিবা তলবনা চা থকপা ফাওবা কোন্নব্রা ?" "কদায়দগী কোন্নগদগে ? অদুদগী হেন্দোক্তুনা পোৎয়েং দোনেসন মশীং থীঙমদ্রবনি- মসিগী মথক্তা ঐগী নুপী ইচা ইশু সনা শিনিংই - কার তোংনিংই , নুংঙাইববু পামদবা লৈবরা ? ইজ্জৎপু তৌদবা য়াবরা ? অদুবু কারদা হাপ্পবা থাও করিনা লৈগনি - দোনেসনগী শেল কদায়দগী খঙদ্রেদা ।"

"কযা কুইনা মন্ত্রী ওইগদৌরিবা ? মসিবু পিবা ফমলা ? মখোয়গী মন্ত্রী ব্রাশকপা নুমিৎ অদুদগী মখোয় ওইবা ফংহৌদবশিংদু মখোয়গী মন্ত্রী মন্দল থুগাইনবা থবক পাযখৎপা হৌখ্রবনি ।"

"মতিক চাই চাদে খঙদনা এম এল এ পুম্বা ঐ ওইদবা য়াদে তক্লবিবনি -নিনফুং নিনফুং তারে হনদক্কী বজেৎ সেসন অসিদা ফ্লোর ক্রোস তৌগদৌরি হায়না - নখোয়গী সরকার কায়রবা যাবি ?"

"অওইবরনে ?"

"অওইবনে । অদুনা শেন্দোন থুমদোন কোকহৌনবা য়ারবদি শেল মরাং কায়না তালহৌবা দরকাবনি -"

মরক অসিদা টেলিফোন ক্রিং ক্রিং খীংলকই । মনিকচান্দ টেলিফোন পায়খৎলি- ব্বারী কয়া শাই - কাংপোকপীসু পল্লি টেলিফোন থল্লগা সনাখোম্বনা হায়রকই - "ঐগী গাড়ী দব্লিউ এম এ ১১০ দু কাংপোকপীদা থিংলে-থাদোক্লবা আই জীদা অমুক্তা হাযযু ।"

মন্ত্রী টেলিফোন তাপ লৌখত্তুনা আই জীদা থাদোক্লবা হায়খি । মখা ব্বারী শাথরকই- মন্ত্রীনা হায় ।

"হোয় অওইবা হায়রবদি ঐখোয়না ভোৎ লেপলিবসি কারবারনি-শেন্দোং তানবনি । লৈবাক্কী সেবা তৌবা হায়বদুদি ভোৎ ফংনবা অদুক হায়জিন্নবনি ।"

"ঐ অমুক্তা গাড়ী গী মরম থিরুখিগে -"

"পাউ খঙহল্লকউ ।"

'মনিকচান্দ চংখ্রে । মন্ত্রী মকোক চিকপা খরা ফরদুনা মাগী মনীংথংবা কা অদোমদা চঙলকই । মা উবদা মনীং কাদা মাগী মেম সাহেবকা ব্বারী তৌরম্বা

ওফিসারদু হৌগত্তুনা সলাম তৌনা তৌনা হায়রকই -ঐগী অদু খরা থুনা -"

"কয়াদি য়াওরকলে ?"

"মগুা খক্তনি ।"

"মগুা খক্তা -ফরে ফরে থনম্মো ।"

"কৈদৌঙে থোকপীগদগে ?"

"থুনা তৌবিনিদা-অদু নঙগীসি অনী কানগদৌরিবনিদো ।"

ওফিসারদু চৎখ্রে ।

ইবেতোম্বীনা বরফ হাপ্লবা অঙৈংবা ঈশিং গ্লাস অমা লানশিল্লি । ইবোচাওবা সোফাদুদা ফমথবদা গুায়রি । তাঙ্গা অসিদা মপান্দা মী অমনা মাগী শান্নদুনা লৈবা মচা অগুাং অনীদুদা হংলিবদু তারি -

ইবেম্মা-পাবুং লৈবরা ?

অগুাং অনীদু খুমদে -

ইবেম্মা বাজি লৈবরা ?

অদুদসু খুমদে -

অকোনবদা-

হৈ নুপীমচা নপা লৈবরা

"লৈ ।"

অগুাং অনীদু থোঙ দ্রং দ্রং থীল্লকই-লাউরকই পাবা মী লাকলে । পাবা মী লাকলে । ইবোচাওবা শাওরং মালংনা থোঙ গে লাউনা হাংদোকলুই - মানা উখি মাগা য়াম্না লুনা তিন্নবা শগোলবন্দগী তোম্বী ওইরমলে । তোম্বী ইমুংদা চগুলকলে- মাগা লোয়ননা মশক খগুদবা অহল অমসু য়াওরকই । ফমফম সোফাদা ফমলগা তোম্বীনা হায়রকই ।

"করিনো নুমিৎ চুপ্পা থোঙ লোন্দুনতা লৈরিবসিবো । ওফিসতসু লোল্লি য়ুমদসু লোন্দুনতা লৈ-রা অমত্তা নোমগে লাকপা অহুম মরিরক শুরে-থোঙ লোন্দুনত্রা লৈরমদুনা তোক্লবনি "-

ইবোচাওবা মোমোন নোক্লা নোক্লা হায়রকই-

"মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙলোমদা লাকউদনা ।"

- সোনামণি

# ব্রানোম শরেং

[ খুমন্থেম প্রকাশ সিংহ : (পোকপা) - মার্চ ২৭, ১৯৩২, শগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল। গুৱাহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী বি.কোম. নি। ৱারীমচা ইবা অমদি শৈরাংবা ওইনা মমিং চৎলি। আকাশবানী ইম্ফাল লিংখৎলকপদগী হৌনা শকনাইবা মীওই অমা ওইনা থবক তৌরকই। কাইনথংদা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাদমীগী ডাইরেক্তর ওইনা মতম শাংনা থবক পুরম্মলবা মতুংদা ইকুই কুইদনা থবক্তগী পোৎথাই। ''ঈচেগী শম'', অমদি ''মণ্ডগী ঈশৈ'', থোইদোক্না মমিং চৎপা ৱারীমচাগী লাইরিকনি। ''মণ্ডগী ঈশৈ'' দা ১৯৮৬ কী ভারতকী সাহিত্য একাদমীগী মনা ফংই। সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদা দান কয়া তৌরক্লবা অইবনি। পৃথিবীগী মফম কয়াদা মণিপুরী জগোই ঈশৈগী কাণ্ডবু পুদুনা য়ুরোপ অমসুং এসিয়া থুংনা চৎতুনা মণিপুরী সংস্কৃতিবু শক্তাকপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা মীশক অমনি। ]

''তোম্বী, কৈদৌরবগে অমুক, নোং হেক ঙানবগা কপ্পবনে লাউনবনে ৱা ৱা কৱিনো ইমুং অসিবু।''

হো ঙারেন চাগে হায়য়ে, মীগী মচানা ঙারেন চাবদু উরুরগা ঐখোয়গীসু ঙারেন পীয়ু হায়রিয়ে নচাশিংশে। কপ্পবা তানিংদ্রগা থেমলোরাউ।''

শৌশৌ লাউনা খুম্মকই চাওবা কেরাণীগী নুপীনা।

''করিনোনে নঙসু য়াওনা অঙাং শারকইবসিবু, মীনা তারগা করিনি হায়গদগে, ইকাইবা ককাসি করি অমতা খঙদ্রবরা নঙবু।''

''ঐঙোন্দা ওনশিনবীরক্কনুদা, মহোয় মপানা মীগীদৌনা নোংমফাদোকসু ......''

হায়রগা মখা তাখিদে।

মাগী নুপীনা শাউবগী মরম চাওবা কেরাণীনা মুয়া খঙ্গি। মাগা হেক য়ুমথংনরিবা কেশোসু কেরাণীনি মখোয় অনীমক হেদ-ক্লার্ক ঙাক্লি তোঙান তোঙানবা ওফিসগী। থাগী তলবতী চাউবনা থবক খরা হায়া তৌজরকপগী হৌনবা খরদুম হেন্না ফংলিবনি। অদুবু কেশোগীদি ফজবা কোবী, অচৌবা ঙা তোয়না মাগী মাঙ্গোলদা কারকই। অসুয়া অথেনপোৎ কারকপগী ৱা অসি কেশোগী নুপীনা চাওবগী নুপীদা সমর্থন হাপকৎতুনা হেক হেক তম্মী। মসিদা চাউবগী নুপী তোম্বীনা "খঙদেনে ঐখোয়গীদি মহোয মপানা মরোয় মকা অমা ফাওবা মীনা কৎলবা লৌবোই, অমাংবা থবক তৌবা হৌনদে হায়দুনা লৈখরবসিদা ইবেম্মা।" হায়দুনা কেশোগী নুপীগী নাপলদু য়ৈথেরকই। কেশোগী ইমুংদি অমাংবা থবকনা মপুক থন্দুনা লৈরবগী মওংদা মচেক্লা য়ৈ।

তোম্বীনা কেশোগী নুপীদা নাপল য়ৈথেকই হায়না খঞ্জবতনি, কেশোগী নুপীনদি মখোয়বুদুম 'অপণ্ডবা মতমগী ঈৱাং খণ্ডদবা' হায়না মপুক্লিংদা নোকই। অদুনা মশানা ঙা অচৌবা অমা পৈশা পুথোক্কুনা লৈরুবা ফাওবা মীনা কৎলবনি হায়দুনা তোম্বীদা ৱারী শাবা খক তোক্তে। মাগী ৱাবী তাবগা তোম্বীগী পুক্লিংদা নুংঙাইতবা ফাওবদু উরগা কেশোগী নুপীনা নোংমগী থবক পাঙ্গঙি।

হেক য়ুমথংনবা ইমুংনি। মপাম্বোংদদি য়ায়া চান্নবা উই। চান্নফমসু থোকপনি। অদুবু কেশোগী নুপীগী নাপল তোম্বীনা হেক হেক য়ৈথেকপগী ৱাঙাং, অদুগা কেশোগী নুপীনা চাওবগী নুপীবু কল্লকহনবগী ৱাবী নুমিৎ খুদিংগী চৎথবকপা অসিনা নুপী অনী অসি অমনা অমগী অচেংবা ভাইনবগী তাঞ্জা তাল্লুমদুনা লৈনরে। অদুগা মপানথোংদদি করিসু কায়নদে।

হায়রিবা ফিভম অসিদা চাওবগী মচাশিংনা চরারানবদা ঙাবেন চাগে হায়দুনা কপ্পসি অঙাং মমা তোম্বীদদি অশোকপদা থুম চাইশিনবগুম্মী। ঙা-চাক্লা হোঙলিঙৈদদি চাওবগী তলবনা নিংথমথাদা ঙারেন চাবা থোইনা লুবা ৱাফম নত্তে। অদুবু হৌজিক ঙা অতেকপা কিলোদা লুপা ১৪-১৫ য়ৌথ্রবা অসিদদি চাওবা হেদ-ক্লার্কী তলবনা ঙারেন চাবগী ৱাসি অরুবা সমস্যা অমা ওইনা থোকলে।

অমরোমদা কেশো হেদ-ক্লার্কীদি মাগী মাঙ্গোলদা অথেনপোৎ চাউনা চাউনা কারকপা লেপতে। অদুনা তলবতি চাওবদগী কেশোনা তাববসু ঙাবেনদি কেশোগী ইমুংনা মচারে।

হৌজিকী মতম অসিদা অচুম্বা তৌবা মপুক শেংবা কনা অমতা লৈতে হায়বসি

চাওবসু খঙদবা নত্তে খঙঙিবনি। মদু খঙঙি হায়দুনসু ময়ুমদা অথেনপোৎ কারক্লবা লম্বীদুদি হেক ফংবা নত্তে। মসিগী লম্বী অসিসু ইরাই লায়বা নংলমদ্রে হায়বসি. চাওবা হেদ-ক্লার্ক খঙলক্লে।

ইফোং ফোংনা অখঙ অহৈশিংদা কোয়হং হংবা য়াবা লম্বীসু নত্তে, হন্দক মরকসি চাওবা মপুক্লিং লৈতাদে। অদুবু তাঞ্জা লাক্লবদি থাদোক্লরোই হায়বসিমদি চাওবনা মপুক্লিংদা চপ য়ুংখ্রে। অসুম্না চাওবনা তাঞ্জা লাকপা ঙাইদুনা লৈরিঙৈদা নীংবু নীংলবদি থোক্লবা অমা লাকই হায়গুম্নদনা নোংমদি অয়ুক পুং ৮ লোম তারকপা অদুরাইদা নুপা অমনা চাউরবা শরেং অমা পুরদুনা চাওবগী দারীদা লেপ্লরে।

"হেদ-ক্লার্ক সাহেবকী শঙ্গাইবু অসি ওইরব্রা ?"

"মান্নী, শোমদা লেঙশিনবিয়ু"

হায়দুনা মোরা অমা তম্বা থাই।

"নহাল হেদ-ক্লার্ক সাহেবনা শোনবিবস্থা অদদা পূজবকপনি কৈথেলদগীকা নৎচদে পাৎতগীনি ফারকপদা ঙাযরিবনি" হায়দুনা থগাইমুক শাংলবা শরেং অদু মাঙ্গোলদা হেক থম্মী।

"মাই পাবুঙ মনীংলোমদা হকচাং শেংদোকপা চৎখ্রি থোরক্লনি।"

হায়বম্লগা তোম্বীনা শরেং অদু নংহৌবোইদৌগুম পাক লাক্লনা ইমুংদা পুশিনখি। চাওবা হেদ-ক্লার্কনা থোরক্লনা তবাম তরাম কৌই -

"করি থবক্কী ওইববনো ?"

"হেদ-ক্লার্ক সাহেবপু উনজনিংদুনা সুম লাকচবনি সাহেব হকচাং শেংদোকখ্রি হায়য়ে অসুম ঙাইজগে যানি'

ইক আক তৌদুনা খুম্মী নুপা অদুনা।

"হেদ-ক্লার্কতি ঐহাক্কি, হায়নীংবা হেক্তা হায়বিয়ু হঙ্গোয়বিগনু" হায়দুনা নুপা অদু কোইখিদনবা চাওবনা য়াম্না চান্নবগী মওংদা হায়। নুপা অদু ইঙক ঙক্লদুনা -

"হেদ ক্লার্ক কেশো-সাহেবকী ইমুং ... ... বু ... ..."

"ও ! ও ! ইনাও কেশোবুরা. মানী মানী মাসু হেদ ক্লার্কনি, মগী য়ুমদি ঐগা হেক থংনরিবা অরাংগী য়ুম অসিনি সোমদগী ফাওজিনবিখ্রবসু য়াগনি।"

নুপা অদু ফুক হৌগৎলি চপ লেপতুনা ইমুংলোমদা য়েংদুনা লৈ।

"কেশো লৈরমখিগনি মা অয়ুক পঙনা চথোক্কন্দবনি, লেংবিয়ু" হায়বদনা চাওবনা লম্বী তাকই। নুপা অসি য়াম্না হৈনীংদনা কেশোগী য়ুমদা চঙখি।

ঙাইতাক লৈবগা কেশো কেবানীগী নুপী প্রপ প্রপ লাকই শুমাং মতোন্দগী "ইচে ইচে" হায়দুনা কৌবকই। চাওবগী নুপী তোম্বীনা যাম্না চীংলেম্না

"কদৌবগে অদুক ফিংলির্বাদি।"

"অা সুম তৌর্বনিমা ইচেখোযগীদি মবোই মকা অমা ফাওবা মীনা কৎলবা ওইবর্বদি মাংই হায়দুনা লৌশিন্দে হায়বদুদা ঙাদু হুন্দোকপনা হানখ্রগদ্রা হায়দুনা . . . . . ।"

"কৈদৌবর্গী ঙা হুন্দোকদৌবিবা ঐদি।"

"ইসে বা কোইথোক্লুনা কান্নদে, ঙসাই মীনা ঙা অমা যুম ওন্নদুনা ইচেখোযদা থর্মজিল্লম্মে হায়রবে ইচেখোয অদুম চাগে হায়ববসু চাবীযু, চাবীবোইদবা লৈবর্বদি পৃজখিগে হায়দুনা তৌবনিদা।"

"কবি নোনোনে ইবেম্মা, ঐখোযগীদি মীনা বানোম খোৎনোম্বগী পোৎ লৌশিঞ্জদে, অদগা মীগাব ঐখোযনা লৌশিলমগানা হায়দনা লাকোলর্বন হায়বসিব মানা ভাবা যাবা ব বনে।"

"হৈনা হৌজিঙা শবেং অমা পুবঙুনা থনম্মী ইচেনা ঠমুংদা পুশিনখি হার্যবিনাসন মঙলনে। মীদুসু ইচাউ চাউনা ঐখোয মাঙ্গোলদা ফমহৌবি।"

"ইবেম্মখোযগা মাঙ্গোলদা বানোম শোৎনোম তৌনবগা এখোযবোমদা বদনাম তৌশিনাবগে হায়াববনে।"

"হৈমা বা ছুংহোবকপদাদি ভলসি মনামুক শেংঙি অদগা তৌবদি যাম্না ঙম্বীবিপোৎ ওইবে।"

"কাবনেইতে নঙগুম্বীনস তৌঙম্বীনা হায়যে নখঙাইদুদা খন ক্লা থাওবা, বানোম পোৎ খবা চাদুনা নোযবগা কগাদবোই নিংব্রা মচোং মপাক নাযদনবদা।"

"থাউ থাউ নঙনা ঙম্লবদি থাউ, মাগী ঙা লোৎশিনবী নঙনসু অচম্বা শাবদনা" হায়বম্লগা চোংশন্দনা মশম ভাপ ভাপ পাযনাদুনা শুমাং অদুদা হেঙা থবো থবো ওঙা নম্লবে।

ইহৎ খঙহৌদনা ইথা থাজদনা নুপী অনী অদুনা হেঙা লাম্বা তৌনবকপা অদুর্দাদ লৈকাইদু গুকং হোৎচিন্দুনা খামদোক্লবে। খৎনবা যানা মফম নাওে হায়দুনা থেমজিল্লখি।

অদুব শবেংগী ব্রা অসির্দি কনানা চুম্মবনো হায়বদু হৌজিক ফাওবা নৈর্নবি। মানা মানা অঙম্বা লৈথেৎ হাপ্পদুনা ব্রানোম শবেং অসিগী ব্রাবী তৌর্নবি।

- প্রকাশ

# ব্রাকৎ

মখোযগী ইমুং অসিদা হেক লাকপদগী ঐ অসে মথোংভু মবম অমত্তা খঙ্গলকত্রবনি, বাকত্না ইপুম থীৎলবনি। লাইমসু তৌবিমল খঙদবা ইমুং হাযদো হেক থোকইদা। ঐনা লাকপা মতমদা মখোযগী যুম অসে মশক মচ হোংক্লম্বপোৎ নত্তে। দুকান্দা মযাম্না মবঙ্গো। ভাইনা খন্দনা লৈজবস্দগী মখোয় শুমাং হেক যৌবকপগা ভাইব ভাইভুমদো মখোযনা তৌখিবদো, ইমাইপেম্মা, ইপূক অসি মথক মখা থোক ওনবমখৈ নৈদুনা ইশাগা যাওজবকপা মখৈ শিং শিংনা তেংদুনা মখোযগী মযমসি লননা হোৎনখ্রবনি। যবে কৈদৌবগবনো ইবোন ইবাং তাক্লবনিনা কাচিং হমদ মাশনাবিবব ববদম ববান চাক্ক অংনা পোথাজিলগে খল্লুবনি। অসুম্বা খংবধ'ও লৈতাদ্রবৈদা "তা সন ইবেম্মা অভাং ভং বে" হাযদুনা বা বা কোযবাং হেক লাংভু। নত্তে, মখোযনা হনাউনবিবদো শাউকবগা বা নত্তেযে অমাং অশোয হভু হাউদ শেংদোক্লবমদাইদ হেক মথী ববকপা। যবে মদুসু ইবাইবক্কীনি অমাং অশোযদ লোতনা পেকাশন্দনা অ থাপ্লা হৈদোকলবে। মসিদা ঐনা ভাক্লবদি ঐবু কবগ তাথবিবম থোকপগে হাযবদি অমাং অশোযদু ঐ নত্তনা কনা অমত্তনা চোংথোকাপবকত্রদনা ঐনা হোন্দেকপখ্রে অদুগা মখোয়। শীজিন্নবা লোইববা মতমদনা ঐবুদ অমাংবানসু হাযবনে ইমুংদসু লৈহনবদ্রে অ যেন্নখা মচি অমদা কেং নমাশনবাবে। যবে তৌববুদি লাযববগী যম্মেন্দা যম্বুদি ইনাকখুনবগী যেনখাদা কুনবনা হেল্লে। মানা ইকাইখুম্নবীবা পামলুবগী বা নত্তেযে কাইদাবু হাযজবনি। মখোয মমল লৈবা মখৈবুনা মাংলবসু তুলসা মনানা ঈশিং খীক্তোক্লগা শেংংগে হেক মহাযবা, ঐখোযবুনা মমল লাযবনি হাযদনা ইঙ্খোকপা। নত্তে মমল লৈবা মখৈ অশেংবনি, মমল লাযবা মখৈনা হমাংবন অসিবনে মখোযনা খঞ্জবা শাবিববো। হা হাযো নোক্তুম নোকচনিংগে। শীজিন্নীংবা শীজিন্নবা যাবিবা ঐখোযনা মমল হোঙবা অদুগা থবক অমওসু চংদ্রবা সুপ্নগী

লৈতেং শাদুনা খিল্লিবশিং অসিনা মমল য়ামহল্লিবা, কনানোনে মমল লেপ্লিবিবা ইবুংঙোসিবো ? পৃথিবীদা হৌজিক অঙকপা ফংনা হোংলক্লবা অসিদা ইবুংঙোসিগী খল মওল অসিবু ইহোংমক মহোংলরোইদ্রনে ? ঐখোয়গুম্বী চীন পান্দ্রবী ময়াম অসিগী থনুংদা ওমলিবা পেন্দবগী মৈচাক অসিনা মপান থোরকপা ঙাইরিবা জাংলা ? করিগুম্বা মৈরি অসিনা মকা ফোংনা চাকখৎলক্লবদি পুমতুম তুমখ্রগনি হায়বসি খঙলবসু খঙলরোইসিরনে ? হোয়দা ঐনা তুক নুংঙাইতবগী পংখন খঞ্জরুবা হায়বদুনি কৈকান্নরুগবনো ইথৌদুম শিংনর্বানি। লাকএ লাকএ অৱাংদগী ঙৌদাই চমফৃৎ অসে, কেজবগা ৱাউজবগা ৱাউজবনা হেল্লদুনা, নুংশিদেদা লাইমসু, মীগী মৱা লৈরিবী নুপী অসিদা হেঙো-হেঙো হেক তৌরদনা, কৈদৌজবা শারিবনো য়েংজনীংদবনা মীৎ অসে নারে। হন্দক মরকসে সনাইবেম্মসি মীৎয়েং নায়েং মতা অমা তৌইকো। ঐদি নোকচনীংঙিয়ে অসুক চীং-লেম্বা নোংমতসু হে হা লাউদবা, অসিমতা পাম্মী হায়রুবদা পীবিরিবা মবুংঙো অসিদা সেগ-মাইগা হায়গেদি হায়দ্রদুনা কদায়দগীনো ঙৌদাই চমফৃৎ ৱাচেৎতা মিহুল হাপ্পা, আ উচেক ঙাক্লবা চরূনা শাবা মী মানবা অসিদা হাইনোক-ককা তৌরিয়ে, মখোয় ইমুংসে কাংখোং চাইররনি খুরক্কী ঈনা লাই শারে।

করম্নো ঙসিদি নোং-নুংশিৎ তৌগদৌরিমাল্লে য়েনখাদগা লৈশিল্লে ঐনা তৌগদবসি ফনা লুই। মতাং অসিদনি ইনাক খূনবগা সঙ্গ তৌবা ৱায় হায়রিবসি। তাইবঙমী 'খোইদি মীশক মীমায় খঙনা চৎপা জীবনিনা ফৈদো জ্ঞান তাইদো। ইনাক খুনবগী ইংখোলদা হৌবা নাপী ফাওবা নেৎলু লাকউনি হায়দুনা থৈদো। নোং-নুশিৎখোইসিনদি মদু খঙবিবপোৎ নত্তে, ঐবু হোরেল ৱাখোঙ তান্না হুমদোকপিদুনা ৱারত্তা য়ৈশিল্লবদি ইশাসি পুমকোপ কোপকনিসে। অসিগুম্বা মতাং অসিদা লায়ববগী ইমুংদা থোক্লবদি ঐ নুংঙাইনা চাকখুমদা খিন্দুনা লৈজগদবনিকো ! হোয়দা থোকরবা হায়দুনি, ঐনা ঐনা নীংববু, হেক হেক মথুংনরবদি কৈদগী পানবা য়াগদগে, ঙম্নমক খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবদু ওইনিংবদগী জগৎ অসিদা কনা অমত্তসু লৈররোই খ্বাইদগী হেনবা হায়বা অদুমত্তং মরৈরগনি। কনানো অমম্বসিদা মা-মাদুনা লাক্লিবসিনা হুরানবরা করিনো অসুপ ঙন্না ? ঐ লৈরিবসি উরম্মোইসে। ঐঙোন্দা দোং লাউনা হেক থেংজিনবদা মা পাখৎপা শোয়রোই, নমদুনা ফাহল্লগে। হৈমা ! হুরানবা নত্তেনেসিদে, স্নাইবেম্মগী মরুম্বীনিনে !! ইমাইপেম্মা, ঐঙোন্দা থেংবিরকত্রবদি ফনিদকো। দং হেক থেংজিল্লক্তুনা গ্রোং গ্রোং লাউনা তুমিন্নরর্বাদ· ফানদুনা ৱাথোক ওইনরনি। ঐদি ওম্ভোক্লা হৈনদ্রেদকো তৌরিবসি। মীনা খঙখি

উখিনি হায়দুনা অমোংপা লোংশিন্নবা হোংনবদা কুন্নাংপান্দা ঙায়রবা মখোয়গী সমাজ অসিদা ইমুংসিগী ইবুঙোঙাংসু পুমলবনি, মপান্দা মনম নুংশিবা তৈশিন্দুনা পাঞ্জরিবা অসিদবু হৌজিক ম্নাইবেম্মগী মরুপ্পী ফায়ে হায়দুনা বা বা লাউরবদি লোইরেদকো। হায়না হায়না য়ৌশিল্লক্লে ইস - করম্নো ! ইমাইপেম্মা ! গ্রোং-গ্রোং ! ! !

"করিনো সনা গ্রোং-গ্রাং তৌখিবদুবো ?"

"আ - য়েনখাদা অমাং-অশোয় তৌনবগী লৈবা শুনু টিন অহাংবদু হৌদোংনা ইনথুরমাল্লে। চাইথরমদাইদা মসিমতং খোংবান্দা খরা হুন্দোকপিরম্মু হায়জবা কয়া কুইরবনো।"

- প্রকাশ

# লুপাগী মীনোক

[নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ : (পোকপা) : ১৯৩৫, পালারবন্দ কাছাড় জিলা আসাম। হৌজিক্কী লৈফমনা উর্বপোক য়াম্বেম লৈকাই, এম.এ. (ইকোনোমিকস) নি। শিনফমনা ওঝা ওইনা মণিপুর কলেজ, থৌবাল কলেজনচিংবদা পুরমলগা মথং মথং বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এদুকেসন মণিপুর অমদি কাউন্সিল ওফ হয়ার সেকেন্দরী এদুকেসন, মণিপুরগী সেক্রেটরী ওইনা থবক্তগী পোৎথাই। মণিপুরী সাহিত্যদা ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা খ্বাইনা শকখঙনৈ। ''চেনখিদ্রবা ঈচেল'', ''ইলিশা অমগী মহাও'', ''থরানমিচাক অমনা কেনখিবা'' ৱারীমচাগী লাইরিকনি। ''ইলিশা অমগী মহাও'' দা শক ১৯৭৪ গী সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড ফংখি। লমকোয় ৱাবীদা ''সোভিয়েত লৈপাক্তা'', ''জি.ডি.আর. ডাইবি'' পুথোক্লে। বাংলাদগী হন্দোকলবা - ''সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈবি'' কৌবা উপন্যাস অমসু পুথোক্লে।]

নিংথম থা অয়ুক্কী খোযথুম্লববা নুংশা অদু যাইনা যাইনা মঙ্গোন্দা ফমদুনা অঙাংশিংগী চে যেংদুনা লৈবম্মী। টেষ্ট পরীক্ষাগী চেনি। থোইনা কুপথনা যেংলমদে। চাউবাক্লা যেংলগা ঐনা পীনিংবা মার্ক খবা পীদুনা যাম্না থুনা লোইশিন্নবা লাক্লবম্মী। মবমদি হয়েংগী মনুংদা চে যেংবা লোইদবা যাদে হায়বা প্রিন্সিপালগী অকনবা নোটিশকী চৈবাক লৈবি। অদুনা ৱাখল অসি চোইথোকহনবা তৌদনা চেশিং অদুদা যাবিবমখৈ পুক্লিং অসি চঙনবা লাক্লবম্মী।

তৌইগুম্বসুং অদুক কন্না পুক্লিং খুদুম চন্নবা লাক্লবিঙে অদুদা অকাযবা অমা পীববে। চে অহুম-মবিদং যেংবতা ঙাযবি। তুংলোমদগী অহল ওইবপ তৌবা খোঞ্জেল অমনা ঐগী পুক্লিং ফাজিনবগী শাজেল অদু থুগাইববে

"ইবুংঙো কবিগুম্বা অমতং হংজগে।"

ঐ হাইফেৎ শাউনিংই। অদুবু খুমদর্বাদ যাদবনিনা খুমই, "কবি ওইবিববনো ?"

"ওঝা কৃষ্ণমোহনবু শঙ্গাইদা লৈবিববা?"

"ঐনি, কবিগী ওইবিববনো?"ঐনা হংই।

"এ্যা, এ্যা, ব্রাবৌবিবা যাদে। খঙজদদুনা তৌবনি। নমস্তে নমস্তে। খুবমজবি খুবমজবি।" ব্যবহাবদা অহল অদো ইলেক লেকথখ্রে।

"লেঙশিল্লকউ, লেঙশিল্লকউ।" হাযদুনা অহল অদুবু কৌশিল্লগ চেশিং অদো নাকল অমদা থুপচিন্দুনা থম্লগা মহাকপু মোডা অমদা ফমহল্লগা ঐনা হংঙি, "কবি থবক্কী ওইবিববনো ?"

অহল অদু ব্যবহাবদা হাকমনখিদনা বা ঙাঙবা ঙম্রমদে। লকক তৌদুনা হাযবকই, "ব্রাবৌবিবা যাদে। ননাই ঐ হাযগদববু ওম্থোক্লা হাঙ্গোইজখ্রে।"

ফিভম অদো খবা লাইথোক্লবা হাযদুনা ঐনা হংঘ "কবিমতা হঙ্গোইবিগনু। হার্যাবনীংলিবদো হাযদোকপিযু।"

ঐনা বা অদু হাযদুনা ফিভম অদো খবা চমথোকপদগীদি অহল অদো থৌনা খবা ফবকপগুম তৌবক্লে, হাযবকই - "ননাই ঐ শুগনুদা চথোক-চৎশিন তৌদুনা কাববাব মচা মশু খবা তৌজৈ। ওম্থোক্লা লাইবখুবা যাম্না নংখ্রবা ননাই ঐনি।"

মহাকনা লাক্লিবা অদুগী মবর্মাদ ইহায হাযদদুনা বাকোই শুদনা লৈগদৌবে হাযবদু উবদুন ঐনা হংঙি "অদুবু ঐ কবি তৌজৌ হাযবগে ? ইশমশম্মা হেক্তা হাযদোকপিযু।"

অহল অদুনা মোং হাবা তৌদনা মখা তাথবকই "ননাইগী হাওনুবী অদু চহীমুক ফাবে মশা ইপাঙ্-পাঙদদুনা ফমদা তাদুনা লৈবিবা।"

মহাক্লা হাযদোকপা লোইদ্রবসু ঐ ভাব তাবে। মহাক্লা হাযনীংলিবসি মহাক্কী নুপীগী লাইযেংনবা শেল খবা মতেং পাংবিযু অসিনি। হাযদোকপা হেক ঙমদদুনা ব্রাকোই শূদুনা লৈবে। মহাকপু অমুক ব্রাহনবা তৌদনা ঐনা মখা তাথবিবে, "ও! ভাব তাজবে, ভাব তাজবে। হোয লাইযেংদবা যাববদো। ফননবা লাইযেংবিযু। ঐসু ঐনা ঙমজবা খবা ইন্দোল অদুগী লাইযেংনবা মতেং পাংজগনি।"

চে লাং মযাম অদো নাকল অমদা থৈাজল্লগা ইমুংদগী শেল লৌথোকলুনবা

ফুক হৌগৎকে তৌই। অহল অসিবু কুইনা পম্বুহনদুনা থম্লগা কান্নদে। অবেম্বদা মতম মাঙননবনি। অবেম্বদা মাঙহন্ননবা মতম ঐগী লৈতে।

ঐগী ইতৌ অদো উবদা অহন অদো তিংঙকমাযঙক্লদুনা ঙাইহাক লৈকবগুম তৌই। তৌইগুম্বসুং মীৎকূপ অমত্তংনি। ঐনা হৌগৎপগা হাযবকই - "ননাই ঐগীসে, ওঝাবু, অদু হায়গে লাকচবা নত্তে। ঐনা হাযজগে হাযদুনা লাকচবদি অতোপ্পা ব্রা অমনি ওঝাবু, ওঝানা চানবিগনি হায়দুনা লাকচবিবনি। ওঝানা চানবিদ্রবদি -।"

"কবিনো হাযদোকপিযু;" মহাক্কী মতৌ অদু ঐ হৈনবক্লে। খোন খবা কনখৎনীংলক্লে।

অহল অদুদি মহাক্কী ব্যবহাবগী মপোপ অদো ইকায-কাযদে। তপ্পা তপ্পা মখা অমুক শমথবকই - "ননাই ঐগী ইচানুপা অমা লৈজে। অদুমতনি পোকচবা।"

হাযগদবা ব্রা অদো শৎ শৎ তৌদুনা হাযদোবক্তবা অদদা ঐ খোয়দৌ ফাবা ঙর্মাশল্লক্লে। অঙাওববা পেং চোইববা জাৎলা ' হুর্দাক্ত খোন কনখৎতবা ঙমদ্রে, "খূডাগী নুপী লৈ হাযবা খঙলে , নচানুপা অমসু লৈ হাযবা তাবে। অদুবু ঐ কবি তৌ হায়বগে।"

"এ্যা এ্যা ওঝাবু ব্রাবৌবিবমাল্লে। ননাই ঐনা বা হাযবা হৈজদব সিদা। ওঝাবু হাযদোকচবগে। ইচানুপা অদো মেট্রিকতি উচিন-নাচিন্না লাম্থোকচবে। মদুসু অহুমলক থাবদনি। অহানবদা মখোয়গী আব.ডি.এস. স্কুল হাযববা অদুদগী, অদুদগী মথংদনা খা-ইম্ফাল স্কুলদগী, অকোনবর্দদি লৌব্রাইগী স্কুল অমদা শেল খবা পীদুনা থাবনি। অদুবু উচিন নাচিন্নদি পাশ ওইজবে। হাকুম অদো ডি এম কলেজদা তম্বনি। অদুবু টেস পবীক্ষাদা নম্বব খবা বাৎলি হাযববা কবিনো হাকুম অদো লৈহৌবে। কুমসিদি ওঝাখোযগী কলেজদা তমহঞ্জর্বনি। ননাই অদো হন্দক টেস পবীক্ষাসু যাওর্জখির্বনি।"

লোইবা নাইববোইদৌবা মতৌ অদো উবদা ঐ মহাক্কী ব্রা অদো থত্তবা ঙমদ্রে, "খঙজবে খুড়া। লাইবিক কন্না পাহর্নবিযু, ফাইনেলদা পাশ তৌননবা। ঐসু যেংশিনজগে।"

"যাম্না নুংঙাইজবে ওঝাগী বাসি তাজবদা।" অহল অদো মশা খীং খীং লাউবকপগুম তৌবকই। অদুর্নান ওঝাঙ্গী নাক্তা লাকচবির্বাস। অঙাংদুনসু ওঝাগী বাতা হাযদুনা লৈখ্রে। ওঝাগীদা অমুক্তা চৎলুচো হাযর্বাসনা খাঙবা ঙমদদুনা লাকর্চাবর্বাসিনি। ননাই অদো মমিং বিদ্যাবত্ন কৌর্বনি। মহাক্কী বোল নম্ববসু চেজেৎ

অসিদা ইদুনা পীরক্লিবসিনি।"

থবাক্কী খাউদগী চেজেং অমা লৌথোক্লুনা ঐঙোন্দা পীশিল্লকই। চেজেং অদুদা ইবি - নোংমাইথেম বিদ্যাবত্ন সিংহ বোল নং ৭৪, পি. ইউ. আর্টস।

অহল অদো খবা থুনা চৎখিনবা হাযদুনা ঐসু ব্রা মখা শমথবক্তনবা তৌবে। "ফবে খুড়াবু, চেজেং অসি থম্বিবম্মো। ঐ যেংজগে।"

অদুবু অহল অদুদি ব্রা লোইশিনবা হৈবা জাৎ নৎলমদ্রে। অমুক্কা তাথবকই - "ওঝাবু, ননাই ঐদি লাইবিক মযেক অমা ফাওবা খঙজবা পোৎ নত্তে। ইচাসিমতং খবদং হৈজববদি হাযদুনা তৌজবনি। ওঝানা টেস পবীক্ষা অসিমতং শোযদনবা খবা তৌব্বিয়ু। ওঝানা লোযনা ঙমই হাযবা পাউ লৌজদুনা লাকচবিবনি। ওঝাগী হৈ-বা চানবা তৌজগনি।" হাযবগা ফুর্বিৎ খাউদগী লুপা তবা চৎপী অন্থমখক পুথোবক্লে, "ব্রাবৌবিবা যাদে। লুপা কুম্থ্রা মসিতং ওঝাগী হৈ বা চানবা তৌজবমগে। মসিনা ওঝাগী হৈ চানবা মতিক চাবদি নত্তে। অদুবু লাইববনি হাযনা চানবিয়ু।"

ঐ শ্বাই লাউই। পুক্নীদা অসুম হাযনা খক থেংনখিদ্রি। বিশ্ববিদ্যালযদগী হেক থোবকপগা ওঝা ওইবা মবম্মা অসিগুম্বা অসি থেংনবগী তাঞ্জা অদো ফংখিদে। সবকাবগী থবক অতে তৌবম্লগদি থেংনবমগদ্রা। অদুবু ওঝা হাযবসিদি তলবতগী অহেনবা শেল ফংবগী খুদোংচাবা ফংদবা কাঙবুনি।

ঐ যাম্না হৈনদ্রে। শাউবপ তৌনা অহল অদুদা হাযবে, "খুড়া শেল অসি পুবিখো। ঐঙোন্দা তৌবিবমগনু। ঐ যেংজগে হাযবিদনা।"

অহল অদুসু হনবা লৈতে, "ওঝাবু ননাইনা লাইবদুনা তৌজর্বানি। কুম্থ্রা অসিনা ননাইবু কৃপা তৌবিয়ু।"

ঐ ব্রা অমমুক ঙাঙদনা তৃমিন্না লৈহৌবে।

চে লাং মযাম অদো অমুক হাংদোক্লে। অদুবু পূক্লিংদি চঙবা লৈখিদ্রে। ব্রাখল অসি অহল অদুনা পৃংশৌ-শৌগাইবল্লে। অদুবু ফাজিন্নবদি কন্না লাক্লবম্মী। লাক্লবা কনবদগী পৃংখাইমুক মতুংর্দাদ পূর্কনিং অসি তংদাবকপগুম তৌবক্লে। তৌইগুম্বসুং তাঞ্জা অদুমক্তদা অহল অদো অমুক হল্লক্লে। ইনাক্তা তপ্না তপ্না চংঙক্লে "ওঝাবু ব্রাবৌবিবা যাদে। হন্না হন্না ওঝাগী থবক কাযহল্লে, মতম মাঙহল্লে। লাইববনিনা ননাই ঐনা শোযদুনা তৌবনি। ওঝাখোযগী লৈবক্কী থোং ব্রাংমদা দুকান ফম্লির্বসি ননাই ঐগী মার্মনি। মামনা ঐবু চৈখিবনা লোইশ্লে। ওঝাগী হৈ-বা চানববু কবিগী যাংখৈদগী তানা তৌর্কবিবা কবিগীনো হাযদুনা অমুক্তোইনা লোইশ্লে। মঙোন্দগী লুপা কুন অমগা পৃদুনা লাকচবিবসিনি। লুপা যাংখৈসিতং

থমজবমগে। অসিদগী যাম্না হেন্না তৌফমদি থোকপনি। অদুবু ননাইনা লৈতবনিনা।" হায়বগা ফুবিৎ খাউদগী তবা-চৎপা মঙাখক পুথোবক্লে।

ঐ তৌফম খঙদ্রে। চিনদগী যাক্লপ তৌনা থোকখি, "খুডা শেল অসি পুবিখো। শেল অসি থম্লবদি ঐ কবিমতা তৌবা ঙমজবোই।"

অদু ফাওবদা অহল অদু ব্যবহাব কাযদে। মখোল অদো অদুমতা ইনৌ নৌদুনা লৈবে, "ওঝাবু লাইববনি কৈদৌগে কৃপা তৌবিয়ু। নচানি ননাইনি।"

ঐ হুন্দক্তি চান্ননা শাউবে, "খুডা, ঐবু কবি ওইনা খনবিবগে ? ঐ ইঞ্জিনিযাব নত্তে, ডাক্তব নত্তে, ঐ ওঝানিনে ওঝা। খুডা লেঙবিবো যাবনি। ঐ থবক যাম্না চিনবা জাৎনি।"

"হোয, ফনি চৎচবগে। অদুবু নচানি ননাইনি চানবিযু।" হাযবম্লগা অহল অদো হুন্দক্তি থোকখ্রে।

চাক ঈশং চাবগা কলেজ চৎননবা হাযদনা ফিবোল শেৎলিহৈদা মেম্মগী মমানা চঙঙক্লুনা হায়বে, "লৈগী অশামন অদো লপা ১২০ থোকই হায। লপা ৫০ দি পীবম্লে। ৭০ বাৎহৌবি। খবা থুনা পীবকউ হাযবকই।"

ব্রা অদো তাবদা লবাইদা বক্স তাবগুম তৌখ্রে। তলব খবা ফংলকপা মসিদগী লৈগী অশামন লপা ১২০ খাইদোকখ্রবদা কবিনো তৌগদবা ? লৈকাইগী ক্লবকী শেনখায, চোবিটি শোগী টিকেট, কলচবেল ইন্টিগ্রেসনগী ডোনেসন, মন্দপ ইবোতোনগী মচানুপী লহেংবগী পোৎপাং, ডাক্তবগী ভিজিটিং হিদাক লৈবগী লৈশা- কদাযদনো তলবনা খাঙ্গগদৌবিবা ? খোন অসি খঙহৌনা কল্লোকখি, "খঙদে। ঐদ্রোন্দা হাযবগনু। কদাযাদগীনো হিদনবা লুমদনবা নঙনা থোকপা তৌজখো।"

বা অদো তাবদা মেম্মগী মমা বা নখা তাবদে। মাযথেং অদো শূকতোক্লুনা খোঙথাং দং দং থাংদুনা থুনা থোকখি। নঙগা লৈমন্নবাস পেঙ্গবে হাযবগী মতানি।

খঙ্গুকববদি নুংশিবা জাৎনি। অতোপ্পা নুপা অমদা লৈজবম্লবদি নহান্না সনা লিক কোন্না মশা পুম্না পুংলং লংঙম্মদবনি। তলবতগী হেন্না ফংদবা কলেজগী ওঝা ঐঙোন্দা লৈদুনা মাঙজববা জাৎনি। কবিগী খোযদৌ শাউগৎলোইদগে ? তোমচৌনা ফংলিবা তলব অসি কযানোদি খঙদে, অদুবু মতমচাদি লৈম শিজদগী হেন্না নুংঙাইনা থম্লি। চহী অমত্তদা মেট্রিক পাশ তৌমিন্নবনি। ঐনা ফার্স্ট ডিভিজনদা, তোমচৌনা থার্ড ডিভিজনদা। লাইবিক তন্নাসি ব্রায হায মেট্রিক

পাশ তৌবা চহী অদুমক্তদা তোমচৌ পি-ডব্লিউ-ডিগী কেরানী ওইনা চঙখিবনি। হৌজিকসু পি-ডব্লিউ-ডিগী কেরানী ওইরি। অদুবু চহী খরা অসিদা ময়ুম-মকৈ ফজনা শাখ্রে, মতূ-মচা সনানা য়োমখ্রে। অদুগা ঐদি ! এম.এ. গী সার্টিফিকেট তান্নরিঙৈদা ইপানা শাবিবশ্না য়ুমকৈ তেকখিবা খঙহৌদ্রে, মেম্মগী মমাগী লৈ-অশামন তাবদা লব্রাইদা বজ্র তাবগুম তৌরি।

খঙনীং নীংশিংলকই ঙসাইগী অহল অদো। মহাক্কী অদুবু রোল নম্বর ৭৪ হায়বগুম তৌখি। ঐ অসি ওহ্নোক্না পঙহৌয়িদা। ফনা ফৎলমদ্রবসু ঐনা পাশ তৌহনবদি ঙম্মিদনা এক্জামিনেশন বোর্ডতা ঐ য়াওরবা পোৎপু। ঐনা হায়রুবসু নত্তনা, মীনা পীজররবা ফাওবদা ঐনা লৌহৌদে। শেল অদো লৌহৌরগা কৈদৌগে ? কনাসু খঙবা নত্তবা, কনানসু ব্রায়ামগদবা লৈত্রবা। অদুদবু ঐনা অফবা শাদুনা লৌহৌদে। কবম্বা শাস্ত্রদা য়াওবগে ওঝানা শেল চাহৈদে হায়বসিবু ? ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, ওফিসারশিংনা শেল চাবা য়াই হায়বসিদি করম্বা শাস্ত্রদা ইবিবগে ? অসিমি ওঝাশিংবু মযাম্না অপঙবা মশীংদা চল্লিবসি, করিমতা ওইদনা উরিবসি শেল অদো লৌহৌরম্লবদি মেম্মগী মমাগী লৈ-অশামনগী মতেং খরতংসু ওইবমগদবনি !

য়ুমদগী থোক্তুনা কবম্বা কালদা কলেজ য়ৌখবনো খঙহৌদে। লম্বীদা মী অমত্তা তুথংনরমদবগুম তৌখি। কলেজদসু পূর্ক্লিং অসি খোয়রাং-খোয়শাউনদুনা মথোং মরম অমত্তা খঙলমদে। ঙসাইগী অহল অদুতা নীংশিংদুনা লৈরম্মী। ও, ঐ অসি ওহ্নোক্না পঙহৌবিবা। ঐ অসি মী ওইরোই !

কলেজ লোইবগা মন্দপ-মপাং অর্মনিগীদা চত্তবা য়াদদুনা চৎলুরে। য়ুমদা হঞ্জিল্লকপা মতমদা নুমিদাং পূং মাপল্লোম তারে। ঐগী কাদা ফিরোল হোংদোক্লিঙৈদা মেম্মগী মমা প্রপ প্রপ চঙঙকই। হকচাং পূম্না অসি হুমাং অনক্পী কাংখ্রিবা খঙহৌদে। ঙসাইগী লৈ অশামন অদো অমুক্কা নাকোংসিদা য়ৈশিল্লবা তারে। ইমাঙদা য়াম্না নক্না চঙশিল্লক্তুনা হায়রকই, "সে সে নীংশিলিঙৈ অসিদা; ঙসাই অয়ুক লাক্লম্বা অহল অদুনা মোয় বাজীদগী লুপা ৭০ পূই হায়দুনা পীবম্মী।" প্রেক প্রেক লাউবা তরা-চৎপী তবেৎ অদো তাসকী চে পায়বদৌনা মেম্মগী মমানা পার্য়ারবদো উরে। এ জ্ঞান মাঙবগুম তৌই। ঐনা ব্রা অমত্তা ঙাঙদনা চপ লেপ্লুনা লৈবদো উবদা মেম্মগী মমানা তরা-চৎপীশিং অদো টেবল মথক্তা থমই। তরা চৎপীশিং অদুদা ঐ মুন্না য়েংদুনা লৈরে। মখোয়সু ঐবু চাগদৌগুম মুন্না য়েংদুনা লৈবগুম তৌরি। ঙাইহাক্তুদা খল্লকই, ঐ অসি

ওঝানিকো ! ইপুক্লিং অসিদা অমুকসু নোংক্লিংবগুম তৌবকই ! ঐগী ইতৌ অদো উবদা তবা-চৎপীশিং অদুসু নোকমি নোকমি তৌবগুম তৌখৎলকই । ঐবু কবেম্নবিববা ? মেম্মগী মমাসু ঐবু মুন্না যেংদুনা লৈবন্মী। ঐনা যেংথোকখিবদা হাইফেৎ নোল্লকই । মহাক্লা অসুম হাযনা হাইফেৎ নোকপসি উখিদবা ফনা কুইববনি ।

কুঞ্জমোহন

# কস্তুরী গ্যারেজ

ঙসিদি নুমিদাং ৱাইবম অদো ওহোক্লা নোক্লিংখ্রবা থৌদোক অমা থোকখবে । গ্যাবেজকী মপোক্তা পোক্লবসু ঐ অসি তবাই তবাইব-কাদি নত্তবা জাৎনি। ঐনা পোকপা মতমদা বুর্জোৱা চিত্রগুপ্তনা 'আই উইশ হিম এ প্রোমিনেন্ট ক্যাবিযাব' হাযনা সার্টিফিকেট পীদুনা থাবকপা ওইবম্বা তাই । মবমদি, 'কস্তুবী গ্যাবেজ' হাযবা ঐগী ইমিং অসি খণ্ডদবা মী পোইবৈ লমদম কংলৈপাক অসিদা, হাযবদি, সনা লৈবাক মণিপুব অসিদা যাওদ্রবনি। লৈবাক অসিগী খুল্লক-লৈবক্তা, লম্বী লমখাংদা, হোটেল বেস্তোবাঁদা ৱাবী শাবদা ঐগী ৱা শোযদনা যাওবমগনি । কবি অমুক হাযগনি, ইলেক্সনগী ভোট খোম্বা ফাওবদা ঐ অসি খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবেদনা । মৈত্রবাক অসিদগী হেন্দোক্তুনা চীংলোন মাপন লান্দুনা ভাবতকী বাজধানী মহানগবী দিল্লী যৌপ্রবনি ঐগী ইমিং অসি । মসিবু প্রোমিনেন্ট ওইবগী খূদম নৎত্রনে ?

ঐ অসি শাবা হৌগৎলকপা মতমদা ম্যুনিসিপালিটিগী অচৌ-অশাংশিং লাকখি. সেটলমেন্ট ডিপার্টমেন্টকী অণ্ডম-অথৌশিংসু যৌবকখি। খূববা মমীৎশিং অদো লাওথোক্তুনা হাযবম্মী - সরকাবগী লমদা এনক্রোচ তৌশিল্লে, শাবা য়াবোই, শাবা লেপ্পু, নৎত্রবদি আইনগী মতেং লৌদুনা পুলিস থাজিন্দুনা ফুগাইগনি । ঐ

কিখি, য়াম্না কিখি, জাপানগী হিরোশিমাদা থাদখিবা এটোম বোমদগী হেন্না শাথীববা য়ার্নিংশিং অদো তাবদা। অদুবু করিসুদি তৌখিদে। লেপ্পা তৌদনা ঐবু অদুম শাগৎখি। ঐগী য়ৃম্নুরেম্না শ্রীকস্তুরীলাল বাবুনা লোইনা মেন্ননবা লাক্লখি, মেনখি। শেলগী মতেংনা লোইনা মেনখি, লোইনা সেটল তৌখি। শেলনা সেটল তৌবা য়াদবা করিবু লৈবগে ? অসুম্না ঐ প্রোমিনেন্ট ওইবা হৌরকখি।

শাবা হেক লোইবগা লমদম অসিগী খবর কয়াদা ময়াম্না লাউবা হৌনরকখি - কস্তুরী গ্যারেজ অসি সরকাবনা য়েংশিলহৌদ্রববা ? গ্যারেজ অসিনা দুকানথোং মপাগী লম্বী খুজিলহল্লে। মসি লৌথোকউ, শীদোকউ, থুগাইয়ু। এদিটোরিয়েল ইনীংঙাই খঙদবা এদিটবশিংনা ইনবকখি- মসিনা মণিপুরগী কোনুং ওইরিববা ইম্ফাল সহবগী তুংদা লাক্কদবা মাষ্টব-প্লানদা অকাযবা ওইবগনি। মসি লৌথোকপা তাবনি, থুগাইবা তাবনি। অসুম্না ঐ নোংমা নেংমগী প্রোমিনেন্ট ওইবা হেল্লকখি।

অসোমদা ময়াম্না খববদা ইজবা লাউজবা পূম্না লোইনা নৃংদা হিদাক চাইবা তাখি। তাবিগদবা কাঙবুনা তাবিখিদে। কবম হাযনসু তাগনি ! মখোযগী মনাকোং পূম্নমক লোইনা মেনশিনখ্রবনি। মবর্মদি, ঐগী য়ৃম্নুবেম্না বাবু কস্তুবীলাল অচম্বা মী নত্তে, হৌজিক্কী মণিপুব অসিগা হৌদোকমিন্নবপা অদুগুম্বা মীশক অমনি। মরুভূমিগী লমদম বাজস্থানদগী অদুঙৈ লাকপা মতমদা কবম্না হী-য়াই পুদুনা লাকখিবা ঐ খঙহৌদে, উহৌদে ; অদুবু হৌজিক্তি মহাক মণিপুবগী বিবলানি। অদুগুম্বা মণিপুবগী বিবলাগী গ্যাবেজ ঐনা কারিগীসু প্রোমিনেন্ট ওইরোইদগে ?

ইংশোক ১৯৬৫ দগীদি ঐ অসি কম্না প্রোমিনেন্ট ওইখৎলকখি। চহী অসিগী আগষ্ট ২৭ - তাবিখ অসি নীংশিংবিরিববা, চিফ কমিশনারগী কম্পাউণ্ডদা ছাত্রশিংবু নোংমৈনা কাপখাইখিবদো নুমিৎ অসিগী নুমিদাংদা অশাউবনা মমীত্তা ঈ কাববা নহাবোলশিংনা ঐবু তম্না ফুজিল্লকখি, ঐগী থোঙনাউদা মৈবী খবা য়ায়বা নত্তনা ঐঙোন্দা করি থোইদোকপা চৈনাখোল ফাওখিদে। সিফাই ময়াম লাকপনা হান্দুনা নহারোলশিংদো মমৈ থাঙ্গত্তুনা চেনখি। থৌদোক অসিদগীদি ঐ অসি নহারোলশিংগী মবত্তা অঙকপা ফংনা প্রোমিনেন্ট ওইবা হৌরকখি।

অদুদগীদি নীংশিংবিরিবরা সেপ্টেম্বর ২৩, ইংশোক ১৯৬৮ প্রধান মন্ত্রী শ্রীমতি ইন্দিবা গান্ধীনা মপাল কাঙজেবুঙদা ভাষণ পীবিঙৈদা নহারোলশিংনা গাড়ী ময়াম বোন-ফায়াব তৌখিবা নুমিৎ অদো ! নুমিদাং অদুসু ঐবু তম্না চেনশিল্লকখি মৈগী কুম্মেদা ঈ খেববা নহারোলশিংদো। পেট্রোলদা বোবা শেগাইবা লপশিল্লগা টায়ার অমনবনা মৈ চূদুনা লংশিল্লকখি ঐগী থোঙনাউদা। অদুবু কবিমতা কার্নাখদে। মরমদি,

অদুগুম্বা পৃম্নমক অদু চঙদনবা হাযদুনা ঐবু ফাযাব প্রুফ ওইনা হান্ননা শেমদোক শেমজিন তৌখ্রবনি ঐগী যুম্বুবেম্বনা।

অদুবু জ্ঞান তাদবা নহাবোলশিংনা ঐ অসি চেকতুপ লাকতুপ মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ কবিমতা চঙদ্রবনি হাযবসি খঙনা খঙনা থৌদোক-ৱাথোক খুদিংগী মখোযগী অশাওবা অদো ঐঙোন্দা মৈনা চৃশিল্লগা নৃংদুম চেকতুম্না থাজিল্লগা পেন্ননবা লাক্লে। ইংশোক ১৯৭০ গী পযলা নবেম্বব, নিঙোল চাক্লৌবা নুমিৎকী থৌদোক অদুদসু ঐ অসি মখোযগী টার্গেট ওইখি। ইংশোক ১৯৭৩ গী সেপ্টেম্বব ১৩ দা মৌনহা অমগী ৱাথোক্তগী ইম্ফালগী দুকান মযাম যাওশঙ মৈ থাখিবদো, মদুদসু ঐ অসি মখোযগী লান্দাফম ওইখি। অদুনা, তশেংনমক হাযববদা, ঐ অসি পার্মেনেন্টনি প্রোমিনেন্ট ওইববনি।

ঐনা নুংঙাইবিবদি জ্ঞান তাদবা অপঙবা প্রজাশংনা পংঙাং ঙাংবা, পংই ইবদি ইর্বনি, ঈ খেগৎলক্লিবা নহাবোলশিংনা পংচৈ চৈবা পংতৌ তৌবদি তৌর্বনি বাজনীতিগী দলশিংনা ঐবু অঙকপা ফংনা প্রোমিনেন্স পীবা অসিদা ওইবে। মণিপুবনা মপৃং ফাবা বাজ্য অমা ওইবগী মতুংদা তৌখিবা ইহান হানবা জেনবেল ইলেক্সন অদুদা মীযামগী ঙাইহাক্কী সেন্টিমেন্টতা খুৎলী শদুনা বাজনীতি শান্নবা কাঙলুপ অমনা ভোট খোম্বদা ঐবু অঙকপা ফংনা প্রোমিনেন্স পীখি। মখোযনা লাউখি - ঐখোযনা কাবিগুম্না সবকাব পাযবর্বদি ইহান-হানবদা কস্তুবী গ্যাবেজ অসি থুগাইগনি। মীখল মতুংদা হার্যাবিবা কাঙলুপ অসিনা সবকাব পার্যখি, সনা লৈবাক্কী ভাগ্যবিধাতা ওইখি। অদুবু ঐবু থুগাইবদি ঙমখিদে। ঐবু থুগাইগনি হাযবা মখোযগী ৱাশক অদো নীংশিংখিদে। মখোযগী নীংশিংবগী শক্তি অদো হেন্না কনবা শক্তি অমনা মাঙহনখি।

নোংমা অহল অনীখক বাবী শাদুনা চৎখি কস্তুবী গ্যাবেজ অসি মৈতৈগী ওইবম্লর্বদি নহান্না থুগাইখ্রদবনি, মাবৱাবীগী ওইবদুদা ঙর্মদ্রর্বনি। ঐ ফাক্ ফাক্ লাউনা নোকই। ঐনা নোকপদো মখোয তাদনা অদুম চৎখি। বুদ্ধু, কযাতা অশিংবা শাখ্রবনো। নখোযগী কেপিটেলিষ্ট সোসাইটি অসিদবু ঐবু অমুক মৈতৈগী মাবৱাবীগী হাযনা খাযদোক্লিবা? বুর্জোৱা চিত্রগুপ্ত লৈনিমখৈদি ঐ অসি মাবৱাবী কস্তুবীগী ওইদ্রবসু মৈতৈ কস্তুবীগী গ্যাবেজ ওইদুনা অদুম লৈখিগনি, খৃজিল্লবা লম্বী অসি অমুক হেন্না খুজিনহন্দুনা লৈখিগনি। ঐবু অদুম হাযনা হাযবগা কনানসু লৌথোকপা মতীক নত্তে। উবিবেদনা মনীং অসিদা নৌনা শাবা মথোল অহুমগী দলান অসিগী ছাদ মথক্তা লৈবিবা সি আব-পিগী কেম্প অসে। নাহনমখৈ

লৈরমবরা ? হন্দক্তা লাক্লিবনি ঐবু শঙ্ননবা। হৌজিক্তি ফুজিল্লকসনু হায়বা থৌনা ফরে হায়রিবা নহারোলশিংদো, চুরসনু হায়বা মৈ, লংঙকসনু হায়বা চেকতুম-নূংদুম সি-আর পিগী নোংমৈ গুলি মমাঙদা। মসিবু খজিক খরাক প্রোমিনেন্ট ওইবগী ব্রারনে ?

অদুবুনে ঐনা নুংঙাইতবা অমত্তংদি লৈকো - লম্বী চৎপা পাখংমচাশিংগা কৈথেলকাবী ইমা-ইবেলশিং অসিগতদি ওষ্বোক্লা চোঙলম চাখিদ্রে। মরুম খজিক্তং থিরকপদা ঐঙোন্দা হেক্তা তাইনরৈ, ঐগী ইরুম অসিদা হেক্তা জোরো জোরো ...। ইমা-ইবেলশিংনা, থোইদোক্লা মৌনহাশিংনা মফি থাঙ্গৎলগা তৌবদুদি ঐ ব্রারৌদে। পাখংমচাশিংনা ইকায়-ইকি খঙদনা খোঙগ্রাউগী কুদাম শৎ শৎ হেক্তা লৌথোক্লগা তৌবদুদি ওষ্বোক্লা ফুনীংবনা খুৎ-শা অসি ...।

ঙসিদি নুমিদাং-ব্রাইরম অদো ওষ্বোক্লা নোক্লিংগ্রবা থৌদোক অমা থোকখরে। মৌনহা অদো কৈথেল কুপ্লকপা জাৎনি। মমশিল্লক্লে, অদুগী মথক্তা মৈসু লাক্তদুনা খরা হেন্না মর্মশিল্লে। কনাসু লাকপা উদবদুদা করিমতা থৌওই-ব্রাওইদনা মফি অদো খুকউদগী কা হেন্না থাঙ্গত্তুনা ঐগী ইরুম অসিদা জোরো জোরো হেক্তা তৌররে। ঐসু মৌনহা অদুগী ঙৌশ্রোক ঙৌবা বুব্ বুব্ লাউবা খুবোম-খুরৈ অদু উবদা ব্রাখল অসি করিনোমা তৌরুরে। অদুদগী, মাগী ইলেকট্রিক হায়বসে কয়াদা নাতৈ চাখিদ্রে। কদোমদগীনো খংঙান ঙাষ্বোরকই। মৌনহা অদো খংগ্রেক খংই। অদুক শাথীনসু খংলম্মোইদবনি, মনীংগী ছাদ মথক্তগী সি-আর-পি খরা কুমথবকপগা মৈ খংঙান ঙাষ্বোবকপা অদুগা চপ মান্ননা মায়োক্লরুরে। মৌনহা অদো খংলোই লোইশিনবসু ঙমদা সিফাইশিং অদো কিবদগী লোইশিন্দবসু যাদা - 'ইমাইপেমা শিরম গনিদো' হায়রম্লগা মফি মবোল চোৎপা লাকপা খঙদর্মখৈ ফিঙ্গত্তুনা চেনখিববু ...। ঐ ব্রাষ্বদুনা খাঙহৌই।

- কুঞ্জমোহন

# থাজগী অইংবা মায়থোং

[এলাংবম রজনীকান্ত সিংহ : (পোকপা) ১৭ ফব্রুৱারী, ১৯৩৬ এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল। এম. এ. (মণিপুরী) নি, ৱাবীমচা ইবা অমা ওইনা হেন্না শকখঙনৈ। ডি.এম. কলেজদা মণিপুরী সাহিত্য তম্বীরম্মী : হৌজিক থবক্তুগী পোৎথাবে। উপন্যাসতা "মরুপ অনী" ৱারীমচাদা "চীংযা তময়া", "য়ুমগী মৌ", "কালেন থাগী লৈপাকলৈ", নাটকতা "ঐখোয়গী যোজনা রামরাজ্য" শৈরেংদা "মোইরাং খম্বা", মহাক্কী মমিং চৎপা লাইরিকশিংনি। "কালেন থাগী লৈপাকলৈ" দা ১৯৮১ গী ভারতকী সাহিত্য একাদমী মনা ফংখি।]

"যমুনা কমদৌবি ? নঙগী পবীক্ষানা কযাম ৱাৎলি ?" অসি হায়বল্লগা "নঙসু নিঙোলনিকো ইবেম্মা" অসি হায়দুনা যমুনাগী মনেনা নুংশা মপী হোন্না ফমথখিবম্মী। যমুনা মনেবু হাইফেত্তুং য়েংলল্লগা ৱাতোন মতোন্দা লিখৎলকইবা মপুঙ ফাববা থা অদু য়েংলম্মী। মনাক্তা লাইবিক অমা অনী চাইবি, ফাক্তোকপা লাইরিক অমসু মতম্বাক্তা লৈবি। থাল্লিবা লেমটন অদুসু ইবং লংনা ঙাল্লি। অদুবু যমুনাগী থমোযদা মনেনা হোনখিবা নুংশা মপী অদু তত্তনা হোল্লি। করিগীনো ? খঙদে। থাদি মীৎকুপ পুংজা খুদিংগী খবা খবা লিখৎলকই। অসুম্না ঙাহাক্তুং চিক্লা লৈরুবগা তপ্পা তপ্পা যমুনানা হায়বকই, "ইনে ! ইনেনা ঐবু নিঙোলনি হায়বগা তুমিন্না লৈবিবদু করি তৌববগে ?" মনেনা যমুনাদা হাইফেত্তুং য়েংলল্লগা ফি শেমদুনা ইল্লম্মী। যমুনানা লাংতক্লনা মনেগী পাউখুম ঙাইবম্মী। থাজগী অইংবা মায়থোং অসিনসু যৌবনগী মপুঙ ফাবক্লবী যমুনাবু

থোইদোক্লা পূক্লিং নুংওলহল্লি।

অহিংগী লিক্লানা থাবলগী মরক্তা পোপ পোপ তারি। যমুনাদি মনেবু নুংশিবা অদুবু ফোঙদোকপগী মহুত্তা মমায় মায়থোং মকশিন্না 'ইনে! নহাল মামনা ঐবু-চাক্কৌনি হায়রগা তুমিন লৈখ্রবদি কৈদৌরে? ঐদি মামনা চাক্কৌগে হায়বদুদি কাউদ্রি।" মনেনা হায়রকই "যমুনা! নঙবু নিঙোলনি হায়বদি নঙ লাইরিক হৈবীনি। নিঙোলবু করি ওইরকপা হৌনবগে?" যমুনা মনেগী পাউখুম অদু পাক পীরমদে, ঙহাক্তং ব্রাখল খল্লুরগা তপ্না তপ্না হায়রকই। "ইনে! পুর্ণিমাগী থাবল অসি ইংদ্রা? ঐদি থাবলগী অইংবা অসিদুম থোইনদুম নুংশি।"

মনেনা হারকই, "যমুনা! ঐ চৎলগে, নঙগী লুহোংগদৌবা খিত্তা ঙায়রে, মদুগীদমক্তা নঙবু চাক্কৌবা লাক্কিবনি। নঙ ঐখোয়দা হংচিৎ চাকচাবা লাকউকো। নঙসু নিঙোলনিনা য়ুমসিদা অমুক উররোইদো ইনে চৎলগে।" মসি হায়রম্লগা চৎখিবম্মী।

যমুনানা অঙক পা অমসুং চিংনবা অমসু পোক্লে। মনেগী অহানবা ব্রাহৈদা নিঙোর্লনি হায়না ব্রাহৌই, অরোইবদসু নিঙোলনি হায়না চৎখিরম্মী। মনেগী 'নিঙোর্লনি' হাযবা ব্রাহৈ অসিতনা যমুনাগী ব্রাখল অদু চুশিল্লম্মী। অমগা নিঙোল ওইবীগী যুম্বানবা যমুনাগী পুক্সীদা ইকুই কুইদনা থোক্লগদৌরি। থাজগী অইংবা মাযথোং অসিনা যমুনাগী ব্রাখলগী চেনা অসি মথং মথং হাংদোকপগুম তৌরি।

মণিপুরগী চৎনবী, লুহোংবগী মতুংদা নিঙোলশিংগী খোঙথাং অসি থোইদোক্লা ব্রাখল খন্নিংঙাই ওইবি। মিকুপ পুংজা খুদিংগী শেন্নদুনতা লৈরবী খোঙকাপ অমত্তং কাহ্োকখিবদা মিহুন শুদনা তুংইল্লবী মমানা মচানুপী অসিবু লুহোংখ্রবা মতুংদদি মিকুপ পূংজা অমত্তং মমাগী মনাক্তা লাকহন্নিংদ্রে। করিগীনো? কয়াদা খেন্নখ্রবা? খেন্নবসু নত্তে, কয়াদা নুংশিখ্রবা। সংসাব অসি মমানা মচাবু নুংশিদবা অতাঙবনি। অদুবু লুহোংখ্রবী মচানুপী অসিবু অহিং অমা লেকমিন্নদুনা ব্রারী শানবা মতম লৈখিদ্রে। চাক চারা অমা চামিন্নবা ফাওবা মঙক থাঙ্গৎতুনা থেঙলে হায়না তাল্লক্লে। নিঙোল ওইবীশিংনা মপামদা য়ৌরকত্রিঙৈদা মমানা থিনগদৌবগীদমক হোৎনবসিবু কবিনো? অসিগুম্বা ব্রাখল অসি যমুনানা থমোয় শোকনা খল্লক্লে। মহাক্লা ময়ূম পাল্লকলবা মতুং অসিদদি নুংশিরবী মমাগী পুক্লিংগী ব্রা ফোঙদোকপা ঙমখিদে! করি অমুক হায়রুগদগে, মপামদগী ঈশিং খুজোক অমা থকপা ফাওবা হঙ্গোইরকলে। যমুনাগী অনৌ অনৌবা পুক্সীগী খোঙথাং অসি মাগী ব্রাখলগী চেনাদা নুমিৎ খুদিংগী ময়েক লানা ইশিল্লি।

ঙসি যমুনানা মপামদা লাকপা নুমিৎ অসিদি মমীত্তা মপী তানা তেংথাবা নুমিৎনি। মচানুপী যমুনাবু নুমিৎ খুদিংগী নুমিৎ, থা য়েংবগুম লৈরম্লিবা, মনাক নক্লা শেন্নদুনা ৱারী শাদুনা হরাউরম্বা মবুং শরৎ অসি যমুনাবু 'যমুনা' হায়না হরাউ-হরাউ কৌখিদ্রে। খরা লাপথোক্লা চখোকখ্রে; মদুদি যমুনাবু উরগা হঙ্গোয়বা ইকাইবা উৎলক্লে। মতম কুইনা শাংনা যমুনানা মবুংগী ফি সুবিরম্বনি, অদুবু যমুনাগী অসিগুম্বা থবক অসি মাগী মনম্মা, শরৎকী নুপীনা মুনখ্রে। যমুনাদা ঈশিং সনাবুল অমা শোকউ ফাওবা হায়খিদ্রে। ইমুংগী চাক থোংবা, ৱাই তৈবা, কোন ফেংবা থবক পুম্নমক অসি যমুনাগী মখূৎতগী মনম্মনা মুনখ্রে। চুম্নদা মুনবা নত্তে, যমুনাবু ফিদা থাদুনা যম্নহল্লবনি। অদুগা মবুংনা যমুনা উদনবা হোৎনখ্রে। অদুবু যমুনানদি মবুংমৌপৱা মেজ অমতদা পুন্না লাইরিক পামিন্নবদো উবি। হৌখিবা মতম অসিনা অসুম মথং মথং চঙশিল্লক্তুনা হৌজিক্কী মতম অসিদা তেংথারকলে। মমানা কমদৌরি ? যমুনাবু মপুরোইবগী ময়ূমদা থিনগদৌবগীদা মফি শেৎলি। যমুনাবু মপামদা মিকুপ অমা ফাউবা পম্বদুনা লৈহন্নিংলমদে। যমুনাসু মপামদা নোং'ফাদোক লাক্কদৌবসিসু হঙ্গোইরে। অদুগা অমুক ইকাইবা হায়বা অসিনা বিদায় ওইদুনা মপামগী লমদম অদু খঞ্জিনখ্রে।

নুপীনা মপুরোইববু নুংশিজবনা ময়ুমপানবা ঙমলিবনি। যমুনাদি মপুরোইববু নুংশিররোইদরা ? মাগী মপুরোইবদি কেথোক মৌথোকপা ইমুংদা পোকপনিনা নুপী অমসু পুরক্লে। হৌজিক্তি মাগী মপুরোইবা অসি নুপী অনীগী মপু ওইবা তারক্লে।

ময়ুম পান্নবী নুপী অমগী মফমদদি মপুরোইবা অদুবু কনাগুম্বী অমনা মীৎচিনা খজিক্তং যেংবা ফাওবদা অনুতাপকী মশক ওইরিবনি। যমুনাদি অনুতাপকী মৈচাক অসি ফংলোইদ্রা ? অদুগা মপুবোইববু নুংশিদনা করম্না ময়ুম পানগদগে ? অসিগুম্বা ৱাখল অসিনা নৌনা লুহোংলক্লবী যমুনাগী থমোয় অসিবু হঞ্জিন হঞ্জিন থুগাইরি। অমনা যমুনা মপুরোইবদবু নুংশিজবা, মপুবোইবনদি অতোনবীগী মীৎলৈদা লৈখ্রবা। কয়াদা খেন্নরবা ৱাখন্নো ? মহাক্কী পুন্সীদা থোকইবা অনৌবা খোঙথাং অসিনা পুন্সীগী ইতিহাস ওইরবসু মাগী পুক্লিংনদি কপলি। মপামদসু মিকুপ অমতং পোত্থাফম লৈতে। মপামগী মনম্মা মবুং অনৌ অনৌবা ফিভম হোংলকইবা অদু উরগা মপামদা মায ওনগে হায়বসি খনখিদ্রে। অদুগা সোমদসু মপুঙ ফানা মপুরোইবগী সেবা ফংলকত্রে। অতোনবীগী খুজিন্দগী নুপানা কাওথোক্লবী নুপী অমা ওইরক্লে।

যমুনানা মাগা থোইদোক হেন্দোক্লা চান্নরবী, ক্লাস অমতদা লাইরিক তম্মিন্নরম্বী ললিতাগা ফমদুনা ৱারী শারম্মী। যমুনাগী অনৌবা পুন্সী খোঙচৎ অসিদা

মথং মথং লিথরম্লগা খঙহৌদনা চপ লেপথোকখ্রে। মপি ইরা চেল্লদুনা হায়রকই, "ইতা ললিতা ! নঙগা ঐগা লাইবিক নাকল য়েপতুনা লাইরিক তম্বা চৎলিঁঙৈগী মতম অদু নুংশিদ্রা ? মতম অদুদা ইবানিনা ঐখোয়গী অখুবা থোঙজিন অদুদা মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা ৱারী শাদুনা নোকখিবদো, মতম অদু অমুক হন্না লাক্লরোই। অদুগা ললিতা ! ঐগী তুংগী শম্নুন্দা কুন্দো পবেং থেৎপদা খোঙথাং খুদিংগী কুন্দো অমমম নিঙ্খায়রক্লুনা লৈপাক্তা তাখিবদা ঐনা ইতা ! ঐগী পুন্সীদি কুন্দোগুম নিঙ্খাযরক্লবনি হায়খিবদা নঙনা 'অঙাওবীসিদি' হায়না নোকমিন্নখিবদু অচুম্বা ওইবক্লেদো। মতাং অসিদা ললিতানা- "নঙনা অপাম্বা লম্বী অমা য়েংলোদনা।"

যমুনা মকশিনবা মায়থোং অদুদগী খজিক্তং নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "ঐ মাবু নুংশি। মাবু থাদোক্তুনা মফম কদায়দবু চৎকদগে ? ময়ুম পাল্লবী নুপীনা করম্লসু মপামদা লৈকগদগে ?"

"নঙবু নুংশিবীবগী খুদম উদ্রবদি নঙগী খুদোংচাবা লম্বী য়েংউ হায়বনি।" অসি হাযবগা চৎকে তৌবম্মী। যমুনানা "ইতা ! নঙবু অঙাং ওইবিঁঙৈগী লাইরিক তম্মিন্নরিঁঙৈগী মরুপনি। মতম কুইনগী মতুং অসিদা নঙগা ঐগা ৱারী মতেক অমত্তং ফাওবা শাননবা মতম শংদ্রব্রা ?"

"ইতাগা ঐগা লম্বী অমমম্লি। হাযবদি পবীক্ষা খজিক্তং ঙায়শিল্লক্লে।" অসি হায়বম্লগা থুনা যাংনা চৎখিবম্মী। যমুনানা মপি ঈবা চেন্না লুনা তিন্নরম্বদগী লাপথোক্লরবা মতা অদুবু য়েংহৌই।

নুপানা হন্না য়েংবীদ্রবী, মানা পায়বা পোৎ, মানা নোমজবা থবক শীং থাবীদ্রবদা করম্না নুপী অদুনা ময়ুম পানবা ঙমগদগে ? নুপী নুপাগী অসিগুম্বা লংলা অসিনা তৎলবদা মিকুপ অমতং ইমুং অদুদা শান্তি লৈররোই। অদুবু যমুনানা করম্না মপুরোইবগী মনাক্তা পুন্সী লেল্লিবা ? অতোনবী অদুগী মীৎয়েং, ৱাখলগী মতুং ইন্না নুপাগী মনাক্তা খজিক্তং চঙজফম ফংজরি। মপাম লমদমগী নুংশিবা ৱাখল অদুদি নিংশিংনবা নত্তনা যমুনাগী মফমদা অমুক ইনৌ নৌনা লাকখিদ্রে। অদুবু যমুনাগী অৱাবা মশা মথম্তা খাঙজবা নত্তনা কনাগী মফমদসু ফোঙদোকখিদ্রে। ফোঙদোকতবদা নত্তনা মপাম ফাওবদা মাগী নুংঙাইবা পুন্সীগী খোঙচৎ অসি তাদনবা পাউমেঞ্জরি। যুম্পানবগী নুংঙাইতবা শরুক ফংবা অসিদগী মপামগী ৱাখলনা শরুক চামা হেন্না চিন্তাগী ৱাখল ওইখ্রে।

অনৌবা ফিজেৎ লৈতেং, নাচোম লৈ, কেজ মৌজবা, নুপাগী মনাক্তা ওইনবতনা অতোম্বীগী পুন্সীনি। চীক্লা থাবল করবা অহিংদা করম্না থাবলগী লৈরাংবু

শাৎলোইদগে ? শংবানববা অতিয়া অসিবু ওইনচাউবী শাবী শানৌশিংগী মফমদা কবম্না হাংহনগদগে ? আশাগী মুর্ত্তিনা মাইকৈ পূম্নমক্তা লেপলববসু মূর্ত্তিদা উবকলগদবনি। নোংমা যমুনাগা লোন্নবিবী অতোনবী অদুনা ফিজেৎ লৈতেং নান্না, সনাফিগে, সনাগী লিক-কোল শিবদুনা ইমুংদগী থোবকই। যমুনানা ঙক্লা অতোনবীদুবু মুন্না যেংলম্মী, অসুম্না যেংউবগা মোমোন নোক্লা হাযবকই- "ইনাউদি লাইবক ফৈদকো, ঐনা অসুক কুইনা লৈবকপদি ইন্নফি অমা ফাউবা থোর্নবিদো" অদুবু মাগী ব্রা অসি হন্না ফাওবা তাবিবমদনা চৎখিবম্মী। যমুনাগী পুন্সী অসি মওল মওল খল্লক্লে। মহাক্কী মপুবোইববু য়েংজদুনা পুন্সী লেঞ্জনীংলবসু মহাক্কী নুংঙাইবা আশাদা খুৎথিংজনবগুম থোক্কদৌবি। অমবোমদা মযুম পাল্লবী মহাক্কী মপামদসু পুন্সী লেন্নিংদে। অসিগুম্বা ব্রাখল কযামকম অসিদগী যমুনাগী অবোইবা পুন্সীগী অনৌবা লম্বী যেংলক্লে। নোংমা মহাক্লা মমাদা "ইমা ! ঐবু নোংমতা চাক্কৌবা !" হাযখি। মমানা "হন্দক লাকইবা নিংথৌকাবা অসিদা কৌগে" খুমখি। যমুনানা "ইমা ! নঙগী নিংথৌকাবদো কদৌঙৈ ওইবক্কদগে ?" হাযখি। নুমিৎ অসিনা যমুনাগী আশাদি মমাগা উন্নবা অবোইবা নুমিৎনি খল্লম্মী।

নুমিৎ তাবমদাই মতমনি। তাবমদাই নুমিৎকী মশেক অসিনা সনা মচু মাল্লি। গঙ্গাগী ঈথক ইপো ম অসি তাবমদাই নুমিৎকী থোৎনা নৌববা মচুনা সনাগী ইথককুম থনখ্রে। মেঙনা থোৎলবা ঈথক অসিনা যমুনাবু খুৎলাম তোযনা কৌবগুম তৌবি। যমুনাসু অপনবা তৌদনা গঙ্গাগী ঈচেল অসিদা মথং মথং কুমথবকই। ঙসিগী নুমিৎ অসি যনা নীংথিনা ইংনা চিকখ্রে। অচিকপা অসিবু অমুক হেনগৎনবগীদমক তামলবা তোর্ব্বান চাংজৌ ব্রাংমদা গঙ্গাগী ঈথক ইপোম্না নোমহৌ নোমহৌ পুববা কনাগুম্বা হিহোনবা নুপা অমগী থমোয শোক্লা তেংথা নাওইবা ঈশৈ অমা মশেক মঙাল যমুনাগী নাকোংদা তাবমই। যুমনানা ঈশৈ অদু তাবদা থোইদোক্লা মমীত্তগী পি শিন্থবমই। গঙ্গাগী ঈথক ইপোম্নদি অতৎপা লৈতনা মাগী মখ্বাংদা [illegible] ম ফুবি। ঈশিংগী মবীক্লা মাগী মমায চোৎলম্মী। অদুবু যমুনাগী থমোয মৈচাক অর্দুদি মুৎখিদ্রে। তোর্ব্বান্দা হৌবিবা উপালগী মমিনা থেক্কোই থেক্কোই লাইবেলগী মতৌগুম্না মাবু যোৎকে তান্নবি। ঈশিংদা মঙক যৌনা কুমথবক্কলবদা যমুনানা অমুক্তং হন্না যেংলম্মী। তাবমদাই নুমিৎনা গঙ্গাগী ঈথক ইপোমদা লুপশিল্লক্লে। মমীত্তা মপি তানা গঙ্গাগী নুমিৎ তাবমদাইগী দৃশ্য অদুবু য়েংউবগা মাগী লুহেংবা নুমিৎকী অহিংদা থমোযদা তাখিবা মতমগী দৃশ্য খবা নীংশিংলম্মী। অসুম নীংশিংউবগা খঙহৌদনা 'ইবুংঙো' হাযনা হন্না অমুক্তং য়েংলম্মী অদুগা "ননাউগী পুন্সীদি লোইবেদকো" হাযবকই।

'ঙসিদি যমুনাগী মমা অসি মচাগী মীৎকী পি অসি উবদা নুংঙাইত্রমাল্লে

"যমুনা যমুনা ! চাক লোইবে। কবিগী কপ্লিবনো ?" হায়বন্মী। যমুনানা ইফিং ফিংনা তুম্মুবদগী হৌগৎলন্মী, অদুবু গঙ্গাগী ঈথক ঈপোম্না মাগী মমীৎ অদু থনখ্রে। মমাগী মশক উখিদ্রে। থানা চপ যুংনা ইবং লংনা থোক্লবসু যমুনাগী পুন্সীগী থাবল অদু অমুক থোকখিগদবা খল্লন্মী। অসুম্না ঙহাক্তং ঙক্লা বাখল খল্লবগা মমাদা হায়বন্মী, "ইমা ঐসু নিঙোলনিকো !"

- আব.কে. এলাংবম

# কালেনথাগী লৈপাকলৈ

পুন্সী হায়বা অসি মফম খঙদে, খুদোংথিবনা পিক থল্লি। ঙসি নুংঙাইবম্বা, মিকুপ্তা অবাবা থোক্তবা নত্তে। পোকপদগী শিবা ফাওবা অসিদা মতম কৌবী লাইবেল্বীনা নোংমা নোংমগী যোৎশনখি, মীওইবগী ভাগ্য বিধাতাবু। মদুনা পি শিন্থবি ম্লাওইবনা, অদুবু আশা তৌবি নোংমদি শোইদনা হাংলবা, কাযববা থমোযদা অযুক্কী নুমিৎনা তবং তবং হুন্দোবকখিগনি। থম্বাল, অযুক্কী নুমিৎ মঙান ফংজদ্রবী থম্বালনি। ঙসিগী নুমিৎ অসি খবা থেঙখ্রে। মহৌশা হল্লকপা মতমগা মান্নদে, অহিং অদু পৃং মাপল্লোম তাখ্রে। থম্বালগী মচানপা ক্লাস টেন্দা তমলিবা কিশোবনা লাঙতক্লনা থোঙ্গান্দা অহুম মবিবক থোক্লুনা যেংজৈ। মহাক্কী লাংতক্লবা চিংনবা অসিনা তপথবা ঙমলক্লে মখুত্তা লেমটন মচা অমা পাযবদুনা লমজাওদা মমা ওকপা থোবকলে।

মখোযগী খুঙ্গংগী লম্বী অচৌবা যৌবকপা মতমদা অথাপ্পদা মমা লাকপা ভৈবমই, শকখঙদবা নুপা অমগা। মদু উবদা কিশোবগী থমোয অদু মকশিনখি। কন্য ব্রাখন্দগীনো 'অহিং অসি মমাগা অতোপ্পা নুপা অমগা লোযননা লাকমিন্নবা অদুগীবা' মমা উবগা হবাও নুংঙাইজগনি খল্লম্বা অদু মিকুপ্তা পুমহোং হোংখি।

থম্বালনা মচা উবদা "ইবুংঙো ! নহাক ঐবু ওকপা লাকইব্রা ?" কিশোব খুমখিদে। কবি অমতা হায়খিদে, মমাদা শংত্রিক যেংদুনা লৈখি। মচাগী মাযথোংদগী ব্রাহং কযা মাগী থমোযদা ফাওখি। কবিগীনো হংইবা ব্রাহং অদু ?

হংফম থোকই। মহাক নহানি চহি কুম্থা মঙাদা ঙাইরিবা মৌ নহানি। মমা মচাগী ফোঙদোক্তবা ৱাহং পাউখুমগী মরক অদুদা নুপা অদুনা হায়রকই "ইবেন্মা! নচা লাক্লবনিনা কিররোইদনা" অসি হারমলগা চংখি।

ঙসিদি থম্বাল মমা মচাগী ইমুংসে ইচিক চিকই। মমা মচাদা ঙাইজরবসু নুমিৎ খুদিংগী ইনুং নুংঙাইনা লৈবা, ৱারী ৱাতাই শান্নদুনা হরাও তয়াম্বদু ওইদ্রে। কিশোর হান্নগুম্না লাইরিক পাখিদ্রে, ফমুংদা চঙদুনা হিপখ্রে। মহাক্না পামজদ্রবা থবক অমা মমানা তৌই হায়বগী ৱাকৎপগুম তৌই। মমা থম্বালনা মখোঙ মখুৎ হামদোক্লদুনা ফিশেং শেত্তুনা, মচা চাক লামলমলগনি মতাগুম থুনা য়াংনা চাকখুম চঙই। চাক থোংনা থোংনা মপুক্লিংদা খল্লি "ঐগী ইচা কিশোরসে ঐবু চিংনরমাল্লে।" অদুবু মহাক্কী পুক্লিংদদি থৌনা ফৈ, ফিশেং শেৎপী মৌনি, শাগৈগী ইজৎ মাঙহন্দবীনি। মচাগী অসিগুম্বা ওইনবা অসি উবগা চহি তরামঙাগী মমাঙদা হৌখ্রবা মহাক্কী পুন্সীবু নীংশিং নীংশিংনা মমাংঙৈদা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক মমীত্তা তরং তরং উরকখি। নুংশি চান্না উনখিবা, লৈখিদ্রবা মাগী মপুরোইবা, নৌৱা ওইরিঙৈদগী শকখঙনরকলবা পাৎকী ঙানু থঙ্গোংনি, লাইজ নুংগী থরো থম্বালগুম লৈশাৎ তমলকলবা খুজং চনুবানি। অদুবু নোংদম্বা বিধিনা চিকথৎখি, মহাক্কী মপুরোইবগী পুন্সীদু, লৈমায়থক্তা কেনখি, মখোৎ কারকপা মতমদা। মতম অদুদদি মহাক্কী মচানীপা কিশোর থা অহুমদগী অঙাং ওইবমই। থম্বালনা মচাবু য়োকপদা কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমগী মফমদগী মতেং লৌখিদে। মপাম লমদমদগী ফাওবা চেং মুত অমত্তং মচাগী চাননবা নিখিদে। মখুৎনা শুদুনা মহাক্কী হুমাংমমন্দনা মচাবু থাকলমই। লৌউবা মতমদা লৌবুক্তো কুমদুনা খুৎলং শুদুনা পৈশা তাল্লি। লৌ শুবা মতম নত্তবদা পৈশা ৱালি চত্তুনা থবক শুই। অসুম্না মচাবু য়োকলকপদা হৌজিক্তি মহাক্কী মচা অসি পাখং ফারকলে। চহি তরামরিরোম শু রবা পাখং মচা ওইবকলে। ঃ ·শেংনমক নৌববী মৌনহা অসিনা হিংজবিবসি - কনাগী আশাননো ? মহাক শাগৈ মৌ ওইরি ? নৎত্রগা মচাবু নুংশি।

"চাকলোইরে, কিশোর! কৈদৌরে নহাক্না তৃপ্মিবসিবো! নশা ঙমদ্রব্রা ?" মমা থম্বালনা হৌদোকই। কিশোরনা তাদে, তাশিন্নদে। মমানা হঞ্জিল হঞ্জিল কৌই "চাক লোইরে কিশোর, নঙবু নশা ঙমদ্রব্রা ?"

মমৈথংদা কিশোরনা শাওনা খুমলকই "কৌরক্কনু, চাক চানীংদে।" শাওনা লাওরকই। মমানা মপুক্লিংদা নোকই, "ঐগী ইচাসে ঐবু চিংনরমাল্লেসে," অদুবু মহাক্কী মপুন্সীদা মশাগী ইজৎ মাঙবা থবক অমতা তৌখিদ্রি। থম্বালনা হায়রকই

"করিনো নওনা তৌবি'সিবু, ৱারেমখৈ থবক শুরুরগা নহাক্না অমুক চাক চারোইগা হায়রিবসিবু - ।" মহাক্কী ৱাফম অসি চুম্নদগী পাউখুম নত্তে মীওইবগী নুপা নুপীগী, মমা মচাগী ফোঙদোকপা য়াবা য়াদবা পুম্নমক লোইনা য়াওরবনি। কিশোর খুমদে। নুমিৎ অদুগী অহিং অদু থম্বালসু চাক চাদ্রে। ফুঙ্গাদা তুমিননা ফমদুনা অহিং অদু লেনখি।

নোংঙাল্লকপদা অয়ুক্কী পুং ৮ রোম তারকপা মতমদা থম্বাল মফি মবোল, য়াম্না মমল য়াম্বা ফি-রোল নৎত্রবসু মহাক্কী লৈজরিবা ফি বোল অদু নান্না তরু তরুনা শেত্তুনা থবক শুবা থোবকই। অয়ুক্কী নুংশা মঙাল ফংজরবী লাইজনুংগী থম্বালগুম নীংথিজে। লৈকাইগী মীনা "কদায চৎলিবনো ?" হংবদা মহাক্না খুমখি "কৈথেন্দা ফিয়োনফম ফমলে।" অসুম্না ফাগী ওইনা খুমখি। মণিপুবী সমাজগী ফজবা অরুবা, অহেনবা, চিং লেম্বা সমাজ অমা থমলিবসি মণিপুরগী নুপী অযাম্বনা শকক যাবিবনি। মণিপুরগী সমাজদা নুপীগী থৌদাং অসি ওম্থোক্না পাক চাওখ্রে। লাইববা অৱা অনং তাববা লাইববী কনানসু লম্বীদা চাকনিবী ওইনা চৎনদে, অদুগা চমোৎনবী লৈখোম লৈনাং তৈবী কনাগুম্বী অমতসু লম্বীদা উবা ফংলোই। মপানথোংগী লৈতেং অসিদা নত্তনা মৈতৈ নুপীশিংগী থমোয়গী শেংলবা মক্তুবা মঙালসু করিগুম্বদা খুৎশেমগী লৈচিল নোংফাইনা মকশিনহনবা ঙমদে। করিগুম্বা নোংদম্বা বিধিনা নুপী ওইবীশিংগী মরাইবক্কী লংলবা চন্দোন অদু মুখুৎখিবা তারবসু মখুৎকী শিন্থা অমদি থমোয়গী পাঙ্গত্তনা মখোয়গী ভাগ্য বিধাতা অদুবু শেমজৈ। অদুনা মপুঙ্গী হিংজবদা কনাগীসু মখা পোন্দে। অসিগুম্নবী মৈতৈ নুপীশিংগী লমচৎশিংগী মবক্তা থম্বালসু অমনি। মহাক্তি ঈশিংগী থম্বাল নত্তে। মৈতৈলৈমবোনশিংগী মরক্তা মতম কুইনা নুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ শাৎহৌরগদবা মৈতৈ সমাজদা চিং-লেম্না শাৎহৌবগদবা থম্বালনি।

নোংমা থম্বালগী মচানীপা কিশোরনা মহাক্কী মরুপ অমগা লোয়ননা অহাংবা লমহাংদা অসুম লময়েংবা চৎলমই। মখোয়না লাকইবা পাক্লবা লমহাং অদুদা চাওরবা মথোল অহুম, মরি ৱাংলবা সরকারগী লোয়শঙ অমা সৈরিবদু উরমই। মফম অদুদা নুপী নুপা পুন্না থবক শুমিন্নে। থবক শুরিবা নুপা নুপী পুম্নমক অমনবা চরৈ শেগাইববা ঙাক্তা শেৎলি। নুংশা মরক অদুদা অচৌবা কোকথোং পুরদুনা হুমাংওবো ওবো শিন্থরদুনা থবক শুরি। কিশোরনা অকুপ্পা চেক, নুঙকুপ লৈঙোয়নচিংবা পুরিবা অৱাংবা শগায়দা মথং মথং কাখ্রিবা নুপী ময়াম অদুগী মরক্তা অসুম য়েংখিবদা মহাকপু পোকপী থম্বালসু ময়ামগী মরক্তা শেগায়রবা চরৈ

শেৎলদুনা হুমাংনা মশা পুম্নমক পুমলুপ লুপ্লদুনা থবক শুবা অদু উবমই। মমাবু উবদা মহাক মমীৎ উইশিল্লি। মমাগী ফিভম অদু মহ'ক যেংবা ঙমলমদে। বাংলবা শগায মথক অদুদা মকোক্তা অকুম্বা থুম্মোক পুবদুনা মমানা কাখৎখিবদু -। মহাক্লা কযাদা থমোয শোক্লা ৱাখিবনো ' মমীত্তা মপি ওবো ওবো শিন্থুনা হন্না যেংলদুনা মফম অদুদগী অসুম লাপথোকখি।

ঙসিগী অহিং অসি পঙথেং থেঙবা নত্তে। সন্ধ্যা মতুং খবদা মথেঙলি। থম্বালসু কবিগুম্বা অৱাবা থবক অমতা তৌখিদবগুম হান্নগী মতৌগুম্না তনান তনান্না থোং হাংদোক্লদুনা ইমুং চঙলকই। মমানা হেক চঙলকপা মতম অদুদা কিশোবনা চেনশিল্লক্কুনা মমাগী মখোঙ পাযদুনা নোংখোঙবগুম কপখি। মচাগী মতৌ অদু উবদা থমোয নৌববী থম্বালসু খঙহৌদে মমীত্তগী মপি শিন্থুখি। ঈহৌবকপা গঙ্গা যমুনাগী ঈচেলগুম মমা মচাগী মিৎকী পি অনী অদু লৈমাযথক্তা তিন্নখি। কবিগীনো হংনদে, কযাদা নুংশিত্রবা নৌত্রবা মমাগী থমোযনো ' থোৎলবী মমাগী থমোয ওইদুনসু মৈতৈ নুপীদি কালেন থাগী লৈপাকলৈনি।

- আর.কে. এলাংবম

# জুব্রারগী মৈচাক

[সৌগাইজম ব্রজেশ্বর সিংহ : (১৯৩৬ -), বড়াপালা কাছাড জিলা, আসাম। এম.এ. নি। মণিপুবগী মপানদা লৈবা মণিপুবী অইবশিং শিংথানরকপদা শ্রীব্রজেশ্ববগী মিং কাউবা য়াদে। ফোঙলবা লাইবিকশিংদি :- (১) ''পিদোম্না হায়জবা'' (শৈরেং), (২) ''অশংবা ঈথক'' (শৈবেং), (৩) ''হঙোই খোংবসু লিঙ্গ হোংবদসু'' (শৈরেং), (৪) ''প্রজাতন্ত্র নুমিৎ য়ৌরক্রে'' (শৈরেং), (৫) ''ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম'' (শৈবেং), (৬) ''ওঁ বিষ্ণুওঁ বিষ্ণু ওঁ'' (শৈরেং), (৭) ''কৎথোকপা'' (উপন্যাস), (৮) ''অনৌবা মণিপুরী কাবিতাগী শক্লোন'' (নৈনবা)। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসামগী প্রসিদেন্ট ওইরম্মী। হৌজিক পরিষদ অসিগী পেট্রোন ওইরি।]

নোংঙাল্লে। অহিং চুপ্পা কদাযদা লের্নলিবা ? গৌবগী নুপীনা মখা তানা খম্ববই ; অদুগা মচানুপী সনাতোম্বী কৌদুনা হাযবকই - "ইবেম্মা, নাপাদুবু হল্লক্ত্রে।" সনাতোম্বী কবি অমত্তা খুমদনা মাঙ্গোলদা ফমদুনা লাইবিক পাবম্মী।

শুমাং যৌবকপদা মচা নুপী উবদা গৌবনা হাযবকই,- "সনাতোম্বী ইপাদি ঙসি লুপা চামঙা লোক্লক্লে।"

গৌব মীযাই চল্লবা চহি নিফু-তকক্‌বোম্ শুকবা চাবা থক্‌পা ব্রাৎতবা মী অমনি।

মচা নুপী কবি অমত্তা খুমলমদে। ইমুংদগী বাধেনা মপুবোইবনা লুপা লোক্লক্লে হাযবা পাউ তাবদা চেনখোবকই অমসুং হংলকই - "লুপা কযানোনে ?"

মাঙ্গোলদা থারিবা তাংবন অদুগী মথক্তা ফমথরগা গৌরনা হায়রকই "লুপা চামঙানি।"

"কদায়, কদায় ঐঙোন্দা পীশিল্লকও" হায়না লুপাদো গৌরগী মখুৎতগী রাধেনা লৌশিনখ্রে।

ঙসিদি গৌরগী নুপী রাধেগী হরাওবা মপান্ নাইখিদ্রে। মহাক্কী হরাওবসে হায়দুনা তমদুনা থোক্কদবা নত্তে। মরমদুনা মহাক্না মপুরোইববু য়াম্না নিংথিনা সেবা তৌরম্মী। মশামক্না কৈথেল কাদুনা ঙা অচৌবা লৈদুনা পুরক্লগা থোংদুনা পীজরম্মী।

চাক্ হাপ্পা হাপ্পা রাধেনা হংলকই- "নখোয়গীদুবু ঙসিসু শান্নগদ্রা ?"

মপুবোইবনা চাক্ চানা চানা খুমলকই- "ঙসি নুংদাংসু শান্নগনি। ঐদি হকচাংসে য়াম্না ৱারে- ঙসিদি ঐহাক শান্নবা চৎলরোই।"

বাধেনা- "লুপা চামঙাসে লেম্না ফংঙক্পা নত্তে, নশানা ৱাজরুবগী ফংঙকপনি। মীনদি জুৱার শান্নবা হাযবসে ফৎতে হায তৌইগুম্নসুং জুৱাব শান্নদুনা মী য়াম্না হৌদোক্লখ্রে। ঐদি ৱারবসু ৱানা শান্নরুচো হায়রিবনি। নুংথিল্ অদুক্ য়াম্না তুম্নবা ফাউবা পেন্‌দ্রিবা ?"

গৌরনা - "নঙনা হায়বগুম্না ঙরাং নুংদাংদি শামুদো লুপা লিশিংমুক্ লোক্খ্রে।"

রাধেনা- "ইস্! য়াম্না লোক্খরেদা।"

গৌব- "চৎপু চৎকে। লুপা লিশিং তরুক্ তবেৎ তং লোক্লবদি কার অমা লৈশিনগে। কারদগী থোরক্পা শেনদুনা য়ুমসে দালান্ হৌবা, রেডিও অমা লৈশিনবা ; অদুদগী ইচানুপীসে নিংথিনা লাইবিক্ তমহল্লগা বি,এ,-এম,এ, পাশ তৌবা বর অমদা কোক্ থাজরগা লোয়রে।" রাধেনা খুমলকই- "অদুতনি ঐনা খল্লিবা।"

ঙাংনরিবা ৱাশিংদো সনাতোম্বীগী নাকোংদা হাপ্পা য়ারমদে। মরমদুনা মহাক্ করি অমত্তা ঙাংলমদে।

সনাতোম্বী মখোয়গী অমত্তা ঙাইজরবী মচা নুপীনি। মহাক্ হৌজিক্ ক্লাস নাইনদা তম্বী ছাত্রীনি।

"ইবেম্মা, নখোয় লাইখুরুম্মু কো ।"হায়রম্লগা গৌর কম্বল অমা ইন্দুনা লুপা চনিরোম্ পুদুনা শান্নবা চৎখ্রে।

অসুম তৌদুনা গৌর নুম্নিৎ খুদিংগী জুৱার শান্নবা চৎলম্মী। চাবা থক্পা

তুম্বা হিপ্পা মফম্ খঙ্দনা শান্নবা হৌরক্লে। নোংমসু অঙাওবগী মওংদা লাক্লুনা মহাক্না রাধেদা হায়রম্মী- "রাধে ! লুপা চামঙা-চাতরুক্ অদুদি লোয়না থাখ্রে, সাইকেল অসি য়োন্দুনা ফঙবা অদুনা খুৎপাই ওইরগে।"

রাধেসু চংখিবা শেন অদু ফঙকখিনি হায়বা আশাদা 'য়োনখো' হায়রম্মী।

মচানুপীনা- "ইমা ! নংনা বাজিবু থৌগৎতুনা শান্নহনবসে ফৎতে !" হায়না হায়রম্মী।

অদুবু রাধেগী তাংথক্ নাইদনা চেনবা ঈচেলবু কনানা থিংবা ঙমগনি। লুপাগী আশাদা ঙাওববী রাধেনি। নোংমতসু মচানুপীনা হায়বিবসে ফৈ হায়না খল্লুদে। অমরোমদা থাং ফেংলা ফেংলগা ময়ায় কারকপা হেনবগুম্না গৌর লুপা থাব থাবগা শান্নবগী নেশা হেন্না পোক্লম্মী।

ঙসি নুমিৎ নিনি হুমনি শুরে গৌর শান্নবদগী হল্লক্কবা। সনাতোম্বীনা স্কুল কারুবদা মখোয়গা তম্মীন্নবা মরুপশিংনা মহাক্পু অচুম্বরা ? হায়না হংঙি।

সনাতোম্বী-"ঐখোয়গী বাজি নংলম্মোয়।" হায়না লৈথোক্লুনা খুম্মী।

অদুবু নহা শাজৎনি, কনানা ফিবুন পায়দুনা মেনবা ঙমগনি, ছাত্রী অপুম্বা মরুম মরুম ঙাংনৈ। সনাতোম্বী ইকাইবনা মমায় পুদুনা ক্লাসতা নিংথিনা ফম্বা ঙমলমদে। মহাক্না খনলম্মী ওম্মোক্পনি ! জুব্বারগী মচানুপী। সংসাব অসিদা অসুম্না পানগদগী শরুক্পুদি শিখিবনা হেন্না ফরে। ইকাইবনা মীয়ামগা মান্ননা লৈবা ঙমদবা খোক্লবদি হিংবগী কানফম লৈতে, সীতাগুম্না মালেমগী চেৎখাইবা কারক্তা চংখিবা ঙমলবদি অথোইবনি।

ইকাইবনা লৈবা ঙমদনা মহাক্ ছুটি লৌদুনা মযুমদা ঙন্না লাক্লম্মী।

নুমিৎ নিনি হুমনি শুনা হল্লক্কবা মপুবোইবগী ব্রাখলতনা উংদুনা লৈরবী রাধেনা মাঙ্গোলদা মূরা অমগী মথক্তা ফমদুনা লৈরম্মী।

সনাতোম্বীনা মমা মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈবা উবদা শুমাংদগী হাযবকই- "ইমা, ইমায়সে থমফম্ লৈত্রে। স্কুলদা ছাত্রী পুম্নমক্না নখোয় বাজিদো জুব্বার শান্নফমদা ফুনৈ হায়বদো অচুম্বরা হায়না হংঙি।"

মমানা "মচিন থিদুনা পংঙাং ঙাংলিবনি- থৌসারুনু ইচাসিদি নফি নরোল হোংদুনা চাক্ চানবা তৌ। নঙনা অসুক ঙন্না লাক্পদি করিগীনো ?"

সনাতোম্বী- "মখোয় ময়াম্না ঐবু ঙাহাক্ লৈতনা হংবা অদুদা ইকাইমন্‌খিদুনা ছুটি লৌদুনা লাক্পনি।" মচাগী ব্রা তারগা রাধে ঙাহাক্ তুমিন্না লৈদুনা ব্রাখল তৌই- "হায়রিবা অসিবু অচুম্বরা ?" মমানা তুমিন্না লৈবা উবদা সনাতোম্বী ফি

হোংনা হোংনা- "কবিসু তৌদনবু মীনা পংঙাং ঙাংনবা হৌনব্রা ? নুংশিৎ শিৎতনা উনা লেংবা যাব্রা ? অসি পুম্নমক্সে ইমানা থৌজিন থৌজিন্দুনা তৌবা ঙাক্তনি।"

মমানা- "চেন্থবকপা ঈচেলবু কনানা পাক্ হেক্ থিংবা ঙমগনি। অসি খন্দুনা ঐহাক্ থিংজদ্রর্বনি। অদুগী মথক্তা অবলা নুপী ঐখোযনা নুপাদা কবি তৌবা ঙমগনি ?"

খোন কল্লপ তৌনা সনাতোম্বীনা হাযবকই "ফৎতবা লম্বেলদা চৎপা মীবু থিংবা মতমদা অবলা হেক্ ওইবা, অদুগা থৌজিনবা মতমদা নোংশাগুম্না পাঙ্গল থোবকপা।"

মতম অসিদা মখোয লৈকাইগী মৌ-নহা অমনা লাক্কুনা লুপা তাবাগী অচোইবা পীউ হাযববদা মমানা "সনাতোম্বী, উপু হাংদোক্কুনা ননম্মদা লুপা তাবাগী অচোইবা পীখো।"

নুমিৎ নিনি হুমনি শুনা হল্লক্তবা মপুবোইবগী ৱাখালতনা উংদুনা লৈববী বাধেনা মাঙ্গোলদা মুবা অমগী মথক্তা ফমদুনা লৈবম্মী।

মমানা- "হা: ! নঙগী সনাগী কেপ লৈতে হাযবা- নীংথিনা যেংঙু।"

সনাতোম্বীনা "যেংঙে। অসিদগী কবি হেন্না নীংথিজনা যেংগনি।

মচানুপীগী সনাগী কেপ লৈতে হাযবা তাবদা বাধেগী কোক্থক্তা ব্রজ তাবগা চপ মান্নবম্মী। নুপী হাযবসে মচাগীতমক্ মথৱায থাবা ঙমবনি। অসুক কুইবা মৱা মপুবোইবনা সাইকেল ঘড়ি যোন্দুনা জুৱাব শান্নবা বাধেগী পুক্লিংদা কবি অমত্তা নুংঙাইতবা পোকলমদে। তৌইগুম্বসুং ঙসিদি ৱানা শুজদুনা শাজববা মচানুপীগী পাবিজাৎ পবেং অমসু লৈ লৈতে হাযবা তাবদা বাধেনা মপুবোইবগী মথক্তা ঙমখে লৈতনা শাউনিংবা পোকলম্মী। মবমসিনা বাধেনা "মাংঙে, মাংঙে, ইচাগী পাবিজাৎ পবেং যোন্দুনা শান্নখ্রবা ?"

মচানুপীনা- "হৌজিক্তা মাংঙে হাযবা ৱাখল লাক্লবা- নহাল্ মখৈদি থৌজিন থৌজিন্দুনা শান্নহনবদায।"

"ইমা, নঙনা থাজবা হুগী পাম্বীনি। ঙসিদি নিংথিনা মহৈ পাল্লবা মতমসিদা নঙনা কবিগী চানিংদে।"

"ইবেম্মা, সংসাবগী মী পুম্নমক্ লুপাগী মীনাই ঙাক্তনি। লুপানা তৌবা ঙমদবা পোৎশক লৈতে। লুপাবু লৈববদি মী হাৎলুববসু কবিসু তৌদে, হৌজিক্তি সংসাব অসিদা লুপানা মকওইবা পোৎশর্কনি।"

"ইমা লুপাতনা মীওইবগী মক ওইবা পোৎশক নত্তে, ইজ্জৎ হাযবা পোৎশক

অসিনা পুন্নমক্তগী মকুওইবা পোৎশক্নি। ইজ্জৎ অসিনা মাংখ্রবদি অনীবক শুনা তান্বা যাদে, লুপাদি তান্বা যাই। অদুগা জুব্রাবীগী মচানুপী ঐহাক্পু কনানা লৌবীগদৌবিবনো ?

মচানুপীগী ব্রাশিংসে তাবগা বাধে লাল্লে হাযবা মতাগুম তুমিন্না লৈবম্মী। অদুদগী ঙাহাক্ লৈবগা মহাক্না "ঙম্মিদা ঙম্মিদা ওম্থোক্না ঙম্মিদা-ইচাগী লীক্ কোন্ যোন্দুনা শান্নবা, লাকখিসনু।"

মতমসিদা গৌব মমায লুকথদুনা কম্বল অমা ইল্লগা মশম্ মনা ইফা-ফানা চঙলকই; গৌব লাক্পা উবদা মমা-মচানা যেংশিন্নদনা মীৎলাউবী ওনখ্রে। মপুবোইবা উদ্রিঁঙৈদদি শাউনিংবা খবা বাৎলম্মী। তৌইগুম্বসুং মশক্ উবগা মহাক্কী শাউনিংবী মৈচাক্ হান্নদগী চামহেন্না চাক্খৎলক্লে। গৌবসু মমা-মচানা অশাউবগী ফিবমদা লৈবম্বা উবদা মহাক্না তৌখিবা থবকশিং অদুগীনি হাযবা খঙদুনা মাঙ্গোলদা ফমলিবা বাধেবু মীৎচিনা হাযফেৎ যেংল্লমগা ইমুংদা চঙখিবম্মী।

নহালমখৈ গৌবনা শান্নবা হল্লক্পা মতমদা মহাক্কী নুপী বাধেনা যাম্না হবাওনা মখল-মখা শান্নবগী ব্রা হংদুনা সেবা নীংথিনা তৌবম্মী- নীংশিংলুবদা কযা খোইথুমনৈ তৌইগুম্বসুং ঙসিগী ফিবম উবদা হকচাংদা অকিবগী ঈপোম হৌবক্পগা লোযননা পুক্লিংদা অশাবা অযাকপগী মহাও অমা ফংলম্মী। মবমসিনা গৌবনা ফি যানফমদা কম্বলদো যানশিল্লগা মফী মবোন লৌথোক্লুনা মকোক্তা মখুৎ হাপ্পগা ফমুংদগী মখোং অনী যাম্থদুনা ফঙলগা খনলম্মি "ঐনা তৌবিবা অসিবু কবিনো ?"

বাধে যাম্না ইন্হল কন্না শাউবক্লবদি মবা মপুবোইবকা খঙদনা ঙাংনিংবতা ঙাংবা ঙম্বা নুপীনি। বাধে অশাউবা ফুমদুনা থম্বা ঙমলক্তুনা"যুদ্ধং দেহী"হোযবা ব্রাখলদা ইমুংদা চঙশিল্লগা "নঙনা তৌবিবা অসিবু কবিনো ?"

গৌবনা তপ্না খুমলকই "কবি তৌববগে ?"

বাধেনা "নঙবু মীবা ? লীক্ কোন্ যোন্দুনা জুবাব শান্নকবা ঐনা ফৌসু বেপাব থৌদুনা শাজবা ইচাগী লীক্ নত্রা ? নঙগী নবল মচেৎ অমত্তা যাউব্রা ? নবেম্মা ঐহাক্ লৈবগী নহাক মযামগা মান্ননা চৎপা ঙম্বা নত্রা ? লৈবিবা যুমফম অসিসু ঐনা শুদুনা চৎতুনা তানবা শেন্না লৈবা নত্রা ?"

মতাং অসিদা গৌবনা "নুপী অসিদি ব্রা যাম্না ঙাংঙিদ্রা।"

বাধেনা যাম্না লাউনা "নশক অদো উবদা হু মুক খাবে কবিগী যুমদা হন্জিনবিবক্লিবনো ? চৎখ্রো-চো।"

গৌব- "ইহে-নুপীসিদি শোযবা তাবে।"

রাধেনা অমুক হেন্না লাউনা-"চৎখ্রো-চৎখ্রো হুরানবা, জুব্রার শান্নবা মীগা তিন্নদুনা লৈবা ঐখোয় ঙমজরোয়।"

হৃন্দক্কী ব্রাহে অসিদি গৌবগী থম্মোযদা তানা থিনবগা চপ মান্নবম্মী। কবিসু লৈত্রবা নুপী অসিনা লৈকাই তানবা হুরানবগা হায়না চৈরক্পদা শার্উনিংবনা পুক্লিং ফাজিনবা ঙমলক্তদুনা গৌরনা "মসিগী নুপী অসিতা হাৎলগা লোয়রে" হাযরগা পবপ পরপ চঙশিন্দুনা রাথেগী মখনাউ মেৎখবে। বাধেসু ঈশিংদা তাবা মী অমগুম্না অফংবা পাঁম্নে শীজিন্নরগা লোয়রে হায়বা ব্রাখলদা তাংবলদগী ফুক হৌগৎতুনা নুংশিৎকী মমাং থানা লাক্তুনা "বাজি, ইমা শিবা তারে।" হাযদুনা মপাবু কন্না চিংথোক্খ্রে। অদুদগী ব্রাধেনা- "মী হাৎপা, জুব্রারী, লৈকাইসা জুব্রাবীনা ঐবু হাৎকদৌবে কনলো লাও।" হাযনা লাউই।

গৌবনা- "থোরাইমচা অসিনা লৈকাই শারা শনগদৌবে মসিতা ফুদুনা হাৎলগা লোয়রে।" হায়দুনা চঙশিন্দুনা রাধেগী মকোক্তা খাজাইদা লেন্দুম্ তাবগুম্না খুদুম্না কন্না শুরকলী।

সনাতোম্বী রাধেবু পুদুনা ফমুং অমদা তপ্না তপ্না তৌদুনা হিপথহল্লী। খাজাই নান্দুনা য়েংবদা য়াম্না চাউনা পোমদুনা লৈবা উবদা রাধেনা- "ও-ইমা! নঙনা ঐবু জুব্রারী অমদা থাজবিদুনা থোক্লিবা থৌদোক অসি উবিদ্রববা?" হাযনা হীক্লা হীক্লা কপলম্মী।

মীওইবা পুম্নমক্কী পুক্লিংদা অথোৎপা পোৎশক অমা লৈ। গৌর মহাক্কী নুপীনা তেংথা নাওযনা কপ্লকপদা - "করিসু লাঞ্জদ্রবী নুপীবু ঙম্মী হায়না ফুদৎলিবা নুপা ঐহাক্তি অঙাওবা নত্তনা কবি ওইগনি।" হায়না খনলম্মী।

অদুদগী মথব্রায নুঙাইরক্তদুনা গৌরনা মচানুপীদা- "সনাতোম্বী, নমাবু কবিগুম্বা শোক্পা লাক্পরা?"

সনাতোম্বী- "ইমাগী খাজাই য়াম্না ব্রাংনা পোমখৎলে।"

ব্রা অসি তাবদা গৌবগী পুক্লিংদা নুঙাইতবগী ঈহৌ হৌরক্তুনা হৌখিবা পুক্নীগী লামায় মথং মথং হাংদোক্পা হৌরক্লে। লুহোংবগী অনৌবা পুক্নীদা গৌরনা মনাক্তা হীপ্লিবী বাধেগী মমায তপ্না নানলগা চুম্না য়েংজববসু ঐহাক্কী পুক্লিংদা নুঙাইতবা পোকই। মবর্মসিনা নঙবু ঐনা কবিগুম্বা মতমদা থিনা তৌরোই।" হায়খিবা ব্রাহৈশিং নীংশিংলক্লে। মরমসিনা খাংবা ঙমলক্তদুনা গৌরনা "ইবেম্মা, ঐহাক ডাক্তর কৌরুগে।" হাযনা ডাক্তর কৌবা চৎখ্রে।

ঙাহাক লৈরগা গৌরনা ডাক্তর পুদুনা লাক্লে। ডাক্তরনা রাধেবু মুন্না য়েংলগা

"কবমনা শোক্লিবনো ?" হংলকই।

গৌবনা- "পালোংদগী ওস্থদুনা তৌবিবনি।" ডাক্তবনা মুন্না যেংলগা ইনজেক্সন অমা কাপলম্মগা "কবিসু থোইদোকপা তৌববোই।" হাযবল্লগা চৎখ্রে।

মমাংগৈদা গৌরনা হাযখিবা "নহাক্পু ঐনা করিগুম্ব মতমদা থিনা তৌবোই।" হাযবা ৱাশিংদো ঙসি নীংশিংলক্লুনা থম্মোয পুবা ঙমদনা বাধেনা "নহাক্লা ঐবু ঙসি অসি যৌনা তৌবা ঙমলবনিকো।" হাযনা হীক্লা হীক্লা কপলম্বদগী "ও ইমা ! ঐবু জুল্লাবীদা থাজবিদুনা থোক্লিবা থৌদোকসে উদ্রবনে হাযনা লৈকাই তানবা লাউনা কপখৎলক্ই।"

- ব্রজেশ্বর

# অনী থোক্লা চিংখায়রকখি

[শগোলশেম ধবল (পোকপা) : এপ্রিল ১, ১৯৩৬ - সোইবম লৈকাই নিত্যাইন্দুগুব, হাইলাকানদি, কাছাড জিলা, আসাম, অক্কদা এম. এ. । ফোঙলবা লাইবিকশিং (১) ‘‘অসিদসু মী হিংলি’’ (এডিটব ওইনা), (২) ‘‘অমসুং ব্রাবী খবা’’ (ব্রাবীমচা) সাহিত্য অমদি সমাজ-সেবাদা থব্রায যাওই । মনিপুবী সাহিত্য পবিষদ আসামগী প্রসিডেন্ট ওইনা হৌজিক থবক পুবী ।]

হ্যাযগে হাযনা খন্দুনস্ হেক কাউথোকতুনা তোক্‌পা অদুগুম্বা বা কযা মশীং লাকঙমদনা মাঙখিবগুম লীগে হাযনা খল্লুবা ফজখ্রবা বাবী লীথোকফম ফঙদদুনা তোকপা যামখ্রে । সনাতোম্বীগী ব্রাবীসিসু মসুম হাযনা কাউথোক্লুববনি । মাগী ব্রাবী অসি লীবগে হাযনা খল্লম্লোইদবনি কবিগুম্বা ঙসাই অযুক্কী থোর্কাখবা থৌদোক ’দুমা থোক্লমদ্রবদি

ঐগী থব্রায অসি শেগাযখিদুনা ও খোংনা কপ্পীংখ্রবনি । ইকাইবগা শাউনীংবগা তুকচ্চবগা-মযাম অসিনা তিন্নখিদুনা মফম অদুদা ঐ মীৎকুপ অমত্তং লেপ্পা ঙমখিদে । থুনা যাঙনা সাইকেল অদুদা তোংখৎতুনা মফম অদুদগী থোবকখি । সাইকেল থৌনা থৌনা পুক্লিংদা খনখি ‘ঐ হীংঙে । মফম অদুদা লৈবল্লমদি মীগী ব্রাহং কযা শোযদনা চাবমগর্নি কনানো, কবিনো, কবিগীনো, কবি থোকপগে ... অদু অদা কযানচিংবা । মযাম অদুগী পাউখুম অদু অশেংবদা মতীক চাবা অমত্তং পীবদি ঙমদবগী ঙমদবা, অদুগীসু মথকতা খুদোং চাদ্রবদি বা পুথখিদুনা কবম্বা অনৌবা মাযথীবা ফঙবা মযাম অসি খন্দুনা ঐ মফম অদুদগী থোবকতুনা হীংলি হাযবসি হাযঙমদ্রি ।

ঙসি ঐগা লৈমিন্নরিবা অঙাং অহুমগী মমা ওইরবী-ঐগী নুপী শ্রীমতি ইবেম্মা বীমলা অসিবু মতম অমদা ঐমা যামনা নুংশিখিদ্রবী, য়েঙনিংদ্রবী ওইরম্লবসু ঙসিদি নুংশিদবা ঙমদ্রদুনা য়াম্নমক নুংশিজববনি । তৌবগীদি মাসু খঙডি-মতম অমদা ঐনা মাবু কয়ামুক নুংশিবিরমদবগে হায়বদো । নুংশিবদা জাৎ অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই । অমনা মহৌশানা শক-চু শাজৎ লীচৎ মওং-মতৌ অমসুং পুক্লিং -পুকচেল তিন্নরুদুনা নুংশিবা অদুগা অমনা গতি লৈত্রদুনা নুংশিরা । বীমলাবু ঐনা নুংশিজরিবসে তৌবগীদি গতি লৈত্রদুনা নুংশিবা হায়বদুনি । করিদি তৌগনি ? অঙাং অহুমগী মপানি ঐ-ফরবসু ফৎত্রবসু । হৌজিকপু ঐনা ইচাশিংসিবু নুংশিদে অমসুং মমাসিবুসু নুংশিদে হায়না হায়বগা কনানা অমুক থাজবিখিগদগে ?

অদুবু ঙসিগী বীমলা অসিনা মতম অদুতদা ঐগী নুংশিবগী থম্মোয়দা শীংজঙনা যানখি হাযবসিমতংদি মকপ-মপাং অমসুং কৈরোই-লৈকাই পুম্নমকসু খঙহৌরমনি । চাক্লবা থম্মোয় অসি পুবা ঙমদ্রদুনা লুহোংবগী নুমিদাংদা যাওঙশঙগী চিয়ারদা ফমদুনা পানামা পেকেট অনী লোয়নবা অমগী মথংদা অমা অমসুং মথং মথং সিগারেট অমমম -অদুক য়াম্না সিগারেট থকতুনা ৱারবা অহিং অদু তুমদনা লেম্নবা লাক্লবদা বীমলানা করেম্নখিবা ৱাতাশিংদো ঙসিসু পুমকাউ কাউবসি ঙমদ্রী ।

ঐগী থম্মোয় অসিদা ৱাহৈ অদুতনা হন্না যৈববদা লৈবা ঙমদ্রদুনা ঐ হন্না ঈশিং থকখী । সিগারেটকী নিশানা মৈচাক অদুবু মুৎহনবা ঙমখিদে । ইস-মানা হায়খিবা ৱা- সালাম খুড়া খম্বাখোয়দা নুমিদাংৱাইবম উনখিবদা ঃ নুংশিবা, ঐবু লংশেকপীবমগনুকো ! সনাতোম্বী, আঃ সনাতোম্বী ! সনাতোম্বীতনা য়োমদুনা শাখ্রবা ঐগী থৱায় অদু পুদুনা করম্বা গ্রহগী থৌশিনদগী ঐনা বীমলাবু লুহোংলুবা! থোয়দোক্লা হায়রগা-শাজৎ-লীচৎ মওঙ-মতৌ পুম্নমকতা ঐনা খ্বাযদগী নুংশিদ্রবা তুক্কচ্চরবা বীমলাদুবু !

অসিবু ঈশ্বরগী থৌরাং নত্তে হায়রসিরা ?

সনাতোম্বীসে অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না ইকাইথীগল্লমই । ঐঙোন্দদি মাগী মতৌ অদো উরগা পংনুংতা নুংশিবা ! অদুবু ইকাইথীগল্লম্মী । ঐঙোন্দদি মাগী মতৌ অদো উরংগা পংনুংতা নুংশিবা ! অদুবু ইকাইথীগনবীদুনা তপ্না তপ্না মপাল শাবকপা হৌরকপদগী ঐগী থম্মোয় অসিদা চিংনবা অমসুং অৱাবা ৱাখল অমা পোক্লকখি ঃ করিগুম্বা খুজিন খুৎনানথোকখিদুনা ঐগী খুৎপাইগী. ৱাংমদা চৎখিবা ওইরবদি ..... ।

তৌবগীদি থম্মোযগী লানদা ঐখোযনীমক অমনা অমবু য়ানখৎনদুনা তুখি হায়বা যাই । ঐখোযনীমক নুংশি-লাংদা থুদুনা ইকায়খিন্নবা, নোকখিন্নবা, হাবাওমিন্নবা, ওইনমিন্নবা অদুগা মতম মতমদা-চুম্মী মতম মতমদা ওইনদুনা কৌন -ঙাংনবা থাদোকতুনা । কাযনবগী তাংকক লাকপগী মতাংদা থম্মোযগী মৈচাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা অচীকপা মফমদা মীৎতগী পি শিন্থখিবা- ময়ামসিগী রাবীদি অশেংবদা কনাদসু লীথোকখিদ্রবনি ।

কাযনবগী মহাও যেঙবগী তাংকক অসিমক অশেংবমক্কী নুংশিরগী লামাযদা থুন্নবা অমসুং পান্দমনিঙায লৈত্রবা নুংশিবগী মথেলনিমক যাই । তাংকক অসি য়ৌরকপদা ঐগী থম্মোযদা রাহং কযা পোকখিঃ ঐখোযনিগী ইবকতা ঐতনমক মাবু নুংশিকবমালে ! নুংশিকববা ঐগী থম্মোযসি অমুক নুংশিববোই হাযবা য়াত্রবনিনা মাবু নুংশিদনা থম্মোয অসিগী হীংফম লৈত্রে । লাল্লুববনি ঐনা মাবু নুংশিদনা থম্মোয অনী শেংদোক্লবকপা মবমদদি খঙবা ঙমখি-ঐনা খল্লম্বা পুন্নান লাল্লমই হাযবা । তুম্বা চাবা চঙদদুনা মানমুক হেন্না ঐঙোন্দগী রাবমই হায়বা খঙখি, থম্মোয়গী মৈচাক খাঙবদা। ঐনা কপখিবনা খজিক্তা মানা কপখিবনা মপাল লৈবমদবা- ময়াম অদু খঙ লকপা মতমদা ঐগী থম্মোয়দা নুংশিবগী নুংঙাইবা মৈচাক অদো থোইনা হেন্না কনখল্লকপগুম তৌখি । ঐখোযনিগী নুংশিবা অমুক হেন্না মযেক লাবকখি । মীৎকী শিতনা চামথোকতুনা ঐখোযনিগী নুংশিবগী মঙাল মযেক লাকঙমদনা কুদোবকপদা ঐখোযনিমক্কী থম্মোয অসি নুংঙাইবতনা পীক থনখিদুনা মীকি লাই কিবকখিদে । অচুম-অবান পুম্নমক কাউথোকতুনা ঐখোযনিমক পঙনোকতমক নোকমিন্নখী । শবক য়েঙল য়েঙলদুনা ঐখোযমী অমনা অমবু যেঙমিন্নখী, হাবাওমিন্নখী । অমসুং মতম মতমদা মীৎকী ঈবাংতা লুপখিদুমা থরান থাগী হুইগুম ইকায়-ইকি যাওবকখিদে ।

গঞ্জা, আফিঙ, য়ু থকপা কাঙবুনা ঙাওবগা নুংঙাই হাযবা খঙদুনা ঙাওনবা নিশা থকপগুম নুংশিবগী মহাও ফঙলবা মীসু মতম মতমদা য়াম্না ঙাওনীংলকই । তুম্বা-হিপ্পা চাবা-থকপগী রাখল পুমকাউ কাউবকই ।

নোং-নুশিৎনা কল্লবা খুদোং চাত্রবা শুক্লা মল্লবা অহিংদা মখোযগী মী শোকপদা খুন-লৈকাযগী মীনা হায়নববা হুই লাবা অমোম অনীদুবু থৌওই উশিংতুনা মখোযগী যুমগী শনখোংদা হুবানবা শাদুনা মাগা উননীংবনা রাখিবা থৌদোক মন্নাম, অমদি অযুক নুংথিনদা মাবু উনিংবনা অঙাংশিং নুংশিদুনা চকুবা শাজিন্নদুনা মখোযগী কোছোং মপাল অমসুং মবক মব ক্তা মখোযগী শুমাঙ তান্না

তানশিন্নদুনা তৌখিবা অঙাওবগী থৌদৌ কয়া অদু নীংশিংলুববদি মতম মতমদা ঈশা ইতোমতমক নোক্লিংলকতবা ঙমখিদে। খুদোং চাদবা মতম কয়াদা মখোয়গী মপানা শু শু হায়দুনা অহিং অথেঙবদা হুই থৌজিনবিবকপা অদুগা ঐনা হুইনা চীক্লরনি হায়না কীখিবনা থবায-ম্নি পাখৎখিদনা অময়দা থবায মানা চেল্লকপা - মযাম অসি অশেংবমক্কী নীংশিংলুবগা মরক মবকতা নোক্লিংলকতবা ঙমদে। কবিগুম্বা খুদোং থীদুনা অদুম হায়না হুই থৌজিনবিরকপা মতমদা হুইনমক শোকপা থোক্লল্লবদি ঙাওশিন্নকবদগী ঐগী পুন্সী অসি খাঙঙুথকতা মাঙলম্বা হাযবসুমক যাই। মবম পুন্নমকতসু ঙাওশিন্নবা হাযবসিগী ফজনিঙাই করি মতা লৈত্তে। অনী থোক্লা চিংখায়বকখি।

অদুবু অদুক নুংশিজববী, মাগীদমকতা থবায় অসি থাদোকপদা পাম্মুরোই হাযনা খল্লন্নবা ঐনা মাদু থাদোকতুনা ইনুং নুংঙাইনা পানবা ঙমলিবা অসিনি- খ্বাযদগী ঙকপদি। থোইদোক্লা হাযবগা থোকচোম লৈবক্কী নিঙোল ময়ামগী মবকতা ঐনা খ্বায়দগী নুংশিখিদ্রবা, শক হেক উবদা তিন থু হেক শীৎনিংলরা খৎথ্রবী, লাইহোবি, লাংবাইবী বীমলাদুবু লৌদুনা। ঐ কাউবা ঙমদ্রি নোংমা শজীবুগী উবীকাঙ শান্নবা মতমদা কবেন্নখিবা - 'তা -লুখোয, আ·, নুংঙাইতেদা সত্য! সনাতোম্বীদো অদুম কন্না হৌহৌবি ফম্মুংদা হীপতুনা লৈহৌই। থাজদ্রগা হংজৌ তাতোমালদা।' মাগী বাদো তাবদা ইকাযখিবনা তোমাজগী মমাঙদা ঐ শীনিংশ্রবনি। পুক্লিংদা ইতোমতা বাশকখি 'ঙাইখোবা সত্য! লুখোয ঐনা তোংব্রম-মচা অশেংবমকতবু ওইববদি নঙবু ঐনা কবি থোক্লা তৌবগে যেঙঙু।'

অদুবু মতমদুগী লুখোয় অদুনা মশাগী বাশক ঙাকপদি লাইবদুনা মশাগী বাশকতুদা ঙসি'দুমক পুখ্রদুনা তাবে। শকখৎপা ঙম্বগী পাংগন লৈত্রে ঙসি মশাগী। সনাতোম্বীগী মশীং নাইদবা মীৎকী পি মবিক কযানা চোৎতুনা থোৎলবা অমসুং নৌববা ঐগী থম্মোয়গী পান্দমনিঙায় লৈত্রবা নুংশিবগী মৈচাক অদু ঙসি কাদায়দা লোৎখ্রবা-খিবা বাবনি। সনাত্রেম্বী কপখ্রে, তশেংবম্নক-সনাতোম্বী মশীং লাকঙমদনা মমীৎতগী মপি শিন্থুখ্রে নুং শি মৈচাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা, কায়না-মৈচাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা -থোয়দোক্লা, মাগী থবাযগী পোথাফম থাজবা হায়বা লোৎশক অদুনা অবেম্বদা তারম্বদুদা। সনাত্তোম্বীনা হীংদুনা লৈগদবসে কদুন্নদনো, কবিদনো অমসুং কবমননো? নুংশিবনা পুন্সীবু মপুং ফাহল্লি, শিরবক্কাওবদা মাগী কোয়ক্লোয় তাইবং অনী থোক্লা চিংখায়বকখি

অসিনা শকনৈ। অদুবু মানা থব্বায় হকচাং অমত্তা ওইনা নুংশিজবা মীওই অদুনা মাগী নুংশিবদা তাং তৌরম্বা ওইরল্লবদি মাগী থাম্মোয়দা অব্বাবা মৈচাক নত্তনা অতৈ করিগুম্বা অমত্তা তানিঙায় লৈতে। ঐনা মাবু কদ্বোকপীরমদুনা অহল-লমনগী য়াথং ইনবনি হায়দুনা লৈকাইগী অখৎপী বীমলাবু লুহোংলুবদা সনাতোম্বীগী থম্মোয়দা চাকখিবা মৈচাক অদুবু করিনা অমুক মূখৎপা ঙমখিগদগে ? মীৎকুপ খুদিংদা থম্মোয়গী মৈচাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা কাচিন কোয়া-মী-পোং উদবা মফমদা সনাতোম্বীনা মমীৎতগী মপি শিহুখিবা ময়াম অদুগী হিসাব কনানা অমুক পীগনি ?

অদুবু সনাতোম্বীবু থাদোকপদা ঐসু খজিক ব্বাখিবা নত্তে। ঐসু ঐগী থম্মোয়গী মৈচাক খাঙবা ঙমদ্রদুনা সিগারেট মথং মথং থকতুনা অমসুং ঈশিং গলাস অমগী মথংদা অমা থকতুনা য়ামনা ব্বানা লুহোংবগী নুমিদাং অদু লেনখিবনি। কাইনথংদা অদুনসু থব্বায় অসি ইংহনবা ঙল্লকতদুনা লূহোংবগী মতুংগী নুমিদাং অদুদগী হৌখিবনি ঈশিং অঙাওবা থকপা। অহাম অহান্বদা হাওখুনগী চাকপুমনা শেম্বা অদু মনম নমথিরবসু নমথিনা থবাক অসি শেৎ শেৎ চিংখায়না থকপা তম্বা ,অদুগা মথংদা ষ্টেন্দার্ড অসুম হাইগৎলকতুনা থ্রি-এক্স, হুইস্কি-মত্তং কয়া থোক্লা চাং যেঙবা হৌরকখি। য়াওশঙদা নুমিদাং গলাসতা হৈদুনা য়ু থকপা তল্লকপা মতমদা নোংমতসু বীমলানা ঐবু থক্কনু, তৌনু হায়না থীংবা লৈখিদে। ঐনা তৌরিবা মতৌদো উবগা 'আললা য়াল্লা দিল লে গায়' শকতুনা মঙক হাইর হাইরদুনা নোক্লা নোক্লা ঐঙোন্দা করেম্নরকখি। মতম মতমদা ঐগী অব্বাবদো মানা নোক্লা নোক্লা হায়রকখি -আঃ ওদ্বোক্লা নুংঙাইতেদা সত্য, নহোয়গী নুংশিবা কায়নবসে!' মাগী ব্বাশিংদো তারগা মাবু য়েঙলগা ঐগী পুক্লিংদা অঙকপা পোক্লকতন্বা ঙমখিদে। ইশা ইতোমতদা ইশানা হংদুনা শান্নখি- 'করম্বা ধাতুনা শাবনো মাগা ‧ুপী অসিবু ?'

অশেংবমক বীমলা অসি করম্বা ধাতুনা শাবনো ঐ ঙসিফাউবা ভাব তাবা ঙমদ্রি। মাগী মমীৎতগী পি মরিক অমত্তং শীহুব্বসে ঙসিফাউবা উদ্রি ! ঙসি চহি তরেৎ -নিপাল মাগা লৈমিন্নরকপসিদা মাবু চৈদুনা, শাউহনবা ঙমখিদ্রে। ঐনা চৈরে নোকই, শাউরে নোকই, নোংফাদোক ফুরবসু নোকই - মাগী নোকপসিদা থুপাইবসে অশেংবমক ঙমখিদ্রে ঐ।

নোংমা, অঙ ! নোংমা ঐনা অহান্বা য়ু থকতুনা ঙাওরকপা মতমদা বীমলা অসি ঐগী মাঙদা লেপতুনা নোকম্মি নোকমি ঐবু য়েঙলমই। ওইরমগনি

অসেংবমক্কী ঐনা ঙাওশিন্নবা মতৌ অদু উবদা মাগী মহৌশাগী করেম্নবা মীনোক অদু নোকতুনা লেপ্লম্বা । মীৎকুপ অমগী মনুংদা সনাতোম্বীগী মপি তরং তরং চেল্লবা নুংশি-মৈচাক খাঙবা ঙমদদুনা য়াম্না ৱানা লেল্লিবা কল্পনাগী মায়থোং অদো ঐগী থম্মোয়দগী শৎ পাইথোকখিদুনা বীমলাগী শকতম লৌদুনা ঐগী ইমাঙদা নোকমি নোকমি লেপ্লগুম উখি । ঐগী থম্মোয়দা নোক্লিংবা অমসুং হরাওবা ৱাখল অমা কদোমদগীনো পাইশিল্লকখি । বীমলাসি তশেংবমক নুমিদাং অদুদা ঐঙোন্দা য়াম্না ফজরমই । তপ্না তপ্না হৌগৎতুনা ঐ বীমলাগী মনাকতা চঙশিল্লমই । মাগী নোকমি নোকমি তৌবা মায়থোং অদুদা ঐসু নোকমি নোকমি য়েঙলমই । বীমলানা ময়া অদু হীগৎতুনা নোক্লকখি । মাবু উবদা ঐ তশেংবমক য়াম্না নুংশিরকখি । মখদাং অদু পায়দুনা নোল্লবদা মানা ঐগী খুৎ অদুবু পায়শিনখি । ঐখোয়নীমক অমনা অমবু কোল্লদুনা ফম্মুং তান্না চঙখি । মদুগী নুমিদাংগী বীমলাগী হকচাং অদু য়াম্না থোৎলম্মী অমসুং নৌবম্মী । থৱায় অসি পেন্না বীমলাগী মচিন্বাল অনীদুবু ঐনা চুপখি । বীমলাসু ঐবু চেজেৎনা কোনশিনখি । ঐখোয়নী অমনা অমবু থানখিদে ।

নুমিদাং অদুদগী যু অসি ঐগী থৱাযদা য়াম্না নুংশিজরবা পোৎশক অমা ওয়না পোকখি । বীমলাবু নীংথিজন্না ফঙগে অমসুং নুংশিজগে হায়রবদি যু থকত্রবদি য়ারকখিদে । বীমলাসু ঐনা যু অসি থক্লগা হরাওরকখি । যু অমসুং বীমলাহোয়গী জাৎ অসিগা তৎন-থানবা য়াদবা মরী অমা লৈ হায়বসে মতম অদুদা খল্লকখি ।

অদুমকপু যু অসিসু নোংমা ঐ থাদোকখরে । হায়বা য়াগনি , থাদোকখিবগী মরমসু সনাতোম্বীনি ।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা অমসুং ইঙক ঙক্লা অয়ুক অমদা তাবা ফঙখি - 'মমাঙগী নুমিদাং অদুদা সনাতোম্বী নুপা অমদা চেনখ্রে ।' ঐগী নাকোং অনীসিনা তারিবা পাউ অদুবু থাজগে হায়বসি সুপয়ামক য়াখিদে । পাউ অসিমক ইহান হানবদা বীমলানা ঐগী নাকোংদা পুরকখিবনি । নোকখি নোকখি মানা হায়খি- 'য়েঙঙোয়, নঙগী সনাতোম্বী অদো চেনখ্রে হায়য়ে কনাদনো ।' ৱা অসি হায়দুনা করেম্নবগুম মানা নোক্লকপদা শাউনীংলকখি ঐ বীমলাগী মথকতা । 'কনাইকা মসি খুপাক অসিনা ..... লৌরসিরা' হায়নসু খনদোক্লরে অদুবু ৱা অমত্তা ঙাঙদনা ঐ বীমলাগী মনাকতগী থোরক্লম্বনি অদুবু থম্মোয় অসিদা কনাগুম্ব'মনা শাজৈনা কল্লকপগুম তৌখি । খরা অচীকপা মফমদা চৎলগা নুংঙাইগদবগুম খল্লকখি ঃ ' সনাতোম্বীনা ঐগী ইথকতা লম্মন শিংলকলে । মাসু ঐঙোন্দা

প্রমাণ পীরকলে - নঙনা ঐঙোন্দা তাং তৌবন্বদুম হায়না ঐসু নঙোন্দা তাং তৌরম্বনি। ঐ অসেংবদা নঙবু নুংশিবমদে।'

ব্রা অসি খল্লুবদা ঐগী থম্মোয অসি খবা যাংলকপগুম তৌখি। সনাতোম্বী চেনখ্রে। সনাতোম্বী ময়ুম পানখ্রে। যাম্মা ফবে। ঐসু নুংঙাইবে। নুপাদুসু ইনাক কৈবাক খুনবা মচানি। য়াম্মা নুংঙাইনা পাল্লুবগনি মা'। নুংঙাইকব্বসনু। অসুম হায়না খন্দোকলুদুনা পুক্লিং অসি যু অমসুং বীমলাবোমদা চিংশিল্লক্কুববনি। অদুবু নুমিদাং অদুদা যু থক্লগে হায়দুনা গলাস অদুদা চুপকে হেক তৌবকপদা নুংতিগী মতৌগুম বীমলা অদো নোকমি নোকমি ঐগী ইমাঙদা হোৎচিল্লকখি।

মদুগী নুমিদাং অদুদা বীমলাদু অসেংবমক ঐগী ইমাঙদা অঙকপা বীমলা অমা ওইনা উবকখি। হান্নগী মতৌগুম নোকমি নোকমি মাগী কবেম্নবা মীনোক, ব্রাহৈ, ব্রাতা -পুম্নমক তিন্নদুনা খ্বাযদগী হেন্না ঙকলবা, খঙদবা অঙকপা কযানা পীক থন্না য়াওববা নুপী অমা ওইনা ঐগী মাঙদা লেপ্পখি। মাগী ব্রাহৈ, ব্রাতা, খোঞ্জেল, মীনোক, ফিজেৎ-পুম্নমক ঙকনিঙায ঙাকতা ওইনা তৌখি। মাবু উবগা যু থকপগী ব্রাখল কাউথোকতুনা ঐ মাবু তিঙক যেঙখি। বীমলানা নোক্লা নোক্লা ঐঙোন্দা হায়খি -'কবি যেঙন্তি ? থকউ যুদো।'

য়ুগী গলাস অদু থম্লগা ঐ হৌগৎতুনা বীমলাগী মনাকতা চঙখি। মাগী মশম্নগা তাইনবা মখজায় অদুদা নানদুনা শান্নখি। ঐগী খুৎ অদু পাযবদুনা বীমলানা হায়খি-'কৈদৌবে ? থকও, থকতোকও য়ুসে।'

ঐনা খুমখি, 'থক্লবোই। থকনিংদ্রে।'

বীমলা অসি মদুগী নুমিৎ অদুদা ঐগী ইফমদা যাম্মা ফজখি। য়ুগী ব্রাখল কাউথোকতুনা ঐগী নুপী বীমলাবু হন্না হন্না চুপ্পগী পেনবা নাইখিদে।

মদুদগী, চুপ্পমি, মদুগী তুংদগী অঙকপা বীমলাগী নিশা অমদা লুপতুনা চহী তরেৎ-নীপা... লেল্লকলে। নুংশিববা অঙাং অহুমগী মপা হায়বদুসু ওইরকলে ঐ ঙসি। মবক অসিদা সনাতোম্বীগী ব্রা অসি নীংশিংলক্লবসু হান্নগীদুম থম্মোয়দা ঈথিন কাবকখিদ্রে। তৌবগীদি চহীমুক্কী মতুংদা সনাতোম্বী খাইনদুনা হুন্নকলে হায়বা পাউ তাবদা পুক্লিংদা থোইদোকনা নুংঙাইখিদে।

অদুসু খবনিগীতমি। মপাম্নদা খাইনদুনা লৈবিঙৈদা খরনিগী মতুংদা অঙকপা থৌদোক কয়া উবা ফংলকখিদে। সনাতোম্বীগী মাযথোংদা নুংঙাইতবগী মমি থোম্নদোকপা উবা ফংলকখি। থোইনদুম অঙকপা অমসুং অঙাওবা ব্রাখলগী মমি অমা মাগী মায়থোংদা নপ্পকপগুম উরকখি। অসেংবমক্কী খাইনদুনা হুল্লকবী

সনাতোম্বী অদু মমাংঙৈগী লৈশারিঙৈগী সনাতোম্বীদুদগী কুচুদা কুমেনদা, শাওংদা , শাবানদা থোইনা পুক্লিং হুবগুম ওইনা উরকখি ।। অদুগা খ্বাইদগী অঙকপা অমনা সনাতোম্বীগী মীৎয়েং-নায়েং অদু ইথক থককদুনা মৌ,চোংলম চাদবী ইকাই ' হৈতবী অমগী মতৌগুম তৌরকখি । মাবু উরগা ঐগী অঙাওবা পুক্লিং অদু হান্নগী রাখলদগী থাপনা চৎথোবকতুনা খরা মনাক নক্লিংবগুম তিন কুৎ কুৎ যোৎপা হৌরকখি । নারকত্না লৈবা. কাকযেন্না ঈগী মন্নম ফঙলগা কৈদৌঙৈদসু তুমিন্না লৈবা ঙমদে ।

সনাতোম্বীগী মাইগৈ মরিদা খৌরাংবা মীৎযেং য়েংলম্মলিবসে ঐতা নংখিদে । ভাবোক-বৈষ্ণব মশীঙ্.খরা খবা য়ামখল্লকপগুম . উরক্খি । মরক অসিদা ঐনা মাগা অমুক্তং ব্রাবী-ব্রাতাই শানবা তৌগে, ইচম চমথোকতুনা হায়না খল্লকপসি ইঙম ঙমখিদে । ঐগী পুক্লিংগী অশোনবা ত্তাংককতুমা মতম খুদিংদা কোকপা য়াদবগুম অদুম লৈরকখি ।

অদুবু ইঙক ঙক্লা নোংমদি অমুক্তা তাবা ফংখি, -'সনাতোম্বী চেনখ্রে ।' অঙকপনি ! সনাতোম্বী অসিনা হন্দকমুক নৌনা মযুম পাল্লিবা নুপাসিনা কনাবু ওইরিগবা ? খ্বায়দগী হেন্না ঙকখিবদি কাইনথংদ্য নুপাদুবু মলক খঙলকপদনি । নুপা অদো অতৈ কনা'মত্তা ওইবমদ্রে - কোনসমগী ইবাই তোম্বনি । নুপী অনীগী মপুরোইবা, মচা মঙাগী মপা, চহী মাংখৈ শুববা পি ডাব্লিউ -ডিগী কোন্ট্রেক্তর । থোইদোক্লা হায়ববদা সনাতোম্বীদগী চহী কুনথ্রামুক্কী অহন ওইববা ইবাই তোম্বা ! হন্দক্কীসিনা মাগী অহুম শুবী অতোম্বীনি । মরী মত্তাং অসি ঐখোযগসু ফনা নকনৈ । ঐখোয়' পাবগা হেক পোরুমিন্নবমক নৎত্রবসু লৈকাইদুগী শাগেগী ইনে'মগী মচানি ইবাই তোম্বা অসি । মিংগৌদ্ম সনাতোম্বী অসি ঐগী ইচেমুক ওইররে । নুপীগা নুপাগগী অবেপ্পা মবী হায়ব'মা খক ল্লৈতে। ভারাং ঐঙোন্দা ইতৈ কৌরম্বা নুপীদুদা হয়েং ঐনা ইনেম ককা কৌকুই ।

বীমলাতদি নুংত্তিগী নোকখি নোকখি ঐবু করেম্নবদুম হায়না রুবেম্নখি । হন্দকত্তি মাগী করেম্নবসি উরগ ঐ থোইনা শাউনিংলকখিদ্রে ! মাবু থোইনদুম নুংশিরক্লে । নোকমিন্নরক্লে ঐখোয় অনী মতম মতম্মদা ।

অদুবু চহী ফাখিদে । নোংমমুক পাউ .অদো.ত্রাখি.- 'সনাতোম্বী অমুক চেনখ্রে, ইবাই তোম্বা থাদোকতুনা -ত্রখেনগী মাইবা অমদা. ।' অমুকসু ঙকখি। তৌবগীদি ঙকপগী ময়াক অসি হান্নগীদগী লীকশিল্লকখি । ঐ ইঙক ঙক্লা বীমলারোমদা য়েঙখি । বীমলাসু ঐবু য়েঙদুনা নোকখি । ঐসু নোকখি ।। ঐখোয়নীমক

নোকমিন্নখি। ৱাদি অমত্তা ঙাংনখিদে।

মদুদগীদি মতম কুইনা কাউকবে সনাতোম্বীগী ৱাসি। বীমলাগা ঐগা নোকমিন্নদুনা, অঙাং অহুমবু হৈনা-চেচা হায়দুনা চৎপা তন্বিদুনা ঙসি যৌবফাউবসি লেল্লকখি। অকাউবা হাযবা পোৎশক অসিনা মীওইবগী পুন্সীদা নুংঙাইবা পোকহল্লি। মীওইবগী পুন্সীদা অৱা অনা খৎনবা-নুংঙাইনদবা মযাম থেংর্নাববদুবু - কাউথোকপা ঙমদদুনা অদুম নীংশিংদুনা লৈবগদি তাইবঙ অসিদা কবম হাযনা নুংঙাইবা হাযবা পোৎশক অদুবু ফংগদগে ? নুপী অঙাং থিদুনা যুম্বান কৈবানদুনা সংসাব ধর্ম্ম ঙাকপগী মমিং অমবোমদা হাযবগা পুন্সীগী অযাকপা অৱা অনাবু কাউথোকতুনা অনৌ অনৌবা নুংঙাইবগী মহাও তংবনি।

সনাতোম্বীগা কাযনখিবগী নুংঙাইতবা মৈচাক পুন্নমকতু অঙাংশিংগী মতৌ যেংদুনা লোইনা কাউথোকক্লে ঐসু। ঐগী পুন্সীদা হৌজিক সনাতোম্বীদগী বীমলানা যাম্না মমল হেল্লে। সনাতোম্বী লৈতবনা ঐগী নুংঙাইবা ওইবক্লে, অদুগা বীমলা লৈত্রবদি ঐ অসি হীংবা ঙম্নবোইদবগুম খল্লক্লে। সনাতোম্বীদগী ঐগী সংসাব অসিনা যাম্না মমল চঙলবা পোৎশক অমনি হৌজিক ঐঙোন্দা।

অদুবু ঙসিদি - প্রসাই অযুক অদু কৈথেলদা চৎথোকলুই। যেঙ্খাং নাপী খবা যেঙমবা। ঙা-চাক, যেঙ্খাং নাপী খবা লৈবগা যেঙ্খাং নাপী হাপ্পা খাউ অদু সাইকেলগী হেঙুলদা য়ানশিল্লগা সাইকেল অদু ইল্ল ইল্লদুনা কৈথেলদগী থোবক্লমই। কৈথেলগী চিদাইদা, লম্বী মযাদা ক্বা যোনবা দুকান অমগী মনাকতা শাডী শেৎপী নুপী অনীখক লেপ্লমই-ক্বা শাযব শাযবদুনা। অমদি খবা অহলনি। ঐ খঙই মাবু। নোংমা মরূপ অমনা তাকখি 'অসিনি লৈবক অসিদা (অখনবীগী লৈবক) লৈমা নুপী ময়ামসিগী মকোক অদু।' মখোযনীমক মখাজাইঙাংবী, মচিনবালদা চিম্বালঙাংবী অমসুং পিশুম পিনাদা কাজল তৈ। শম্বুলসু যাম্না চাউনা অমসুং ৱাংনা পুনবগুম তৌই। অমা খবা নহা অদু হাওগুম, মৈতৈগুম, নেপালীগুম উখি। খঙহৌদনা ঐগী পুক্নিংগী ঐ অদুনা ঐঙোন্দা হন্না হন্না হাযববগুম তৌখি, -ঐ মাবু খঙই।, যাম্না চিংনদুনা ঐ মাবু মীৎকুপ অমত্তং লেপতুনা যেঙলমই। নুপীদুসু ক্বা শায়ব শায়বদুনা মমায অদো ওম্থোবকখি। ঐ ইঙক ঙকখি। সনাতোম্বীনি। সনাতোম্বী নত্তনা অতোপ্পা কনাসু নৎতে। মীৎকুপ অমত্তা ইঙক ঙক্না ঐঙোন্দা য়েঙলগা মানা হায়খি - ইঁতে লুখোয় ? ঐ সনাতোম্বীনি। খঙদ্রবা ?

ঐ কাউথোক্লুরে, ঐনা লেপ্লিবদুবু কদাযদনো হায়বা মীৎকুপ অমত্তং।

খঙহৌদনা খোঙদোনদগী লবাই-লুতোনফাউরা ইলেকট্রিকী লোক ফংবদৌনা ম্লাই লাউখি। মাগা লোয়নবিবী নুপী শাজাউবী অদু মখোয়না খঙদবা মৈতেবোল ঙাংলকপদু তাবদা ইঙক ঙক্লা ঐঙোন্দা থানা য়েঙলকখি। মদুগী মথংদা সনাতোম্বীবোমদা য়েঙদুনা হংখি, ক্যা ক্যা হুরা ?

মদুদগী নুপী অদুনা মপালোমদা য়েঙথোকখি। মাগী মীৎয়েংগী মতুং ইন্না য়েঙথোকখিবদা ঐসু উবা ফংখি ইনক নক্লা মশা মউ ফববা খোঙগ্রাউ অচোনবী তপ নম্বী শেৎপা, অদুগা তপ্ নম্না কোলব য়াওবা মঙ্গে মচুগী মোঙ্গাফুবিৎ লিৎপা, মক্লেন্ থাকপা নুপা অমা মখুৎ নামনা মথৱাঙদা মেৎলগা নামগী খুবকতা সিগবেট অমা চপতুনা খুদুম তাশিনদুনা মচিন্না চিংল চিংলদুনা, মমীৎ অদো থানা ঐঙোন্দা য়েঙলম্লই। উবদা ঐ খঙবা ঙমখি - নুপা অদু লম্বী অদুগী কাববার তৌবা মীওই অমনি হায়বা। মমীৎ নামা উইশিন্দুনা নামনা নুপী শাজাউবী অদুবু য়েঙদুনা মীৎচি খৎখি। নুপী অদুসু তঙাইফদনা সনাতোম্বীগী খুজেং পাইদুনা চলো চলো, জলদি চলো দেব হো গযা' হাযদুনা সনাতোম্বীবু চিংদুনা পুখি মখোযগী লম্বীদোমদা। সনাতোম্বীদো তঙক তঙক তুংহননা অমুক অনীবক ঐঙোল্লোমদা য়েঙথোক্লমই। গতি তৌনীঙায় লৈত্রদুনা ঐসু মানা চৎখিবা লম্বীদোমদা য়েঙদুনা লৈহৌখি।

চম্মম্নদুনা ঙাইহাক লেপতুনা লৈরিঙৈদুদা নুপা অদু চৎশিল্লকতুনা ঐঙোন্দা নোক্লা নোক্লা হংখি,-ক্যা সাব, মাল পছন হো গযা ?' যুগী মনমনা মাগী মচিন্দগী ৱা-ৱা ফুদোবকখি।

ঐসু সাইকেলগী পেডল অদুদা নেৎতুনা সাইকেলদা তোংখৎলগা মীৎকুপ অমগী মনুংদা মফম অদুদগী থোবক্লখি। নুপাদুগী মফমদা পাউখুম অমত্তা পীবমখিদে। সনাতোম্বীগী ৱাহংগীসু পাউখুম পীখিদে।

লম্বীদা মশীং নাইদবা মী মা মাগী মথৌদা লেপতনা চৎলমই। কনাসু কনাবু তুংহন্নৈনা য়েঙনবমদে। রিক্সা, সাইকেল, হৱাগাড়ী, লোরী...পুম্নমকী মখোলনা লম্বী অদু পুমনিল নিল্লমই। থেংন-খোৎনদুনা একসিডেন্ট হায়বা পোৎশক অদু থোকতনবা পুলিশ পোয়েন্টতা গাড়ী কয়া চৎপা থীংলমই অমসুং থীংলম্না গাড়ী কয়া থাবমই। ঐসু সাইকেলদা তোংদুনা ৱাখলনা চম্মম্নদুনা মীৎ-না উদবঙৈ য়ুমদা হল্লক্লমই, কৈথেলদগী লৈরকপা য়েঙ্লোং-নাপীশিংদু পুদুনা।

লম্বীদা চৎনা চৎনা ঐ খল্লমই-'ঐ থীংলে।' অদুবু য়ুম য়ৌবগা সিগবেট অমা চিংনা চিংনা খনম্মি-'ঐ অসি অসেংবমকী থীংলিব্রা ?'

মুমিদাং চাক-ঈশিং অবগা পোন্থাবা মতমদা বীমলাদা য়াবী পুম্মমকতো লীকন্দবদি বীমলানা ঈশি শিনা নোকথোবকখি । ইঙক গুক্না ঐ বীমলাদা যেংখি, মসিবু করম্বা ধাতুনা শাবনে ? অসিদম্ক দুম নোক্লক্লিবসিবু ?

ঐনা হংখি, 'কবিগী নোকই'নো' বীমলানা হাযখি,-'সনাতোম্বীগা অদুক কুইনা নুংশিনবক্লবফাউবদা নুংশিবা হাযবদো কবিনো হায়বা ওসিফাউবা নঙনা খঙঙমদবসিদা নোক্লিংলিবা ।,

'করম্না ? নুংশিবগী মবমদা নঙ কবি খঙডি ? নুংশিবসিবু কবিনি হায়না নঙ খঙবগে ?'-শাওনিংলপ তৌনা ঐনা হংখি ।

ঈশি শিনা মখোল হৌনা নোকথোবকতুনা মানা হাযখি,
-'কবিগী ? নুংশিবা হাযবদো অতৈ কবিসু নৎতে, ঐনা হেক হেক নোকলিবসিনি । চৎলো চৎলো, তুম্লবো - য়াচোয় শুদুনা কান্নদে ।'

অসি হায়বম্লগা হৌগৎতুমা চৎখ্রে ঐগী ইনাকতগী, অঙাংশিং তূম্লিবদুগী মনাকতা ।

লোংখাক লোংনা হিপতুনা ঐনা খলহৌখি, -'বীমলাসিবু কবিনো ? করম্বা জাৎকী মুপীনো মসিবু ?'

অওইবমক ঙসিফাউবদা ঐ মসিবু ভাব তাবা ঙমদ্রি । করম্বা ধাতুনা শারকপা- কনানা খঙগনি ?

- ধবল

# নোং মংখি

**[ অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা : (১৯৩৯- ), খোংমন মংজিল ইম্ফাল। ৱারীমচা অমদি উপন্যাস ইবদা মমিং চৎলি। মূর্ত্তি কলাগী লমদা অচৌবা দান তৌববা মীশক্লি। উপন্যাসতা "লৈপাকলৈ", "মীচেন", "সনা কৈথেল", "থরোশংবী", ৱারীমচাদা "ঙসিদি লাক্লে", "ভাভাদা", "লুপথপ্পবা হিনাউ" অমদি ৱাবেংদা "লাইয়েক পথাপ", "সংকীর্ত্তন বিচার" শীংথানবা যাই। "থরোশংবী" উপন্যাসতা ১৯৯২ গী ভারতকী সাহিত্য একাদমী এৱার্ড ফংই। হৌজিক হৌজিক ইন্দস্ত্রী ডিপার্টমেন্টকী হেন্দিক্রাপ এক্সপানসন সেন্টর, পোরোমপাৎতা থবক তৌরি।]**

– ডাক্তর ! ডাক্তর !!

– অনক্পা ফার্ম্মাসি অসিদা হেক্তো পুশিল্লসি।

– নত্তে জেনরেল হোসপিতালদা পুর্বসি। মদু যাবোই, থীহ্নববদি মওং চারক্তবসু যাই। অমনা পাউখুম পী, অমনা অমুক্ হায ; পুন্নাং লাংনবি

ঐখোযসু লম্বী চৎলম্বদগী কবিনো অমা তৌরমাল্লে খন্দুনা মফম অদোমদা চঙশিল্লুই। মফমদু ঙহাক্কী মনুংদা মীতনা চিৎন-চাযনবা ঙম্খিদবে। মখা দুকান্গী পরেংসি উষা সিনেমা হোল লৈঙৈদগী খবসু হেন্না মী চিল্লে। নুপী অমা ৱাহুবে ! ৱাহুবিবা নুপীদু অনক্পা ফার্ম্মাসি অমদা পুশিন্দুনা ঙহাক লাযকন্নববা মতুংদ জ্ঞান, তাবক্লে।

লাংনবম্বা মী মযামদো বাহুবদু ফবক্লবদুদা অমুক অমনা অমবু হন্না য়েংনবমদনা

মহৈ মহৈ টিকেট ফংহৌররোই হায়দুনা গ্রং গ্রং হোৎচিন্নখরে। অৱাবা তারবী নুপী অদুগী মনাক্ত কনাসু লৈহৌদ্রে। মাগা লাক্‌মিন্নবী নুপী অদুসু টিকেট ফংহৌনবা হাযদুনা মীযাম্‌ মবক্তা চঙখ্রে। টিকেট যেনফম্‌ অদুদা লীচৈ পাযবা পুলিস কয়াসু লৈরি। টিকেট য়েনবা হক হৌরকপদদি পুলিসশিং অদুনা মীয়ামদু ঙাক্লক্‌পা ঙমখিদ্রে। অমনা অমগী মথক্তা ইন্ন-কাওনদুনা টিকেট অদুতং ফংহৌনবগীদমক্‌ শিনি-নানি হায়বা ফাওবা খঙনখিদ্রে। ঙাইহাক্কী মতুংদা লাংলম্বা মীয়াম অদু নেমথনখ্রে। টিকেট ফংহৌবা ফংহৌবীশিং অদুদি ৱারবসু ৱানা হুমাং তৈথোক্লগা মফম চানা চানা অমুক ফমথনখ্রে।

ফংহৌদ্রবশিং অদুদি মপুম থিৎনা ৱারগা অরেম্বদা নামৎ শিৎলবদুদা মমায় মমীৎ ঙাংলদুনা অমগা অমগা খৎনবক্লে। হান্না লাকচবা ঐখোযদি ফংহৌদ্রে, কোন্না লাক্‌পী মমায় নান্‌বী মৌ মচাশিংশিদা লোইনা পিথোক্‌খ্রে। হাযদুনা অহল ওইববী নুপী খবদি মথৌমক ওইনা শাউখ্রে। অঙাং কয়াসু মমীত্তা ঈবা চেনবা যাওবক্লে।

নুপী মচা চহি নিপাল্লোম্‌ শুবল্লগদ্রা অমদি কপ্প-কপ্পা হায়বকই- "ঙবাংদগী চাদ্রিবনি, হৌজিক আটা ফংদ্রবদি য়ুমদা চঙখিবদা পাজীনা ঐবু ফুগনি।" নুপী মচা অদু মমাংদা লেপ্লিবী মমাগা মান্নববী নুপী অদুদা নুপীদুগী টিকেট অদু মঙোন্দা পীবিবো হায়দুনা নিকবে।

ওহ্নোকপনি ! মী হাযবসে লৈরক্তুবা চাযক্তুবা অদুদদি আটা কিলো অমগী টিকেট অদু ফাওবা পিথোক্লক্‌খিদ্রে ; মচাগুম্লবা অদুবু নুংশিখিদ্রে। "কঁদায়দগী অঙাংনো থৱাযমক থাদৌমখৈ লৌজবিবা চেজেৎ অসিবু মঙোন্দা তবায় তরায পিথোকও হাযবিসে।" তথি তথি চৈবিবক্লে।

মীকুপ অমতং মফম অদুদা লেপ্পুবদা উবিবা য়েংহৈদ্রবা শক্তমশিং অদু উকুবদগী ঐগী থম্মোয় খাঙদুনা লৈবা ঙম্লক্ত্রে। চাবা শেৎপগীদমক্তা চাউথোক্‌চরম্বা মৈতৈনি। হাযজবা নিজবদা ইকায় হঙ্গোয়নরম্বা মৈতৈনি। মায়কৈ খরদা ফুরা দলালনা ঙৌরক্লবসু। মীশক খরনা জীপ কার তোংনরবসু। উজবমদবা ইমীৎ অসিনা ঙসিদি পুম্নী লোইশিল্লক্লবী, তিংলম্বা উম্না অদু খুইবনা চহি মশিং তাক্লবী প লেম্‌ কয়াবু নুংশাগী মৈশা মরক্তু থোইদোক্লসু বিজাতি কয়াগী মমাংদা আটা কিলো খবগীদমক্‌ খুঙ্গোযনবিবসে উবেকো। যাইফ নুংঙাই কনানা লৈবাক্কী অঙম্বা মখোযসু শক্তমশিং অসি যেংলমগনিকো ! খল্লকই। ঙসাইগী ৱাছরুবা নুপী অদু হৌগৎপদি ঙম্লে। ঐনা হংলুই

- "ইমা করি লৈকাইদগীনো ?"

- "ওইনাম লৈকাইদগীনি ইবুংঙো।"
- "ইমাগী য়ুমদা কনাসু লৈত্রবরা ?
- "লৈ, তমদুনবু করি কান্নবনোদা - ।"
- "করি থবক-কাদি তৌরি ?"

"করি তৌরুনি ! মানবু মরম ওক্পিরমবদবু ইমানা করিগী অসুক্ ব্বারুগদগে ; মফম খঙবা মচা নত্তে।"

"ইমানা হায়রিসিবু ....।"

"ইবুংঙো ! পু-পাং শুনা ব্বারক্তবগী হৌনবা মানা তৌনিংবতা তৌদুনা লৈরিবনে ইবুংঙো। নোংমনা মমান্নবা ময়াম অমা পুদুনা হেক্ হঞ্জিনলক্ই, অদুদগী নিনি-হুম্নি অমুক হল্লক্রে ; কদায়দবু লৈরিবনো ইমা খঙদে।"

"অদুগা ইমাদি ....?"

"আটা লৌবা লাক্পনি। ইমা ঙরাংদগী চরা চারক্রি।"

"নুপা মচা অদুদদি করিগুম্বা অমতা হায়দ্রবরা ?" ঐনা অমুকসু হংলম্মী, নুপী অদুনা অরোয়বা ওইনা নুঙশা শ্বর অমুক্তং শাংনা হোল্লদুনা খুম্মকখি-"ইমাদি মাগীদমক করিমতা ব্বাদ্রে, ঐগীদি শিবা নুমিত্তা শিরে শিদ্রিমখে অসুম্না খরা হিংবা, হায়বদুনি।"

ঐহাক মখা অমুক তারুদ্রে। ফুরিৎখাউদগী লুপা অমখক লৌথোক্লগা নুপী অদুদা পীরুই। ঐগী লুপা অদু মহাক লৌ হায়বা পাক য়ারমদে। তঙাইফদনা লৌহৌই। মফমদুদগী মায় লৈথোক্লকপদা ঙসাইগী নুপী মচা অদুসু হৌজিক ফাওবা কপতুনা লৈরম্মী। ঐহাক্ পেন্দ্রদুনা হোলসেল কো-ওপরেটিভকী মেনেজরদা হায়জরুই, নুপীমচা অসিগী টিকেট অমতদি ফংহন্বিয়ু ! মেনেজরনা ঐখোয়বু ফজরবা ব্বাহৈনা তাকপিরকই- "বাবু ! ঐনা থোইনা পীজনীংই। অদুবু অতৈ ফংহৌদবা ময়াম অসিগী মমাংদা অদুম্না তৌরুরবদি ঐখোয় শিবা চঙবগী ব্বাফমনি। অদুনা চানবিদুনা ব্বাফম অদুমতংদি নয়াম্বনা ঙমজদবা তারে।"

ঐখোয় নীংবা কায়রদুনা মফম অদুদগী থোক্লগা নুপীমচা অদুদা ঐনা হায়রম্মী- "ইবেম্মা নহাক্কী শেল খরদুনা ওক্তবদি সে লুপা অসিমা হাপ্লগা দুকান্দগী নঙনা লৌগদবা আটারা করিনো খরা লৌরগা নয়ুমদা হনখ্রো। ঙসিগীদি টিকেট য়েল্লরোই।"

নুপী মচা অদু ঐগী খুত্তগী লুপা অদু তনলৌ লৌরগা ব্বা-লান করিমতা ঙাংলমদনা চৎখ্রে। ঐনা খূৎ থিন্দুনা মাগী পোৎ লৌবা য়াগদবা দুকান অম্মা তাকখি। থংনবা মীকূপ্তা ঐখোয় মফম অদু থাদোক্তুনা উষা হোল লোমদা হাইথরকই।

হোল মপা য়ৌরকপদা মীতনা লম্বী চৎপা য়াদরে। হোল মনুং অমসুং মপান মীনা পিক থনখ্রে। ঐগা লোইনবিবা মকুপ বীরেন্না হাযবকই - "বাম শ্যাম ফিল্ম হৌবে যেংখ্রাস।" মহাক ঐগী পাউখুম অমুক ঙাইবমদনা সিনেমা হোলগী মাঙ্গোল অদোমদা চঙশিনখ্রে। ঐসু য়াম্না হৈনিংদনা মাগী মতুং ইনবা তাবম্মী। উবে, বুকিং ওফিস মথক্তা অঙাংবা মচূগী ময়েক্না থারিবা "হাউস ফুল"।

টিকেট য়োনফমদা টিকেট লৈত্রবসু টিকেটতি ৱাৎপা লৈতে। ঐখোয়গী মাংদা নুপা মচা খরনা অহেনবা মমন্দা টিকেৎ য়োল্লি। ঐগী মকুপ অদু সিনেমাদা থৱায় লুপচবা মীনি। মহাক চিংনবা লৈতনা ব্লেক্কী টিকেট অদু বেলকোনীগীদমক অনীথক লৌরক্লে। ঐনা হংই- "কয়া পীরম্মী।"

"লুপা মঙা" মহাক্না খুম্মকই।
খুদক অদুমক্তদা টিকেট য়োল্লিবা নুপা মচা অদুগী মমান্নবা অমা চঙলক্লগা হাযবৈ- "তোম্বা! নখোয়গী ইমাদু চিনি য়েনফমদা ৱানথদুনা লাক্লুবদগী কবি থোইদোকপদি তৌহৌদ্রে, রিক্সা ঙাইদুনা লৈহৌবি।"

টিকেট য়োনবা নুপা অদুনা ৱা ঙাওদনা পাউ তল্লবিবা নুপা মচা অদুদা কিন্না অমুক্তং থক থিনখি! অদুগা হাযবকই- "ইজ্জৎ মাঙবা ৱাদু কবিগী ঐঙোন্দা তল্লরি।"

পাউ পুবকপা নুপা মচাদু কিন অমা চাববদুদা ৱা অমতা খুমখিদবে। ঙহাক লৈবগ্না টিকেট যোনবা নুপা অদুনা মহাক্কী টিকেটশিং অদু পাউ পুবকপা নুপা মচাদুদা য়োল্লম্মু হায়বগী মওংদা শিন্নরম্লগা চৎখ্রে! মহাক দেবানন্দনা জুয়েলথিফ ফিল্মদা উপ্পা টুপী অবাংব'দুম্বা অমা উপ্পি। ফুবিৎ অদু মোজা ফুবিত্তা ঙকশম পানবা জাৎতুনি। কোংলৌদা যানবা খোংগ্রাও অদু খুমনবদগী ওইবা তাই, মতোন্দা খরা যাৎখায়। মহাক সোরোক য়ৌথিবগা ৱা ঙাংদে, মমাংদা চৎলম্বা রিক্সা অমদা হেক্তা কাখৎখি। মানা খুদোম্বী থিনবা য়াযকৈদা রিক্সা থৌবদুসু হেক্তা মথৌখি। রিক্সা তোংখিবগা মহাক্ মনিং পোকেত্তগী চুরুট মচৈ অমখক লৌথোক্লগা তনচম চমখৎতুনা ঐখোয়গী মীৎয়েং মপাদগী হেন্দোকখি। থংনবা মীকুপ্তা মমা শোনবীদু রিক্সাদা পুরকখি। সিনেমা হোল মপা য়ৌরকপদা মহাক হোললোমদা অদুক্তং য়েংশিল্লম্মী। হন্দক ঐখোয়না উবদদি মহাক্কী নাতোন শুমাংগী মকোই অদু খরদং শাংবা হেনগৎপ্রা নীংই। ঙসাইগী অহল অদুগী মচা নুপা হায়বদু অসি ওইরমাল্লে।

অহানবগী সিনেমা লোইবক্লদুনা ঐখোয় অমুক যেংননবা হোল মনুঙদা চঙশিল্লে লুপা ২.৫০ পীবা টিকেট অদু থোংজিন্দা লেপ্লম্বা নুপা অদুনা শেংখ্রে।

\- চিত্রেশ্বর

# লিনগা হঙোইগা

লিন্না মশা তম্খায় ফাওবা উমশিনখ্রবা হঙোইদুনা চেৎ-চেৎ খোংলকপদু তাবা মীশিংনা মখূত্তা লৈতৃম অমমম পাযদুনা হঙোইগী মাইকৈদা লংশিল্লগা হাযবকই- "হঙোই ? হঙোই ?"

"হঙোই, কৃষ্ণ শোল্লু ।"

"হঙোই, শিদবা মপূ শোল্লু !" অমনা অমুক মখা তাবকই "মপূগী মিংখৈ শোল্লু ।" মখোয মখোযনা হাযবা যাবা হঙোইদুদা হায়নবি । ঙাঙনা ঙাঙনা হঙোইগী খোঞ্জেলসু অসুম পীকশিনখি । ঙাইহাক্কী মতৃংদা হঙোইগী মখোন তাখিদ্রে । হঙোইদা লাউবন্নবশিংদু মখূৎচাবা চৈংৃপ নুংদুম পায়নবগা অশোঙবা নাপী মবক্তদি চঙশিনবা কিবদুনা অকোকপদা লেপ্লগা লাউবি

"হঙোই ! হঙোই নঙবু শিবব্রা চঙলিব্রা ?"

"শিবম্মনিদা ।" অমনা খুন্নকখি ।

"শিবম্মনি খোংখিদ্রে ।" অমনসু হাযবকখি ।

হঙোই কন্নবা চোংথোবকখিবা পুম্নমক্কী মমাঙদা যেনবী অমা চেম্থোবক্লে । মখোয যেনবীদু কোযথৎ থৎলগা ফাখ্রে । মপী ফানবা হোৎনবদা লোযনবম্বা মচা খবদু পূমচাই চাইনা চেন্নখ্রে । যেনবী ফাববা নহা খবদুনা অমগী ফূবিৎ লৌথোক্লুনা যেনবীদু যোমশিল্লগা পুখিদুনা তোম্বগী শঙ্গোযদা থোংলগা চানবা থৌবাং তৌখ্রে ।

নহা খবদুনা লাঙনবদু উবদা তোম্বনা লাউবকই "হাযহায কদাযদগী যেন্নো ? হূবানবশা ! নুংথিল পোবোপ্তা মীগী যেন হূরুববা ?"

"তা তোম্বা ! ভুমিন লৈযু, নঙগীসু শরুক থুংবিনি ।"

"থুংবির্নি থুংবিনি তোম্বা ! নঙ যেন চানীংদ্রো ?"

"চানীংদে, মফম মবাং খঙদবা কদাযদগী যেন্নো নহোযদুবো ?"

"লৈবকপনি, লূপা কুম্ভরেৎ পীদুনা।"

তাতোম্বনা চঙশিন্দুনা য়েন মত্তু ফোয়রিবদু য়েংগঙি। "হূবানবশা ! সিদি মমাঙ অমুহোইগী য়েনবীদুনিনে। মচা খবদুদি কদাযদা লংথোক্লম্লে ?"

"হায, তাতোম্বা ! তুমিন লৈয়ুমি নঙবো, নত্রদি পুলিস কৌবগে। হা পুলিস কৌরো ?"

"পুলিস হায়বা ? ঐ চৎলে, নহোযনা পুলিস কৌদোই ওইরদি ঐ চৎলে।" তোম্বদু মচীন্দা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চৎখি। লৈহৌরিবা নহা খবদুনা মাগী শঙ্গোয় মচীদুদা লৈবিবা তেক্সি খাংনচিংবা থোং থাক্লবা মপোৎশিংদু পুথোক্তুনা য়েন থোঙ্গৎহৌই। মখোয়না যেন থোংনবগীদমক তোম্বনা নোংঙানবদগী নূমিৎ চায়বফাও নিজরুবদা ফংলকপা পোৎয়োম মপুন্দু ফাক্তোক্লে। তোম্বগী পোৎযোম ফাক্লুবদা মখোয়গী অৱাৎপা খুদিং মরাঙ কায়না ফংঙি। মখোযগী অৱাৎপা হায়ববু মন্ধ মবাং, মচু অমদি থাউতনি। মরোয় মপাং থুম মোবোক অমসুং অতৈ পোৎলমশিংদি তোম্বগী মযোম ফাক্লুবদা ফংদবা য়াওদে।

নহাবোলশিংনা পুলিস পনবদগী কিদুনা থোবকপা তোম্বনা যেম্বী থিরকপা অমুথোইগা থেংনরুরে। অমুথোইনা তোম্বদা হংলকই- "তোম্বা ! নঙ ঐগী য়েম্বীদু উ-লাকপ্রা ?"

"উই।"

"কদায়ব্রাইদা ? মচাশিংসিনা কদায়দা চিথর ম্লিবা। হৌজিকব্রাইদা শূমাঙ ময়াদগী থোকখিবনি ; কদায়দা লৈহৌই তোম্বা ?

"আ খাংদা।"

"চথোকওদা, খোয়দৌ খরা শাওগৎলিঙৈদা ; মর্সিদি ঙাওদা ঙাওবা অশেংবনি হায়।"

"য়েনবুদি খাংদা থোংদদি, মীনা অচুম্বা হায়রগা অঙাওবকা হায়রদনা নঙদি ঙাওদে হায়।" তোম্বদু ঙাঙ ঙাঙদুনা চৎখি।

তাতোম্বা চহি য়াঙ্খেগী মথক্কি। ময়ুম পান্দুনা মচা অহুম লৈরবা তুংদা ঙাওখিবনি। মহাক ষণ গাড়ীদা চেক হোল্লগা নোংমগী চরা তাঞ্জবা মীশকনি। মাগী লৌ লৈজদে, ইম্খোলসু চাওদে। অদুমকপু তোম্বনা মাগী ষণ অনীদু পাদুনা ইম্খোল মচেত্তু খোইরগা মনা মশীং ইনশাংনা পূমশং শংনা থাই। মহাক্কী নূপীনা কৈথেন্দ' মনা-মশীংশিংদু য়োল্লি। মখোয় অনী চঙদুনা তানবা শেনফম্মা মচাশিং থাকই ; মখোয়নীগী হিংনবগী পাম্বৈ ওই। অসুম্মা চম্মা লেঞ্জবা হিংজবা তোম্বগী পুম্নীদা

খঙহৌদনা নোংমদি শাথীববা দশা অমা তাখি। অঙনবা অয়ুক অমা তোম্বনা চেক থাবল্লগা অহাঙবা গাডী থৌদুনা লম্বি চৎলিংঙৈদা মশক খঙদবা নহা খবা বিক্সা অমদা পুবকপা বোরাখাউ অনীখক মাগী গাডীদা থাঙ্গৎলদুনা হায়রকখি- "খুড়া, খাউ অনীসি গেট ব্রাংমা ফাওবদা পুবিয়ু। ঐখোয় বিক্সাদা চখৎলমগে।"

তোম্বনা হোয মাই হায়নবা নংদ্রিঙৈদা নহা খরদু খুদক্তা চৎখি। মহাক্কী গাড়ীদা হাপ্পল্লিবা বোবাখাউ ময়োমদু যেংলুবা তৌদনা তোম্বা গাড়ী থৌবি। তোম্বনা শওম্বুং গেট মপা যৌবদা খুৎলাই মতীক চানা পায়রবা, মবোল লোনবা লাম্মী খরা থোক্লক্তুনা মঙোন্দা চেক তৌববে। সিপাহীশিং অদুনা তোম্বগী মশাদা য়েংলবা মতুংদা গাড়ীদা য়াওবিবা বোবাখাউ মযোম অনীদু চ্যেক্ তৌরকখি। খুদক অদুমক্তদা বোরাখাউ মনুংদগী লাম্মীনা পাম্বা অবোনবা লালহৌ তৌবা কাঙবুগী খৃৎশৃ-খুৎলাই খরা ফংখ্রে। বোরাখাউগী মরী-মখোঙ খঙজদ্রবা তোম্ববু গাডীদগী চিংথবগা কাওবগা, নেৎপগা ; ফুবগা, থিনবগা ঈখেং তাবমখৈ লাক্লববা মতুংদা মখোযগী গাড়ীদা হাপকৎলগা পুখ্রে।

মবাল লৈজদ্রবা তোম্বনি, হাযবিনবা লৈতবনা মতম অসি খবদি লাম্মীগী অওৎ-অনৈ খাঙদুনা অব্রাফমদা লৈবা তাখি। মহাক্কী নুপী অমসুং মরী-মতাশিংনা অবৈবা মাল চাং কাযদুনা ব্রায়েন শঙগী মতেং লৌরবা তুংদা য়াম্না ব্রানা তোম্ববু কৈশুমশঙদগী লৌথোকখি। লাইবক থীর্বদি কৈশুমশঙদগী থোবক্লবা তোম্বদু হান্নগী তোম্বা ওইবমদ্রে। নামা হোরবা অঙাওবা লায়না চুরবা তোম্বা ওইরম্লে। তোম্বগী ফীভম খঙলকপদা মাগী নুপীনা থম্মোয়শোক্লা কপচখি। কপচবা নত্তনা মরাইবক থীববী নুপী অসিগী পাম্বে ফংখিদে। মতুংদা চহী কযা চঙনা তোম্ববু লায়েংবা হোৎনখি, মাগী নুপীনা। মাগী লৈজবা পৃম্বা তুমখ্রবা মতুংদসু তোম্ববু হান্নগুম্না মীরোল তাহনবদি ঙমখিদ্রে।

তোম্ববু হোৎনবা য়াবা হোৎনরম্লগা ঙম্লক্তবদা মাগী মচা অহুম পুদনা মপামদা লৈখি, তোম্বগী নুপী। হৌজিক্তি তোম্বগী য়ুম-ইখোল অমসুং শঙ্গোয়, মপু পান্দ্রবা মফম ওইহৌরে। তোম্বা নোংমগী অফংবা চারগা হীংলে। কৈরোয় লৈকাই অমসুং কৈথেন্দা, দুকান খুদিং চত্তুনা অচা অথক নিজবগা মশাগী হিংনবগী পাম্বে ওইখ্রে।

তোম্বনা চৎপমখৈ চৎলুরগা মাগী অহাঙবা ময়ুমদা হঞ্জিল্লকই। নোংমনা মাগী নুপীবু হন্না হন্না কৌই ; খুম্বীক্তবদা অথীবা খোল শীজিন্নদুনা মাগী নুপীবু চৈরম্লগা তোকখি। অসুম্না নোংমগী কৈথেন্দগী অথুম-অহাউ পুরক্লগা মচাশিং শীজগনি হায়দুনা কোয়থি থি, কোয়কৌ-কৌজৈ। ফী-রোল তারম্বা খৃল্লক্লবসু মচাগীদমক তমজৈ ; মচাবু উজবা ফংদ্রবদা পুরকপা ফী-রোল মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা

লংথোকখি। করিগুম্বা মকোক্তা কোকথোং অমা পুরদুনা খুন অমদগী খুন অমা লান্না চৎলি। ৱারক্লগা উখোঙদা পোত্থাদুনা লৈথোকই। অদুবু অয়াম্বা মতমদা মহাক ময়ুমদা হুঞ্জিল্লকই, অহাঙবা শঙ্গোয়গী মচি অমদা তূম্মী। মাবু কনানসু হংলুদে, নীংশিংদে। লৈকাইগি উৎসবনচিংবা থোক্লবদি তোম্ববু নীংশিঙনৈ। মাবু চাক পীজরগা কোল-লীক ফেঙহন্লি ; চগুম শেংহন্লি।

পুলিস পল্লুবদগী থোকখিবা তোম্বনা চৎপর্মখৈ চৎলুরগা অথেঙবা অহীংদা তূম্বা হুঞ্জিল্লকখি মাগী শঙ্গোয়দা। মানা নিজরকপা চান-থক্লবা অমফাওবা লৈরমদ্রে। অদুগীসু মথক্তা মাগী তেকথরবা শঙ্গোয়দগী ফক্লাং ৱাচেৎ ময়াম শত্তোক্লম্লে ; য়ুমথক্তগী ই শৎখিবগী ইকুম-লাংকুম্না পূমচাই চাইরম্লে। মখোয়না চাখি থর্কখিবগী লুখাক চগুম্না খোঙথাফম লৈরমদ্রে। তৌরম্লিবা ফীভমদু উবদা হায়নীংঙাই লৈতনা শাউরবা তোম্বনা লাউরকখি- "হূরানবশা নথীবোং থন্নবা শা-ঙা, হুই-হৌদোং, ষণ-ইরোইদা নত্তনা মী ফাওবা চারো। মী হোঙলে ; মী য়াম্মল্লে। মীনাই মচাশা ! মপু মশক খঙদেনে নখোয়। মী মশক খঙদ্রি, নাপী চারো ষণ ওন্নবা।" মহাকনা মখা তারকখি- "অঙম অঙম্বা হাত্তুনা চানরো। ঐ শিনীংলে, ঐ অমুক হিংবা পামদ্রে, ঐবু হাত্তুনা চারো।"

তোম্বনা অথেঙবা অহীংদুদা কোয়লাউ লাউবদু তাবদা তূম্বা য়াদ্রদুনা থংনবা য়ুমদগী তোল্লমু লেমতোন অমা পায়রদুনা থোক্লকই। মহাক্না তোম্ববু য়েংলম্লগা ৱাহৈ অমত্তা হায়রমদনা হনখি। তোল্লমুনা মমায় লৈদুনা চৎখিবদু উবদা তোম্বনা অমুক লাউরকই নরাইবক্তা চন্দন নমদুনা ধর্ম্ম লৈবা লাইনীংবা শাবা ; পূক শেংদবা তোল্লমু, নচা হূরানবদুদি ৱারক্লগা নঙনা লাই শোন্দুনা কৈদৌনি ?" মহাকনা ঙহাক লেপ্লুরগা মখা তারকখি- "ঐবু হাৎলোনে নখোয় নুংঙাইহৌনবা ইশ্বোলসে খোপচিনবতা নত্তনা, পুন্নৌ লৌহৌরো। মদু নত্রা নখোযনা পাল্লিবসে ....?"

তোম্বনা লাউদুনা লৈহৌই ; তোল্লমু হন্নফাওবা য়েংলমদনা ময়ুমদা চঙখি। অথেঙবা ইচিক হুল্লবা অহীংদুদা নুংশিংনা মনীং তম্না তোম্বগী হাঙলবা য়ুমদু ফাওদুনা শান্নরি। নুংশিংকী তাংথক নাইদ্রবা শহুমদা পৃথ্বীদা কাবা ঈথক মচা মচা কয়ানা লৈরাইদা মথং মথং য়ৈনদুনা মাঙখ্রি। অতিয়া পাক-শন্না শন্দোকখ্রিবা থৱাম্মিচাক কয়াসু তথক তথক ঙাল্লি। লাউবমখৈ লাউরম্লগা তোম্বদু নীংঙাইবা লৈতনা তুমথখ্রে। হৌজিক্তি কৌজেং হারৌ অমদি হঙোইগী খোঞ্জেল নত্তনা অথেঙবা অহীংসিদা অতোপ্পা খোঞ্জেল তাখিদ্রে।

- চিত্রেশ্বর

# মন্থরক্লবা মাণ্ডব

[ রাজকুমার মণি সিংহ : (পোকপা) : ১ সেপটেম্বর ১৯৩৯, কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল, লৈফম : শগোলবন্দ ইঙুদম লৈরক, ইম্ফাল। নহা ওইরিঙৈদগী সাহিত্য অমদি সমাজ সেবাদা পুকনিং লুপখি। বেঙ্ককী সার্ভিসতা চঙলবসু পামজবা অসি থাদোক্তে। ব্রারীমচা ইবা অমা ওইনা থোইদোকনা মমিং চৎলি। "ময়াই কারবা শামু", "মালিকা মমা", শীংথানবা য়াই। অঙাংগী সাহিত্য দা "ব্রারী লী খোংগুল লী", অনুবাদতা আর্নেস্ট হেমিংৱেগী "ওল্ড মেন এন্দ সি" (হনুবা অমসুং সমুদ্র) ওক্তেভিও পাজগী "কায়রবা পুল", ফোঙদুনা পুথোকলবা লাইরিক ঙাক্তনি। "ময়াই কারবা শামু" দা ভারতকী সাহিত্য একাদমী এৱার্ড ১৯৯১ ফংখি। দি কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী যুথীরেল খরগী মনুংদা অমনি। ]

"মন্থরক্লবা মাণ্ডব অসি নৌনা অমুক শেমগৎতুনা হান্নদগী হেন্না ফজরবা মাণ্ডব অমা ঐনা ওইহন্নিংলিবসি য়াম্না কুইববনি। লাইবক থিবনা হৌজিক্কী মতমদা ব্রাহ্মণ লাইরবা অমা ওইনা পোকলুরে। মতম অসিদবু মৈতৈলৈবাক অসিদা ব্রাহ্মণবু কনানা ব্যবহার তৌবিগনি ! মীগী ৱাদি তোক্লসি, ঐগী ইথক্তা লৈরিবা ইয়াম্না অনী-কৈদৌবৈনো মখোয়না ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লবিবা ! ব্রাহ্মণগী শাজৎ অমত্তসু মশাদা পক্তে, উরিক-লুগুণ থাংদে, নোংমতসু লাইসেবাগী থৌদাং লৌদে। ইপা অদুনা, ইমা অদুনা ঙসি ফাওবা হিংলম্লবদি মখোয় খঙদৌনি !

ঐনা তৌরে, জগৎকী লাইবক থিবা পুম্নমক ঐগী শকক ! লাইরিক নিংথিনা

তমহৌদে, মরুপ-মপাং সঙ্গ তৌহৌদে, অচৌ-অশাং খলহৌদে। ইচা পিশক অনীসিগা, নুপী অশোনবী অসিগা, পিকলবা খাংপোকশঙ অসিদা নোংম-নোংমগী শিবা ঙাইদুনা মীগী লাইসেবা খরা খরা চৎচরগা চাউরবা ইশ্বোল অসি শঙদুনা লৈরি- লাইররবা খুঙ্গং অসিদা।

ইয়াম্বা অনীসি সাহেবনি। শহরদা ফুরা-দলান শাদুনা হোঙ্গৎখিবা কুইরে। মখোয়দি ইপা অদুনা মী ওইননবা ফনা ফজনা শেম্বীরম্লবনি। ঐতনি ইপা মশক খঙহৌদবা। ইমা অদুনা লৈরিঙেদা, ইমাতনি ঐগী সংসার। অদুসু কুইদেদো নুপী থিজিনবিরমলগা চাউববা ঈপাক অসিদা ঈরোইবা হৈতবা ঐবু হুন্দোকপিবমলে। ফৈ অদুগীবুদি। ইরাইবক্কীনি।

ইশ্বোল অসি হুন্দোক্নুনা ইয়াম্বা অনীনা মখোয়গীদা লৈরুবসি হায়বসু য়ারমলবদি ঐ ঙসিগী ফিবম অসিদা লৈগদ্রা ? মদসু কান্নদবা ৱাখলনি। হৌশ্রবনি।

পুম্নমক্তা মায়থীহৌরসু অহল লম্মনগী অমদি লাইগী শক্তম লৌবিবা মন্থবক্লবা মাঙুব অসি কিন্থহনবদি ঐ য়েংবা ঙমলোই। করম্না শেমগৎকনি ? ইয়াম্বা অনীদুদা হায়দি হায়নিংখিদ্রেদা !"

খনবমখৈ খল্লগা অনিকখম্বম কৃষ্ণদাস ময়াম্বা অহল ইঞ্জিনিয়ার হরিদাসকী শিংজমৈগী য়ুমদা ঙন্তানা বস তোংদুনা লাক্লগা থুংলরে। ময়াম্বদুনা কাব তোংদুনা ফৎ থোকখিবা মা উহৌই, কৌজববু নংহৌদে গেট অচৌবা ময়াদুদা। অদুবু মতৈমা লৈরমগনি খন্দুনা অদুম চংশিল্লে শাৎ হৈবা চাউরবা য়ুম অদু তম্না।

নিংথিনা লৈতেংলবা ড্রোইং কমদুদা টি:ভি: য়েংনা যেংনা মোজা লোল্লম্বা মতৈমা মনোবমা উচিন-নাচিননা থেংনজবে।

"হায়মা কৃষ্ণদাস, নঙদি কুইরেদা উদবা, লাউ লা চংঙকউ।"

"ইতৈমা, তামোহনগা ৱারী অমা শাগে লাকপনি, কদায়দনো হৌজিক হাথু হাথু চৎখ্রিবসি ?"

"ফম্মু ফম্মু সিদা, কুয়রোয়দা লাকলনি, মন্ত্রিনা কৌদুনা চৎখ্রিবনি অথুবা অমগী।"

"ইতৈমা, ঐনা লাকপসি অতৈগী নত্তে। ঐখোয়গী মাঙুবদো মনমন্দুনা তেকথরক্কদৌরে, খরা শেমজিন-শাজিনহৌদ্রবদি শোয়দনা তুখ্রগনি। তামোহন্দা মতেং খরা পিবিয়ু হায়জগে লাকপনি।"

"হৈমা, নঙগী ৱারীদুগা টি:ভি: দা উৎলিবসিগা ওম্বোক্লা মপা চানরেদা, য়েংঙু য়েংঙু নঙসু। উৎলিবসি ভারতকী মরু মরু ওইবা লাইফমশিংগী মন্দির অমসুং মাঙুব

মথং মথং উৎলিবসিনি। হৌবদা ঙায়রি প্রোগ্রাম অসি, মসিদুম হান্না য়েংখিসি।"

য়েংবদি য়েংই কৃষ্ণদাস, কমেন্টতেতর অদুনসু তপ্পা ইংনা হিন্দিদা অসিনা অসিনি, অদুনা অদুনি অদুম তাক্লি। অৱাবদি কৃষ্ণদাস ভাব তারিগদ্রা, ফজ ফজরবা মংগুম্লবা দলাল ময়াম অদু মাণ্ডবনি হায়বা। ঐখোয় সিৱাইগী মওংগা মখোয়গীসিগদি ওয়্বোক্লা খেন্নরে। উৎপবুদি মপুংফানা উৎলি পুরীগী জগনাথ ক্ষেত্র, টিরুপতিগী, মিনাক্ষীগী, রামেশ্বরমগী, বিবেকানন্দ রোককী, বিরলা মন্দিরগী, মসজিদ কয়াগী, গীর্জ্জা কয়াগী। কৃষ্ণদাসনা থৱায় তাজরিবদি তিল্লরিবা মীয়াম, কৎনরিবা আরতি, শক্লরিবা ঈশৈশিং, খোঙনরিবা যন্ত্রশিং, পিনরিবা প্রবচনশিং।

মীৎ কুপ্পুনা য়েংলবা ঙহাক্কী মতুংদা প্রোগ্রাম অদু লোয়খরে।

টি:ভি: অদু মুৎথৎলগা মতৈমনা হৌরকই :-

"ইমুংঙো, খঙদেদা মৈতে লৈবাক অসিনা তৌ'দৌসে। মীগী লমগী ঈরাংশিং অসি য়েংলুরগা ঐখোয়গীসিদা তৌরিবসি মথোং অমত্তা খঙদে। ইরমগীনি হায়বদা চাউথোকচনিংঙাই ইঁরৈ লৈতবগুম তৌই।"

"ইতৈমা লমগী ষণনা মচি শাংই হায়বদুনি। ঐখোয়গীসু অদুক হাক্লা তোম্বা নত্তে। অদুদা, থৌ-ৱা শাবিদবা কাংবুনা মশিং য়াম্মনখিবনা ঙসি ঐখোয়গী ফিবম ইকায়নিংঙাই ওইরিবনি।"

"তৌবগীবুদি হোয়। হায়নৈ, থায়নদি কোনুংগীতা নত্তনা লৈকাই লৈকাই, খুল খুলগী ওইনা লেমজনরম্বনি ঐখোয়গী মন্দির মাণ্ডবশিং। অদুবু কম্মগী মথোং খঙলক্রবা মতম অসিদদি করিবু তৌনগদৌরিবনো মন্দির মাণ্ডবনা ?"

"খঙদ্রে, ইতৈমখোয় ব্রাহ্মণনুবীনসু অদুম্না তাকপীরবদি। শ্রীগোবিন্দজীগী, হনুমান ঠাকুরগী অমদি অতৈ অতৈ চাউর চাউরবা মন্দির, মাণ্ডব কয়া লৈরিবসিদি অসুক ফজনা।"

"অদো ময়াম অসিগীদি মরল মথুম লৈরি, সঙ্গ লৈরি, নঙগীদি কদায় ?"

"অদুগীনি ইতৈমা, তামোহ্নগা ৱারী শাগে লাক্লিবসি।"

"অদুদি ফম্মু ফম্মু, চাক ঈশিং চাখ্রসি। নঙগী তামোহ্নসু য়ৌরক্লগনি।"

" চাক ঈশিংগী ৱাদি লাইরি ইঁতৈমা। ঐ তামোয়াইগীদসু চৎলুগদৌরিবনি। হন্দক্তি তামো অনীগী মতেং লৌদবা য়াদ্রে। ইতৈমখোয়নসু খরা নুংশিবিবা তায়।"

"হোয়নে হোয়নে, ঐখোয়বুদি ঐখোয়নি। অদুবু পৈশাবু কয়া চঙনা শেমগৎকদৌরিবা ?"

"মদুসু তামো অনীদা লৈরে। ঐ তামোয়াইমদু উন্নহৌদবা য়াদে। মাগীদা অমুক্তা য়ৌরুখিগে, অদুগা অমুক হল্লক্কে। তামোহন লাক্লগা ইতেমনা ব্রারী শাবা খরা হৌবিরম্মো।"

কৃষ্ণদাস উরিপোক্তা লৈবা ময়াম্বা য়াইমা ডাক্তর রামদাসকীদা অমুক পরপ পরপ য়ৌরক্লে। মাগী সুম থোকউ হায়বদুনা ডাক্তর অদুসু হোসপিতালদা চংখিবা মতম থোকলুরে। মতৈমা য়াইমা দসুমতীদি ঈশে জগোয়দা থব্রায় য়াম্না লুপচবিনি। মমাং শঙ্গোয়দা ঈশে তিন্নদুনা লৈরম্মী। কৃষ্ণদাসনা লাক্লিবা মতমদো মঙোন্দদি য়ামনা ব্রাই চিনবা মতমনি। অদুবু অরাপ্পদগী লাকথোক্তনা লাকলবা মনাও উবদা ঈঙ্গিৎ তৌরক্তুনা হরাউ হরাউ কৌরকই। মখা শঙ্গোয়দা অনাবা ময়াম ফম্লনবা ফালশাং ময়াম থারিবা অদোমদা মনাওবু ফমহল্লে। কৃষ্ণদাসকী ব্রারীদি মতৈমা অহন্দা হায়রুবদুগা চপ মান্নে। দসুমতী খরা তাশিন্নরগা মাগী তামোয়াই লাক্লনি ঙাইহাক্তা ফমখো হায়দুনা থেমজিনলল্লগা অমুক মমাং শঙ্গোয়দা কাখৎখিদুনা ঈশে তিন্নবা অদু য়াউখরে।

ফনা কুইনা ঙাইরবা ফাওবদা ময়াম্বদুনা মরাক্তুবদা কোন্না অমুক লাক্লগে হায়রল্লগা কৃষ্ণদাস অদুম থোক্লকলে।

"হৌজিক কদোমদা চৎকনি" অসিনি মাগী নুংবংনরিবা ব্রাখলগী পোৎলুম। চৎনা চৎনা লম্পাক অমা থেংনরে। মচি অমদা খোংনাং অচৌবা অমা হৌরি। মখোংদা চংদুনা ফমথরে। ব্রাখল মখা অমুক চৎথরকই।

"ঐনা তৌরিবসিবু করিনো ? মাগুব অসিনা কিষ্টুপ্রবদা ঐগী করি কায় ? মাগুব অদু লৈত্রবদা মন্দির অদুদি করি কান্নরি ? মন্দির অদুসু কুইররোই মন্থুরক্লবনিনা শেমজিন্দ্রবদি মদুসু তুরক্লগনি তিন অমনবনা কুপচৈ হায়বতনি।

অদুগীবুদি ইষ্টদেব রাধাগোবিন্দনা কমদৌবা, অতৈ মুর্ত্তিশিংসিনা কদায়দা ? সিব্রাইদনি মাগী থম্মোযনা মচেৎ মচেৎ কায়রক্লিবা।

মসি পুম্নমক এনা লাইরবদগী, ঐনা নুপা থোক্তবদগী। ঐগুম্বা পাংদ্রবা মীওইনা মালেম অসিদা হিংবগী করি অধিকার ?"

মপি চদুম চদুম তানা ফম্বা ঙমলক্তুদুনা হৌগৎলকলে। মমাং পাংনা অসুম চৎখিদুনা শ্রীগোবিন্দগী মপা য়ৌরক্লে। নুংশিরবা শরীক কাংশীগী মখোল তারক্লে। ফিবম হুইহ্লে। মন্দির পাংলকলে। রাশেশ্বরীগী মমাংদা মখুৎ অনী থাঙ্গৎতুনা লেপলরে। দর্শন ফংজবদা পূক্লিং খরদং নেমথবগুম খঙ্খি। অদুবু মীৎলুদগী শিন্থুরকপা পিরাংদি অরেপ্পা লৈতরি।

চাউরবা মাণ্ডব অদুগী মচি অমদা ফম্বমখৈ ফম্নবা মতুংদা রাধা গোবিন্দনা করি করি তম্লিগদগে খন্না খন্না ময়ুম লমদম পাংলকলে। মীনা ক্রক ক্রক ইন্ননা তোংলবা বস অদুদা তোংনা তোংনা ৱাখলগী মংলান কয়া অমমুক শাগৎখি। মীয়মগী শক্তি, মীয়ামগী মতেং।

ককচিং বাজারদা থাবে বস। কুমথদুনা লৈরক কোম্বোং কয়া ফাওরগা মাগী লাইর খাংপোকশং যৌরক্লে। অদুম লেপলম্মী মন্থরক্লবা মন্দির অমসুং মাণ্ডব।

থা অমা অনী হৌখবে। ময়াম্বা অনীদগী পাউনিংখোল অমত্তা হৌজিক ফাওবা ফংবা ঙমদ্রি। অমুক চৎলুগদবসু হঞ্জানরে। খারে মখোয়গী ৱাসে। অমুক নিংশিংলুদবনা ফরে।

ঙসি খুঙ্গংগী প্রজা ময়াম তিন্নবা নুমিৎনি। অচৌ অশাং কয়াগী লমজিং মখাদা নহা অহল খায়দনা পুনবা নুমিৎনি। কৃষ্ণদাস মচি অমদা ফমদুনা ফজ ফজরবা ৱাফম কয়াদা হৈ-শিংবা লৈশি লৈথোন কযাগা লোয়ননা ঙাং-শক্লবশিংদু অসুম তাই।

লম্বী-থোং শেমগৎপগী, বাজার শেমগৎপগী, লৌউ-শিংউবগী, চাথোক হেনগৎপগী, স্কুল, কলেজ লিংবগী মথং মথং ঙাংনরক্লি, ৱাবেপ তানরক্লি। অসুক য়াম্না ঙাংনবসিদা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ৱাদি ইপু পুথোক্লরক্তে। তৎন-থানবা য়াদ্রবা ঈশ্বর শম্বন্ধিগী মতাংদা খুঙ্গং প্রজাশিংগী দরকার লৈত্রবরা? মতম মতমগী ওইবা লাই হরাউবগী লাইবুং অসিতনা ঐখোয়গী নিংবা পূম্নমক থুংলগদ্রা? মসিনি কৃষ্ণদাসকী পূক্লিংদা মতোম্মতা কন্না হংজরিবা! তিল্লিবা মীয়াম অদুদা কন্না হংনিংবা অমা পোকলক্লে। ৱাহৈ অমা অনীদং হাযজনবগী খুদোংচাবা লৌজরে।

"তিনবিরিবা পূম্নমক্কী মফমদা করিসু খণ্ডজদ্রবা তোল্লবা ব্রাহ্মণ মচা ঐনা ৱাফম মচা অমত্তং পুখৎচনিংই। মতম অমা কৈরোই লৈকাই কয়াগী নোংজু-নুংশা খাযদনা, অহিং নুংথিল নায়দনা মন্দিরগী ৱাখল মাংদা থম্লগা পুনফম ওইরম্বা রাধাগোবিন্দজীগী মাণ্ডব হৌজিক মন্থরক্লুনা নিংখায়রক্কদবা মতম লাকলে। ঐনা লাইবজবনা শেমজিন শাজিনবজবসু ঙমজদ্রে। ইয়াম্বা অনীদা হায়জকবসু অরাপ্পদা লৈখিবনা ইতা তাবিদগুম তৌখবে। মাণ্ডব অসিমক্তি মতম কয়াগী মমাংদগী খুঞ্জাশিংগী অপুনবা ধর্ম্ম- সাধনা তৌফমনি হাযবসি মীযাম্না যাবিগনি হাযনা খঞ্জে। ঐগীসিনা মন্থরক্লুনা কিন্থজখ্রবসু ধর্ম্ম কর্ম্মগী ওইবা মাণ্ডব অমত্তং মফমচাবদা মীয়াম

চংদুনা শাগৎপিনবা হঙ্গৎচরি।"

অতাবশিংদা ইঙক ঙকনা থোকখি। কনানা 'কৈকানদবা' হায়না লাউরকখি। কনা অমনা "চুম্মী, চুম্মী। ফনা য়ামনা শুনোমদুনসু ধর্ম্ম সাধনা য়াউদ্রবদি করম্না পূক্লিংগী ফজবা লীচৎ-শাজৎ শেমগৎকনি। মুসলীম সমাজগী মসজিদ, খৃষ্টিয়ানশিংগী চর্চ্চ, শিখশিংগী গুরুদ্ধারা মফম খুদিংদা কয়াগী মতীক মীওইবদা কান্নবা পীরিবা! গৌরিয় বৈষ্ণব ঐখোয়গীসু নাম সংকীর্ত্তনগীদমক্তা মন্দির মাগুব তৎন-থানবা য়াদ্রবনি। মসিবু থৌশারুদবদগী ঐখোয়গী ধর্ম্মনা য়াদে হায়রিবা চাকচা-যুথক, থকসি-খাসি পূম্নমক মাংথরক্লিবা ঐখোয় পূম্নমক্কী ইকায়নিংঙাযনি। পৃথিবীনা শকখংলবা ঐখোয়গী রাসলীলা মাগুবনা য়ুম্ফম ওইখিবনি। ধর্ম্মগী ৱারী লাইবিক, ভক্তিগী ঈশৈ জগোই, হরিনাম সংকীর্ত্তন অমদি মণিপুরী সমাজনা চাউথোকচরিবা রস পূম্নমক্কী হৌরকফম মাগুবনি। লোয়ননা ঋতু তরুক্কী লোয়ন-লীচৎ মন্দিব মাগুবতগী মপান্না পরম পরাদা অকনবা পাঙ্গল হাপখিবনি। মবম অদুনা প্রস্তাব অসে মুন্না খন্নফম থোকই।"

খরা অমনা থৱায় য়াউনা খুবাক খুই। খবা অমনা য়ৌ য়ৌ ঙাংই মযেকশেংনা তাদে। মীয়াম হায়বসিদি মীয়ামনি। মকোক থোংবশিংনা করি লেপ্লখিবা কৃষ্ণদাসতি ভাব তাবা ঙমখিদ্রে।

থা অমগী তুংদা কৃষ্ণদাসকী ইনা কুপ্লবা মাগুব ময়াম চংদুনা জীঙ্খনা কুপপিখি।

- রা. কু. মণি

# দাবী

সহরদগী থাপ্লবা মফম অসিদা ঐনা লাকপা হায়বদি এস.ডি.সি. ওইবকপসি ফনা কুইবক্লে। মফম অসিসূ ওম্থোকপা মফমনি লমথুংদে, ফিথুংদে। অদুক লেল্লিবা হায়বদুনি। ঐগী অফিস ওইরিবা মফমদু চাউরবা ইংখোল অমনি অচৌবা শোবোক ময়াগী। শোরোক অদুসু উফুলগী শান্নফমনি, চোয়জানরবা নূং মচা কযামুক্না লোয়ননা। মদুদগী হায়জিলকলকপা উফুলনা মল্লবা জীঙ্যনা কুপলিবা যুম অহুম অদু পুমকুপ কুপ্লবনি। ইংখোল অদুগী অৱাং নোংপোক কাচীন্দা পুখ্রী অচৌবা অমসু লৈ, হূপনা ঈশিং মশক উবা ফংদে, তোর্ব্বান ময়াগী মচেৎ খজিক্তুং নৎতনা। যুম অহুম অদুগী মনুংদা অমনা ঐগী ওফিসনি। পেসকার, কানুঙ্গো, হেদ ক্লার্ক, কেরানী, মন্দোল (মতম অমগী আমিন) জিলাদার, পিয়ন, চৌকিদার ঐখোয় তবামঙানি। অতোপ্পা যুম অনীদুনা, অমনা ব্লোক্কীনি, অমনা পঞ্চায়েতকীনি।

ওফিস অহুম অসি মোৎপা তান্নে, কাদবা তান্নে, নুপীশিংদি চহী অমগী মনুংদা থা তরাবু কাদে, কনানসু য়েংশিন্নদে। কারকলবসু মাগী মাগী ফমফমদা ইফমবু ফম্নদে। কোম্থোং ময়াগী হোটেল ওই পোৎফম ওই তৌবদুদা লেপ্লোই ফম্লোই, ওফিস মতম লোইখিবা খঙহৌদবনি। শহর য়ৌগদবা বসপু লাকলবদি লোইরে।

অদুবু ঐদি অয়াম্বা মতমদা ওফিসকী ঐগী কা অদুদগী থোইনা হেনদোকচদে, মকোক অমনি হায়বা শারদুনা। ঐগী চন্দ্রপ্রাসী তাচাউবা। মামুক হৌনবী খঙবা, মামুক খুৎচাবা অতৈ ওফিসতা ঐ থেংনরক্তবনি। মাগী হায়ববু কাগন্দে, মাদুনি ঐগী ওমচাক্লবী। অদু ওইরবসু চৌকিদার শামু লৈরি। শামুনা তাচাউবগী মহুৎশিনবদা নোপতে। মাগী হায়ববু হিদাক য়াম্না থক্কল্লী। ময়ুমদা হিদাক খিল্লি হায়। থক্লমদবা কযাসু মানা তম্বীদুনা লোয়না হৈনরে হায়। ঐবুতনি মানা খাকলিবসি। ঐসু অদুম

খঙশিন্নদে, কৈদৌরুগবনো হায়দুনা। থবক লৈতবা মতমদা চে শান্নববুদি, ঐসু ঙহাক ঙহাক্তি ময়েংনিংলুই হেক হেক শেল চিল্লকপদা।

পূম্নমক ফরে। ফৎত্রিবসি ঐগী কাদুনি। উগী আলমিরা অমনবদু চহী কুনমঙা শুরে হায়। টেবল চৌক্রিদুসু উগী ঙাক্তনি, আলমারীগীগুম্না শুমদি চাদ্রি, মনবদি ফনা ফজনা মল্লে। থায়নগী পোৎ ওইদুনা তৌবরা, শামুনা মরম মোকপদগীরা, য়েংবদা তনান তনাল্লি। ফম্বদা ৱাখল থোকই মঞ্জরবসু। কা অদুদা টেবল চৌক্রি অনী অদু নত্তনা অতৈদি পুক্লিং নুংশিনিঙাই ঙাক্তনি। ঐনা লাকপা ওইবগী গুন ঙাকচরিবসু উগী টেবল চৌক্রি অনীসিতগী মপান্ননি হায়বা য়ায়।

সহরদগী ঐ থৱায় য়াম্না নুংঙাইতনা লাকপা নুমিৎ অমনি। নুমিৎ যুংখিদুনা পুং অনী তারে। কেশ থোকপা নুমিৎ ওইবনা লাক্তবা য়াদদুনা লাকপনি। দি.সি. না চৈ থাংলকপা, ইকায়বা পীরকপা অদুগী হায়রুরবদি, ওফিস য়ৌদনা য়ুমদা তুমদুনা লৈনিংবা নুমিৎনি।

ওফিস য়ৌবদা ঐগী কাদু চঙলকপা মতমদা ঐগী টেবল চৌক্রি অনীদু লৈরমদে। ঐ ঙকখি। চপ্রাসী অমত্তসু কারমদে, ওফিসকী স্টাফ অয়াম্বসু জিলাদার কামদারগী মমা শিবগী শোরাৎ চৎখি হায়দুনা লৈরমদে।

পেসকার নিংথেমজাওসু মচা নাই হায়দুনা কারমদে। হেদ ক্লার্ক বিজয় য়ুনা পংদুনা লৈরম্মী। মনাক্তা চঙশিল্লগা ঐনা হায় :

"শামু লৈব্রা ?"

"লৈরিনি, সার।"

"ঐগী টেবল চৌক্রিদি ?"

"কনানো অমনা ৱায়খি হায়, শামুনা মরাইনা পুজরক্লনি সার।"

"ঐদি কদায়দা ফমগনি।"

"ঙহাক্তং ঙাইবিরো সার।"

"কেশকী মী কারকত্রা ?"

"কারকলম্মী। সার লৈতে হায়দুনা থাদোকখ্রে, পেসকারসু লাক্তে।"

ঐ খাঙবা ৱারক্লে। শামুনা লৈরিবা চৌকিদারগী ক্বাটর, ইনা কুপ্পা শঙ্গোয় মচাদু তম্না খোঙ থাংজিল্লী।

"শামু ! শামু !"

কনাসু খুমলক্তে। য়ুগী মনর্মদি শান্না শান্না লাকই। য়ুম মনুংদা হেক্তা চঙশিল্লে। মৈনিং কুপ্লিবী শামুগী নুপীনা হায়রকই :-

"সার, টেবল চৌক্রি লৌর্কনি হায়দুনা অয়ুক অঙনবদগী চৎখিবনি। হৌজিক ফাওবা হল্লক্রে। করি তৌখ্রবনো খঙজদ্রে।"

ঐ জ্ঞান মাঙদুনা থোরকলে। ব্লোক্কী ওফিসতা চৎলে। মখোয়গী ওফিসসু ঐখোয়গীগা অমহানি। ইতাক তাকই। বেরী থক্কুনা লৈরম্বা মুহোন পিয়ন্না হায়রকই :

"সার, শামুদু ঙসিদি ঐ শুকউবু উজহৌদ্রে।"

নীংবা কায়রদুনা ঐ অমুক পঞ্চায়ত ওফিসকী মতোমতা ফমদুনা লৈরম্বা কেরানী মধুগী মনাক য়ৌরক্নে।

"মধুবাবু, ঐখোয়গী শামুকা উবি লাকপিব্রা ?"

"সার, ঙসাইব্রাইদি চঙলকলম্মী। সারগী তেবল চৌক্রিদু লুপা চনী শিত্তুনা য়োনখ্রে হায়রম্মী, মচাগী ষষ্ঠি শোন্নিংঙাই লৈতে হায়দুনা। নহানমখৈদি য়োনদি য়োন্দবনি। ছুটি নুমিৎ খুদিংগী শুমাং লীলা পার্টিদা হেক হেক শানবনি। অশানমন্দুনা চেং ব্রাল্লী হায়, ঐখোয়দদি। মীনা হায়নবনা য়ুগীনি হায়।"

"য়াম্না নুংঙাইজরে মধু বাবু।" হায়রল্লগা কোকচাউবী কাদুনা থোরক্লে, ঐগী ওফিস তম্না।

কোম্বোং ময়াগী পোৎফমলোমদা য়েংখিবদা বেঞ্চ অমগী মথক্তা শামুনা উপশিন্না হিপ্পদু হেক উরুরে। ঐনা চঙলকপদদি লৈহৌদবনি। মনাক্তা চংশিল্লি। তাম্না চারিবসু ব্রাচেৎ মতেক অমা খোঙনা কাওই। খুত্তা পায়খৎলী।

শামুগী মনঙ্গন্দুদা ব্রাচেৎ অদুনা অনী অহুম লৈজবী থাদুনা কষ্থে।

"অয়ো, কনানো, হাৎলগেরা ?"

হাৎকনি, ঙসি নঙবু ঐনা শোয়দনা হাৎকনি।"

"সার, ঐ মাপ তৌবিয়ু।"

"তৌরোই, ঐগী টেবল চৌক্রি কদায়দা লৈ ?"

"সার, ঐগী তলব কৈদৌঙৈ হেনবীনি ?"

"শুকহেন হেনলোই, টেবল চৌক্রি পুরকউ।"

"য়োম্থোকখ্রে সার, তলব হেক হেনবিবগা পুজরক্কে।"

"নঙগী তলব হেনবদি লায়বদুনা, ঐদি চহী অমা ফারকলবনি তলব ফংদবা !" ব্রাচেৎ তেকখ্রে ! অমুক ফুবা য়াখিদ্রে। ঐগী অশাউবসু খরা হম্থখ্রে।

- রা. কু. মণি

# হজাম তা-কিম্নো

[ এলাংবম দীনমণি সিংহ : (পোকপা) : ১৪, ডিসেম্বর, ১৯৪০, এলাং খাংপোকপী, মণিপুর। লৈফম শীংজমে লৈশাংথেম লৈকাই। এম.এ., পি এইচ.ডি. নি। ৱারীমচা ইবদা থোইদোক্না মমিং চংলি। শৈরেংসু ই। সমালোচকসুনি। হৌজিক হৌজিক মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুরী বিভাগতা প্রোফেসর ওইরি। মণিপুরীদা নত্তনা হিন্দীদসু ই। ফোঙলবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিংদি "থক্লবী", "মোরাম্বী অঙাংওবী", "তিংখংলৈ", "যন্ত্র মন্ত্র অস্ত্র", "ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ", "পিস্টোল অমা কুন্দাম্লে অমা", "কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেত"। শৈরেং লাইরিক অহম থকশু ইরন্মী "চোইজাইনরবা", "লুরিবদি" অমদি "কুম্বং শারবা পরেং"। সমালোচনাগী লাইরিকনা "মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্য কার", "খ্বাইরাকপম চাওবা", "ডাঃ কমল", "হিজম অঙাংহল সমাজ, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি", অইবনা হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোকপনা "অমম্বা যুগ", "ত্যাগপত্র", "কোক-শগোল", "ইঙাগী নোংমা", "নাগমণ্ডল" নি।

"পিস্টোল অমা কুন্দাম্লে অমা" দা ১৯৮২ গী ভারতকী একাদমী এৱার্ড; "ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ" দা মণিপুরী ষ্টেট কলা একাদমী এৱার্ড ফংখি। আকাশবানী ইম্ফালগী শকথঙলবা রেডিও লীলা ইবা মীশক অমসুনি। ]

করি কক্কনি দাদা, সলামী নাইবা ?
ইবুংঙো নঙগীসি রাউনলা ?
ভৈয়াগী চুবা থাগদ্রা পাগদ্রা ?
খুরাগীদি শমবু য়াওদবেনে।

হৌব্রাগাড়ীগী মনীংগী ধোরাদগী কক্লবা শাহনবা য়োৎকী চৌকী অদুদা ফমহল্লগা অঙৌবা মানবা ফি মচা অদুনা মীদুগী ঙকশমদা য়েৎনা য়েৎনা শমচেৎ-কাতি পায়ফাত্রিঙৈদা নিয়মগী ওইনা হংবা ব্রাহংনি। অকক্লবা পাউখুম থোইনা ঙাইরুবা তৌদে ককপা অদুম হৌই। হেক মীৎয়েংফমগী ফক্লাংদা শমকক মওং মওংগী অয়েকপা কোককী লাইসু থেৎলি- ফিলমষ্টার কট, জেন্টলমেন কট, ইংলিস কট, ফ্রেঞ্চ কট। তা-কিস্নো- মাগী মমীং মচেৎ অমত্তনি। অদুবু অহল অমা লাকই তা-কিস্নো ; পাখং অমা লাকই তা-কিস্নো ; নুপী অমা লাকই-

- তাকিস্নো, হয়েং শংব্রা, শংউকো হয়েং ইচানুপা অমা মনা হূৎতৌরি, তা-কিস্নোনা নাপেৎ ওইবিদৌবা !

- ইমাগী মুন্নাগীবো নকো শংদবা য়াব্রো! লাক্কনি খুদৈদি ফহল্লকো। মফম হায়রম্মো।

নুপী খুদিংমক্তা মানা ইমা কৌই ; অঙাং পূম্নমক মাগীদি মুন্না ঙাক্কনি-নুপীমচাদনা মুন্নী। মানা লাকপা কুইদ্রিঙৈগী অদুব্রাইদা থাবলচোংবগী পৈশা হাপ্লু হায়রুবা লৈশাবী মচা খরদি ইমা হায়না কৌরকই, লক্লরকই হায়দনা শাউরম্মী হায়। অদুবু হৌজিক্তি মাগী দুকানগী মনাক অকোয়বদা লৈবা নুপীমচাশিংসু মঙোন্দা ওনশিন্দুনা ইমাকিস্নো অদুম কৌরে। মাসু খুম্মী। অয়াওবা খরদি লংত্রিক লংলিবা ময়াদু হিগৎলগা খুম্মী- ইমা।

ঐনা হেক খঙলকপদগী তা-কিস্নো মাগী ঙায়োনফম ময়াগী পীক্লা মোৎলবা কা অদুদা অদুম লৈরম্মে। লাল লোইরকপগী অদুদা সিপাই ওইরুবা খুরাতোন্না নোংমা শম ককপা পুবিবদা খঙলকপনি। অহানবা হেক উবদা ঐদি লৈজবী থাদুনা কিরুরে। মুখ্রবা মমায় অদুদা ওহ্লোক্লা থা-না লৈখৎখিবা নাতোন সুমাঙগী কোই ; হামজীনখিবা চায়রুং অসিনা ঈশিং খুজাই অমদি চনগদবা মানবা ; মমীৎ অদুনা কুৎনা লাওখ্রিবা ; মনাতোন অদুনা ব্রাংনা শাংখ্রিবা- মশা লূন্নপ তৌরবী নুপীনা উরবদি অঙাং চৎখিদৌবা মানবা শকফম্লি। পামজবদনি ব্রাংবদি মাগী শমকক চৌকী অদুদা খোঙথাফম থাক অনীগুম্বা লৈ। অদু ফাওবদা মখ্বাং নাই হায়দুনা নোংমদা কোক য়াম্না ককউ য়াদে। অফবা নুমিৎশিংদদি মাগী দুকান থোঙ থেংলপ হাংই ; হোবে-হোবে তৌরম্মগা ঙল্লপ অদুম লোল্লি। ঐখোয় খুরাতোন্না কৌরুরবদি মতম হায়বা লৈতে ; নুংদাং অথেংবদসু হাংই। মখোয় অনী য়াম্না লুনা তিন্নবা মাল্লি। মবানী হেক উন্নবদা ময়াংলোন লোন্নরগা পঙঙাংদা ঙাঙনৈ। মবক মবক্তা হৌন-হৌনকাসু নোকমিন্নৈ। মানা নোকপদুনদুম হেন্না কিরম্মী।

ঐনা পাখৎপা উরগা মানা ঐবু থোক পমখৎলগা হায়খি -

- কৰিগী পাখৎপরা মুন্নানা ! ননাগী সনা ঐনা যানবনি, মুন্নাগী মশম ঐনা কোকপনি। নুগুণ থাংবদসু ঐনা কোক্কনি। সে মুন্নাগী ঐনা সিদামমিশ্রী থর্ম্বনি। উম্মো। চারো, অমুক্কসু পীগনি।

মানা ঐবু য়াম্নমক লুনা তৌই। অঙাং পূম্নমকপু য়াম্না লুনা তৌই। অদুবু খুরাতোনগী দোরীদগী ঐবুনা য়াম্না হেন্না লুনা তৌবা মাল্লি। হায়গুম্মদনা নুগুণ থাংবগী মতাংদা মানা ঐগী শম কোকখি। নুমিৎ অদু তশেংবদি মা হৌখিবা অহীং অদুদা য়ু য়াম্না হেন্না থক্লগা হাইদুনা লাকপদা ষনগাড়ী অমদা থেংজিল্লুবদগী মকোক্তা শোক্তুনা ডাক্তর অচৌবদা লায়কন্নদুনা লৈবনি। অয়ুক অদুদা ভাব হেক তারকপগা মাইল অহুমগুম্বা (কি:মি: মরীমখায়গুম্বা) চেনচৎ চত্তুনা নংননবা লাকখি। নীংথিনা কোকলম্মী। লোইরগা থোকমিন্নখিবদা থোঙ্গান্দা ব্রাহ্ণরকই হায়দুনা খুরাতোন্না পোদুনা পুশিল্লকখিবনি।

নুমিৎ অদুদগী মা খংশোক শোকচিনখিবগুম তৌবা হৌখি। অদুবু থক-চাবদি হনবা তৌখিদে। অয়ুক নুংথিন্দি সুকশোক শোক্তে অদুগা নুমিদাংদি হেক মমথরকপগী অদুৱাইদগী মৱা অদুম লৌনদ্রে। হেক হেক চৎমিন্নবা খুরাতোনগুম্বনা খাম্বতা থংবনি হায়নৈ। অয়ুক নুংথিনদনা নীংখ্রিবা লাইদি মাগী ময়াইদা পর্দা অমখক্তুনা খায়দোকপা তৃমফম্নে, চাকখুম্নে অদুগা দুকাননে পুনবা কা মচা অদুগী ফক্লাং অকোয়বদা থেৎলিবা লাইয়াম অদুদা ধুপ অমমম লোইনা থাই। গোবিন্দগী মঙ্গলাতীদা হৌগৎলগা তুরেন্দা মশা শেংদোকই, ঈরুজদ্রিবমখৈ হৈ অমা কক চীক্তে। লৈবাকপোকপা খুদিংগী মহাবলীদা হনুমান ঠাকুর খুরম্বা চৎলি। হনুমান চালীসা মকোক্তগী লোইবফাওবা চিনফা পুই ; য়া দেবী সর্বভূতেষু .... অয়াম্বা মতমদা থীবা থেংনৈ। দূর্গা পূজাদা অঙাং ময়াম খোমজিল্লগা মাগী কাখু অদুদা লাই লাৎলি। শমককমন পৈশা অনীদং ব্রাৎকে হায়রুবদা শিংলী-পাপন হৌবমখৈ লাউনবা মানা অঙাংশিংদা বম্বুলা মৈকাপ্পী পায়হল্লিবা থাহল্লিবা অঙকপনি। বলী নুমিত্তা ঙাক্রা পুন পুঙ্ককপা অমা থনকোক তৌনা ককই, অঙাংশিংগা চাক চানৈ। মফমদি অরেপ্পা লৈতে - অঙাং অমগী য়ুম অমদা হেক্তা লেপ্পে। মানা য়ুম্বু অদুম ওইবদৌনা তৌই। য়ুমগী অহল লমনসু- মাই তা-কিম্নো হায়বা অঙাওবসিনা তৌবিসে - হায়বদগী হেন্দে। অঙাং ময়াম খোমজিল্লগা ইহন-হেক হনুরদুনা তেলঙ্গা হেক কোৎথৎনবসিনা মহানি- তুরেন মপান্দা নক্রো চীংঙা অচৌবদা।

নোংমা ঐনা ওফিস কুম্মক্লগা চা থক্তুনা ঙাইহাক পোথাবিঙৈদা খুরাতোন্না

ইচানুপা মশু অদু পম্মদনা চঙলকই ; হাযবৈ -

- মখোয, নঙদি তাবিবোই । (অঙাং ওইরিবগী শম খোই হাযদনা ঐবু মখোয় কৌই) ।

- করিনো খুরাতোন ?

- নঙগী কাকা তা-কিম্নোদু মশা কন্না ঙমদবনি। নঙনা লংফৈ চৎখ্রিনৈদা হৌগৎ-কাঞ্জৎ ঙম্মুদ্রবনি। হৌজিকপুদি খরা ফববনি। তান চাবা অমদা ঙাইহাক চঙদুনা মহৎবিয়ুহৈ। নঙবু শোনবনি।

- ঐদি খঙদবা।

- এ, ম্না নীংথিনা ঙমদবনি, ঐদি চত্ত-চৎখ্রদৌবোই নীংলুরে।

- এ, অদুদি তশেংনা ঙমদবনিদনা। কয়াম কুইরে।

- থামুক খরা কল্লেনি, কুইরে।

- ঐমা ! তাদবা ঐদি। ময়ুমগী মীকাদি লাক-লাক্লুব্রা, পাউ পীবিখ্রবা ?

- কদাযদৈ, ময়ুমকা মীকা অমত্তা লৈত্রবা জাৎনি। মা মথন্তা যুংলিবসিনা পূমলোই লোইরবা জাৎনি । মাগী শাগৈ অসিমা মঙোন্দা অদুম লোইশল্লনি হায়দনা ময়ুম-মকৈ পাল্লু হায়বসু য়াখিদ্রবনি।

- তা-কিম্নোসিবু খুরাতোন করি লম মচানো কদায়দগীনো ঐবু খঙদ্রি।

- ঐসু খঙদে । মপাগী মপুদুগী মপুদুদি বিহারগী করি লমনো অমা হায়রিয়ে, ঐসু অমুক্তা তাদ্রি, মমীংদু পুরানদা কৌনবা মমীংকা মাল্লি, মদুদা লৈরম্মী হায়। মপা পোকপা মপু অদুগী হাক্তক্তা বর্মাদা লৈরুবনি হাযবগুম তৌই। মদুদা লৌ ইঙ্খোল লৈ-খোৎতনা খুন্দা লৈতাদুনা ফনা কুইনা লৈরবা জাৎনি। অদগী ঐখোয়না চৎলূবা লালদো, অনীশুবা লাঞ্জাওদো, মদুগী লোইশিল্লকপগী অদুদা বর্মাদা লৈবা য়াদ্রদুনা চেন্থোবকপা ওইরমাল্লে ! লৈজবা পুম্নমক লোযনা হুন্দোক্লম্মগা সনা-লুপা শেন-নুং খরা যোম্মগা অহিং অমা খঙহৌদনা চেনখ্রো হায়দনা তাল্লকপদুদা হেক্তা চেল্লকপা জাৎনি। মফম মবাং খঙদবা লম্বেলসু নীংথি-নুংঙাইনা লৈতবা চীংলক অদুদা জঙ্গল মরক অদুদা নুমিৎ কয়ানীদো মখোঙনা চৎলকপবু ওম্থোক্লা ব্রাখ্রে'য়ে। মানা তম্বা তাবদা ইমাংদা ফ্রিং-ফ্রিং চোংদুনা শিবা যেংবদা নুংঙাইবা পোকপা ঐখোয় ফাওবা পি তাগে তৌই।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা ঐনা ষ্টেথেস্কোপ থাদুনা তপ্পা চেকশিন্না মচা খায়না

মমুদ তানা য়েংলিঙৈদা ঐনা খঙনীংনা হৌদোকলুবা ৱাফম তা-কিম্নোনা মখা চথরকখি-

- মুন্না, করি হংলুনি ...। ইহে! কাউথোকউরে, ডাক্তর বাবু ঐনা তমগে-

- ডাক্তর নত্তে, মুন্না অদুম হায়য়ু, তা-কিম্নোগীদি হান্নগী মুন্নানি, য়াম থুনা ফরো, ফনবা ঐনা তৌনি, শম মোনবা য়ারক্কদৌরবনি। নচাদবু ডাক্তর কায়না!

সে য়েৎলোমদা চেপ্পু, নখোঙ অসিমা কোনশিল্লু।

পেনজনা থোকলুরমাল্লে তা-কিম্নো চেপ্পগী মহুত্তা ফুক হৌগৎলক্লে, ষ্টেথেস্কোপ মচী অমা পায়রিবা ঐগী খূৎ য়েৎ অদু মখুৎ অনীনা তাপ লৌরগা চেৎনা পায়শিল্লগা মরায়বক্তা থম্মগা হিক্রা হিক্রা কপ্লক্লে। ঙকপা লোইফাত্রিঙৈদা মানা হিক্রবা খোঞ্জেল্লক্তা থোয়রবা মোমোন অমগা লোয়ননা হায়রকখি-

- মুন্না, য়েংদ্রবসু য়ারে। ওক্লে, মৈ চুবিনবা লৈরে, স্বর্গ ফংলনি। হিংদ্রবসু য়ারে। হিংবা হৌনবা হিংলে। ৱাগদবা ৱারুরে। নুংঙাইবা য়াবসু নুংঙাইরে ঙসিনা অমুক্কা পূর্ণানন্দ ওইরে। শ্মসানগীদমক খোঙশানবা য়ারে। চৎনীংলে মুন্না।

- চৎপা য়াদ্রিনে কাকা, কুইনা লৈখিনি, নঙগী ৱারী তাখিনি ঐখোয়গী খুরাতোন্দি নঙগী ৱারী তাবদা কপ্পী হায়।

নোংমা মানা হিদাক-লাংথক চারবা, থক্লবা, কাপ্লবা মতুংদা মশা খজিক হঙ্গৎলক্লবা মতাংদা তমথরকখি-

- "নুমিত্তো অহীংনি মুন্না। ঐ চাউরাক্লা চহী৫/৬/৭ কুম্বা সুরম্বা য়ারে। ইমানা য়াম্না ফিংনা হৌদোরকখি - কৃষ্ণচান্দ, কৃষ্ণ, কৃষ্ণ। ঐ অফীং অফাই ওইনা ফুক হৌগৎলি। করিনো হংগে খল্লকপগী অদুদা নক্লপ্পা বোম মথং মথং পোকখায়খিবগী মখোল তারকই। ইনাওনুপা পম্মগা লেপ্পিবা ইমাদা চেজেৎ কোনশিল্লি। নীকপা মাল্লবা য়ুমগী থোঙজাওদু খংহাং হাংদোক্লগা বাবা চেনশিল্লকই; হায়রৈ-

- থুরো থুরো চৎসি, ঐখোয়দা ঙাইহৌরে। ইমাসু বাবাসু পোৎয়োম মচা অমমম অনীনী তাপ-তাপ পায়খৎলি। ঐঙোন্দা পাইতু মচা অমা য়ানশিনবী। বাবানা ঐগী খুদাং পায়রগা মাঙদা চেনচৎ তুংদনা চহী অহুম্মুক সুরকপদা ঙাইরিবা ইনাও অদু পম্মগা নোমজেন।

বাবা কদায়দনো ?

- অরে চুপ !

"ফনা কুইনা চেনচৎ চৎলবা মতুংদা অসুকপা জঙ্গল থেংনরে। লম্বেল মাঙখ্রে।

বাবা চৎলম্বদগী চপ লেপ্পি অকোয়বদা কোয়েং য়েংই। উতোন ব্রাতোন্দা হাইরপ য়েংলম্মগা ঐখোয অহূম্বু ফম্মু হায়রম্মগা ফৈজোম ফিবৈদগী চে মচেৎ অমা থাঙ্গৎ থাঙ্গৎতুনা য়েংলগা চৎখি। ঙাইহাক লৈরগা হোবে-হোবে চেল্লকই চৎলসি হায়দনা ঐখোয়বু চিংখৎলৈ । ঐদি উইরুরবনি। ঙাউফিং ঙাউফিং হৌগত্তুনা চেল্লি। চৎলিঙৈদা লাপ্লপ্পা নোংথক্তা ঙৌরোক ঙৌবা মৈবুল অমা ফম্না ব্রাংনা পাইখৎলক্লগা কায়রগা মরীক মচা মচা কয়া তপ্লপ্পা তারকখি। ইমাগা ঐগদি পুংপা পাখৎলুরে। বাবানা চে মচেৎ অদু ফাক্তুনা য়েংহৌরগা কৈসু তৌরোই পাখৎকনু হায়রকই। চেনচৎ অমুক চৎলি।

"মুন্না নুমিত্তুদা ঐনা ব্রাবসি করি হায়রুনি। ঈংথরক্লবা মতমগী জঙ্গল মনুং অদুদা হূমাংনা পুঙলুপ। ঐনা পাযবা ইমাগী ফীজীগী শরুক অদু পুমচোৎ চোৎলে। খোঙ থাংবা থোকচিল্লক্তরে। হৌজিক্তা খল্লকপনি ইমাদো য়াম্না ব্রারমগনি। ঐদি অয়ুক নুংথিল চুপ্পা চেন্দুনা চোংদুনা শান্নবা হৈনবনি, ইমাদি থাপ্পা অমুক্তা লেপ্তুনা চৎচদবীনি ! অদুগীসু মথক্তা অঙাং অমা মথাদা পোৎয়োম অনী নাকন্দা। খল্লুবদা মুন্না, তু-চুংবনি।

"নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌরকপগী অদুদা মীয়াম মরী মরী চৎনবা চীং-লম্বেল অমা থেংনরে ! বাবানা-'সি ফংলবদি তপ্লি-তপ্লি মতম খরা চৎপসু ময়ারে -হেক হায়বকপদা ইমাদো মফম চায়-চাদে থোইদোক্লা য়েংলমদরে অঙাংনে পোৎয়োম্নে অদুম ফমথখবে। ঐসু ইমাগা পোৎয়োমগগী কারক্তা অদুম ঙাথরে। মদুদা নুংঙাইবসিদি, মুন্না।

"ঐনা মীকপ থোরকপদা নুমিৎ য়াম্না কারম্মে। ইনাও অদু ঐগী নাকন্দা তুমলম্মী। বাবাগা ইমাগা লৈবা উদে। য়েংথোকখিবদা লাপ্লপ্পা নুঙজাও অমগী মনাক্তা মৈ হৌগত্তুনা কবিনো খরা থোংদুনা লৈবা উই। নাক য়েত্তসু মী খরসু থোংবা থাকপা, লৌবা ঙৌবা তৌনবা উই ! চাক চাবিঙৈদা ঐনা হংলুই -

- বাবা ঐখোয়না চৎলিবসি কদায়দনো ?

- তুম্মিন লৈয়ুনে নঙবো ! চত্তবা য়াদদনা চৎলিবনিনে।

"অমুক ময়াম চৎনরিবা অদুমনা চৎপা হৌরে ! চীংলম্বেননি ঙম-না শিক-শিক্তুনা কাবসু য়াওই, য়াম্না লুথনা উরী-ব্রারি পায়দুনা কুমথবসু য়াওই, লৈতেম মান্নবদা চুম্না চৎপদি পঙয়াম য়ামদে ; থেকখিবসিনা ঙাপ্রুম থুপলেঙনি পূরা ! নুংশা যক ঙাইগৎলকখিবা খঙহৌদে উবক-ব্রাবক অদুদা ফাওবা অশাবা নুংশিৎ কন্না কন্না তোযনা শীৎলকই, কদোমদগীনো খঙদে উফুল ঈবোয়নবকপসু য়াওবকই। ব্রাদ ব্রাবক্লবা কান্দা বাবানা ঐবু পোখিবসু যাওই ইনাও পম্বিদুনা ইমাবু ঙাইহাক ব্রাইশংনা

চৎহনবসু য়াওই। খোঙ থাংবা থোক্লক্ত্রুবা মতাংদা মতাং চাবা মতাই অমদা পোখ্খাই। ফনা কুইনা পোখ্খাবনি। অহিংদদি মযাম পুন্না পোখানরম্বা থেন অমদা থোং থাক্তনা মথেন ফনা য়াম্না ফানা পোখ্খাই। অযুক নুংথিন্দতা চৎলে। অহিং অনী নুংথিল অনী সুরকপগী অদুদদি ঐদি ফনবু নুংঙাইরক্লে ! সুম চৎলম্বদগী মাঙদা শর চেনখ ৎলুই, ওয়রোমগী থোইনা ঙমদবা চীংচেপ অদোমদসু লাপ্লপ হাইগৎলুই ! চৎনা চৎনা ইমানা শেগা ওস্থদুনা পোবোই, পম্বোই তৌদুনা পুরিবা ইনাও মুন্নাদা লক্লরুবসু য়াওই ! মাগী মমীং মুন্না কৌবা নত্তে ইমানা কৌবিবনি।

"নোংমদি কমদৌগেবু মুন্না, ঐখোয়না থেন অমদা পোখানবা শেম শারিঙৈদা মী তরা-কুনমুক্লা মৈঙান অহুম মরী মবক্তা ৱাগা উগনা শাবা দোলাই অনীখক্তা য়া-য়া লাংদুনা পুরক্লগা পোখারে। দোলাইদগী নুপা অমগা নুপী অমগা কুমথরকই। নোংয়াই ইতু ফাওবা চাদনা থক্তনা য়া-য়া তৌরম্মগা অহিংদা অদুম অমুক পুদুনা য়া-য়া চৎখরে। ঐদি পোৎলোইবা পুরিবোই নীংলরে ! ঐনা বাবাদা হংখি-

- বাবা কৈনো হুজিক্কীদো ? অশিবরো ?

'তুমিন লৈয়ু !' তারোইদবগী ঐ ফৈজুপ মচাদু চিংখৎলবনি। অদুবু বাবানা কোক্তা তপ্পা নানবিরগা হায়রকখি -

- মখোয়সু ঐখোয়দৌনা চৎলিবনি, মরল-মথুম য়াম্না পায়বা জাৎনি। নঙনা পায়বা পাইতুদুনা মোন খাঙলিকো ?

- খাঙঙি

- ফরে তুম্মো, হয়েংদি খরা ঙন্না চৎসি, য়ৌদৌরে হায়নৈ।

"হংনীংবনি, কদায়দা ? অদুম হংঙুদরে। হুম্নিসুবগী অযুক অদু ঐখোয় খরা ঙন্না খোঙশানবনি। ঐখোয়না ইহান হানবোই নীংবনি ময়াম মরী মরী অদুম চৎনরম্মে ! খরা চৎলগা লোকচপ অমা লানবগী অদুদা মী খরনা করিনো অমা কন্না য়েংনরম্মী ! বাবা ইবানীসু পোখাবা ওইনা চৎখিদুনা য়েংলুই। লোকচপ তম্না হাইথখিবা অঙম্বা চীংচেপ অমদা তেক্লবা দোলাই অমগা মপোপ ঈকায় কায়দবা অমগা ফৈনা য়ুংনা তাদুনা লৈরম্মী, মী অনীখক অমনা, অমনা উ অমদা অমনা নুংজাও অমদা পন্দুনা লৈবা উই। ঙকপদা খম থেংত্রবনি ঐ, হংলুই

- ঙরাংগীদুরা বাবা ?

নত্তমাল্লে, অনীমক নুপা ঙাক্তনি।

- কৈদৌরবনো ?

- খঙদে লাকও চৎসি।

"মদুগী নুংদাং অদুদা তাবা নোংসি মুন্না, অঙকপনি। চাক থোংগে হোৎনরকপদগী অদুদা হৈথবা নোং অসি মফম মরাং খঙবা পোৎ নত্তে। উখা ব্রাখাদা চেনশিন্নে। য়াবা নত্তে। ইমানা চাক থোংবা হৌরুরবনি। বাবা ইবানিনা ফি অমা তিংথোক্তুনা পেত্তক তৌবা ফাওবদদি য়াব্রা য়েংসি হায়দনা লাক্লবনি। য়াখিদে ; চাককী থাজবা থাদোক্তুনা বাবানা ঐখোয় অহুম চোত্তনবনি হায়দনা উ অমদা উপ্লা কোন্দুনা ঙাথরগা ফি অম'নীনা খল্লি। ইমানা মুন্নাগা ঐগবু কোনশিল্লি। মুন্নাদং খরা ফৈ ঐখোয় অহুমদি পূংলূপনি- অহিং নোংশোয়বা। নোংঙাল্লগসু ফনা কুইনা তাদ্না লৈখি। ছাটিন লোয়নরকপা মী অনী-অহুমখক নত্তনা থেন অদুদা লৈবা পূম্নমক লূপ্লবনি। অয়ুক থেঙজিল্লক্লবা মতাংদা খর-খরা পাথরকখি। পুঙলেপ হেক লেপ্লদি নুংথিন্দনি। মী খরদং নত্তনা অতৈদুদি চৎনদে, ফিরোল শন্দোক-খোত্তোক্তুনা লৈনৈ। বাবাদু শীং অকংবা খবদংদা ওইরবসু থিরুনি হায়দনা চৎখি। ফনা কুইরবা ফাওবা হল্লক্তে। মবুক লাম্মবা মুন্নানা কন্না কপশিল্লক্লবদা ঙরাং থাঙ্গৎপা হৌরুরবা পাত্র মচাদু পুরগা ইমানা লাপ্লপ্লা মৈ হৌরিবা মীওই খরদুগী মনাক্তা অমুক্তা শৌহল্লুগে হায়দনা চৎখি। তন্না চেল্লকই ! পাখৎনা হায়রৈ-

- বাবা লাক্লব্রা চৎসি

- কৈদৌরে ?

- অঙাং অনী সুহৌরে পুকচত্তুনা শিরিবা। অস্বায় ফাওদং চৎলগা য়েংউচো, ঐ পোৎ লোইশিল্লম্মগে চৎসি।

করিনো করিগীনো হায়বা ঐ মুন্না খঙখিদে। খুদক্তা অঙাং অনীদুগা শিরকপা অহল অনী অমগা মরী শুরে হায়না তারকখি। বাবাসু থিবা খঙদে। নুংশাদি ফজনা শাদোরক্লে। কোয়চৎ চত্তুনা কৌই ; খুল্লক্তে ! ইমাদা অমুক তাকলুই। মী অয়াম্বা ইচৎ চৎনরম্মে। ইমাগা ইবানি খন্নখি-

কৃষ্ণ নঙ মুন্নাসি মখূৎ শমদুনা তপ্লা খর-খরা চৎলমগেরা ? ঐ বাবা অস্বায়ফাও য়েংঙক্লে। অস্বায়দা লৈবদি সুকয়া য়াদ্রে।

- ঐদি মুন্না পুবদি ঙম্মোই, ঐ থিরক্লে নঙ চৎলম্মো, ঐখোয় তানখৎলক্লে।

"পোৎয়োম ময়ামদু পুরগা ইমা খর-খরা চৎপা হৌগ্রে। য়েংথোকখিবদা মী খরনা অশিবশিংদু ফুম্নবা হোৎনবা উই। মুন্নাদু মবুক লামদুনা য়াম্না কপখি ; কপ্লা-কপ্লা চৎখি। চেঙগা আলু অখায়বা খবগা য়াওবা পাত্র মচা অদু উখোঙ ময়াদা চেপ্লা তুদুনা লৈহৌই ; ঐ ঙাইহাক য়েংলুই। চৎখিবা ইমাহোয়রোমদা অমুক্তং য়েলুরগা বাবা থিবা চৎখি। খরা অমুক্কা কুমথদুনা কৌরুই। খোঙ্থাংদমক য়ৈরকখি। খুম্নলকখিদে।

খরা মখাদা ঈশিং ঈফুৎ অমগী মনাক্তা ফি খরা লৈবা উই। য়েংগে হায়দুনা কুথরকই। খরা কুমথরকপগী অদুদা মী অশিবা অনীখক হৃয়িং ৱা-ৱা ইন্দুনা তারম্বা থেংনবদগী কিদুনা চেনখৎলকখি। হান্নগী মফমদুদা অমুক লাকখি মী লৈনরমদরে। অমুক অনীরক লৈ-লৈদুনা কৌদুনা য়েংলম্মগা চৎনখিবা অদোমদা চৎপা হৌরে।

"ওহ্নোকপা হায়বদুনি মুন্না ওহ্নোকপা ! বাবা অদুম থিবা খঙখিদরে। অদুম উন্নখিদরে- ঙসি ফাওবা উন্নদরি ; উনদি উন্ননীংলি ; য়ামদ্রবদা অমুক্তংদি উন্ননীংবনি মখোয় লোইনমক। ইমাগা মুন্নাগা কন্না তানখৎলি ; ফনা লাপ্পা চৎলবা ফাওবা ফংদে। মরক্তুদা নোং অমুক চুরকখি ; কনবদি নত্তে। উখা অমদা ঙাইহাক থুপ্লুই। নমথীবা মনম নম্মী হায়দনা য়েংথোকখিবদা মী অহুম-মরী ফৈনা য়ুংনা তাদুনা লৈবা উরুই। অদুম অমুক তানখৎকে খন্দুনা খংচেন চেনবদা নুঙ অমদা খুদি থীদুনা তুশিল্লি। য়াল্লিবা পাইতু অদুদা নন্দুনা তুশিনবদা য়াওরিবা পোৎ অদুনা থবাক্তা য়ূরকপগুম তৌই। করি পোৎ ওইরিদৌনো য়েংদুম য়েংগে খন্দুনা তাল্লক্তুদা থোক্তুনা য়েংলুই। ইমানা মরক মরক্তা কুম্মৈ-ফিয়োংদা হেক-হেক শিবা সনাগী লীক-কোন, খুজী-নুংজী ওইরম্মী। মী কোয়রুক-কোয়রুক য়েংলগা শৎ নমশিল্লগা থোক য়ানশিল্লি। ফুক হৌগত্তুনা অমুক চেনখৎলি।

"ঙাইহাক চেনখৎপদা চৎলম্মীবা মী খরদু থেংনৈ। ঐখোয়গা নক্লনা পোত্থাম্নিবা নুপা অদুদা হংলুই-

- অঙাং অমা পম্বা পোৎয়োম অমা য়ানবা নুপীদো উব্রা ?

- নমাদুরো ? মাদি অঙাং খোম পীথক্তৌগী ফমহৌবনি।

- কদায়ৱাইদা ? ঐদি থেংনরক্তুনা !

নঙনা 'সুম লাকপদা উ অচৌবা অমা তুবা থেংনরম্ব্রা, মরাগা মরুগদমক উবা মশাদি উদবদো ?

- ও, ও, পোখোম থোকপা মফমদো ?

- অ, অদুৱাইদা। অদুৱাইদা হাইজিলহৌবনি। কৌদুনা য়েংউ। হাই, থুনা লাকউহে গাড়ী ময়াম লৈরে হায়বনি ঐখোয়বু পু-নবা।

"হন্দুনা চেল্লি। য়ৌনীংবনা হেনখিবনি ; উপথু-উপথুননা থেম্থাঙ অনীরক্লি তুখিবা। য়ৌফৎত্রিঙৈদগী কৌই - ইমা, ইমা..., মু-ন-না। মাইগৈ ওন-ওন্দুনা কৌবনি। খুন্নক্তে। খর-খরা চৎশিল্লগা য়েংখি কৌখি থিখি। কৌরুই অমুকসু - বাবা ! বা-বা। ইমা - ! অমত্তা খুন্নক্তে। খোম্থাং ফাওবা য়ৈরকখিদরে ! ওহ্নোক্লা হরাওনা, ককখায়রবা খুরাইদগী চেম্থরকপা ঈ ফাওবা

তৈথোকপা নংদনা চেল্লকপনি। নীংবা কায়রক্লে, কৌবা ঙমশিল্লক্তরে হৌনা হৌনা কপ্লিংলক্লে ; কপ্পসু হৌরুরে।

"ঈশ্বর লৈতবকাদি নত্তেকো মুন্না, ঈশ্বর লৈবনি। লৈবা জাৎনিকো ! মতাং অদুদা নক্লপ তৌবা মফম অদুব্রাইদগী নুংশিবা খোঞ্জেল অমা তারকখি - দা - । ঐ মীৎ-না খংশিং শিংই। ফমথগে তৌরম্বদগী শৎ তিংখৎলি। কৌই-মু-ন-না। খুম্বদৌনা তারকখি -দা ! মান্নি মুন্নানি ; মুন্নাগী মখোন্নি। ঐনা লক্লবা ইমানা কৌবা মতাংদা মানা হেক-হেক ঙাংবনি -দা, দাদা ; দা-। অমুক্কা কৌখি ; অমুক্কসু কৌখি। খুমদি খুম্লকখিদরে অদুবু শ্রোৎ-শ্রোৎ লাউবগী অখন্নবা মখোল অমা জঙ্গলগী উনা-ব্রানা মরক অদুদা তারকখি। মায়গৈ অদোমদা খজিক কুমথরগা য়েংলুই। লৈরম্মে ! উরে। মখোয় অনী লৈরে। পঙথাপ থাপ্পা নত্তে ; অমুক্তং চোংথবদা য়ৌবা জাৎনি চোংথবসু য়াবা জাৎনি উজাউ অকংবা অমদগী লৈতেম মান্নবা লৈমায় অমদনি। ইমানা পোৎয়োম অনীগী মোন্না কুত্তক তৌবা মফমদুদা হিপ্প-মরক ফম্ব-মরক অনীগী ঙাইহাক শাংদোকপা মওংদা ঙাথরি। মুন্নানা ফি তত্থায় তাখৎলবা ইমাগী খোল্লাং নামদা মমায়না সুরু-সুরু নৈদুনা থক্লি নাম্মদনা মখূৎ নাম্ম থল্লি। নুংশা ফজনা ফংবা মফম্নি ; অচোৎপা মরক্তা নুংঙাইনা, মনীং তম্মা শান্ন-শান্ননা থকচরি নত্রগনা থক্ল-থক্লা শান্নজরি। জগৎ পূম্নমক কাউথোক্লগা ঙাইহাক য়েংদুনা নুংঙাইরুরে -নুংঙাইখি মুন্না নুংঙাইখি । পি অতৎপা লৈতনা শিম্বুবা মখৈ নুংঙাইখি। কুইবদি নত্তে।

"খংনীং নীংশিংলকপদৌনা তৌরক্তুনা চোংশিল্লগে তৌরকপগী অদুদা কনানো অমনা ইশাগন অনী তাপ পায়দুনা খাম্মগা চিংলকখি। হন্না য়েংখৎখিবদা খাং তুপী উপ্পা মচীন ফি অঙৌবনা য়েৎশিন কুপশিনবা মীওই অনীখক লেপ্তুনা লৈরকম্মী। খংপা পাখৎলি। খংচোং চোংথবা ওইনা হুল্লি। মখোয় অনীনা খংফা ফাদুনা খংয়ান য়াল্লি। ঐ মরক্তা ঙাইহাক ফ্রং ফ্রং কাওদুনা লৈখি। কৌরুই -ইমা, মুন্না ! মুন-না। ইমা- ? মুন-না !

"খুম্লকখিদে, হঙ্গৎনা ফাওবা য়েংখৎলকখিদে। মখূৎ নাম্মনা মকোক ময়াগী পোৎয়োম মথক্তা নাম্মা অমনা মুন্নাগী পুঙলুপ লুপ্পা চোৎহৌরবা মখ্বাং মপাদা থমদুনা লৈহৌই। ঐবুনা মখোয় অনীনা শ্রো-শ্রো লাক্তুনা চিংদুনা পুখি। চিং-চিংদুনা হৌনা কৌখি ঐনা -ইমা ! মুন-না মুন-না !"

ব্রারী লীনা লীনা ব্রারীগী ব্রাংমদা অশেংবা পুন্সী হকথেংনরুরবা তাকিন্নোনা হৌরপ কৌরকই -মু-ন-না ! থেঙমল্লদনা ঐবু লৌবা লাকপা মরক্কী ব্রারীদগী

নুংঙাইনা তাবা অদুম য়াওশিল্লরবা খুবাতোন ইবানি মীৎ-না খংশিং শিংবদৌনা য়েংনৈ। তাকিস্লো ঐখোয়দা য়েংলগা পিবাং মরক্তা মোমোন তৌরকই · মোমোন তৌদুনা লৈহৌই।

হনমিন্নরকপা মতাংদা খুরাতোন্না, ব্রারী অমা অমা শারুরবা মতুংদা হংলকপদা ঐনা হায়খি-

- মাগীসি খুরাতোন কান্নররোই, য়াররোই। লোইরে ; চাউখাও য়াদ্রে, লিবর লোইশিল্লে ; কিদনী য়ারম্মরোই। লায়নাসু অরু-অরুবসি অম'নীদা নত্রে।

- অদু মখোয়, আদা কদায়দনো অমা পুদনা য়েংহল্লসিরো ?

- পৈশা তিং তোক্লবনি খুরাতোন। মতম খরা লৈর্বসি খরা নুংঙাইনা মথব্রায় নুংঙাইনা লৈবা য়ানবা তৌবিবা য়াব্রা য়েংবনা ফরনি।

- পৈশাবুদি মাগী ঐঙোন্দা থম্মীয়ে। কুইরে মানা থা খুদাংগী মাগী কর্ম-নুংমগীনি হায়দনা থম্মকইবসি। বেঙ্কতা থম্বীরি ! ফনা য়াম্মৈনি লীশীং কুন-খুম্ব্রামুক সুরম্মনি ; ঐ পুবিরুগে। নহোয়না ইথোক-ইশিন তৌরগা য়াম্না ফবা অমদা পুর্কসিরা হায়বা ?

- খুরাতোন, তোক্লসিদা। অদুগী শরুক্তা মফম চাবা মতা চাবা অমদা মাগী মমীংদা দান তৌবিবা অমা নত্রগনা হয়েংব্রাই মতাং লাক্লবা কান্দা মখোয় মরীমক্কী শোরাৎ শোনবিবা অমা ; মসোমদা খন্নবনা ফদৌবা মাল্লে খুরাতোন। চহীবু ঐখোয়গী লৈবাক্কী ওইনদি ওখাক যার্মশিল্লক্লে । য়াম-য়ামগা ব্রাবা ব্রানবা অসুম হেনগৎলক্কদবর্দনি। অদুদগী অমুকসু মাগীনি হায়দনা চপ হেক লোম্লিগদবসু লৈরকলোইদবা। অশেংবা মচা অমত্তং লৈজরবদি ফগদৌবা !

মথংগী নুমিত্তা, লায়েংশঙদগী চাক চাবা হল্লকপদা ঐখোয় বোই মমানা তাক্লকই - য়েংউ, মহোয় তা-কিস্লোদো লৈত্রেদো। খল্লুই · অদুক থুগনি হায়বদি ঐসু থজদর্বা। ।। খল্লুই -চৎখিবনসু ফরেদা।

- দীনমণি

# য়েক্লবা

হুন্দক মঙানি তরানি থামুকসি লৈবাক্কী মন্ত্রী কাঙলুপতা ফোংনা মনা মনিনদি নাইদবা অদুগা ময়াকতি য়াম্না কনবা ঈপোম অমা হৌই। ষ্টেটকী পব্লিক সার্ভিস কম্মিশনগী চিয়ারমেন অমা হাপ্পনবগী মতাংগীনি। হান্নগী চিয়ারমেনদু পোত্থাখিবা কূইরে। মকা যাম্নমক ফোংনা মনিন নাইবদি নত্তে। অদুমকপু লৈবাক্কী মরূ-মরূওইবা লৈঙাক থৌবম পাযবা অমদি য়াৎপশিংদি মমীৎ মনা য়াম্না শিংনবকপা তানফমনি। রাজনীতি দল পুম্নমককী খ্বায়দগী ৱাংবা-ৱাংবা থৌশিল শুবশিংগী অখন অখন্নবা মেম্বরশিংগী অরোন-অরোনবা মীফম য়াম্না তোয়না ফম্নবা মতাংনি। হেন্না মায়পুননা য়াম্না ঈংথনা কোক শানরিবদি লৈঙাক পায়রিবা দলগী মরুওইবা মন্ত্রীশিংনি। দলগী ওইবা লাইখায় অমা লৈবা তারবসু থৌরম অচৌবা পায়বা মন্ত্রীশিং পুম্নমক্কী নত্রবসু খরগীদি মাগী মাগী মী অমমম নত্রগা খবা খরা লৈনবা অশেংবনি। হৈকৎ লৈকৎনা লায়চূরবা লম ফনমক ওইদুনসু পৈশানা ঙাক্তা যারক্তবা মতাংসু মরাকই। মীয়ামগী ৱাখল, মত অমদি লাইখায়গী চাউরবা মফম লৈরকই। মীখল কুম্মৈদদসু নত্তনা অরুবা মতাং কয়াদা মীয়ামগী শকপান্দবা ভোৎকী মমল লৈরকই ; নৎত্রগা থস্মকই। গনতন্ত্র চৎনবা লৈবাক মাল্লকই। লম অসগী ইন্টেলিজেন্সগী লোয়শঙ থবক য়াম্না চিল্লকই। অরোনবনি।

কোক য়াম্নমক কন্না শারিবসি মন্ত্রী মকোক নোংথাং লৈমনি। মতম খরা ঐদি য়াওজবরোই হায়দনা ঈংনা লৈজরুরবনি। লোন্না অমদি ফোংনা খনগদবা কমিটিনা থোকপা তৌবিবো হায়না শিন্নখ্রবনি। খ্বায়দগী লোনবা থাক্কী পাউতাক পীগদবা কমিটি মচা অদুদসু মা মশা য়াওরোই হায়দনা য়াওখিদ্রবনি। হীরম অসিদা পকশিল্লুবা পামদ্রবনি। মবম লৈ -

লৈবাক অসিগী থবকতগী পোত্থাববা, পোত্থাগদৌববা লোযননা মতম ফনা

থবক য়ঙ-য়ঙ তৌরিবা পুকচেল চেৎপা অমদি শেংবা, ময়ামনা খঙনরবা মীওই তরামঙাগী মিং পরেং অমদগী মথং মথং থেঙখাঙ নাইনা খনগৎলকপনা হৌজিক মীওই অনীদা মঙাইরে। বিগ্রেডিয়ার অঙৌ অমদি ডাক্তর পাঙ্গনবা অনী অসিনি হৌজিক অরোইবা থাক অসিদা লৈরিবা মীরেপ। মশা মশাদি খঙজবা নৎত্রি।

অনীমক পুকচেল শেংনা থবক তৌবদা নিয়ম নাইবদা লোয়ননা অচুম্বা অশেংবা পাম্বদা ময়ামনা চপ চানা খঙনবনি। ব্রিগে. অঙৌ মপাঙ্গল মথৌনা মরৌশিংনা থাক অসি য়ৌবা লম অসিগী অহানবা লাম্মী ওফিসারনি। শা চাদে য়ু থক্তে ময়ামনা ঙক্লরিবনি। ঙাদং পামনা চাজরম্বনি। মাগী নুপীগী মৌপুৱা অমগী মচাগী ফম অমা কাবগী মতাংদা মনেমতোন্না ঙা অচৌবা অমা পুরকপদগী ঙাসু অদুম হেনখ্রবনি। হায়জ-চৎচ, ৱানোম খোৎনোম খজিক হৈরম্মবদি, হায়নবদা নত্তে মাসু খঙই, থবক্তগী পোখারমদাইদা জেনরেলগী পনখৈ মনুংদা শোয়দনমক চঙলম্মগনি। মন্ত্রীশিং য়াওনা ফম অচৌবা পায়বা কাঙবু খরদি হৌজিক ফাওবা তকশী শোনবা তোক্তি। ব্রিগ্রে. অঙৌ থোইনা নাচুংদে। মানা লৈরিবদুদা পেঞ্জনা লৈ। মানা তৌগদবু অকি-অখংদি লায়রদনা চিংনবা খজিক্তা ফাওবা থমদনা অদুম্মক তৌদুনা লৈ। খরদি মাবু শীংদুনা লৈরম্বা য়াই। মিনুংশি খঙবা মীনি। ওইজবা থিদে অহোয়নদুম থাদোকপা মতাংগী মশীং য়াম্না কৃংনা লৈ। অচান-মীরায় মীচম-মীখায় হায়বা ৱাহৈশিং অসিগী অর্থ মাগী ৱাহৈ পুক্কৈদা লৈতবদৌনা তৌই। মথৱায় পাম্মুদবদদি লৈবাক অসিগী লাম্মীদা লাম্মীনি। মীনা হঙ্গোয়নবা নুপানি।

ডাক্তর পাঙ্গনবা কাচিন খুদিংমক্তগী খত্তুনা য়েংবদা তাদবা মীওইনি। ডাক্তর অমা ওইনা থবক তৌরিঙৈদা তোলোপতগী হেন্না লৌখিদবনি। য়ুমগী নুপী অঙাংনা শাউবা মীওইনি। অশংবা মতাংদা য়ুমদা লায়েংনবা লাকখিবা মীওইশিংদগী পৈশা লৌখিদে। নিয়ম শেম্বদা মা মশা য়াওখি। য়ারিবমখৈ য়ুমদা লায়েংদে। চিরবা মতাংদতা য়েংই। তঙায়ফদবা মতাংদদি অনাবগী ময়ুমদা কৌররবদা চৎলি। পৈশা লৌদে। লৌদবা য়াদদনা লৌবা তারবসু শেনফম অদু ইনকম টেক্সকী রিটর্ন পীবদা চাগাগী কলমদা ময়েক শেংনা হাপ্পা মীওইনি। থবক তৌবা নৌরিঙৈদা মথকথোংবা মমান্নবশিংনা লক্লখিবনি। অপঙ তাখিবসু হৌজ থেংখাঙনি। অদুবু ডাক্তর পাঙ্গনবা চাউথোকচবা ঙমলি।

নোংথাংলৈমগী ৱাখনদা অনী অসি চপ মান্নে। লৈবাক্লা পাম্নবা পাম্নগদবা মীওইনি অনীমক। অনীগী মনুংদা অমবু হাপ্পদা পুম্নমক্লা পেনগনি। পুম্নমক্লা য়ানগনি। ৱাফম অসি সরকারশিং খঙই। লৈবাক্কী সরকারশিং লান্না খঙনবা

মীওই অনীনি। হায়ফম থোকপা ঙাংফম থোকপা অমদি ইফম থোকপা-থোকপা মতাং-মতাংদা ফোঙদোকখ্রবনি- "অনীমক চপ মান্নে। অমদা হেক্তা ফম অসি পীবিবা য়াই।"

লুশিল্লক্লিবদি অনীমক খনবদি য়াদবনিনা অনীগী মনুংদা অমত্তং খল্লক্লবা থৌদাং অসি নোংথাং লৈমদা চাদা ৯৮ শিন্নরকলে। খ্বায়দগী ৱাংবা অরোনবা থাককী মফমদগী লাকপা ৱাফম্নি। ৱাদবু চম্নগী ওইহনবা পান্বা মী অমা খন্ননবা হায়রকউ হায়জবদনি ময়েক্কীদি মাগী অসিনা অরোইবা পল্লেপফম ওইগদৌরিবনি। হায়নদবগী ৱাদনি মা মশাসু খঙই অদুগা থৌগায় পুবশিংসু অদুম মখঙই।

মীওই অনীমক মানা মুন্না মশক খঙই। অনীমক মানা চপ মান্ননা ইকাইখুম্নবা লোয়ননা হঙ্গোইজবা মীনি। অনীমক মপাগুম্বনি। ডাক্তর পাঙ্গনবদি মপাগা তিন্নরিবা মীনি। মানা পাবুঙ হায়না কৌজবনি। লুরবা মতাং খরদা মঙোন্দগী পাউতাক লৌখিবা য়াওরবনি। মীখলগী মতমদা মশক অমা থোক্লা তেংবাংখিবা অহলনি। ব্রিগ্রে. অঙৌসু মাগী ৱাতানফম ওইনা লৈবা মীশকনি।

লোয়শঙ ময়ামগী ফাইল মপৈ মপৈদগী শৎহৌবা অশংবা মতাং পূম্নমক্তা নোংথাংলৈমনা মীওই অনীগী মরমদা খনবা হৌখিবা মরি-মঙানি শুরে। লনাইতগী ওইবা মতমদসু ৱাফম অসি খন্দুনতা লৈরকলবনি। অমা হেক্তা য়ারে হায়দুনা খংয়াং য়াংলুরবনি। অদুবু খংলুম অমুক লুমথরকপসিদা পোৎলূম অমা ওইনা থোকলরবনি। হয়েং অসি অরোইবা তারিকনি! পীরকপা নত্তে মা মশামকনা তাং ১৫ অসিদা অয়ুক পুং ৭ ফাওবগী মনুংদা শোয়দনমক মিং অমা পীরক্লগে হায়খিবনি- ব্রিগ্রে. অঙৌ নৎত্রগা ডাক্তর পাঙ্গনবা।

অহীং অদু থেঙলে অঙনবা অয়ুক ওইশিল্লক্কদৌরে। হৌগৎলগা মাগী অরোনবা কাদা ফম্মি। মমায়-মমীৎ তাথোকলুরগা চা অমা থক্লা থক্লা টেলিফোন মনাক্তা ফম্মি। লৈখায় হেক তাবগা ট্রঙ্কোল তৌদৌরিবনি ; ৱারী শাগদৌরিবনি। অরোইবা ওইনা খল্লি-

ডাক্তর পাঙ্গনবা ? ব্রিগেডিয়ার অঙৌ ?

ঙসাই নুংদাং অথেংবদা মপানা তপ্পা হায়রম্বা নৎত্রগসু পীরম্বা পোত্থি অদু নীংশিংলকই -

"য়াম্নমক লুথনসু খম্ব্রুনুদা বেম, অমা শৎ হেক্তা তৌখ্রো। চপ মান্নবনি। নঙনা পাম্বা অমা হেক্তা য়ারে। অমরোমদা য়েংলবদি চিরবা কান্দা নতেং পাংখিবসু মনীংশিংঙু। লৈঙাক পোরমদদি ঐগী মীগী হায়বা ৱাফমসু খন্দবা য়াদবনি। মদুদা কুইনা নকোক শারুবা হৌনদেদা।"

মপাগী ৱাদু লৌশিংগী ৱানি। লৌশিনবা য়াবা, য়াবদা নত্তে লৌবমক তাবা ৱাফর্মনি হায়না খল্লি। মপানা তৌরাম্মবা ইঙ্গিৎ অদুসু নোংথাং খঙই মপাবুঙ ডাক্তরগী ৱানি। খম্বদবা ঙমদে। নীংশিংদবসু ঙমদে।

নোংথাং লৈমা লাইরিক পঙফ ফনা হৌরকখিবা নুপীমচা নত্তে। ময়াই ওইনা লৈবা মহৈরোয়নি। ডাক্তর তমগে হায়বদি খনবা কুইরবনি। মপাদি পঙয়া য়াদে, মমানদি কন্না ইনশিল্লি। তমগদবা মী খনবগী চাংয়েং য়াওরে হাইদোরকপদা য়াওবক্তে। মনুংদা কোইহং হংনবদা য়াম্না ফত্তবমক্তি নত্তে, ৱেটিং লিষ্টতা অনীশুবদা লৈরে হায়বা খঙলে। মী ২৫ খনবগী মনুংদা মপান্দা লাপ্না তম্মুগদবা নুপামচা অমদি মিং চল্লুররোই হায়বা খঙলবা মমানা মপাদা পৃম্নমক ঙম্মী হায়নবা ডাক্তর পাঙ্গনবদা চঙলগা অনীশুবসি অহানবদা ওনখৎপিয়ু হায়না তক্করুনবা ঙংবনি। মরূপনি হায়দুনসু পাঙ্গনবগী মওং খঙবনিনা হায়রুচো হায়বা সুকয়ামক য়াখিদবনি। মমৈথংদা মতম লীৎখিগদৌরবদা নোংথাংনা কান্নবা ৱা নত্তে ঐনা থোকপা হেক্তা হায়রুরগে খল্লদুনা মমাদা হাইরপ তান্নরম্মগা নুমিদাং অমদা হেক্তা তুরুরে-

"অদু-অদা খঙদে পাবুঙ, ঐদি তমদবা য়াদ্রে। ঐদি পাবুঙ সুকয়া য়াররোই। অহানবদা ওনখৎপিদবা য়ারোই। অহানবদুনা ঐঙোন্দগী হেনবসু নম্বর মখায় অমত্তনি হায়, রাউন্দ অপ তৌখ্রগা অমা ওইবনি হায়। ঐদি য়াম্না তম্লিংঙবনি পাবুঙ। হাৎকে হায়রবসু হাৎপিরো ঐদি হৌগত্তুনা সুকচৎ চৎলরোই অসুক তম্লিংঙগবু ....।"

মরূপকী মচানি। মচামক্তগী হেনবসু লৈরি। মমীৎতা মপি অরর শিষ্টনা ওল্লকপা অদুদদি ডাক্তর পাঙ্গনবা শিলিংদা য়েংদুনা ফনা কুইনা লৈরুই। লৈথরকপদা থংনবা কাদা মাগী নুপীনে, মচানুপী অহল অদুনে, নোংথাংগী মমানে ওনশিন্নদুনা লেপ্লা উরুই। ফনা কুইনা খল্লুরগা অঙাং পীশককুম্না হিক-হিক তৌদুনা কুল্লিবী নোংথাংবু তপ্লা চিংখৎলগা হায়রকখি-

- নঙবু য়াম্নমক তম্লিংলবরনে বেম ?

- তম্লিংবাইবু ঐদি হেক য়াদ্রিফাও চৎলরোই, শিরনি ....

- অঙাওবীসিদি ! চৎলো হয়েংদু ঙম্তা ঐগী ওফিসতা লাকও, ৱা হায়গে।

অসুম্না তমখি নোংথাং লৈমা। কন্না হোৎনখি। চহী অনী হেন্না চঙজরমসু ডাক্তর ওইদুনা থোকলকখি। তাঙনা থোকপা লম অমদা হেন্না তম্মুবনা থবকসু হেক থোকলকপগা ফংখিবনি। খরা লৈরগা মানা হৈনজরকপা ময়ামগী সেবাদগী রাজনীতিরোমদা চঙখি। দল অমদা য়াওরবা মতুংদা মীখল অনীরক্তা লেপখি। কাখিদে অহুমলক সুবর্দি কাখি। হৌজিক অসি মরায়বক অমা চুম্মুবদগী মন্ত্রী

মথং-মথং ওইরকপনা মকোক ওইনা থবক পুরি। কোক শারি।

ব্রিগ্রে. অঙৌবুসু মথংদা মরী-মরী নীংশিংবগী পরীংদা নীংশিংলকই। থবক্তগী হেক পোত্থাবগা ব্রিগ্রে. অঙৌবু ট্রান্সপোর্ট কোরপোরেশন অমগী জেনরেল মেনেজব ওইনা মতম খরা পুহনখি। চাউরবা কল্লবা হৈশিংলবা এম এল এ অমবু ভোৎ মশীং য়ামনা হেন্দুনা কারকখিবনিনা অহানবা কাবা ওইজরবসু রাজ্য মন্ত্রীগী ফম অমা নোংথাং লৈমদা পীখি। কোরপোরেশনশিংগী লম মানা পায়খি। মতমদুদা কোরপোরেশনগী পোৎ লৈবা অদুগা নিলাম তৌবগী থবক পুবা ওফিসর অমগা কেরানী নুপী অনীগা পোৎ অমনবা লৈরম্বগী মরীদা চেন্নরে হায়বগী ব্রাফমনা য়ুমফম ওইরগা থবক থদৎখি। চৎনবীগী মওংদা মতা চানা চঙজরকপা ওইবনা মখোয় অহুমগীদমক মন্ত্রী নোংথাং লৈমনা ফৈগাক ফৈনা লেপ্তুনা কনবিনবা কন্না হোৎনখি। ব্রিগ্রে. অঙৌ লেঙখিদে। মন্ত্রী নীংথিনা ব্রারৌখি। মানা তৌবা ঙম্বা অয়াবা তৌখি। ব্রিগ্রে. বু থাংদোকখি। অঙৌ নাচুংখিদে। অহোয়নদুম থবক তোকচরগে হায়না চে থারকখি তোকপমক্তি তোকখিদে। মন্ত্রীদি মাগী লমদাংদগী থাংদোকখিবগী নুংঙাইখি। নীংশিংলুবদা ঙসি ফাওবা নুংঙাইরি।

মতম ওইরকলবদা পি এ দা ট্রঙ্কোলদা টেলিফোন নম্বর লৌহল্লি। কুইবা নত্তে অরাপ্পগা খূদক্তা শম্মৈ ব্রারী শাবা য়ারকই। মশক তাক্লা তাক্লা ব্রাহৌদোক খজিক্তংনা থবক্কী মপা লাক্লগা পাউ পীখি-

"মদু গী মতাংদো ঐগী ওইনদি সেরিয়েল নম্বর অনী অদু পামজরে।"

সেরিয়েল নম্বর ব্রানদা মপাবুঙ পাঙ্গনবা লৈবনি। নুমিৎ অদুগী নুমীদাং অথেংবদা চাক চামিন্নবা মতাংদা মপাবুঙনা ঙক্লা অমদি নুংঙাইতনা হায়খি-

- নত্তে বেম, নঙনা তৌরিসিবু -। নঙগী পাবুঙ পাঙ্গনবা নৎত্রনে নঙগী নব্রা লৌখিবদুবো! কাউরব্রো?"

- নীংশিংলি পাবুঙ। ঐনা হায়বা য়াবিখিবদুগীনি ঐনা পাবুঙবু খনখিদ্রিবা। নুংশিজবগী হায়রুরবদি লাৎচরিবনি।

- কবি হায়রিনো অদুদি? নঙবু বুদ্ধি অমা-?

- তৌদে পাবুঙ। ঐগুম্বা খরদসু তেংবাংলকঅবদি হায়বা অমা খংখন খল্লকপদগী খূদক্তা সেবিয়েল নম্বব টুদা তাখরে। ব্রিগ্রেডিয়ার অঙৌ ঐগীদি য়েক্লবা ওইরি, ওইসু ওইখিবা য়াবি।

- **দীনমণি**

# নুংশিবা

**[ নোংথেম্বম বীরেন সিংহ : (পোকপা) : ১৯৪৬, উরিপোক অচোম লৈরক, ইম্ফাল। শ্রীবীরেন হায়না খণ্ডনৈ। কবি অমা ওইনা থোইদোকনা শীংথানৈ। ব্রারীমচা অমদি লীলাসু ই, "লৈচিল্লককী থাজ", ব্রারীমচাগী লাইরিকনি। "তোল্লবা শাদুগী ব্রাখল", "মসিনা ইম্ফালগী ব্রারীনি", "মপাল নাইদ্রবসিদা ঐ" শৈরেং লাইরিক অহুম পুথোক্লে। লীলা মচা অমসু ইরম্মী "হল্লকপা"। "তোল্লবা শাদুগী ব্রাখল" দা ১৯৭৩ গী মণিপুরী ষ্টেট কলা একাদমী এৱার্ড অদুগা ১৯৯৩ দা মহাক্কী লাইরিক "মপাল নাইদ্রবসিদা ঐ" দা ভারতকী সাহিত্য একাদমী এৱার্ড ফংখি। শ্রীবীরেন হৌজিক হৌজিক ডি.এম. কলেজ ওফ আর্টসতা মণিপুরীগী ওঝা ওইরি। ]**

চাউবী, নংবু সি থকউনে। শিবা তাবেনে।

অগ্নিনা সন্নাউ থা ফবাত্রিবা অমদা শঙ্গোম ইনবিবি। সন্নাউ অসি মপীনা নুমিৎ তরানিমুক্তা মখোম পীথক্লল্লগা শিদোকখ্রে। অগ্নিনা মপীগী মহুৎ শিন্দুনা শঙ্গোম য়োম্বীদগী শঙ্গোম পব্রা অনী অহুম্ নুমিৎ খুদিংগী লৌবিদুনা ইর্নবিবি। মপী কায়নবদগী হিংগনি থাজকদ্রে। অগ্নিনা কন্না হোৎনবদগী হৌর্জিক্তি ফবক্লে।

অগ্নি মচা পোক্তে। লাই কযা খুবম্লে অদুবু কান্নবমদে। অগ্নিনা নুমিদাংৱাইবম, নুমিৎ চপ্ যুংবা অমসুং অতৈ অতৈ মতমদা নম্বুল্ তুবেন্গী তোর্ব্বান্দা ইবোইশেম্বা চীং যেংনা যেংনা সন্নাউ অসিগী মতু তকপি, সর্নলিক্ ফাদোর্ক্পি, মথা নানবি।

অগ্নিনা সন্নাউ অসিবু মচাগুম্ নুংশি। সন্নাউ অসিবু চাউবী হায়না মমিং থোন্দুনা কৌই। অগ্নিগী মখোন্ তাবদা, অগ্নিনা চাউবী ইমাগী নাক্তা লাক্ও - হায়না কৌবদা মমৈ ফিরান্ শানা চেল্লকই অদুগা মনা তেথরদুনা অগ্নিদা ঙাথু থেংদু তৌই। লেক্তুনা শান্নজে। সন্নাউ অসিগীদমক মিকাদুনা মীগা খৎনবা ফাওবা ঙমই। নোংমসু চাউবীনা মীগী ইশ্বোল চঙলুবদা মপুনা ফুদুনা তাল্লকই হায়বগী থওইনা চৎতুনা খৎনরুই। ফনা কুইবা ফাওবা কৌনদে হায়নৈ। অগ্নিগী চাউবী শোকউ লাকউবগা য়াবা নত্তে। ময়াম্না ঙাঙনরিবনি।

সন্নাউ অদু নোংমা নিনি নারমই। দানা পিজবনচিংবদা করিমতা চাউ হায়বা য়াদবদু উবদা অগ্নি কপ্লমই। চাক ফাওবা চাবা হল্লি। অদুগা সন্নাউ অসিনা লুরিবসু চরু, শজিক অমদি দানা ফাওবা অগ্নিনা পীজদ্রবদি চাউ হায়বা য়াদে। নোংমসু অগ্নিনা মচিন্ থোক্লা হায়খি - ইচাসু পোক্তে ; নহানমুক্কী মপোক্তা ইচা ওইনা পোক্লগা য়োকপা লোইখিদবা ওইরম্বা তাই।

অগ্নিখোয়গী ইমুংসি অদুক্ হাক্লা নুংঙাই য়াইফবা হায়বদু নত্তে। ইশ্বোন্দা থাবা ইশ্নাং নাপী য়োন্দুনা অমসুং লৌ উদুনা চাবা ইমুংনি। নোংমা অগ্নিগী মপুরোইবা ইবোচৌবনা লৌখোং তৌনবা পৈশা লৈত্রে হায়দুনা চাউবীদু য়োম্থোক্লসি হায়না হৌদোকলুববু মঙক্তগী লিক কায়খি। নুপী ওইবীশিংগী অপাম্বশিংগী মরক্তা সনা অসিসু অমনি হায়নৈ ! অদুবু অগ্নিদি চাউবী য়োনগদবগী শরুক সনা কায়খি। খঙ্দে অগ্নিগী কয়াম্ কনখ্রবা প্রেমনো।

চাউবী ফজবনা অঙকপা ফংলে। য়েংবগী পেন্দ্রে। নোয় পেল্লি। মতু নান্না লংই। চাউবীনা হাতম মপুঙ ফারকপা উরগা অগ্নিগী মপুক্লিং হরাউজে।

ইবোচৌবগী লুপা ১০০ গী দবকার লৈরমই। চৎনদবা য়াদ্রবনি। মখূৎতদি লুপা অমা ফাওবা পায়দ্রে। য়োন্নবা পোৎসু লৈত্রে। চাউবীদা মঙায়রে - মসিসু অগ্নিগী থব্রায়নি। ইবোচৌবনা অগ্নিগী থমোয় শোকপা থবক তৌনীংদে। উপায় কয়া য়েংলুরে। মহাজন কয়াদা শেল পূগে হায়রুগে - খুদোং চানদবা ঙাক ঙায়রমলে।

ইবোচৌবনা উপাই লৈতনা অগ্নিগা ব্রা তান্নরি - নঙসু খঙলেদনা ঐগী উপায় লৈত্রে। অদুগা তৌদবসু য়াদ্রবনি। নঙগী উপায় অমুক য়েংলো। মসি হায়রম্লগা ইবোচৌবা চিন্তা তৌবমই। মখা তাবদি ঙম্লমদে।

অগ্নিসু খঙ্ই ইবোচৌবগী ব্রাহে - নঙগী উপায় অমুক য়েংলো হাযবিবসি। অদুগা ব্রা মখা তাবা ঙমখিদবদুসু উই। মপুবোইবগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রে। হৈনীংদনা হার্যাখ - ফবে মদু মঙাযবে, চাউবীসি যোল্লসি। হায়বম্লগা ফমুংদা চংখি।

চাউবী য়েংবা মী লাকলমই। লুপা ১২০ দা য়োনবা তাবে। ইবোচৌবগী মচিন্দগী হযেং অয়ুক পুখ্রান হাযবা তাববদা অগ্নি কপ্পনা মপূম্ থিংলে।

নুমিদাং অদু চাউবীবু সেবা তৌবা হের্নাজিনলমই। চাউবীনা খঙদবনা অগ্নিদা ঙাদু থেংথু তৌদুনা কেজরি। অগ্নিগী মমীৎতগী মপি অবা অরা শিষ্টুনা ইমাগী চাউবী হায়রগা নার্নবিরমই। নুমিদাং অদু অগ্নি চাক চাবা যাখিদ্রে। ইবোচৌবসু নুংঙাইবা নত্রে।

চাউবী লৌগদবগী মী লাক্লবে। অগ্নিনা কবম্না অদুক ঙন্না দানাবু থোংলুরিবনো খঙদে - চাউবীবু নাল্ল নাল্লদুনা দানা পীজরি। পীজবা লোইরগা মঙক্তা থৌরি থাদুনা পুনবা থৌরাং তৌরক্লে। অগ্নিনা - ইমাগী চাউবী চৎলোকো হায়রগা চুপ্লমই। কপসু কপলমই। চাউবীদু মশক খঙদবা মীনা পুবদুদা চৎলু হায়বা য়াদ্রে। নমদুনা পুখিরমই অগ্নি কোম্ভোং ফাওবা থোক্তুনা য়েংলি। নম্বুল তুরেন্না তপ্না তপ্না চেম্বুরি। ইরোইশেম্বা চীংসু তুমিম্না য়েংলি।

নোংমা নিনি হৌখ্রে। নুমিদাংব্রাইরম অমদা চাউবী অগ্নিখোয়গী কোম্ভোংদা মহৌশাগুম চঙলকই। অগ্নিনা চাউবীবু উরগা - ইমাগী চাউবী, কৈদৌবা লাক্লি হায়না হরাউনা কৌদুনা চেম্ভোক্লগা কোল্লুবি। অদুবু নোংঙানবগী অয়ুক্তা পাউ চেল্লকই সন মাঙখ্রে চেন্লকপ্রা হায়না।

- শ্রীবীরেন

# মীচঙ লৈজদ্রবা তোল্লবা জীব

রোহেন্না অহিং তুম্বা ইয়া য়ারক্তবসি নুমিৎ ফনা ময়ামশিল্লক্লে। ফমুংদা চঙলগা কাংখল নুংদা ইতূম তূমদনা থরো থরো ওন্দুনা লৈ। মরক মরক্তা শ্বর মপী চাউনা হোল্লকই। য়াম্না থেঙলকান্দা তুমথরকপনি। তুমথরিবনি হায়দুনা তৌরিবদুসু মঙওই হাওই জ্ঞান ইতা তাদে। মীৎতা জাৎ-জাৎ পংউদা উই। কৈকৈনো জাৎ-জাৎ মথোং খঙদনা পংউদা উই, মরী অমতা লৈনদে ......।

অয়ুক্তি। নুমিৎ মঙান্না মেঙনা থোৎনা তরং তরং থোরকই। মহৌশাগী পোৎ পুম্বা ইনৌ নৌনা উই। থোংবম ইনাকখুনবগী থোঙ্গান্দা মী য়াম্না তিল্লি।

'পোকপদা ঙায়বিবা অঙাং অমা থোংবম তাইবুংঙো ঈশৈহনবগী থোঙ্গান্দা থনল্লে।'

'হিংলিব্রা শিরব্রা ?'

'শিদদি কৈনোনে। পোকপগা হেক্তা থনল্লবজাৎনি।'

'অস ! ওম্বোক্লা কনখ্রেদা থমোয়দো। করম্বা মমা মপা ওইবিগদগে ?'

'কদায়দগী মফম খঙবা অঙাংদি ওইরুগদগে।'

মহৈ মহৈ ব্রারী শানৈ। মহৌশাগী শক্তম অসিগা চুংশিন্নবা ঙমদ্রবা থৌওং কয়া থোরকপসি হন্দক মরকসি তোয়খৎলক্লি। মসিগা লোয়নন্না পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংবু ফদি ফরানা য়োমশিল্লগা হন্দক মরক তোযনা হুন্দোক্লরক্লে। নহানসু লম্ফেন্দা ফদি ফরানা য়োমশিন্দুনা ঈ মতুমগী অঙাং অমা হুন্দোক্লম্মী। মীওইবগী মফমদা মী নুংশিদবগী করম্বা তমথীঘবা লাইচৎ অমা লাক্লবনো খঙদে।

'অঙাং অদু মশকপু ওন্দোক্লা ফজখ্রেনে। ঙৌরোক ঙৌনা পুপ পুপ হেক লাউই ; চাউথ্রোক চাউরদুনা মশম্না মুশুক হেক মুনা জম জম কয়া য়ামখ্রে ; ওম্বোক্লা পাম্মুখ্রে।'

কনানোমনা ঙাঙ ঙাঙদুনা চৎখিবদু রোহেন্না মাগী লাইরিক পাফম কাদা ফমদুনা ৱাখল খল্লিঁডেদা তায়। ৱাখল খনবা হায়বমক্তি য়াদে। চপ চাবা অকক্লবা ৱাখল অমা খনবদি নত্তে।

তাক্লবদগী অয়ুক পুং তর' তাবা অদুৱাইদা থানা অনী অহুম লাক্লুনা য়েংলৈ। এস, আই, নহা অমনা কৈনো খরা ইশিনখি। 'লোইশিনবা য়ারনি' হায়না থানানা হায়বদগী রোহেন্নচিংবা খোংবমগী নুপা নুপী অনী অহুম থোরক্লুনা অঙাং অদু লোইশিনখ্রে।

রোহেনগী মপুক্লিং অসি তয়াং তশোই। করিগুম্বা অমা ইচিৎ চিৎথবগুম, করিগুম্বা অমা ইৱাৎ ৱাৎপগুম মপুক্লিংদা তোয়না ফাওই। হন্দক মরকসি ৱা ইঙাঙ ঙাঙনিংদে। য়েংখিবা অমদগী মমায়দু ইরৈ লৈথোকপা ঙমদনা তুমিন্না অদুম য়েংদুনা লৈ।

মণিপুরদা চেঙ য়াম্না তাঙলে, ফৌ শংবাইদা লুপা কুন্থ্রামঙা য়ৌখিবা ঙসি থামুক হেল্লক্লে। তাথরকপগী ৱাদি হায়রুনু, নোংমা নিনিদি নিফু য়ৌবু য়ৌরুরে হায়না তায়। মীশিং অসি চরা য়াম্না হেন্নরে ; ৱাত্ত পাদবা কাঙবুতনা খঙবিদবনি হিংবদা পুক্সিসি মতিক চাশিল্লক্লে খন্নরবনি।

বিলাশিনীখোয়গী ইমুংসু চরা য়াম্না হেল্লে। ঙসিমক স্কুল কারক্লিবা অসি চরা অনী হেল্লবা মতুং ফাওবদা মবুক্তা কৈসুমতা তাদনা কারক্লবনি। মহাক তম্ফাসনা গার্লস হায়ার সেকেন্দরী স্কুলদা ক্লাস টেন তম্লি। মাবু উবা মীশিংনা খন্নে নারৱা কৈনো কুচু কুমেন তাইফেৎ তাইরদনা ইহৈ হৈনীংদনা ইচোক চোকথনা উই। মনাউনুপী অমনা তেরা গার্লস হায় স্কুলদা ক্লাস সভেন তম্লি, মপুৱা অমনা তেরা বোইজ জুনিয়ার হায় স্কুলদা ক্লাস সিক্স তমলি। পৈশা থোকপা অহলদি নুমিদাং নুমিদাং তেরা কৈথেন্দা য়েন্সাং নাপী য়োনফম ফম্লিবী মমা লুখ্রাবী অদুগা থাদা লুপা ৮০ ফংদুনা অৱাং দুকানগী গুরুদ্বার মনাক্তা পঞ্জাবী অমগী হার্দ ৱায়ার য়োনবা য়াউরিবা মবুঙ অদুগতনি। মমাদু সু ললোনশেন পুথোক্লবা লুপা ৫ দং লৈতদুনা পোৎ য়োনদবা ঙসি মরীনি ফাজিল্লক্লে। মবুঙদুসু ঙরাং অয়ুকসু নুংদাংসু চাদ্রগা ঙসি অয়ুকসু চাখিদে পোৎ য়োনবা চৎখ্রিবদু।

ৱারবসু ৱানা, নংলবসু নংনা বিলাশিনী নুংতিগী লাইরিক তম্বা কায়। মহৈ চারমদাই য়ৌরে তোকপা য়াদে খল্লি মমানা। ৱাবগী হায়করবদি ফেৎ ফেৎ হাইনা খাঙলে। অয়ুক নুংথিল নুমিদাং রোহেন্না বিলাশিনীবু প্রাইভেৎ তম্বী। মরী মতা থোক্লবদি নত্তে। বিলাশিনীখোযগী মৰী মতা অমগী মতেংদগী নোংমা রোহেন

বিলাশিনীখোয়দা চঙখি। লুপা তরা পুথোক, কুন পুথোক তৌদুনা বিলাশিনীগী মমাদা চেঙ ব্রালহল্লি। মদুদা বিলাশিনীগী মমানা "ইবুংঙো, নঙনা তৌরিবসি ইমাখোয়না করম্না লমন শিংগদগে খঙদ্রে" হায়না ইকাই ইকাইনা অপী খুদিংগীদি লৌদবা ঙমদে। মমানা মখা তাই - "ইমাবুদি চাদ্রবসু য়াই, নচলগা ননাউশিংসিদি অঙাংনিদো, ইবুংঙোনা তৌবিরিবসিগী মহৈ শোয়দনা ফংগনি।" বিলাশিনীদু লৈফম খঙদনা ইকাই। করিগুম্বদসু বিলাশিনীগী মোন মখাদা লুপা থনম্বসু য়াওই।

রোহেন্না তোনশিনখ্রবা লমন শিংঙো হায়না নোংমতা থৌরুবা লৈতে। বিলাশিনীগী মবুঙসু রোহেন্না ইমুংসিদা তৌরিবা পূম্নমক খঙঙি। মচন নুপীগী ফমুংদা রেহেন্না মরম চাদনা হিপ্তুনা লৈবা উরগা থুনা য়াঙনা চৎথোক্লুনা অপনবা পীদনবা হোৎনৈ। ব্রা ঙাঙলুবগী মহুত্তা মথব্রায়গা হকচাংগা পুল্লপ থম্বা হৌজিক ফাওবা ঙমলিবসিগী লমন্দুম রোহেনগী মফমদা তোনশিল্লে খল্লি। হৌজিক হৌজিক্কী তমথিরবা লৈত-লায়রগী ঈ চুপথোক্লল্লবা ব্রাখল অসিনা তুংগী পুম্নীগী মরমদা খম্থরুবা ঙমদে। হৌজিক হৌজিক্তা হিংনবা হোৎনবা তাই।

রোহেনগা বিলাশিনীগা ফমুংদা লৈমিন্নবা উরগা মমানা খল্লি- রোহেনগী মফমদা তোনশিল্লিবা লমন অদুদি শিংদি শিংলেদনা। অদুবু থবাক্তা ফুনগৎলকপা শ্বর মপী অমা অনীদি শাংনা হোম্থরকই।

নোংমা থেংলবা অহিং অমদা বিলাশিনীনা তোল্লিবা লমন শিংখি। নুমিৎ কয়ানিগী চাবা থাকখিবগী লমন রোহেনগী মফমদা শিংখি। নোংমা, নুমিৎ তাখিবদগী অদুম নুমিৎ থোকখিদ্রে।

বিলাশিনীগী মবুঙনা নোংমা থেঙলবা অহিংদা ফদি ফরানা য়োমশিন্দুনা রোহেনখোয়গীদা থিল্লকখি।

মসিদা মাগী মরাল করিনো ? মীচঙ লৈজদ্রবা কনানসু নুংশিবিদ্রবা তোল্লবা জীব অদুগী মরাল করিনো ? মরাল করিনো ? মী ওইরক্ল বগী রাইট ফাওবা মখোয়না নমদুনা মুনবিরিবসি করি মতৌনো ? অদুবু থেঙলবা অহিং অহিংদা নুপী অমতংদি থমোয় শোক্লা তেংথাখি।

চরা হেল্লফাওবা নোংমতা স্কুল কাবা লেপ্লক্রিবী বিলাশিনী স্কুল কাদবা তরানিমুক হেনখ্রে।•

- শ্রীবীরেন

# লাইওইরবা খোংনাং পাম্বী

[ নোংথোম্বম শবৎচন্দ্র সিংহ : (পোকপা) : ওক্তোবর, ১৯৪৭, ওইনাম বাজাব, মণিপুর। এম.এ. (মণিপুরী) নি। উপন্যাস, ৱারীমচা অমদি লীলা ই। উপন্যাসতা "মেহরু" (১৯৬৭), "পুজারি মেম্মা" (১৯৬৮), "আরুনি" (১৯৬৯), "ঈশৈ অমগী সুর" (১৯৮১), ৱারীমচাদা "অহেনবা ঈ" (১৯৮১), "নুপী অতোনবী" (১৯৮৯), লীলাদনা "ইতৈমা" (১৯৭৩), "জাৎ তিন্নদ্রবী মেহরু" (১৯৮১), "ইবোচৌবগী ইমুং" (১৯৮২), "ফিজিগী মণি" (১৯৮৯) নি। অঙাংগী সাহিত্যসু ই। "জীবশিংগী ৱারী" (১৯৮৮), "লেঙদবা মঙান" (১৯৮৯), অমসুং "মণি পরেং" অঙাংগী সাহিত্য গী লাইরিকশিংনি। অইবা অসি হৌজিক নম্বোল এল. সানোই কলেজদা মণিপুবী বিভাগতা ওঝা ওইবি।]

চাউববা কোলাস রোডকী মনাক্তা হৌবিবা খোংনাংবটি পাম্বী ! মান্নি মদু লাইওইরবা খোংনাং পাম্বীনি ! চহি ১৫০ হেল্লকলে মাগী মপুঙ্গী। ঙসিদি, শন্দোরকলিবা মশা মরেংতনা মায়কৈ অমদি মশাগী ওইনা কঞ্জবা ঙমলে।

মানা মদু ওইরকনবা হোৎনবদা মতম কযাদা কুইনা চঙখ্রবা ! মনাক্তা হৌবা পাম্বী কযা লেপকং-লেপকং কংহনখ্রবা ! ঙসিদি মাগী ওইজরবা মফম অদু মাগীদমক হাযবদা তশেং তশেংলে ; নাপী মকা অমা ফাওবা হৌদে। ইকোক-কোকই, ইহাঙ-হাঙই।

শাংলবা চহী চা অসিগী মনুংদা বট পাম্বীনা থেংনবকখি- মানা মফমদুদা মতৌ কবম্মা হৌবকখিবা ? তশেংনমক মাবু শেম্বীবকখিবদু কনানো ? নীংশিংলকই-ক্লাক অমনা নোংমা মাবু য়োৎশিনবীখি ! মদুদগী শাংলবা মাগী থীবোং-থীবিন ফাওনা

মানা ৱানা লাকখিবদু ! তান চারুবদগী অসিগুম্বা লৈহাও লৈরবা মফম অসিদা মাবু অমাংবা ওইনা ফায়থবীবন্নদু ! অদুদগী মরূদু ৱানা পোকখাযজবক্নুনা খোংনাং পাম্বী মচা অমা ওইনা জগৎসিদা তিল্লখি ! তশেংবদি ক্নাক্কুনা মাবু খোংনাং ওইনা অমুক হৌরনবা থৌরাংলকখিবা নত্তে ! মদু মাগী ইন্দ্রিগী পেন্নবা, অরাম খৌরাংবা কোক্লনবা হোৎনবদগী শোয়খিবরা, তান চারুবরা, অমদগী ওইরকখিবনি ! কপনীংলকই, খোংনাং পাম্বীদু কপনীংখি । নীংশিংলুরগা কপখী - "জগৎসিদা ঐবু তশেংনা নুংশিবীদুনা পাম্না শেম্বীরকপা কনামতা লৈতেকো !"

অমুকসু - মতম কযা অমা মানা মপুঙ মরৈ ফাননবা হোৎনরকপদা চৈনা কয়াদি ফংখ্রবা ! কবিগুম্বা মতমদা নেৎথৎপিরমই নৈখায়বিরম্মী । উচিন নাচিননা অচৌবা লম্বাল পাম্বী অমগী মরুমদা নুংশা শোর থবেৎ থবেৎ হোন্না খাঙজহৌই । কুমগী নোংজু থা অমা ওল্লকপদা ফুট ৫ দংদি ৱাংজহৌবা ঙমখি । অদুদগী অকনবা নোং-নুংশীৎ ! হিংগদ্রা ? চঙগদ্রা ? মশা মরেং তেকখি । ৱানা খাঙখি ফে-ফে হাইনা !

পুন্সী চেঙজেল লৈবিমাল্লে খল্লি - ওল্লকপা বসন্ত ঋতু অমদা অনৌবা য়েন্নীং চোংলকই - মশা মরেং ফল্লকই অমুক ।

মানা অসুম চাউবকইবা মতীক, মশা মরেং লোংলকইবা মতীক য়েকনবা মশীং যার্মশিল্লকই । মশা মরেং যান্থবী । কবিগুম্বা মতমদা মথায় ফাওবা লৌরগা শীং ওইনগে খননরকই, খোংনাং পাম্বী শ্বর ফূইখি । তনিক-তনিক খাঙই । নুংশিবীবা কন্নানা হায়বিখি - তৌহৈদে-তৌহৈদে, খোংনাং পাম্বী য়ানফদে । হন্দোকহনখি - খোংনাং পাম্বী শ্বর খরদং হোন্দোকচৈ ।

মানা মপুঙ মরৈ ফারকপা মতম অমা, মাসু সেবা কয়াদি তৌজখি জীবশিংগীদমক ! উহৈ-ৱাহৈ, উচেকশিংগী মকোন । মাশা মরেং কয়ানা মীওইবগী শীং ওইনখ্রবা ! মাগী মশা মরেং ফল্লবা খাগী উকম অদুদা যাত্রিক কযানা পোত্থানখ্রবা ! নোংমসু সন্যাসী, নোংমনা ডাকু, মীহাৎপা, লুটর, লায়রবা, ইনাকখুনবা ।

নোংমসু উখি অঙকপা থৌদোক, তাখি অঙকপা ৱারী ।

থেঙলবা অহিং অমদা লমচৎ নাইদবী অমনা নুপা অমগা মাগী মখোঙদা থৃপলদুনা চৎখিবা নীতিদুবু করি নীতি কৌবগে ? ...... মদু মাদি মমীৎ লাওথোকলদুনা য়েংখিবনি । মখোয়নদি কনা উদে খনখিবা ! লমচৎ নাইদে লমচৎ নাইদে ! তশেংনমক জগৎসি অমমবা ওইদবা জালনা কুপলবনি খনখি ।

নোংমসু ওইথোক্লবা থবক অমা ওইবা য়াননবা পাঙথোকউ হায়দুনা শেল মপুন অমা মাগী মখোঙদা থীনখিবদুবু করিগীদমক্তনো ? করম্না অচুম্বা ৱায়েন

ফংগদৌরিবনো ? করম্না মদুনা অফবা সমাজ অমা ওইরক্কদৌরিবা ’’

*ইথা থাজদনা নোংমসু মাগী মখোঙদুদা পোত্থাজবা যাত্রিক অমবু থাঙনা চোপ-চোপ য়াম্দুনা হাৎলগা মপোৎ মুনবিখি ! মরাল লৈত্রবা অমনা পোত্থাগে চঙলকপদা মঙোন্দা তাইশিন্নবিখি। ওই: মীৎসে নারে !*

“ফাও ! ফাও ! হাৎলো ! হাৎলো !”

নোংমা অকনবা খোল্লাউ কয়াগা লোয়ননা পীকলিবা নুপা মচা অমা রুটি মচেৎ অমা লাকলুবগীদক মীয়াম্না হাৎকে-তূপকে মতাগুম তান্নরকখি ! মথ্বায় মখূবাক্তা হাপতুনা চেঞ্জরকলবা হূরানবা মচাদুবু মাগী শুক্লবা মমলবা উক্রোং অমদা লোৎহনদুনা কনবিখি ! থিবা ফংদ্রদুনা মীয়ামদু হন্নখি !

অদুবু - হূরানবা মচাদুবু ফাগে হোৎনরকলিবদুনদি নুতি খূদিংগী মাগী মখোঙদা ফমদুনা তাৎকী ওইদবা জাল শেৎ-চারগা অরাকপা কয়াগী ফুরীৎখাও চপই। খঙনা-খঙনা মীয়াম্না মাবুদি উশিন্নদে। কৈগীনো ? জগৎসিবু মানা মকল্লব্রাও ? শাওনীংই খোংনাং পাম্মী! মা তশেংনা উহৌবনি নুপাদুনা মঙোন্দা লুপা ৫ য়েপখিবদু ! নোংমগী মনুংদা মদুম্বদু মশীং থীঙম-থীঙমদনা য়েপলম্বনি, অরাকপা খুদিংনা ! কৈগীনো মখোয়না হরাওনা মদুবু লানথোকলমলিবদি ?

নোংমসু অচৌবা হূরানবা অমনা থৌনা ফনা ফুরীৎখাও চপখি য়ায়মরপ্পশিংদুদা ! মশা থক-থক নীক্না খুরুমদুনা হায়জৈ, য়াবিদে ! মমৈথংদা চাউর-চাউরবা শেন মপুন কয়া চপ্লগা হনখি অচৌবদু।

নোংমসু তাখি লৈবাক্কী অচৌবা কয়ামা ফমদুগীদমক্তা মাগী মখোঙদা ফমলগা শেল হনগৎনখিবদু ! মমৈথংদা লোইনখি লক্ষ অমদা ! ই: কৈদৌবে অদুক য়াম্না ? নথৌ লৈতে শুমদুনা লৌনি ! খোংনাং পাম্বী লেপ্পা ঙমলকতে।

নোংমা হিগায়ব্রা হৈবা অমা। নুপী অমসু মতুং ইন্নরকখি তফিং তফিং ! ৱাতানখি - মীগী মতু লৈবিবা নুপাদুবু করম খায়নহনসিগে হায়না নুপাদুনা শাগী লমচৎ চৎলকই। মশাগী ওইজবসু তাঞ্জা চারিঙৈদা তালহৌই ! এক পোথে দুই কাম ! নুপীদুনা মাগী অনীংবদুমতং থুংননবা হিগায়ব্রা হৈবদুদা মশা কৎথোকখিবনি ! মশাগী ইজ্জৎপু করিমতা কঞ্জনবা হোৎনদ্রিবসিবু করিগীনো ? নুপাদুনা লোন্না হায়, মসিগী পোৎশকসে, মসিগী মপান্না শোয়দনা ফল ফংগনি।

-করি ৱানোদা তাদা হৌনদেদা।

-নঙনা তৌদৌরিবদুদি হৌনব্রা ?

-অদুবু মসিদি ?

-অদু ওইরগা তোকলেদনা !

উপায় লৈতে। হিগায়ব্রা পুবদুনা হায়বদুমক ইন্দবা য়াখিদে। চেৎনা লুনা থমজরল্লবা পোৎশক্তু পুথোক্তুনা পীখি ! ইস, লমচৎ নাইখিদ্রেদা ! লমচৎ নাইদে !!

থবক্তু পাঙথোকলবা মতুংদা নুপাদুনা হায় - সে, মসি কাদরা-হৈদরা, অমদা হাপলগা পীজৌ ! অদুগনে, ঐনা তৌরকপনি হায়বা নাকোং অনী হেক শুহল্লবা, থাজৌ ঐনসু হেক্তো হায়দোক্কদবনি !

-ওই: অদুগী ওইরে ঐবু মাঙহনবিরিবদো ?

-অদু আদা খঙদে, য়ারে হৌজিক্তি চৎখ্রো !

শমজি খাইনা চৎনখি অনীমক। তুক্কচৈ ! তুক্কচৈ !!

নোংমসু ইথা থাজদনা !

হরিনাম শোন্দুনা লাকখিবা সন্যাসীদুনা তৌখিবদুবু করিনো ? করিনো মাগী কমগুলুদগী মরৈ চেৎনা লৈথোকলগা থকখিবদু ? ও: ও: মনমদু ! অদুদগী থাজদ্রবা চীঞাক ......!! মীৎ তাঙবনা ফৈ ! মীৎসি তাঙহনখিবনা।

মতৈনি হায় নুপাদুনা মনাওনুপী ওইরমাল্লে, লৈশাবী মানবীদু ! কৈগীনো অদুগা নুপীদুনা মকোক খুমখিদ্রিবদুদি ? মান্না মাগী তাখ্রবা শমজিরৈদু খুনগৎকে লাক্লুরিঙৈদা কৈগীনো নুপাদুনা মখুৎমক্লা থেৎপিখিবদু ? মচা অহুম শুরবীদুনা কৈগীদমক নৌহৌনা লৈশারকলিবা হকচাং কয়াৎশিংগী নীংতম্বদু উৎলদুনা ?

খঙদে লম্বীসিদা চৎলিবা, নুমিৎ খুদিং উরিবা ময়ামসি কনানা কনানো ? পূম্নমক অমম্বা জালনা কুপই। পূম্নমক ওইদবা ঙাকনি। তাৎনি। অদুবু খক লেপতে নোং ঙানফাৎত্রিঙৈদগী নুংদাংগী তুম্ন-হিপ্প মতম য়ৌদ্রিফাও লাকই চৎখি ..... ।

নোংমনা পাখঙমচা অনীখক ! চীক্লা ব্রারী শারৈ শমশাংবা অনীদু ! য়াম্না লুবা ব্রাফমগী ওইরমাল্লে। অচীকপা মফম থিরকপনি - মরুম নাইবা ..... । ই: কৈনো ! কৈনোনে ? অমদি লৈশাবীনি ! তশেংনমক লৈশাবী !! মাগী কীম্বদৌরবা মথাদুদা খঙই, অথাব জেকেৎতু লৌথোকখ্রবা তুংদা ! নুপা ঙাক' মানবা মবাম্নিগী রাস উরুরবা তুংদা ! মসিবু হৌনব্রনে ? ওই: মীৎ নাই .... য়াম্না নাই !! কৈগীনো মাদি ফূরীৎ-খোঙগ্রাও খোঙউপ নুপাদ নুপা !

নোংমসু জেন্ট অমগা লেডী অমগা।

লেডী অদু মশক মতৌ তবোপ তবোপ ঙৌনা, চাউনা, শাংনা ! মতৌ লৈ। মখোলদি ব্রো-ব্রো !

-তাইবুংঙো, কৈ মতৌনো খঙদেদা ! (য়াম্না সেক্সি ওই।)

-নঙবু তশেংনা পাম্নব্রনে ?

-অওইবনি ! আমেরিকাদা হায়বা ?

-অং !

-লুপা কয়াদি চঙনি ?

-শেলগী ৱা অরায়বনিদা। নঙদা নপুক্লিংদু লেপখো ?

-তশেংবনি সত্য !

-অদুদি মথংগী যুমশাকৈশাদা যাত্রা তৌরসি !

-মহোয় আমেরিকাদা শোয়দ্রেকো ? নুপীদা নুপী !

-অওইবনিনে থাজৌ !

-হৌজিকপু ঐগী হকচাং কয়াৎশিং অসিনা নুপীদ নুপী ওইজরবদবু কয়াদা হরাওজগবা ! কয়াদা পেঞ্জগবা !

হরে-হরে ! লেডীদুবু নুপী নত্তবকো ? নুপী ওন্নবগীদমক আমেরিকা তান্না চৎপা ! অদুম লৈদি কৈদৌবা ? মদুনা কৈদৌবা ?

অসুম্না শাংলবা মাগী মপুক্সীগী চহী চাশিংদা থেংনরকখি জগৎকি অওনবা কয়া। মদু উরুরগা লাইওইরবা বট পাম্বীনা তৎতনা মীৎলু পিরাং শিন্থুখিবনি।

ঙসিদি মাবু অমুক ওৎলদ্রে। ওৎকেদি খল্লমখি য়াম্না তোয়না। অদুবু ঙসিদগী চহী খরগী মমাঙ, মানা মফমসিগী মায়কৈ তরা মশা মরেং, মাগী চাউরবা নীংখায়বা ঙমলরোইদবা মাল্লবা মউদুনা মকা লাম্না নীং তম্না হৌজরবা মতমদুদা নোংমা মাবু থিরখি মী খরনা। মঙোন্দা ফুট য়ৈবীরে। নম্বর থাবীরে ! মতোমতা, শেম্বীরকপা কনা য়াওদনা ৱানা নংনা হৌজরকপা বট পাম্বী ঙসিদি মাগী নীং-তম্না মাঙখ্রে। তশেংনমক মাগী মপু হায়বা অমা নাইরকলে। মসি মীওইবগী লিচৎ ওইরমাল্লে ! ঙসিদি মাবু কয়াদা কন্না লুনা তৌবিববা। নোংমতসু কনামতনা মাগী মশা য়াম্থুবিদ্রে। মঙোন্দা ওৎ-নৈরদ্রে। খল্লম্বা কয়াসু ফুট য়ৈবা নম্বরদু উরগা হু-হু হন্নখি। ঙসিদি চহীনা লূমথরবা বট পাম্বীগী পূর্সা চেঙজেল লোইববা ? লেপকং কংলকলে। চাউর-চাউরবা মশা মরেং কয়া কথা ৯ংদনা তেক-কায়না কীম্থুরকই। অদুবু মফমদুগী মী কনামতনা মদুবু খুনজীনবিরদ্রে ! মফম অদু পুমচায় চাইরে। মঙোন্দা তাংলম্নবা উতাংবী মরু ফুক্না কংখ্রে। মাগী পুক্সি চেঙজেলনা লোইরবদা মাগীদমক য়াকাইরোল শৈশকলম্বা উক্রোং অহোবগী চেক্লা ময়ুম হোংখ্রে ! তশেংনমক মউন খোকথুবা লাইওইরবা বট পাম্বী ঙসিদি শরুম মপুনগুম তুমিন লেপলি ! মীৎলুদগী পিদি শীম্থুনীংই - অদুবু মদু ফোঙদোক্লবা মাগী ইন্দ্রীয় লৈরম দ্রে ! মাগী পঞ্চভূটকী দিহেদুনা মৈদ-ঈশিংদা-নুংশিৎতা লৈদ'তিয়াদা তিনখিদুনা পৎপা পুম্বদু ৱানা ঙাইবা তাখি লাইরবা খোংনাং পাম্বীদু !

- শরৎচন্দ্র

# নুমিত্তি অসুম থেঙজীল্লকলি

[ য়ুমলেম্বম ইবোমচা সিংহ : (১৯৪৯- ), কৈশামথোং লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল। কবিনি, ৱারীমচা ইবসুনি। "শন্দ্রেম্বী থোরকলো নহুম পোঞেল শাবিগে" (শৈরেং) দা মণিপুরী ষ্টেট কলা একাদমী এৱার্ড ১৯৭৪ অমদি "নুমিত্তি অসুম থেঙজীল্লকলি", (ৱারীমচা) দা ভারতকী সাহিত্য একাদমী এৱার্ড ১৯৯১ - ফংখি। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী অচংবা মেম্বরনি। শিনফম মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগতা সাইন্সকী সুপরভাইজরনি।]

করিনো হৌজিক তৌগদবা । য়ুম পুম্নমক থোঙ লোনশিনখ্রে । অহিংসিমত্তং কদায়দনো ঐনা লেনগদবা । শুপ্পগী অহিং অসিমত্তগী ৱানি । অদুবু অহিং অমা হায়বসিসু পঙতেন তেনবা মতমদি নত্তে । ঐনা মফমসিদা থুংলবদগী য়ুমথোঙ খুদিং চঙদুনা হায়জরুরবনি । কনামত্তনসু ঐগী ৱাদু মনাদা হাপ্লিদে । ঐনা অদুক যাম্না ঙাওজ-শকচবদু হন্না ফাওবা য়েংথোক্লরক্তে । ঐসু লাক্লিবনি মফমসিদা লৈনবগীদমক । অদুবু কদায়দনো ঐনা লৈগদৌবিবা । অহাঙবা লম মচেং অমফাওবা লৈখিদরে । লোয়নমক খোপচিন্নখরে । কৈসু নত্তবদা দলাল চাউনা শাজিন্নে অদুগা অচৌ অচৌবা কা কয়ামরুম করিসু শীজিন্নদনা মিরাং থুহন্দুনা থম্মী । ঐনা হায়জরুই,

-কদাযদনো ঙসি অহিং অসিমত্তদি লেঞ্জখিগে কৈদৌবগে ।

হয়েং নোংঙানবা যাই ঙান্দবা যাই তন্না অদুম হনখিগদবনি

-কনানো ? কৈনো চংলো চংলো স্নায়দা লৈফমকা লৈতে । অসুম্না য়ুম খুদিংদগী ঙকশম পাযরগা লাক্লুনা ইদ্বোবকই । কনাগুম্বমা ৱা শুকঙাঙ্ক ঙাওদনা

থোঙশিংদু গম গম থিংজিনখি । য়ুম অমদা অহল অমখক্তংদি ব্রা ঙাঙলকই ,

- চুম্মী ইবুংঙো । অহিংসিমত্তগী ব্রানি । ঐখোয়সু অহিংসিমত্তগীনি । হয়েং *য়ৌবা য়াই য়ৌদবা য়াই । থুনা হনখিগদবনি ।*

- অদুদি অহিং অসিমা লেনমিন্নবদা কয়ামুক কায়বগে ? ঐদি নৌনা থুংলবনি ঐগীসু জাগা অমত্তদি ফংহনবিয়ু কৈদৌবগে

- জাগা লৈতেনে ইবুংঙো । য়েংঙ্ভদনসে লমসিদা কদাযব্রাইদা খজিক্তং হাঙলিবগে

- অদু ওইরবসু অচৌবা কা ময়াম অমা হাঙদুনা লৈবিবসিদি

- অদুদি অনৌবা লাকপমখৈদি কমদৌবা

- খঙদে, মদুগী ব্রাদি ঐখোয় সুমখল খল্লুদে । খনফম থোকই হায়নসু নীংদে । লেঙঙো লেঙঙো কান্নররোই

- কদায়দা চৎকদৌরিবনো

- খঙদে খঙদে নঙ থোক তৌরুচো

অদুদগী থোঙদু গম থিংজিনখি । করি তৌগদগে ঐ খনফম থোক্রে । কদায়দসু থুংফম ফঙদ্রে । ঐবু মফম অসিদা লৈরুনবা থারকপা নত্রা ? ঐগী খুত্তা পায়বিবা পারমিসন অসিগী হক করিমত্তা লৈত্রব্রা । তুমিন্না লৈথোকপদি চুমদে । পুক্লিংদা থৌনা অমা লাক্লদুনা য়ুম অমদা প্রপ প্রপ চঙলগা হায়রুই

- ঐগী লৈফম অমা শোয়দনা পীগদবনি

লৈরম্লিবা অদুনা য়াম্না ঙক্লা ঐঙোন্দা য়েংলকই । ঐনা খোন খরা কনখৎনা অমুক হায়,

- ঐনা হায়রিবসি তাও । ঐগী মফম অমা শোয়দনা পীফম থোকই ? নুপাদুনা মমীত্তু শংদোক্লুনা য়েংলগা হায়রকই,

- করিগী

- মফমসিদা লৈনবগী ঐগীসু রাইত লৈ

- করম্না

- করম্না হায়ববু মফমসিদা ঐ থুংলরিবসিনি । অদুগী মথক্তা পারমিসন অমসু য়াওরি

- কৈদৌনবা পারমিসন

- মফমসিদা লৈননবা অথরিতিনা পীবা

যাম্না শাথিনা করেম্নবগী মীনোক অমা ফাক ফাক নোকশিল্লক্লগা করিমত্তা

উশিং থওইদনা হায়রকই

- চংলো চংলো কদায়দগী অঙাওবনো । হৌজিকপু কনাগী অথরিতি !

ঐ ভাব তাদ্রে । অথরিতি হায়বা অমা লৈত্রব্রা । ঐ থাজবা ঙমদ্রদুনা পব্লিক কোল অমদা চঙলগা তেলিফোন তৌরম্মী । ঐনা হন্না হন্না কৌই - হলো হলো হলো... । কনানসু করিমত্তা খুন্নক্তে । অথরিতি লৈতে হায়বসি চুমলে । লৈরগবু লম অসি অসুম্মা ওইগদ্রা । অথরিতি অমা লৈ, মহাক্না নিয়ম চুম্না লৈবাক পুরী হায়বগী খুদম অমত্তসু লৈতে । অদুদি ঐ করম্না লাকইবা । ঐনা খল্লম্মী - ঐসি অথরিতিনা থারকপনি । মসি চুন্নমদ্রে । অচুম্বদি, করিগুম্বা তাঞ্জা অমদগী ঐ মফমসিদা থুংলবনি । মান্নি । অদুদি মখোয় লোয়নমকসু তাঞ্জা অমদগী লাকপনি । মখোয়না হেন্না চাউনবগী মরম করিসু লৈতে । ঐগীসু জাগা অমা ফংফম থোকই । অদুবু থোঙ পুম্নমক্তি লোনশিনখ্রে । করিনো তৌগদবা । থোঙ অমা হেক্তা কাওখায়রসিরা । করিনো তৌরিবসি, অতিয়াসু মুশুক মুশিনখরে । নুমিৎ তাই তাদে খঙহৌদনা মায়গৈ পুম্নমক শুক শুনা মমশিল্লকলে । মৈগুন্নবা লৈকঙলাগী নুংশিৎসু উরু উরু শীৎচিল্লক্লি । চেন্নবা লম্বী লৈতে । চঙনবা য়ুম লৈতে । হকচাংদা চেনবা ঈ, মহী-মনায় পুম্নমক খ্রক খ্রক কংশিল্লক্লে । অসিফাওবা তুমিন্না অসুম লৈরগদ্রা । মখোয়না ঐগী লৈফম পীদ্রগা ঐনা তুমিন্না হেক্তা অসুম লৈরগদ্রা । থোঙ অমত্তং ওইরবসু কাওখায়রগা নমদুনা চঙবা ঙম্নরোইদ্রা ? থোঙ অমত্তং ওইরবসু কাওখায়রগা । থোঙ অমত্তং ওইরবসু ।

- ইবোমচা

# খুনগী কৈথেল মচা অমা

নুমিৎ তাশিল্লক্লে। খুনগী কৈথেন পোৎশঙশিংদা মৈনম থানগৎনরক্লে। খবগীনা পোদোন খরগীনা লেনতর্ন। পোদোন অমসুং মৈনমশিংদগী কারকপা তেঙ্গালিনা খুনগী অতিয়াদা মরী মরী হাইগৎখ্রি।

চীংজিনগী মতমনি। কৈথেন অসি তরক তরকই। পোৎ য়োনবসু পোৎ লৈবসু কৈথেন ইকা কানরক্তে। লম্বেলগী নাকন নাকন্দা পোৎ য়োল্লিবীশিং অদুনা কাতু কারন চৎলিবা মীশিংদুদা তান্ন তান্নদুনা য়েংলি। অঙাং মচা খরনা লমজাও ময়ায়দা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নরি। পীক্লিবী নুপীমচা অমনা মমাঙদা ঙেক ফমথরকই অদুগা হায়রকই ঃ

- ইন্দোল ললিতা। নঙগী য়েন্দেমসি কয়ানো? ললিতা নোকই, 'চো' হায়দুনা মমায় লৈথোকখি। খঙদুনা অমুকসু লক্লবিরি।

- হৈমা মসিগী পোৎযোনবীসিদি জাৎ অমনিনহে ললিতা অমুকসু নোক্লদুনা চৈরকই,

- চো থীবোবী নুংশিদে।

- ইশ ঃ নঙ নহান নুংশি হায়দুদি

- কদায়দা হায়রিবা থীবোবী

মনাক্তা ফল্লিবী মৌ নহাদুনা বেড়ীগী মৈখুদু শাংনা অমুক্তং চিংশিল্লগা পাখঙশিংদুদা য়েংলদুনা হায় ঃ

- হো ইবুংঙোখোয় পাখঙনবু য়েন্দেম লৈ হায়বরো, ইচেগী ঙাসিদুম লৈরোলাউ, তাউরগা মারিরুচো।

নুপীদুগী মমাঙদা থারিবা ফাবৌশিংদুদা য়েংলগা পাখঙশিংদুনা হায:

- ইচেগী ঙাশিংদু পৎলমানেদা।

- কদায়দৈনোদা ইবুংঙো ঙাঙইদুবু হেক ফাবগা পুখৎলকইবনি ।
- এ: ঙসাই নুংথিন্দগী থাদুনা য়োলহৌরবদুবো ।
- নুংথিল কয়ামুক থেঙঙদনা
- থেঙদ্রসু হৌজিক্তা ফাবদি নত্তেদনা ।
- অদুবুদি নৎত্রেদনা ।

ঙাঙনরিঙৈদা মতম্বাক্তগী মফি অমত্তা য়াওদবা অঙাংদু শল শারদুনা লমজাওরোমদা প্রপ প্রপ চৎথোকখি । নাম্বুরল্লিবা থবাক্কী ফিদোন্দু চিংখৎলগা অঙাংদু ফাজিল্লী । অঙাংদু অমুকসু চেম্থোকখি, ফিসু অমুক কোমথরকই । পাখঙশিংদুদি "ইচেগী ঙাদু হয়েং লৈরগে " হায়রল্লগা হৌগত্তুনা চৎখ্রে । মৌদু মখুৎ নাম্মনা মচাদু ফারগা পাখঙশিংদুনা চৎখিবদু য়েংহৌই । মশাদা মফি অমসু ইন্দে, ফুরিৎসু লিত্তে । পোৎ য়োল্লিবীশিংদু ফুরিৎ লিৎপদি য়াম্না নহা ওইরিবী মখোয় অনী অহুমদনি । অতৈদি ফিসু ইন্দে ফুরিৎসু লিত্তে, ইনগদবা ফিশিংদু মখাংদা কোয়শিল্লি । মখোয়গী হাঙলবা নংগল; পাম্বোম অমসুং থবাক্তা কাঙনা তান্ন-তান্নদুনা চিকই ।

পোৎ য়োল্লিবীশিংদু বেড়ী লান্নদুনা থকর্মিন্নে । য়োল্লিবা পোৎশিংদুগী মরমদা ৱা ঙাঙনদে । লৌরীংশেলগী ,ফৌদমশেলগী ; লৌহোনগী, খুল্লঙগী নৎত্রগা হার মমলগী ৱারী শানৈ । ঙা য়োল্লিবী মৌ নহাদুনা ললিতাদা হংলি ঃ

- নমানা কুমখ্রিবদি কনাগীদনো ?
- ইপল গুলাপহোয়গীনি ।
- গুলাপহোয়গীদি ............. মহারানী লৌকোনগীদুরা ?
- নত্তে মনীং পাৎলৌদনি ।
- ইবেম্মা ইমা লাকএ ইমা লাকএ ।

ললিতাগী মমাদু তহা তহা মচাগী মনাক য়ৌরকই । ঙা য়োল্লিবীদুনা হায় :
- এ: লাকএদনা । হৌজিক্তা ৱারী শারন্নিবনি ।
- য়ৌরকএ য়ৌরকএ ইচে ।

মখোঙ মখুৎ খুবোম-খুরৈদু লৈনাঙ ইতে তৈরদুনা মচাগী নাক্তা ফমথরকই,
- ইবেম্মা কয়াদি শিৎলে ?

ললিতানা শাউই,
- শিৎতে অমত্তা ।
- হৈমা অমফাওবা শিত্তববনে ইবেম্মা ?

ললিতানা লুকমায় ফিদা মখাদগী শেল অচোইবশিংদু পুথোক্লগা মমাদা পী ,

- তু সিখক শিংলি ।

- য়াম্লু য়াম্মনখ্রে ইচাসিদি ।

ললিতাগী মমানা পৈশা অচোইবশিংদু অনী অহুম মরি মঙা পূনশীন-পূনশিন্দুনা পারি

- লুপা অমা, সিগা অনী, সিনা শিকিহুম । ইশঃ সুকয়াম শিংলবসিবু, অনী শিকিহুম্নি । নঙ ঙহাক্তং লৈরমখো ইমা চেঙ লৌরকখিগে ।

মমানা চংখিবা ঙহাক্তংগী মতুংদা ললিতাগী মপাদু হাইরং হাইরং মমাঙদা লৈপ্লে; লৈয়েং ইফাই ফাইরদুনা হংলকই :

- নমা হল্লক্লিব্রা ইবেম্মা ?

- হল্লকএ ।

- অদুগা কদায়দা চংখিবা ?

- চেঙ ৱানবা ।

ঙাঙনরিঙৈদুদা মমাদু ময়োম মচা অমা পুরদুনা প্রপ প্রপ লাকই ; মাগী নুপা লেপ্লম্বদু উবদা মচীন পোমথোকই, শাউনা য়েংলদুনা মতোমতা ঙাঙই

"ওম্থোক্লসু নুংশিখিদ্রেদকো শক্তাসে ।"

মাগী নুপানা হায়রকই :

- মখায় অমত্তা পীরকউদনা ।

- কদায়দগী পৈশানো ?

- য়েংঙুনহে তৌরিবসে, কৈথেন ময়ায়সিদা শৌ শৌ লাউরদনা । মাগী নুপানা ঙাঙলিবদু ৱা ওইনা তাদে । মচানুপীদা হায় :

- ইবেম্মা চংসি ইবেম্মা চংসি ইবুংঙো মচাদু কপ্লম্মনি ।

- সিদি য়োল্লরোইদ্রা ?

ললিতানা হংলকই ।

- য়োল্লরোইসি য়োল্লরোইসি থেঙঙে চংসি ।

- মমা মচা হৌগৎলগা চংখ্রে । লালিতাগী মপাদু ঙহাক লেপ্লুনা খোইদৌ শাউগৎনা য়েংলম্লগা মায়গৈ অমরোমদা হাইরং হাইরং অমুক চংখ্রে ।

কায়োনবী ইবেথোইনা ঙসাইমখৈ কুম্মৈদু য়েংলুরগা মতোমতা ঙাঙলকই :

- লাইমা নুংশিদেদকো নুপা হায়বা জাৎসে থাঙনা চকৎ চকৎ হেক য়ান্নীংঙীদা .........

- কৈনোনে ইঁতৈমা য়াম শাডখ্রেদা, তাদা নারান্না করি তৌরগেনে ?

- হৈম্না কনানো ? গোপাল ! ঐদি খংপ্রেকতুম খংঙুরে ।

গোপালদু ইবেথোইগী পোৎমাঙদা নীংগাঙনা ফমথরকই ,

- কৈদৌরবা ? তাদগা কৈদৌনরবা ?

- নঙগী তাদগী ব্রা নৎত্রদি কনাবুনো থাঙনা য়ান্নীংলিবদি ?

- নখোয়গুম্বসে । নখোয়গুম্বা য়ুঙাওবসে ।

- এ: ঐখোয়না য়ু ঙাওরগা ইঁতৈমদা কৈদৌরদনা ?

- কৈসু তৌদ্রসু সুকনুংহেক নুংশিদে ইবুংঙো ।

- ইঁতৈমা, অতৈবু নুংশিদ্রসু ঐবুদি নুংশিবীয়ু ক্বা মতপ অমত্তা তন্নীয়ু ।

- ক্বাফাওবা হেক তন্নীংদে নহোয় য়ুঙাওবশিংসিদি ।

তাঙ্গাসিদা হোটেল ফম্বী ইবেতোম্বীসু পোৎ লৈবা মী লাক্লদুনা থোরকই । গোপালবু উবদা নোক্লদুনা কৌরকই :

- গোপাল ।

- ইঁতৈমা ।

- নয়ুম চঙঙোদনা কৈথেন খমজিল্লক্লে ।

- চঙজরনি ইঁতৈমা ।

- নহান্দি নয়ুমদা তুমদ্রদুনা মী ময়ুমদা কৈদৌ তুমমুরিবা ?

- ওহ্যক সুম পোত্থারুবনিদা ।

- নয়ুমদদি পোত্থাগে হায়দ্রদুনা মীগী মচা মব্রা লৈতবা নুপীদুগী ময়ুমদদি কৈদৌবগী পোথারুরিবা ? চান্দনিদি হল্লকঅব্রা ?

- হল্লক্তে ইঁতৈমা ।

- কৌবিরুদনা, নঙনসু লাল্লগা ।

- মরাই লাকচনিদা, মানবু অঙাংদু য়োকপা ঙমগদ্রা ।

- হায়নু ইবুংঙো । মরীন পান্দবী নুপী নত্তে নঙগী নুপীদু । নহান কুম্মৈ তৌথ্রিবদুনি ।

নহান কুম্মৈ অমা তৌখ্রে । নহান হায়বদি নুমিৎ তরানীমুক্কী ব্রানি । গোপান্না য়ুমদা অহিং তোয়না হল্লক্তবগী মরম চান্দনিনা থিজিল্লম্মী । থিবু থিরবদি ইরায় লায়না খঙলকখি -গোপাল তম্ফাগী য়ুমদা হেক হেক লেকই । নহান অহিংদি তম্ফাগী য়ুমদা চান্দনিনা খঙহৌদনা লান্দারক্লনা তম্ফাবু ফুদংখ্রে । মশম ফোয়দংনখ্রে । লৈকাই কুম্মৈ ওইনখ্রে । মখুৎমক পেলহৌদ্রবসু মচীন

ফাওবদি পেনখ্রে চান্দনিদু । মী ময়াম লৈ হাযবগী ৱাখল চঙখিদে । জগৎকী ফীনুংগী ৱা পুন্নমক পুথোক্তুনা লাউ-খোংখি । মপুরোইবা গোপালবুসু যাম্না চৈ থাংখি মীয়াম মমাঙদুদা অহিংদুমক্তদা চান্দনি মপাম য়ৌখি ।

গোপালদু ইবেথোইগী লুকমায় মমাঙদা উইরি উইরি কা চপ চপ শায়রি । পাখঙ মচা অমা হাইরং তুরং চঙশীল্লকই অদুগা গোপালদা য়েংলদুনা কৌরকই :

- তা গোপাল ।

- হুং ।

- নুংঙাইদকো ইবুংঙো, ঐখোয়নদি অসোমদা মাঙখ্রে হায়দুনা থিবি । মানা সিদা কয়া নুংঙাইনা লৈরম্লিবা, চৎসি লাকও ।

অদুদগী গোপালবু চিংখৎলগা চিংবোই চপ্লোই পুখ্রে । ইবেথোই, ইবেতোম্বী, মনাক্তা পোৎ য়োল্লিবী পুন্নমক তৌরিবা মতৌদু য়েংলগা নোকহৌরি । ইবেথোইনা কবিনো অমা হায়গদবগী ময়া কাখৎলকপগা মফম মরাং খঙহৌদনা অৱাংলোমদা য়া য়া লাঙনরকই । মী খরা গ্রুং গ্রুং চেন্নখি । কৈথেন্দা লৈরিবা মী' পুন্নমক কোযরাঙ লাঙই, লেপখৎ লেপখত্তুনা য়েংনৈ । খরনা হংই ঃ

- কৈদৌরে হায়গে লাঙইসিবু ?

খরনা খুম্মী ঃ

- কনা খঙগেনে, ঐখোয়সু সিদা সুম লৈরিসিনিনে ।

ওহাক্তি কৈথেন্দু কায়রে পুন্নাঙ লাঙলে । অদুদগী তপ্পা তপ্পা, কাযরুরবা কৈথেন্দু হজিল্লকই । অদুবু অয়াম্বদি মপোৎ লোইশিন্নরদুনা কুম্নখ্রে । লৈহৌরিবশিংদুনা অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা হংনৈ ঃ

- কনা কনানি হায়গে হৌজিক ফুনবিদুবো ?

চেল্লগা যেংলুবা পাউ তারকপশিংনা খুম্মী ঃ

- হো যু য়োনবী অঙৌবীগী নুপা শামুগা কেশোগনিয়ে ।

- কেশো হায়না কনা ?

- তখেল্লম্বম তোমালগী মচা য়াইমদো খঙদ্রবরো ?

অঙাং মচাদুগা শামুগদি করিগী ফুন্নরিবা ?

- করিগী ওইনি হায়গে ইবেম্মহোয়, এনখাদা লৈরম্মেযে এনখাদা ।

ঙা অয়াইবা য়োনবী হনুবীদু শাউবকই :

- তুরুচৈদা । তুরুচৈদা অঙৌবী হায়বীসিনা তৌজশারিসে মচা মৱা পান্না পান্না । হৌজ কয়ারক শুরবনো মসিগী ৱাথোকসে ।

অঙাং অমগসু, মীগী মতু লৈবা অমগসু। কৈনো মানা তৌজশারিবসিবো।

- অদুবু মাগী শামু হায়বসিবু তীল ওল্লবরো

ঙারী য়োনবী শানানবীদুনা ঙাঙবা হৌগৎলকপদা পোৎলৈবী অমা চঙলক্লুনা মরক থৎলৈ :

- করিনো ব্রারীদা পোৎ য়োনবকা কাউনরবরো ? ঙারীদু মখায় অমত্তগী তম্বিরকও।

অদুদগী থংনরিবা এঞ্জাং য়োনবীদুগী মমাঙদা ফমথরগা মখা শর্মথৈ,

- পানসিবু কয়া কয়ানো ইনম্মা ?

- হো ইবেম্মা লুপা লুপানি। মথা অমত্তা লৌখোসে।

- হরে হরে চাঁহেদ্রে চাঁহেদ্রে ; মী হিংদ্রেদনা।

- ইবেম্মহোয় ঐখোয়সু খুৎথাঙ লৌবদগী য়াদদুনা তৌরিবনি। ঐখোয়সু য়োন্নীংদ্রবনি।

পোৎলৈবী লাক্লিবীদু পানগী মমল তারুবদগী লৈবগী ব্রা পল্লকখিদ্রে। অঙৌবীগী ব্রারোমদা চত্থখরে,

- মাগী অঙৌবী হায়বিসি লাইমদি ওক্তেকো ইনম্মা। এঞ্জাং য়োনবীদুনা মৈখুদু কামথোক্লদুনা হায়রকই :

- ওকসু ওক্তবনি হায়ববু অঙাংসি মরায়বকসু থী। সনাহনবী নখোয়সু খল্লু, মাদি মশা নহানিদো কদায়দগীনো মপা জ্বারব্রালা য়ুথকপদুনা মপাগুম্বা হনুবসিদা পীশিনবিরেদো।

- হোয় পীববু নত্তে; জ্বারদা থারিবনিনে ইচে ইবেম্মা। ঙারী য়োনবীদুনা পাংশিল্লকই।

- মদুনি মদুনি ইবেম্মা, মদুবু মপা হেক পোকপা ওইরদি ঙমগদ্রা হায়বা

- হো ইচে ইবেম্মা, তাইবঙপান অসি ওন্থোক্লা লুখ্রে।

-খঙদ্রেদা ইনম্মখোয় য়ুগসি য়ুগতা অমা ওইখ্রেদা হায়রম্লগা সনাহনবী হৌগত্তুনা চৎখ্রে।

- মীগী ছিদ্রবু থিগে হায়রবদি ছিদ্র লৈতবা মী কনানো এঞ্জাং য়োনবীদুনা সনাহনবীনা চৎখিবদু য়েংহৌরগা হায়হৌই; ঙারী য়োনবীগী মায় ময়াদা চঙশিল্লগা মখা শমথরকই, ঙারী য়োনবীদুসু মনাকোং থাংজিল্লকই

- মাবু কয়াম ফবনো হা ? মাগী মচা অহলসি কনাগী মচানো খঙদে হায়দুনা মব্রানা তান্থোক্লুনা, কয়া কুইননো মপামদা লৈরুবা ? ঙারী য়োনবীদু

মমীৎ-মনা লংখৎলদুনা শোল্লগ্না হায়রকই :

- হোয়নহে ইচে, ঐখোয়সু হায়রপ তাখিনে। মতৈগীনি হায়, মনে লৌবা নুপাগীনি হায় য়াম্না ঙাঙনখিনে।

-অদুনি ইবেম্মা ছিদ্র লৈতবা মী লৈবা হৌনদে। কান্নপোৎ নত্তে মীগী মীৱা ঙাঙনরুদনা। নঙগী ঙারীদু শিকি অমত্তগী তম্লকউ। কুম্নবা তৌরসি।

মনীং পোৎশঙলোমদগী অমনা লাউরকই :

- হো ইচে থম্বাল। কুমখিরোইদ্রা? কৈথেনসি ঐখোয়দা ঙায়শিল্লক্লে।

সোমদগী খুম্মি,

-কূ ম্মসে কূ ম্মসে। নপোৎ লোইশিল্লবরো ?

- লোইশিল্লে ঐগীদি; লোইশিল্লো।

অসুম্না অনী চৎখি অহুম কুমখি কৈথেন খমজিল্লক্লে। মৈনম অমমম পায়রদুনা খরনা অৱাংলোমদা খরনা মখারোমদা খরনা মনীংলোমদা খরনা নোংপোকলোমদা - পোৎ শীৎপা শীত্তবগী, শেল তোংবা তোংদবগী, ইমুং মনুং মচা মৱাগী, লৌগী-শীংগী, ৱারী শারা শারদুনা কুম্নপ্রে। তপ্না তপ্না খুনগী কৈথেন খমপ্রে। ইমম মমশিনপ্রে। ইচীক চীকপ্রে।

হুই খরা কাতু কারল চেল্লি। খরনা হাঙলবা কৈথেন পোৎশঙ মরক্তা মচীঞ্জাক থিদুনা চারি।

- ইবোমচা

# নোংদি তারকখিদরে

**[ কৈশাম প্রিয়কুমার সিংহ : (পোকপা ) : ১৯৪৯, তেরাকৈথেল, খুরাইজম লৈরক, ইম্ফাল । শিনফমদি ইঞ্জিনিয়ারনি অদুবু সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদা মায়পুননা থবক পুই । ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা মমিং চংলি । "অৱাওবা পুন্সী", "ঐখোয় য়ুমলোন্নবা", "নোংদি তারকখিদরে" ৱারীমচাগী লাইরিক অহুম ফোংলে । হৌজিক হৌজিক রাইটরস ফোরম, ইমফালগী জেনরেল সেক্রেটরীগী চর্জ পুরি । ]**

ম্যাঙ্গোল দারিদগী পাঙলাপ লাপ্তুনা নুঙনা মরোল অহুম মরিরোম লোনখৎলগা লৈরিবা মোংফমগী মথক্তা য়ুংলিবা ক্রোস অদু থাবল মঙালদা ময়েক শেংনা উরি । পিকখ্রবা শুমাংনি । মোংফমদুনা লৈরিবদু মদুগী মতোনদনি । থোইনা ৱাংদবা, মনা পুংবা উ পাম্বী অমসু মোংফমদুগী মনাক্তা হৌরি । উ পাম্বী অদু থাবলদুদা মুশুক মুরি । ৱাচেৎনা কাংথক হারিবা মাঙ্গোলগী লৈমায়দা ফক্লাংদা ঙাথরদুনা চোংনিকিন ফল্লি । চহী অমরোমতা ঙায়রিবা মচানুপাদুনা মতমবাক্তা তুল্লি । চহী অহুল্লোম শুরবা মচানুপাদুসু নাকন্দা ফমদুনা মকোক্তু মমাদা ঙাথ ঙাথ উইবগুম তৌরি । লৈচিন মচেৎ অমত্তা পক্তবা অতিয়াদা থানা তরু তরু থোক্লি । পিকখ্রবা মাঙ্গোল মচেৎ অদু থাবলনা পুমঙাল ঙাল্লি । ইমুং অদুদি পুম্মম মমই । চোংনিকিন থাদা য়েংদে । মাংদা উরিবা মুশুক মুরবা ভাঙ্গাইগী চীংশাং পরেংদসু য়েংদে । ইরাপ লাপ্তুনা মৈঙাল খরা উরিবা চর্চতসু য়েংদে । শুমাং মতোন্দা য়ুংলিবা অপিকপা ক্রোস অসিদা মুন্না য়েংই । ক্রোস অদুদগী হেন্না মমীত্তা করিমত্তা উবা ফংদে ।

য়েংউ চোংনি, ঙা অসি চাওদ্রা ?

মমাংমক্তুদা চাওরবা ঙা অমা মখুৎতা য়াল্লদুনা লুংজাহাওনা নোক্তুনা

মঙোন্দা উৎলকই। চোংনিকিন মশা পুন্না শ্বায় লাওই । থংনবা মীৎকুপ্তদি থাবলগী মঙালদা মুশুক মুশুক য়ুম, উ-ৱা, চীংমায়শিং , আতিয়াগা শম্নবা অয়াৎপা মানবা চীংদোলশিং নত্তনা কনামত্তা লৈরমদে । চোংনিকিন পিক্লিবা মচা অনীদা য়েংই । অদুদগী খঙহৌদনা মমীৎতা মপি তারকই । খোঞ্জেল থোক্লা কপলকই ।

চর্চতগী লাইশোন ঈশৈ তারকই । নুপী, নুপা অঙাংশিংগী অপূম্না খোঞ্জেলদু অসুম অসুম হৌবা হেঙ্গৎলকই । চর্চকী মনুংদা লাৎলিবা যীশুগী ক্রোস অদু চোংনিকিন মমীত্তা উরকই । কপ্পা ৱানা খাঙলগা মাসু ময়ামগী মতুং ইন্দুনা লাইশোন ঈশৈশিংদু তপ্প মচিন্দা ঙংঙি । অমুক হিক হিক কপই । অমুক শকই । খোঞ্জেল ৱাংখৎলকই । চর্চতগী থোকলক্লিবা খোঞ্জেলগা অমত্তা ওইখিদুনা চীংমায় অমদগী চীংমায় অমদা খোঙ্কাং য়ৈদুনা নিল্লকই । চোংনিকিন শক্লা শক্লা ক্রোসতা পাং তিংলিবা যিশুগী শক্তমসু ময়েক শেংনা উরকই ।

লাইশোন ঈশৈ লোয়খরে । অমুক ইচিক চিকলকই । অচিকপা মবক অসিদা উ-ৱা, য়ুমকৈ, চীংশাংশিংনা অমুবা শক্লোন লৌদুনা -থাবলগী মঙালদা তুমিন তুমিন অমুক লেপলকই । চোংনিকিন অমমমতং ওইনা য়েংলুরি । অদুদগী শুমাং মতোনগী ক্রোসতা অমুক য়েংলকই । থাবলগী মঙাল পুন্না ক্রোস অসিদা হৈথরিবগুম তৌরকই ।

- চোংনি, ঙা অসি চাওদ্রা ?

অমুকসু মনাকোংদা তারকই । লুংজাহাওনি ক্রোসতা যিশুগুম পাং তিংলি । মুন্না য়েংই । পিক্লবা উফে অনীগী ক্রোসতা । মসিদি শুপ্পতগী উফেনি । উফেদা নত্তে । নুং মরোল মরোলগী মথক্তা লুংজাহাও হিপ্লি । অমুকসু চোংনিকিন মুন্না য়েংই । লুংজাহাও নত্তে মোংফমগী মথক্তা হৌবা লৈশিংনি । থাবলগী মঙালদুদা লৈশিংনা কৃক কৃক ইন্ননা হৌরিবদু চোংনিকিন উরকই ।

-ঐহাক নঙগী ঙাদু পামদে । ঐ ঙাগা পামজদে ।

মচিন্দা খঙহৌদনা শোল্লকই । অদুদগী তম্পাক্তা অমদি মঙোন্দা ঙাথদুনা নাকন্দা ফল্লিবা মচা অনীদুবু মখুৎ অনীমক্ক চেৎনা কোনশিল্লকই । মকোক্তুনা ৱাচেংকী যক্লাংদা ঙাথরদুনা মমীৎ উইশিল্লি । থিংবা ঙমদ্রবা পিশিংনা অরৎপা লৈতনা মমীৎতগী তারকলি ।

- চোংনি, হন্দোকউ । ৱা থাদরক্কে ।

[illegible] [illegible]গী [illegible]ংমায়দা লুংজাহাওনা লেপ্লদুনা শীঙ চল্লিবা চোংনিকিনদা সা[illegible] । চোংনিকিন [illegible]পাদুদগা হন্দোক্তুনা লেপলগা য়েংশৎলি । [illegible] পুল্লপ

পুন্সিল্লিবা চাওরবা মপুন্দু নাপী শিংবি অমদি উপাল মচাশিং নৈখায়রদুনা চীংখা তম্না শিংথরক্লি। মীৎকুপ খরগী মতুংদা হৌরবা মখোলগা লোয়ননা চীংখাগী নুংপাক থক্তা তারকই। মখোল অদুনা চীংমায় অমদগী চীংমায় অমদা খোঙ্থাং য়ৈরকই। চোংনিকিন উরকই লুংজাহাওসু চীংথক্তগী শিংথরকপোই করিওই কুমথরক্লিবদু।

পাকলবা বরাক তুরেলগী মথক্তা নুমিৎনা মৈশা পুম্বা হৈথরি। লৈঙোয় মথক্তা খোঙনা নেৎপদা পোকপগুম তৌই। লুংজাহাও মশাপুম্বা হুমাংনা পুন্নুপ লুপই। উরুম লাংবা উখা অমগী নুংপাক্তা ফমদুনা শেগায়রবা ফুরিৎতুগী মচিনা মমায় তৈথোকই। মখ্বাংদা য়াল্লিবা খাওদগী হিদাক মনা লৌথোক্লুনা চে মচেৎ অমদা হিদাকমনাদু কোল্লকই।

- মশাদু হুমাংনা লুপ্লে।

চোংনিকিন্না মনাক্তা চঙশিন্দুনা লাদা য়োল্লিবা চয়োম থোক্লা থোক্লা হায়রকই।

- নহাক্তিনা। নমায়দু পুমঙাং ঙাংলে।

য়েংনরকই। অদুদগী করম্বা থম্মোয়গী ঈশুন্নো খঙদনা য়েংন য়েংনরগা নোকমিন্নরকই। চীংমায়শিং, পাকলবা বরাক অসিনত্তনা করিমত্তা উদ্রবা, মীনিল তাদ্রবা চিক্লবা মকমসিদা মখোয় অনীতনি। অচিকপনা থম্মোয় অমদি ব্রাখলবু লাংতকনহল্লি। পাম্বং লৈশা ওইরিঙৈগী পুন্সী চোংনিকিন নৌহৌননা নিংশীংলকই। ব্রাখলনা চীংলক্কী লোকশিংদা, শংবানরবা চীংমায়শিংদা বরাককী শংলবা ঈমায়দা শান্নরুরি। মীৎকুপ খরদং পুন্সীগী অৱা অনা পুম্বা কাওথোকলুই। নোকমি নোকমি চাক চারিবা লুংজাহাওদা মুন্না য়েংই। মহাকসু নোকলি।

- করিনো য়েংলিবদো ?

- লুংজাহাওনা হংলকই।

করিসু নত্তে। মোতি হোইদু করম্বা মতমদা লাক্কনি ?

থম্মোয়দা লৈবা ব্রা পুম্বা থমলগা মোতিগী মরমদা হংলকই।

নোং অসি তারবদি লাকলগনিনা।

- নোংদি তাসু তারক্তনা।

- তারকলগনিদা।

অতিয়াদা চোংনিকিন য়েঙখৎলি। লৈচিন মচেৎ অমত্তা পক্তে। নুমিৎনা অরংবা মঙাল ফুদোকলদুনা ভঙ্গাইগী চীংশাং মথক্তা থোক্লি। নোং তারকপা য়াবগী খুদম মচেৎ অমত্তা উবা ফংদে। নোংজুথাদি য়ৌরকলবনি। নোংমা নিনিত্তা ওইরবসু নোংসি অমুক্তা কন্না চুহন্নিংলকই।

- ৱাসি কয়ামুক শুরমলগনি ?

অমুক চোংনিকিন্না চাবা তোক্কুনা ঙসাই কোনখিবা হিদাকমনাদু থকলিবা লুংজাহাওদা হংলকই ।

অদুদগী মখূৎ থেক্কুনা মচিন্দা মুরুম মুরুম চোংনিকিন হিসাব পাবা হৌরকই । লুংজাহাও মঙোন্দা নোক্কুনা মুন্না য়েংই । চোংনিকিনসু মকোক হোৎলগা নোকথোরকই । মখোয় অনী অমুক খোঞ্জেল থোক্লা নোকমিন্নরকই । নোক্লা নোক্লা লুংজাহাওনা হংলকই,

- কয়া তারবা ?

- খঙদ্রে । নঙ অমুক পাও । লুংজাহাওনা য়াম্না হৈবগুম নুঙ মচা অমা খুল্লগা নুঙপাক্তা খোৎপা হৌরকই ।

- ৱা অমদা পৈশা কুনথ্রামঙা-চাম্মঙাদদি ........ ।

অপিকপা চর্চকী শঙ মনুংদা পাষ্টরনা অঙাং ওইরিবঁদা পুরিবা য়েন্নবা তম্বীখিবদু নীংশিং নীংশিং পাকলবা নুঙপাক অদু শিন থুংবা মখে খোরি খোরি খোৎলি । শকফম হঞ্জিল্লি । চোংনিকিনদি নোক্কুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরি । কাইনথংদা লুংজাহাও নোকথোরকই ।

- মোতিনা মরাইনা হিসাব পাজনিদা ।

অশেংবমকসু মোতিনা পাবা ঙাক্তানি । হৌখিবা চহী কয়া মহাক্লা হিসাব পারগা পীরম্বদা নোংমত্তা য়েৎখিদবনি । ঙৈহাক্তং নোকমিন্নবগী ৱানি । হিদাকমনা খাওদগী লৌথোক্কুনা লুংজাহাও চেদা অমুক কোনবা হৌরকই । মখা তারকই ,

- হন্দক্তি মোতিগী মতুংইন্দুনা জিরিঘাততা চৎকে ।

- করি তৌবা ।

- মখোয়গী ৱাগী কারবারসু খরা খরা তমগনিদনা । অদুগা শিলচরদগী পোৎসু লৈরক্কনি ।

- করি লৈগদৌরিবা ?

- নঙগী করিনোমা হেক্তা লৈগনি ।

- ঐ করিশু পামদে ।

- ঐ হন্দক্তি শোয়দনা চৎকনি । কৈনোমা শোয়দনা লৈগনি ।

চোংনিকিন তুমিন লৈখরে । নোকখিদরে । হৌখিবা পোইনুদা অদুক চাওখ্রবা পাম অদুদগী ফৌ তিন তরানিপান্দগী হেন্না থোকখিবদু নীংশিংলকই । মসিনা কয়াম কুইনা চান্নগনি ? অমুক পাম য়ানবা মতম ওইরে । উনৌ লাক্লিবঁদা ৱাশিংসু

য়ানহৌদ্রবদি করম্বা মতমদা য়ানগনি ? নোং তারক্লিঙে তৌহৌগদবা থবক কয়া নীংশিংলকই । মোতিবুসু অমুক নীংশিংলকই । ময়াং কংত্রিক কংবা মুশিন মুবা ময়াংমচা মোতিবু । করি দেশতগীনো চোংনিকিন খঙদে । য়াম্না লাপ্পা লমদগী লাকপনি অসিদংনি মহাক্লা খঙবা । পৈশা কুনথ্রামঙা অসিনা জিরিঘাততা লুপা কয়াদা অমুক য়োল্লমগদগে ? লুংজাহাওনা ব্রাশিং মশানা য়োনজরবদি কয়াদি শীৎকনি ? কয়ারক খনখ্রবনি মসিদি কুইনা মঙলকলবা মঙনি । অদুবু অমুকসু খল্লি মোতিগী পুন্নীগা করিবু খেন্নরমগদগে । মসিমদি চোংনিকিন ব্রাখলনা লাম্বা ফংদে । মোতিগী মমাঙদা লাকলম্বা রামপ্রসাদ করিবু নুংঙাইখিবগে ? খুঁদে মতৎতুমগা ব্রা খাবক লাক্লা লাক্লা বরাককী খোঙবান্দা অদুম্মক শিখি । চাবফাওবা নিংথিনা ফংদবমখে । চোংনিকিন পুম্নমক খনবা পাল্লক্তে । অসুম হিংলিবসিদগী হেনবা অতোপ্পা খুৎহিং অমা মহাক শাগৎচবা ঙমজদে । মাগী মীৎমাংদগী লুংজাহাওবু মীৎকুপ অমত্তা নাহোকহন্নিংদে । মসিতনি ।

- কৈনো খল্লিবদো । করি লৈরকউগে ?

- কৈসু খন্দে । নঙনা চৎলবদি ইচা অনীগা- ইপাগগী লৈয়ু ।

- নঙগীসু লৈগনি ।

লুংজাহাওনা নোক্কুনা হায়রকই ।

- হোইদা, নোংসিদা তাখিসনু ।

চোংনিকিনসু নোক্কুনা খুম্মী । অদুদগী অমুক মখোয় অনীমক নোকমিন্নরকই । নোক মখৈ নোকমিন্নরগা চোংনিকিন ময়ুমদা লৈহৌরিবা অঙাং অনীদু নীংশিংলকই । শীঙ কোকথোংদু শমদা হাপকৎতুনা চৎখি । নুঙপাক মথক্তা ফমদুনা হিদাকমনা থক্কুনা লৈহৌরিবা লুংজাহাওদা নোক্কুনা হন্না য়েংলম্মী । নুংশাগী মৈশাদা ঙাংশিল্লবা অঙৌবা ফজরবা মায়থোংদুনা নোকলকপদু লুংজাহাও মুন্না য়েংজৈ । তুংয়ান তাবসু । বরাক্লা থেকচিনখিবগা- চোংনিকিনবু উরক্লবদা থ্যাংপাক অদু পায়দুনা চীংদা কাখৎখি ।

- ঈশ্বরগী মচা যিশুনা ঐখোয়বু পাপ্তগী কনবিগনি । ঐখোয়না তৌজবা পাপশিং ঈশ্বরদা ঙাকপিনবা হায়জসি ।

পাষ্টরগী খোঞ্জেলদু চোংনিকিন হৌনা তারকই । তুম্লুবগুম মীৎকপ খঙথোক থোকই । অদুদগী চর্চ মনুংদগী মীনিনগী মখোল তারকই । ঈশ্বরদা তৌজখিবা পাপশিং তমলিবদু ময়েক শেংনা তাদে । ক্রোসতা পাং তিংলিবা, মকোক্তা তিংখংগী লুহুপ উপ্তুনা ঈ শিন্থুরিবা যিশুবু মমীত্তা অমুক উরকই । নুপী অঙাং খাক্কুনা তমথিনা অউ অউবা পংহাক্তা হাৎনবা, য়ুমকৈ মৈ-তুম্না থানদুনা লৈফম, চাফম

লৈতবমখৈ পংচেন্দা চেন্নবা, তাহৈদ্রবা উহৈদ্রবা থৌদোকশিং পুন্নমক মঙনি । সুপ্পতগী লৈহাও চেন্দ্রবা চীংমায়দা ইখ্রোল খরদং মনা মশিং থাদুনা হিংজরিবা মরাল লৈজদ্রবা মী কয়াগী পুক্নী পিখম্নরিবা - চীংলমদমগী ব্বারী চোংনিকিন তাবা ঙমদে । মশা পুম্বা অকি তুজুংই ।

কনানা পাপ তৌরিবা কনানা তৌদ্রিবা মহাক খনবা ঙমজদে । ঈশ্বরদা হায়জগদবা হায়ববু - মীৎ পাঙনা পাঙনা মঙলাক্লরিবা অসিদগী কনবিয়ু অসিতনি । চর্চত্তা অমুকশু লাইশোন ঈশৈ শকলকই । থাবলগী মঙাল অদুম্মক চীংমায়শিংদা শন্দোক্লি । অইংবা নুংশিৎনা লিরি লিরি শিৎলি । অদুবু ওমচাক্লরবা থম্মোয়দি চোংনিকিন ইংথহনবা ঙমদে । মোংফমগী ক্রোসতা মুন্না অমুক য়েংলকই । উফৈ মচাদুদা যিশুনা লৈরি । মশাপুম্বা ঈ শিন্থুরি । তিথ্বংগী লুহুপ উপলি। মমীৎ অদু উইরুম উইরুম মঙোন্দা য়েংলকই । চোংনিকিনসু য়েংই । যিশু নত্তে । লুংজাহাওনি । যোৎপি থাজিল্লবা মখুৎ অদু উফৈদুদগী নাম্থোকতুনা চাওরবা ঙা অমা মঙোন্দা উৎলকই ।

- চোংনিকিন, ঙা অসি চাওদ্রা ?

- য়াম্না চাওইনে ।

- মকুইগা ববাক্কী ঈরোংদগী ফাবনি । ছোটোবেক্রাদা যোল্লুগে ।

- য়োল্লোই । ইপা পীজগনি ।

হৌগত্তুনা ঙাদু লৌশিনগে তৌই হৌগৎপা ঙমদে । অমুক য়েংথোরকপদদি লুংজাহাও লৈরমদরে । থাবলগী মঙাল অদুদা ক্রোস মচাদু তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরি । চর্চতগী লাইশোন ঈশৈগী খোঞ্জেল নাকোংদা হৌনা তারকই ।

-নোংসু শুকতা হেক তাদে । শেগায়রবা লং অদু অতৎপা লংলা অমগা লংলা অমগা পুনশিন পুনশিন লুংজাহাওনা মরু মরাং থারিবা চোংনিকিন্দা হায়বকই । অপিকপা অঙাং অনীদুসু মফি অমত্তা থোংদনা শুমাংদুদা থাদোকতুনা থন্নি । লৈবাক খোৎতুনা অদুম শান্নরি ।

- হাযগুমদনা তুরেলসু ময়াং য়াম্না কংথরে ।

ময়াইদা ঈশিং খজিক্তং চেল্লিবদু নত্তনা নাকন অনীমক নুংচাক ঙাক্তা ঙাইবা ববাককী মফম খরা অদু নীংশিংলগা চোংনিকিন্না খুমলকই ।

- ব্বাগা অমত্তা য়াল্লোই । মোতি লাকলগা খরা অমুক য়ানবা হায়বদুনি । নোংসি তাবকলগদ্রা হায়দুনা খুল্লাকপদা ফৌ তিন অনীসু ব্বাগী মমল ওইনা পিথোকখবে । চানিংঙাইগা লৈতববা খঙদে ।

মতোমতা লুংজাহাওনা শোনবোই কবিবোই হায়রকই । চোংনিকিন তুমিন্না

লৈ। য়োৎপাক তৌনা তৌনা মরু মরাং খরদু লিংবা লাকনরকই । লুংজাহাও মখুত্তা খোয়জৈ অহু মরি পায়রগা লাংদুনা মরেংজুমদা থাঙ্গৎতুনা থোরকই । চহী ফাদ্রিবা মচাদু থাঙ্গৎতুনা চুপলম্মী ।

- মকুইগী ঈচিন্দা ঙা ফারুগে । শান্নরম্মুকো ।

মচা অহলদুগী মখাজাইদসু শিকলম্মী । চোংনিকিন থবক শুরমবদগী লেপতুনা নোক নোকতুনা ফাগী তৌদুনা লাওহৌই,

- ঙানা নন্দুনা শিজনিকো

লুংজাহাওসু নোকনা নোকনা করি করিনো খরা হায়রন্নগা খুনগী লম্বীদা চৎখি । বরাক্কী ঘাট লোমদা ।

- অঙাংশিং তুমদ্রিবরা ?

চোংনিকিন হন্দকসু মঙফাওনৈ । মকুবোক্লি । চর্চতগী খুনগী নুপী নুপাশিং থোকনরক্লিবদো থাবল মঙালদুদা উরকই ।

- তুমখরে ।

- নঙসু তুম্লুরো । হায়েংদি ঙন্না হৌগৎলগা লৈজাংফাইদা চৎকদবনি । চোংনিকিন ইঙক ঙকই । লৈজাংফাই হায়বা খুন্দু মমিং তারবসু মহাক কৈদৌনুংদা চৎখিদ্রি । মহাক্লা খঙবা হায়ববু য়াম্না লাপ্পা অচৌবা খুন্নি । খোঙনা চৎপদা নুমিৎ হুম্নিদগী তাদনা চংঙি হায়বা অসিতনি ।

- লৈজাংফাইদদি করিগী ?

অহল ওইরবা মকুবোক্তু পাক খুমলক্তে । স্বর অশাংবা অমা হোনখিবগুম তৌই । ঙৈহাক লৈরগা তপ্পা হায়রকই,

- চর্চতা খুঞ্জাশিংনা লৈজাংফাইদা মতম খরগী খুন হোংবদা লেপ্পরে । খুল্লাকপসু লৈজাংফাইদগী ঙসি থুংলরে । হয়েংমক হোংলগনি ।

চোংনিকিন মঙগুম্মী । খুন হোংবগী ৱা অসি চিবোন চিবোন ঙাংনরবসু মহাক থৌৱা শাখিদে । অসুক থুনা ৱারেপ লৌগনি হায়বা মহাক থাজদে । খঙহৌদনা হায়রকই ,

- ময়াম হোংখ্রবসু ঐখোয়দি হোংলোই ।

-হোংনিংদে হায়দুনা হেক্তা য়াবা নত্তে । ঐখোয়খক্তং করম্না লৈহৌগনি ?

চোংনিকিন খুমদে । পাওখুমগী মহুত্তা মপি তারকই । কপনিংলকই । মখোল থোক্তনা ফিজিনা মমায় খুমজিন্দুনা কপ্পি । মকুবোক্লা মখা তারকই ,

- নোংমত্তা কাংদনা মী কয়া হাৎলি-খুনশিং মৈ থারি । ঙসি হয়েং হেক্তা খুন অসিদুসু লান্দারক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে । ঐখোয়গী পিক্লবা খুন অসিনদি

করি তৌবা ঙমগনি ।

ঙাঙবা লেপখি । পিক্লবা থেল অসিদা লৈরিবা য়ুম কুনমুক্তা লৈবা মখোয়গী খুঙ্গংগী শক্তম মমীত্তা উরকই । ৱানা হিংলিবা নুপী অঙাংশিং লোয়নমক অমমমতং ওইনা উরকই । পিশক পিশক পিকপা য়ুমশিংসু । মপি অমুক্কা হেন্না তারকই ।

- য়েংউ, বামুঘাট,তিন্থল অদুগা সোঙপেন খুন খুদিংমক হোংনম্ব্রবনি । ইমম মন্নবা ইমুংদুদা চংনা চংনা মখা তারম্মী,

- লুংজাহাওদা থোকখিবগুম - ইশু অনীদা অমদি নঙোন্দা থোকহন্নিংদে। ঐদি অহল ওইরে । কান্নদ্রবনি । শিরবসু য়াই ।

চোংনিকিন অকোনবগী ৱাহৈ অদুদা মশাপুম্বা শ্বাই লাওই । অহলসিসু পুন্সীগী অব্বা-অনা মায়োক্লুরবসু মখুন অসিবু, চীংমায়শিং অসিবু, বরাক তুরেলবু থাদোকনিংদে হায়বা চোংনিকিন খঙই । অচুম্বমকসু তরক তরক লৈরিবা খুন অসিদা ঙসি হয়েং করি থোক্কদগে হায়বা তম্বা ঙমদে । তমথিরবা থৌদোকশিং পুম্নমক মঙনি । চোংনিকিন লুংজাহাওবু নীংশিংলকই ।

অহিংচুপ্পা চোংনিকিন তুম্বা য়াদে । অদুক থেঙলবফাওবা লুংজাহাও বরাক্কী মকুই তুরেলগী ঈতিনফমদা ঙা ফাবা চংখিবদগী হল্লক্ত্রি ।

নুমিদাংৱাইরমদদি ইরং তুরেলগী ঈরোংলোমদা অমুক চংলমগদ্রা খল্লুই । ঙরাং নহান ঙা অচৌবা ফানবগী পাউ তাখি । অদুবু অথেঙবা ফাওবা মহল্লক্ত্রবদুদদি নুংশা থিরকই বামুঘাটতা মমান্নবশিংগা লেকলমগদ্রা খল্লকই । খনবতনি । থাজদে । নোংমত্তা লুংজাহাও অহিং হল্লক্তবা য়াওখিদে । থেঙলবসু থেঙনা হল্লককনি খল্লকই । মকুবোকসু তুমবা য়াদে হায়বা চোংনিকিন খঙঙি । খুনগী হুই অমত্তং খোংবদা মপান্দা হেক্তা থোকখি । লুংজাহাও ওইরমদবদা অমুক ৱাচেংকী কাংথক্তা কাখংখিবগী মখোল তাই । চোংনিকিনসু মচা অনীদু চেংনা কোল্লদুনা মমীং ক ক্লা অমত্তা উইশিন্দনা মনাকোং থাঙ্গংতুনা লৈরি । হল্লকপা মরৈত্রবদুদদি মওল মওল খল্লকই । মোতিগী মনাক্তা জিরিঘাট তম্মা চলমগদ্রা খল্লুই । অদুবু মহাক থাজদে । নোংবু তারক্লবদি লুংজাহাওনা চংলুদ্রবসু মোতি শোয়দনা লাককনি । ৱাগী মমল পীরগনি । অদুদগী ৱাশিং অদু খাবক লাক্তুনা ঈমায় ৱাংলবা বরাক্কী ঈচেলদা ৱাশাং অমা পায়দুনা হেন্দুনা চংখিগনি । নুমিৎ কয়ানিগী খোঙচত্তা । মপুক্লিংদা লেপই লুংজাহাওনা মোতিগী মনাক্তা চংলোই । খনফম খঙলক্তে । থেঙনা হল্লককনি অসিতনি মানা খনজবা ।

অয়ুক্ত সু হল্লক্ত্রবদুদি চোংনিকিন জ্ঞান মাঙবা হৌরকই । মাঙ্গোন্দা, লময়াইদা, শুমাংদা চপ চপ লেপই । খুনগী পাখং ময়ামনা থিবা চংখিবদু ফাওবা মহাক খঙদে । কনাগসু ৱারী শারুদে ।

নুংথিল য়ৌরকপদদি চীংশাংগী মথক্তা আতিয়াদগী নুমিৎনা মৈশাপুম্বা হৈথরি। চোংনিকিন অয়ুক্তগী করিগুম্বা অমত্তা চা থক্তে। মচি অমদা অমুক ফম মচি অমদা অমুক লেপ তৌদুনা লৈরক্লি। মমৈদা বারক্কী ঘাটলোমদগী খুনগী পাখং ময়াম কাখৎলক্লিবদু উরকই। ব্রাগী শগাই অমদা করিনো অমা পুরক্লি। মখোয়গী য়ুম তম্না চঙলকই। শুমাং মতোন্দা শগাই অদু থম্মী। চোংনিকিন মশাদু খঙহৌদনা নিকলকই। অকিবা ফাওরকই ।

- ইপু, মকুইদা উ অমদা পাং তিংলগা হাৎলল্লে।

পাখং অমনা মকু বোক্তা কুপলিবা ফিদু হায়দোক্তুনা উৎলগা হায়রকই। চোংনিকিন ঈনা মশা পুম্বা তৈরবা লুংজাহাওবু উরকই। শগাইগী মনাক্তা থল্লিবা লাং অদুসু। লাং মনুংদা চাওরবা ঙা অমা য়াওরি। অমুক দাগফম ঙাক্তা ঙায়রবা ঈনা লুপ্লবা হকচাংদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা অঙাওবীগুম মুন্না য়েংই। থংনবা মীৎকুপ্তুদি অমুক্তং খংলাও লাওরকই। অদুদগী লৈমায়দা জ্ঞান মাঙনা তুথরকই।

মাঙ্গোন্দা থাবলগী মঙাল লৈরমদরে। শায়জিনগী মমি শুমাংমতোন্দা লৈরম্মী। মোংফমগী মথক্তা য়ুংলিবা উঁফে অদু ময়েক শেংবা হেঙ্গৎলকই। লুংজাহাও যিশুগুম্না ক্রোসতুদা পাং তিংনা তিংনা মঙোন্দা হায়রকপগুম তৌরকই,

- য়েংউ চোংনি, ঙা অসি চাওদ্রা ?

- ঐহাক ঙাগা অমত্তা পামজদে।

মহাকসু মচিন্দা খঙহৌদনা হায়রকই। মচা অনীদুবু চেৎনা কোল্লগা অমুক কপলকই। মথংগী অয়ুক্তনি। চোংনিকিন শমদা পোৎচৈ হাপচিল্লি। পোৎচৈদুগী মথক্তা পিক্লিবা মচাদু ফমহল্লি। মকুবোকনা মচা অহলদু পমদুনা - খুঞ্জাশিংনা পরেং শানা চৎনখ্রিবদুগী মতুং ইনখি। চোংনিকিন পাক. চত্তে। মোংফমদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ঙৈহাক লেপ্লুই। মচিন্দা শোল্লকই - 'ঐ অমুক ননাক্তা লাকখিগনি, খুন অসিদা লৈরখিনি।' থিংঙমদ্রবা পিগী পরেং অমা মমীত্তগী তারকই। বরাক্কী খোংবান্দা লৈহৌরিবা ব্রা মপুনশিংদুসু মমীত্তা উরকই। নোংদি তারকখিদ্রে। থম্মোয়বু ইংহনবা চীংমায়বু ইশং শংহনবা। হৌজিক্তি করিবু কান্নরিবগে নোংনা তারকল্লবসু।

- চৎলসি থেঙথ্রগনি।

মকুবোক্লা অমুক হঞ্জিল্লক্তুনা হায়রৈ। ঙম্লবা চীংমায় নাকচেক্কী খোঙলম্বীদা পরেংশানা লৈজাংফাই তম্না খুঞ্জাশিংনা চৎখ্রিবদো উরকই। শকখঙদ্রিবা লমদমদুগীদমক চোংনিকিন মঙগুম্না লেংঙম শাঙমদনা মখোঙ তপ্না থাংবা হৌরকই।

- প্রিয়কুমার

# অয়ুক অমসুং নুমিদাং

[ লমাবম বীরমণি সিংহ : (পোকপা) :১৯৫২, নাউরেমথোং তাকয়েল খোংবাল, ইম্ফাল । শিক্ষা বিভাগকী সাইন্স সেকসনদা সুপরভাইজর । ব্রারীমচা ইবা অমা ওইনা শীংথানে । অগাংগী টেক্সবুক ই । "পিকনিক পিকনিক", "চেকলা পাইগ্রবদা", "ক্বাককী মচা ক্বাক উরোককী মচা উরোক" ব্রারীমচাগী লাইরিক গাত্তনি । "চেকলা পাইগ্রবদা" কৌবা ব্রারীমচাগী লাইরিকতা শক ১৯৮৪ গী ভারতকী সাহিত্য একাদমী এৱার্ড ফংখি । "উখ্রুলদে" কৌবা লমকোয় ব্রারীগী লাইরিক ফোঙশ্রে । রাইটরস ফোরম মণিপুরগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরম্মী । অতৈ সংস্থান কয়াদসু য়াওবা মীশক্নি । ]

ঙসিদি শঙ্কর মথন্তা ঙায়রে । বেরচান মরেংবান্দা থোক্লংলদুনা পাউনা বজার তমলকই । মশাদু ইঁহে হৈনিংদে । অয়ুক অদুদা হকাম অনী অহুমসু ফুগংলকই । মীৎ শিংনবা ক্বা মতপ অমদি উমশিনখিগে খল্লি । মীৎ শিংনবা ঙাকসু নত্তে । মদু উম্নগা মনম খরা ফবোই নীংই । হীরালালগী পানদুকান্দা চঙলে । হীরালাল হৌগংলমদ্রি । মচা নুপী গৌরী লৈরম্মী । মীৎ খরা হেক শিংবোই নীংই । খল্লি,- দাও ইয়া য়াদবদি নত্তেদ্না !

য়ৌফাংতনা হায়রকই, -ক্বা অহাউবা অমত্তা চাগে , গৌরী ।

-অসুক ঙন্না, শঙ্করদা !

-ঙনবা থেঙবা ঐখোয়দদি চপ মান্নে , গৌবী । জরদাদুম খরা হেন্না হাপচিল্লকউ ।

ফুরিৎখাউদগী অচোইবা খরা পুথোক্লুনা পী।

-ক্বাসিমদি শেল থাদরনু, শঙ্করদা।

-খুলাংখাংদবো ?

-ঐসু নোংফাদোক ক্বা মতপ অমদি লান য়াইদা।

মখা তানা খুম্নবা শঙ্করগী মচীন্দা মতা চাবা ৱাহৈ অমত্তা থোক্লক্তে। খ্বাইসিদনি শঙ্করগা আনন্দগা খেন্নরিবসি। মহৌশানা অথোৎ অমেঙ, কেথ-নৌথবসি মহাক হৈতে। অদুগীসু মথক্তা গৌরীদা শঙ্করগী পুক্লিংগী অশোনবা অমসু লৈ। ক্বা মতপ অদু লৌরদুনা থৱায় তানা হুকচিল্লি।

-শুনু খরগা পীরকউদুদি।

গৌরীনা নিংবদুমক থুংলে। হৌজিক্তি শঙ্করদা মানা হায়নীংবদু হায়বা ঙম্লগনি। মনা মচেৎ অমদা শুনু তৈরগা শঙ্করদা পী। তাঞ্জা নাহ্লোকখিনি মতাগুম নোকফেৎ -নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই - অদু শঙ্করদা ৱা অমত্তা হায়গেনা ?

গৌরীগী নোকফেৎ তৌবা চিনবান অসিনি শঙ্করনা পুক্লিং তাজরিবসি।

-ঙরাংগী ক্বাগী শেন্দুরা ?

-নত্তেদা 'দুদি নিংবু নিংশিংলুদে। নিংশিংলক্লবনিনা' দুসু কৈসু পুমকোক কোক্লরসি। দুকান মমাঙগী নালাসি খরা ফাৎতোকপিরম্মু।

নমথিবনা ফম য়াদ্রে।

শঙ্করনা খ্বাইদগী য়াদবা ৱাহৈ অমখক গৌরীনা পনখ্রে। মমীৎ অদু লাওথোক্লদুনা হায়রকই, -গৌরী ! নালা ফাত্তোকউ হায়বদি ফাৎকে। ক্বাগী শেলগা থবক্তদি খক পকশিল্লক্কনু।

নুংশা থীরকই গৌরী। অমুক্তসু শঙ্করগা অসুম্না ৱা ঙাঙনদ্রি। হায়নীংবা লখা লৈরবসু আনন্দদতা হায়জবনি। শঙ্করগী ৱারীদুদা গৌরী শকফম খঙহন হঞ্জিনখি।

-শঙ্করদা, ঐদি ইচম চম্না হায়বনে।

গৌরীগী পাখৎচবা মতৌদুদা শঙ্কর নোকফেৎ তৌই। বেরচান পায়খৎলি। নত্তৌ য়েংগে তৌনিদা, - হায়রম্লগা থবক হৌখি।

ঙল্লিঙৈ লৈচিন ইথাবু থারমদে। থেঙথরক্লগা পুম্মম মমশিনখ্রে। শঙ্করদদি লৈচিন থাবসিনা হেন্না ফৈ। নুংশা শারবদি লম্বী মী য়াম্না চৎলি, থবক শুবা নুংঙাইতে। খরা ইংবসিনদি মহাক্কী থবক্ত[illegible] [illegible]বা [illegible]বা [illegible]। মরমাদি নোংমগী চারা নালাগী অমোৎপা মরক সিদা কৈ।

নুংতিগী শঙ্কর আনন্দগা লোয়ননা নালা শেংই। অমনা নালাগী অমোংপা কোংখংলি, অমনা মীৎ চোংথোকপা মখৈ লাওথোক্লুনা করি য়াওবগে য়েংই। য়াওরম্মী - বাবু ভায়াশিংগী খুৎতগী নাম্বহৌবা শেনচোই, করিগুম্বদনা খুদোপ, লীক, খুজী। মদু মখোয়গীনি। শঙ্করগী য়েংথংবা মখুৎতা শিরিবা খুদোপ অনী অসিমক অসুম্না ফংলকপনি। লাইবক ফরবদি লুপা মরি মঙাদি শোয়দনা ফংই।

ঙসিদি শঙ্কর মথন্তা ঙায়রবনিনা কোখৎপগী থবকসু য়েংবগী থবকসু মাগীনি। খুৎ হুম্বদি কিরে। ঙরাং আনন্দগী মখুৎ য়াংখিবদু খুৎ হুম্বদনি। অদুবু লুপা খরদি ঙসিগী পুশিন্দবা য়াদবনি।নোংমতং আনন্দনা কুনখিবদা চারা হেল্লি হায়বসি শঙ্করগী ইজ্জৎ শোকই। মিউনিসিপালিটিনা মরক মরক্তা লুপা খরা খরা পীবদুসু থা ফাজিল্লক্কদৌরে পীরকখিদবা। হয়েং হংচিৎ হায়দুনা লৈরে।

লৈচিন পাথখিবগা লোয়ননা কৈথেলসু মী তিনখৎলক্লে। শঙ্কর থবক থারগে লেপ্লে। মরুম অমদা চঙশিন্দুনা অফংবা শেনচোই খরদু মশীং থী। ফনদুম য়াম্লমই - লুপা অহুমগা পৈশা তরা। অয়ুকতুমা চারা ফাওদি হেল্লরোই। অৱাৎপদি রামপ্রসাদকী দুকান লৈরি। খজিক্তং নে তাজরে। ফুরিংখাউদা বেড়ী মারকই। য়াওরমদ্রে। শেনফমসিমদি কায়বা য়াদে। শোৎপা তারবদি গৌরীগীদা হেক তাই। গৌরীগী দুকান তমনা অমুক লাকই।

গৌরীসু শঙ্কর হল্লকখিবা য়াই হায়দুনা ঙাইরিবনি। ৱা অমা হংগে খল্লা হংহৌদ্রে।

-বেড়ী মপুন অমতগা পীরকখো গৌরী।

বেড়ী পুথোক্লুনা পী।

-শঙ্কর'দা অচোইবা কয়াম য়াওরকপগে ?

-য়ামদেদা।

-অয়াওবদু লৌহৌরগে। হোরেন সিনেমা মতমদা য়াম্না ৱাখ্রে।

শঙ্কর শেনচোইশিংদু পুথোক্লুনা পী।

-বেড়ীসিসু বোইদা ইশিল্লো, গৌরী।

গৌরীনা শেনচোইশিংদু মপুম ওম্থোক্লুনা পী। হায়নীংবা ৱা অমদি গৌরী হৌদোকপা ইঙম ঙমদ্রি।

ঙসি ঙরাংতা নত্তে শঙ্কর, গৌরীগা খঙনরকপসি। অদুবু নোংমতা অসুম্না ৱারী -ৱাতাই শাখিবদি লৈখিদ্রি। গৌরীগী মপা হীরালালগা শঙ্করগদি য়াম্নমক চান্নে। মসিমক্লসু গৌরীনা ৱাফম অদু পাক হেক হৌদোকপা ঙমদবা ওইরম্বসু

য়াই । মরুওইবদি শঙ্করগী ঙাঙ্গন-শক্কন্দবসিসু অমনি ।

থোৎ-নৌবা হৈতবা, ব্রাহৈ-ব্রাতা হৈতবা, চীন লুম্বা মীওইশিংগী মাঙজবসি নহা ওইরিঁঙেদনা খিৎ হেল্লি । মী মীগী নুংদা লৈজবদুদি কনানা খঙলুনি । তশেংনা হায়বা তারবদি শঙ্কর অয়ুক অঙনবদা চাখিবা ক্বাদুগী মনম কোকত্রিবনি । পাক্লা কোক্কদবা মাদ্দে । চুম্ব্রগা কোক্কন্দবদি চুগন্দবা পোৎতনা খিৎ হেল্লি । মহৌশাগা ইমান মান্নদনা শঙ্করনা হংলকই, - মনমদুবু ইফৎ ফৎত্রিবরা ?

য়াম্না খুমনিংনা খুমলকই, - ফরে শঙ্করদা যাম্না ফরে ।

মপুক্লিংদু ইরাং লাংই শঙ্কর । বেড়ী মপুনদগী মচৈ অমা শৎলগা চমখৎলি । তাঙ্গা অদু নানথোকহনবা তৌদনা গৌরীনা মখা তারকই,-অদু শঙ্কর'দা ক্বাসি খরা পায়বিখো । চৎথোকত্রবনিনা আনন্দ'দাদু মতমলেনবা ব্রারমলগনি । ঐনা পীরকপনি হায়বীয়ু ।

চম্বতা ঙাইরিবা শঙ্করগী চিনবান্দা চপলিবা বেড়ীদু মৈ মুৎপ্রে । অনী-অহুমলক চিংদুনা য়েংই । অমুক চাকখৎলকত্রে । মুৎলবা বেড়ী মতেকতু খুবীগা খুদোম্বীগনা শুরু-শুরু নৈখাই । লৈমায়দা থাদরগা অমুক্কসু মখোঙনা নৈথৎলি ।

গৌরীনা মখা তারকই, -য়াম্না শাথিনদি শোকতবা নত্রো ?

শঙ্কর বেরচান মরেংবান্দা থাঙ্গৎলি । খোঙ থাংবা হৌখি । খুমলকই, - তৎলে, মখুৎতু পুমতৎ তৎলে ।

মীৎকুপ অমফাও পললমদ্রে । গৌবী শঙ্করনা চৎখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই ।

(২)

হঙ্গিল্লকপগা বেরচান ফক্লাংদা ঙাশিল্লমলগা বার্টিন অমা য়াল্লদুনা শঙ্করনা থোকখিবদু আনন্দা উই । মহাক্কী শাউরং-মৈরংনবা, চিন পোমগনবা সিমদি ফররোই । অদুবু শাউবা থুবগী মতিক হুম্ববদি থুই । শাবান য়েংলুরগদি মহাক্কী মওং অসি য়াম্না লাপ্লে ।

ঈশিং বার্টিন অমা য়াল্লদুনা হঙ্গিল্লকপদু উবদা আনন্দনা হংলকই, - বেড়ী, য়াওদ্রবরা ?

খুম্লক্কে । বেড়ী মপুন অমা লংশিল্লকই । আনন্দ খঙই - শাউরিবসিগী মরম অমা লৈরমগনি । অদুবু অরুবা ব্রাফমদি খক ওইরমলোই । বেড়ী চমখৎকে হায়দুনা তৌরিঁঙেদা ক্বা ময়োম অমসু লংশিল্লকই । হংদে- কনান পীরকপনো ? খঙই , গৌরী নত্তনা মঙোন্দা ক্বা পীবীনিঙাই লৈতে ।

শঙ্কর চাক থোঙ্গৎখ্রে। আনন্দসু হৌগৎতুনা শঙ্করগী মনাক্তা ফমলুরে। মখুৎ অনাবদু মৈদা য়াইরম্মী।

-ওফিসতা লাকউ হায়দু ঙসি নত্রা ?

শঙ্কর কাউরুরে। শেন খরা ঙসি ফংলবা যাই।

-নহাকপু চৎ ঙমদ্রো ?

শঙ্কর মরোল লোল্লক্লে।

-ঙমদা য়াদবনি। মহাজন্দু হৌজিক্তা লাক্লম্মী। হয়েং অয়ুক ভরা থনমউ হায়রম্মী।

-ফরে, অদুদি ডাক্তরদসু চঙলকসি। অনীমক চৎননবা শেমশাখি।

(৩)

মিউনিসিপালিটি ওফিসতা চৎলুরে। কান্নবক্তে। ছুটি লৌখ্রে হায়দুনা উন্নরক্তে। মবানিমক উংদুনা হল্লকই। ফনা শাংনা লাকপদু অনীদু ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদে। হোসপিটাল মপা য়ৌবগীদুদা শঙ্কবনা হৌদোক্লকই.- ডাক্তর হায়দু চঙথোকখ্রসি।

-কৈকাননোদা।

-কয়াম কুইনা শুমহায় লৈ য়ানি ?

আনন্দ মখা তাদ্রে। শঙ্করগী তুং ইল্লক্লে। ফনা থীনা শোকপজাৎনি। পেনিসিলিন অমদি কাপপীরক্লে। ঈশিং চোৎহন্দনবা হায়রকই। পেনিসিলিন মবি অমগা কাপখিবা তারি।

-ঐনা ঙসাই চঙলগুমসি হায়রে।

-ব্রাথীদু খিৎ ঙাঙলক্কনু।

মখোয়গী লৈফমদু য়ৌবদা ফনা থেঙলে। নুমিৎ তাগদৌরে। নহান মখৈদি অয়ুক্কী থবক লোইরগা চাক মতুং অজিৎসিং হার্ডব্রায়ার হাওসতা পোৎ হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌদুনা শেল খরা খরসু ফংজবনি। মদুগী মতমসু হেনখ্রে।

আনন্দ হেক য়ৌবগা কাচিনদা ঙারিবা ফি ময়োম অদু তিংথোক্লুনা হিপথৈ। মখুৎতু চিক-চিক লাউরকপগুম তৌই। ঈ হৌরমাল্লে। ডাক্তরনা পীরকপা গুলীদু অমা হুকচিল্লি।

-ঐখোয় শেনফুদুবু কয়াম য়াওরমলদগে ' শঙ্করদি মদুগী ভাব ইতৌ তৌরুদে। মখোয়না নুতিগী ফংলকপা শেলফমদগী শেনচোই অরেম্বা খরদি হেক হেক খাদজবা শেনফু অমা লৈ।

-ইয়াম য়াল্লমদৌ মান্দেদা ।

শঙ্করনা শেনফুদু তৌথোকলুবে । আনন্দগী মমাঙনা শেনচোইশিংদু হৈদোকই । মশীং থী । লুপা কুনহুমদোই পৈশা কুম্লামঙা । ভারাদি নিফুনি থা অমগী । তঙ্খাই ফানিংচিং ব্রাংলি । অনীদু মখা তান্নদে । আনন্দ অশোকপা মখুৎ অদু মুন্না য়েংই । মখুৎ অনীমক তিংথোকই । ময়েকশেংনা উরকই - য়াংখিবা, য়ুখিবা ময়ামগী দাগফম ময়াম । নিংথম- কালেন নাইদনা ঈকং থাগী পুম্ব্রি - খোঙবানগী লৈক্রক্লুম কায়রিবা মখোঙ-মখুৎ । আনন্দগী মতৌদু খঙবগুম ঐনা শঙ্করনা মখা তারকই, - খল্লুনুসে । নোংমা শোয়বদা তাম্বোক য়াপোৎতে । অসুক কুইশি নোংতা লৈরকনা । কান্নদে, শেনচোইশিংসি মপুম ওম্বোক্লুগে ।

- গৌরীগীদা ?

গৌরী পল্লকপদুদা শঙ্কর অমুক মৈ হৌরক্লে ।

-উম, নতুগীদা ।

শঙ্করগী মতৌদুদা আনন্দা নোক্লীংলকই, - মীনা কান্নদৌ শরুক ঐখোয়গা খঙনবা মানা কান্নবনা ফৈ হায়নিদা !

মখা তারমদ্রে শঙ্কর শেনচোইশিংদু তনখোম খোমজিল্লগা থোকখি ।

আনন্দ খুরবা কা অদুদা মথন্তা লোংখাক লোংনা হিপলি । মপান্দা গাড়ী অমসুং মীয়াম চৎথোক-চৎশিন তৌবগী মখোল কা অদুদা হৌনা চঙলক ই । অমুক অমুক চৈনাখোন্না মহাকপু শুগৎহল্লি । তত্তনা হংদুনতা লাক্লবা ব্রাহং, মথন্তা ঙাইরবা মতমদিদা হংলকই, - করম্বা মপোক অমনা ইবানিবু মফমসিদা পুল্লরিবা !

পাউখুম লৈতে । কাউবনা ফরবা ডিমাপুর বেলবে ষ্টেসন্দা হুই নৎত্রগা কাক মচাগুম হিংখিবা চদৎনববা পুন্সী নীংশিংলকই । ইমরর্জেন্সিগী মিংদা সিফাইশিং অদুনা কয়াদা তমথিনা ওৎ-খিবা ! পুন্সীগীদি কাউরবোই, কোবী খবা ত্রক অমনা মাবু ইম্ফাল তাননা পুরকখিবা অহিংদুগী খোঙচৎ । খোঙচৎ অদুমক নৎলমদ্রবদি মহাক শঙ্করগা খক থেংনরমলোই । তশেংনমক মহাক খঙখিদে খোঙচৎ অদুদা শঙ্কর য়াওই হায়বা । মমাংদা অমুক্তা মহাকপু উখিবসু লৈতে । অদুগুম্বা মীশক অদু ঙসিদি অমনা অমগী পুম্নমক ওইনা কা অমগী মনুংদা হিংমিন্নররে ।

-মরী অসি কয়াম কুইনা লৈখিনি ! থৌদোক অমসু মমাঙদা চোংথোক্লকই । ব্রাংচাউই নুপাদু, কুচু মুই । মরক মরক্তা মখোয়গী নাক্তা হেক হেক লাকই । মমানা হায়-নপানি । অদুবু আনন্দনা মচা ওইবগী নুংশিবা মীৎয়েংদি

নোংমতসু উবা ফংদে। আনন্দসু করিগুম্বা অহেনবা মীনুংশি মচেৎ অমতা নুপাদুদা পোকখিবা লৈতে । থোইনদুম নুপাদুনা, লাকপসি মহাক্কী হৈনদবগী মথক্তা শাউনিংবা অমসুনি । মহাক্পু লাক্লবদি মমানা মহাকপু হেক হুন্দোক্লমলগা ঙৈহাক ঙৈহাক মাঙখি ।

অহিং অদুমদি মহাক খক কাউবা ঙমলরোই। তশেংবদি মহাক তুমলুরে। অরাঙবা মীনিল মরক্তা তুম্বগী হৈনবী লৈরবা আনন্দ অয়াকপা মীকপখোল অমনা মাবু মীকপ থোকহল্লম্মী। মহাক খঙলকই মরোল লোননা লোননা কপলিবদু মমানি । ফুক হৌগৎলি। নুপা অমনা মমাবু শরাক তমদুনা লৈবদু উই। নুপা অদু মহাক্কী মপানি হায়বদুনি । মীয়াম্মা খামদোকপা মহাক থৌশাদে। চহী মাপলতা ঙাইরিবা আনন্দ তপ তাবা মখৈ মমানা কপ্পদু য়াওরম্মী। করিগীদমক মমাবু অদুক তমথিনা ফু-চৈরিবা হৌজিক ফাওবদসু খঙবা ঙমদ্রি । নুমিৎ অদুদগী নুপা অদু মমা-মচাগী নাক্তা অমুক লাকখিদ্রে।

-ইপামক ওইরবদি মহাক্লা ঐ অমসুং ইমাবু করিগী অদুক লায়না থাদোক্লুনা চৎখিবা ! অদুগা করম্বা মরী অমনা শকখঙনদবা মীওই অনী মফম অসিদা অসুক কুইনা পুন্দুনা লৈমিন্নররিবা!

চহী মাপল মপুং ফাজিল্লক্লে মফমসিদা মবানি লৈমিন্নরক্লিবা। আনন্দ হৌজিকসু খঙদ্রি শঙ্কর কনানো! খঙলুবগীসু কান্নদে। মাগী ব্রারীদগী কৈসু তোপলমলোই। মদুদগী নোংমগী থেংনরিবা থৌদোকশিং মায়োক্লবনা হেন্না মরু ওই।

শঙ্করনা হল্লকপদদি কৈথেলগী নিন-খোঙবা পুম্বা নেমথপ্রে । মহাক্লা হল্লক্লিবা ফিভমদু উবদা আনন্দ খঙশাউ শাউনিংই । অনৌবা অমবুদি নত্তে । য়ুদি শঙ্করগী থব্রায়নি । য়ু থক্তুনা লেনখিবা নুমিদাং অমতসু য়াওখিদ্রি । অদুবু ঙসি ঙরাংগী ওইরিবা শেন-থুমগী অচীনবা অসিদা য়ুদা খরচ তৌবা হায়বসি মরম চাদে। অদুম ৩ইনমক ব্রা ঙাঙদে আনন্দ। শঙ্করদি ফনা ফাজনা পাল্লে।

-গঙ্গারাম হায়বা য়ু নিরগা থকপদুনসু লুপা তরাখক হায়রগা ফুতানি তৌবা শাই। মানা তল্লা তৌবদা ঐনা কুন তৌগনি ।

নহানমখৈদি আনন্দ য়াওবনিনা খুন্দা থক চারবসু খ্ৎনচৈনবদি তৌদবনি। খঙই, লোয়দনা খ্ৎন চৈনবা অমা থোক্লে ।

-দাদা কেশোরামনা খান্নমদ্রবদি মঙক অদু লৈথৎলমগদবনি। ঙাঙনা ঙাঙনা য়ু লীক্লি পীকথনবা অমা আনন্দগী মমাঙদা থমই । চনা ময়োম অমসু ।

-ঙসাইনা লাক্লদৌনি । ওক্তবী মচা শউন তুবদুনা পলহল্লে ।

আনন্দনা ব্রা -লাং ঙাঙদনা লৈবদুদা মখা তারকই - কান্নদবদা দিহে মন্নবা ব্রাখল খনগনু । হিংলক্লিবসিদি চহী তরানিপাল- মাপল । গিলাস অমতং থকচিল্লু । পুম্নমক নেমথঙ্গগদবনি ।

ব্রা ঙাঙবা লেপ্তুবগী. মতীক থবকসু লেপ্তে । গিলাসতা হৈথরকই য়ু অদু । ঙাঙবসু লেপ্তে,-নঙনা খল্লম্বা য়াই নঙবু কাউখ্রে । মদু শুকনং নত্তে । সিফাই মরকসিদা পোৎ পুদুনা লাক্লিবসিনি নঙগীদমক । থকচিল্লু , সে থকচিল্লু । শাউনিংলবসু অশাওবদু উৎপা তৌদনা আনন্দনা থেমজিল্লকই,

-ফরে, নঙ য়াম্না ব্রানা উরে, পোথারো । হীদাক কাপলিবনিনা ঙসিদি ঐ লেপ্লগে ।

-হীদাক পুম্বগী মবুধৌদি সিনি । নঙ নীংশিংলিদনা হৌখিবা চহীদা খোঙবী অসি তুপকদবমুক য়াংখিবদো । ডাক্তরগী হীদাক অমতা থাখিদে । শিদ হিদাকসিতনা ফখিবনি । কান্নদে নখুৎতু পীরকউ গিলাসসিমা পীথক্কে ।

আনন্দগী অশোকপা মখূৎ অদু ফারগা য়ু গিলাসতুমা হৈজিল্লি । অমুক্তসু গিলাস অমা হৈরগা আনন্দদা ইল্লে । ঙসিতগী ব্রাসু নত্তে মহৌশানসু আনন্দদি য়ু পামদে । থক্লবসু চাং অমদা লেপচবনি । অদুগীসু মথক্তা মপাঙ্গলসু মহাক্লা হেল্লি । মহাক তশেংনা শাউরে । গিলাসতুনা থকখ্রবা মতুংদগীদি তৌগে হায়বা অমা যাওনা মখুৎমক্লা হৈ-হৈদুনা থকচিল্লে । নেশা ব্রাংখৎলকপগা লোয়ননা আন্দসু যৌনা লাক্লে ।

-শেন্দুদি কদাই ?

-লোইখ্রে ।

-কলেজা তৌথোকখ্রে নত্রা ?

-থক্কে হায়দুনা থক্লি বনি । নঙনা নেপালী কছুবীদুদা কুন- কুম্বা, কুন- কুম্বা হুন্দোকপদু ঐ করি হায় ।

হন্দক্কী ব্রাহৈসিমদি মঙোন্দা চপ চানা পাল্লে । শঙ্করনা য়ু পাম্বমুক আনন্দনা নুপীদা ঙাওজৈ । চুম্না ঙাওজবনি । হেঞ্জিল্লুদে । মদু মাগী রাশিনসুনি । মশুং মমান্নবীদগী হনুবী ফাওবনা মাবু য়াই, মাবু নুংশি । শঙ্করনা য়ুদা শেল পাম্মুদবমুক মহাক্লা নুপীদা শেল তিংবা পাম্মুদে । অদুবু তিংলিবা শেল মতিং অদুমক্তি শঙ্করনা লৌরিবা অর্থ অসিদা নত্তে । পাংবা য়াবদা মতেং পাংবনি ।

শাউনিংবনা ব্রা ঙাঙবা থোক্তে । অশাওবগা নেশাগা পাখরে । ব্রাহৈগী

মহুৎতা থবক্লা উৎলক্লে । মনাক্তা লৈবা পোৎ চৈদা কষ্টী ফুদোক্লকই । করিনা থেংনখিবনো খঙদে, যু লীক্লিদু তুখ্রে । লৈমাযদা অয়াওবা খবদু ওরো ওবো তারদুনা ওল্লি । অনীমক অমতা হৌগৎতে ।

শঙ্কবগী মমীৎতু লাওথোক্লক্লে । যুদি মহাক্কী থৱায়দগীসু হেন্না লুনা তৌজবনি । মমীৎ অদুনা চাথোক্কদবমখৈ য়েংলদুনা আনন্দ তম্না হোৎচিল্লক্লে । আনন্দদি অদুক য়ৌনদি শাউবা নত্তে । মহাক্কী ফিভম মতাদুদা শঙ্করনা অদুম্না নমজা নমথেক্লবক্কনি হায়বসু থাজকদে । মহাক্কী কল্লবা পাম্বো অনীদুনা নম্বুবকপদা আনন্দ লোংনা হাইথারম্মী । তুদনবা ঙাকপদা মখূৎ অশোকপদু থেংখ্রে । অদুফাওবা হন্দে শঙ্কব । মপাঙ্গল ফুদোকলকই । সুম খাঙদুনা লৈবগী থৌনা লোইখ্রে । মহাকসু থৌনা ফুদোক্লক্লে । পীক্লবা কা অদুদা হুই চীক্লবগুম্না চীক্লরক্লে । লাউখোংবদি তৌদে । মবানিনা অমুক অমুক থেংবদা ফক্লাংশিং অদু থোক-থোক নোমই । হাঙলবা লীক্লি অদুসু নম্নবা অদু য়াওরি । হেন্নদে অনীদু অমনা অমুক মথক থংই, অমনা অমুক থংই । কাচিন্দা লৈরম্বা ঈশিং বাটিন অদুসু নম্নবদু য়াওররে । ঈশিংনা কা অদু পূমতাউ তাউরে । মশা পূম্বদুসু পূমতৈ তৈরে ।

অসুম্না নম্বা মখৈ নম্নরম্লগা চোকথরমাল্লে । কনানসু খামদোক্লবা য়াওদনা অনীদু হন্দোক্লখ্রে । শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা নাকন নাকন্দা তাদুনা লৈ । অমুক অমুক হৌগৎকে হোৎনৈ । হৌগৎপা ঙমদে ।

ঙাইহাক্কী মতুংদা পুম্নমক অদু নেমথখ্রে । কাদুদা থাল্লম্বা লাললতেন অদুসু মতাং চানা থাউ লোইখ্রে । পূম্মম মল্লে । মীৎকুপ অমগী মনুংদা কা অদু পূমচীক চীকখ্রে ।

শঙ্করনা মীৎকপ থোক্লককপদা ফনা থেঙলমলে । মশা অদু পূমতেক তেক্লে । হৌগৎকে হোৎনৈ । লেঙবা যাদে । অমুক হিপথৈ । থোঙনাওদগী ফাওজিল্লকপা মঙালনা মমীৎতা য়ৈরকই । মমীৎ পাঙথোকপদা উবকই - কাদুদা ওইরিবা ফিভম । বীভুলা চুই । হিপথবা যাদে । নিংশিংলকই - ঙসিনি মহাজন লাক্কদবা ।

হৈনিংদা হৈনিংদা হৌগৎলি । চাইবিবশিংদু তন্না তন্না লোইশিল্লি । ইশি-শি মখৈ তূমলিবা আনন্দবু উরকই । ফিভম কায়রে । ফিসু শুপ্তে, মোনসু খাঙদে । মশাদুসু পূমতৈ তৈরে । শঙ্কর তপ্না তপ্না চঙশিল্লি । মকোক অদু থাঙ্গৎলদুনা মোন অমা খাঙহল্লি । ফি অমসু শুপচিনবী । অদুক য়াম্না লেঙবদু আনন্দ তাদে ।

আনন্দ যাম্না নুংঙাইনা তূমহৌরে । মচীন ফাও শেংবা নংদনা বেবচান মরেংবান্দা থোঙ্গৎলদুনা শঙ্কর হোবে হোবে কাদুদগী থোকখি ।

- বীরমণি

# ইন্সপেক্সন রিপোর্ট

থ্ববক চংবা প্রমোসন কাবগী মমলনা চেং, হৱাই, থুম-থাওগী মমলগুম মমল নাইরবা মতম অসিদা শেল তিংহৌদবদুনরা খঙদে প্রমোসন ওডর উরবা ফাওবদসু থাজবা ইঙম ঙমদে। শেন তিংহৌদবসিগীসু মরম লৈ। ইমান্নবা পুন্নমক্তি নহান্না আ য়ৌথ্রবনি। হন্দক্কীদবু হন্দোক্লম্বা য়াদবগী য়াওরকপনি। সিমক্তদা নোংমা নুপা অমা লাক্কুনা খোই থাক্লে।

-ওঝা তোম্বা, হন্দক ওঝা এ.আই. দা প্রমোসন পীগদৌরি ওঝাসু য়াওহৌনবা হৌনবী খরা তৌদনা।

থবক তোক্লমদাই হয়েংতা ঙাইরবা মতমসিদা প্রমোসনগী করিগী মিহৌবা লৈত্রে অদুগীসু মথক্তা মখোয়গী হৌনবীদু তৌনবা শেলসু লৈজদে। অদুনা খুমখি য়াওরে ফরে, য়াওদ্রে ফরে। ঐগীদমক্তদি থোইনা খনবিরুরনু।

নুপাদু নীংবা কায়না হনখি। মখা তানসু লাকখিদে।
ইকুই কুইদনা পাউ তারে প্রমোসন লিসতা ঐ য়াওরে। খজিক্তদা নানথোংকহৌই খোইদুদগী। প্রমোসন ফংবদা নুংঙাইরোইদবা থবক তৌবা মী লৈবা হৌনদে। ঐসু অদুমঙাই। য়ামদ্রবদা ওফিসকী কেরানিনা থিনা থিনা লাকচবা, জগৎকী মরান পুম্বা হৈজিনফম ওইবা স্কুল ওঝা হায়বদুমদি ওইররোই খল্লুবদা খরগা হেন্না নুংঙাই। মসিগী মথক্তা মথৌ তৌদ্রবা ঠিকাদার, ওঝা ৱানোম্বা, ওঝা স্কুল কাদবা ওঝা মঙা-তরাগী মথক্তা য়েংশিন্নবা হক খরদি লৈরে খল্লুবদা অমুক্কা হেন্না নুংঙাই। ইথৌ তৌজরিবা, শেংনা ওঝা ওইজবিবা মীওইশিংদা মখোয়না লাক্লখিবদো, করেম্নখিবদো ঙসি ফাওবদা নাকোংশিদা ঙংদুনা লৈরি।

-"হন্দক্কী ওঝাগী নেসনেল এৱার্দশিদি ওঝা তোম্বনা শোইদ্রে।"

মখোয়দুগী মথক্তা তাঙ্গা ফংলবদি লমন খুম্নবগী খুদোংচাবা লৈরে হায়বসিদনি ঐনা প্রযোসন অদু লৌথিবসু ।

স্কুল ওঝা ওইরম্বদগী ওফিসতা চংবা পুমনৌ নৌবা মথেল অমনি । থবক হেক পাইবা হৌবগা নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা ঐগী সার্কলগী স্কুল থুংনা চংপা ওমখি । অহানবগী খোঙচং অদুমদি শকথও মায়থওনবা চংপনি । স্কুল কারমদবা ওঝা কয়া থেংনরকই । অদুবু চুম্নতা হায়রম্মী মতুংদা থেংনবা তারবদি লেম্না তোক্রোই ।

থা অমগী মনুংদা নুমিৎ তরামঙা স্কুল খুদিং চৎতুনা য়েংবা নুমিৎ তরামঙানিনা ওফিসতা ফমদুনা থবক শুবা ঐগী ইথৌনি । টেনটেটিভ টুর ডাইরী পীশল্লমলগা মুমদা ফমদুনা লৈবা, লম্বীদা থেংনবা ওঝা খবদগী পাউ লৌবগা রিপোর্ট ইবা এ, আই অমদি ঐ ওইগে খন্দে । ঐগী হৈজদবা খঙজদবনা অমনি ওঝা ওইরিঙৈদসু থম্নায ফাওবদি য়াওজবনি । অদুনা অনীশুবা খোঙচং থুনমক অমুক হৌরম্মী ।

মন্নাংগী খোঙচংতা মওং চাদনা লৈহৌবা স্কুলশিংগী মনুংদাময়াই লৈকাই প্রাইমারী স্কুলসু অমনি । অহানবমক্তদা স্কুল অদুদা চংলে । ফনা ঙননা খোক্লকপনি । স্কুল য়ৌবা মতমদা অয়ুক্কী পুং ৭ খবা হেল্লে । অদুবু স্কুল অদুদদি য়াম্না অদুম ঙল্লমলি । ওঝা অমতা স্কুলদুদা উদে । লমপাক্তা অঙাং ময়াম শান্নবি । খরনা স্কুলগী ডাড়ীদা তোংলদুনা খুল্লোকপী শান্নরম্মী । খরনা থৌরি চোংলি । খরনা স্কুলগী ফক্লাং অহোবদু ফাওদোক ফাওদোক্লুনা অমাংগোই তান্নরি । অঙাং অমদা ঐনা হংই, নখোয় ওঝাশিংদি ?

-হোটেলদা ।

হায়নরিঙৈ অদুমক্তদা ওঝা অনীখক চঙলকই ।

-নমস্তে, ওঝা ।

হেড পণ্ডিত অদুনা অঙাংশিংদু কা মনুংদা তানশিনখি ।

- পুং কয়াদা স্কুল হৌবগে ওঝা ?

-পুং ৬.৩০ দনি । ঙসিদি খন্না থেংদোকপ্লে । থংনবা কাদগী অঙাং অমনা লাওরকই -ছুটি চেনপ্লে ওঝা ।

হেড পণ্ডিত অদু চেংহোকখি । ঙৈহাক লৈরগা ঙাঙল-ঙালদুনা চংলকই- ওঝা লেঙলকপদুদা হীদাক কাপ্পা লাক্লবোই নীংদুনা চেনশিখনি ।

ঐনা মখা তানা হংই- ওঝাদি কয়ানো ?

-মঙা, হেড পণ্ডিতনা খুমলকই ।

-অহুম অমদি ?

-অমনি লাকপু লাক্রে ।

লাপতল্লা অত্তাং লেৌবী নুপী অমা লাকপা উই । হেড পণ্ডিতনা শক তাক্লকই -ওঝা থরো ঐখোয় প্রধানগী মমৌনি ।

হেড পণ্ডিতনা শক তাকখি -ওঝাতোম্বা, ঐখোয় সার্কলগী এ.আই. নি ।

ওঝা নুপীদু ইপা পাখংচৈ । নমত্তে তৌরকই । মাপী নমত্তে ওক্লগা ঐনা হংই- ওঝানু নুংঙিনী ওম হায়না খেংনা খেংনা কাবিবরো ?

মপুকচেন্দি লেংই ওঝাদু । খুমলকই, মমাংঙৈদগী হৌরগা হোংনবনি, হেক্তা খেংদোকখি ।

এটেণ্ডেন্স রেজিষ্টারনা নুমিৎ নিপালনি সাইন তৌরমদে । ঐনা মখা তানা হংই -নুমিৎ নিপালনিসিদি কাব্রবা?

ইপা পাখংনা খুমলকই - হে সৈভ্য, সৈজনা শাক্তি, খেংনবনু খেংনা কা ফাওদি কাজবনি সোই তৌদবগী বানি । মপুকচেন মতাদু অরান বদি ওাংলমগদবা মান্দে ।

-সাইন তৌশিনবীয়ু । মতুংদদি থরা ওয়া কানবা তৌসি ।

পূং নিপাল হায়জিনগ্রে । ওঝা অনী অমদি মতমদু ফাওবা কায়কত্রি । এটেণ্ডেন্স রেজিষ্টার সাইন তৌদবা নুমিৎ ৩৫ নি শুরে ।

-সিনা কমদৌবা ওঝা ?

-মাপী বাসি হায়নিংদে ওঝা । ওঝানা শুম কৈ হায়বদু তৌবিয়ু । হেড পণ্ডিতনা খুমলকই । -থা অমমুকসি শুকলাকমক লাক্তে হায়বদি হায়জরোই । নোংমফাদোক ফুং ফাওদোকলকনি । সোই ময়াম অমা নারোন্দা তৌশিলমলগা অশুবাই ফাওবদং হায়রমলগা মাংখিগনি ।

-মহাকী ক্লাসতি ?

-অরাকপা ঐখোয়না থরা মেন, থরা মেন্দা লেপ্লি ।

-ওঝা মশা শুই হায়দু অমদুদি ?

-মাদি আ ইস্কাজদগীনি । নোংমথক লাক্রমলগা লাকখিদ্রে । ঐখোয়না তাবদা ইস্কাজগী স্কুল অমদা ইউটিলাইজ তৌগ্রে হায় । মহৎসু থা- বিরক্তে । তনব লৌবদি ওফিসতা হেক হেক লাকই ।

তাঙ্গাদুদা অণ্ডাং অমা হোবে হোবে চণ্ডলকই ।

-ওঝা, চাওবনা পিশক্কী মখজাইদা খুজিন্না শিকপিরে । হেড পণ্ডিততু শাওরে । লাওখি- নখোয় ওঝা লৈত্রো ?

-লৈতে।

চৈশাং অমা পায়রগা চৎখি। থংনবা কাদা শেৎ-শেৎ ফুবগী মখোল তাই ঙাঙ ঙাংদুনা অমুক চঙলকই - চৈ হেক নৎত্রিমখৈ য়োংগী মচা-শিংশি লাকনা ঙম্বপোৎ নত্তে।

হেড পণ্ডিতনা ক্লাসতা চঙলিবা ওঝাদু কৌথোক্লুনা হংই -থরোদি ?

ওঝাদুনা খুমলকই-ওঝাগী চা লৌরুনি হায়দুনা চৎখি।

ঐসু ক্লাস য়েংনিংদুনা কাদা চংলে। ফনা চাওবা কা মরিগী স্কুলনি। অদুবু ফক্লাংশিংদু য়াওদবদুদা কা অমতগা মান্নরে। ঐখোয় চঙলকপদা অঙাংশিংদু ফমলম্বদগী ফুক হৌগৎলকই। উফুলনা কাদু মমই। চাইরিবা চে, নুং মচা, কোংকুৎ ময়াম শঙ্গোলনা খরদুম ফরমগনি।

ঐনা হংই -ফান মখৈদি কদায় চৎখ্রে, ওঝা ?

-তেকখ্রে, খরনা হুখ্রে।

-চৌকিদারদি ?

-লৈতে। হান্না লৈরম্মী হাকুম শিখিবদগী মহুৎ লাকত্রে।

অঙাং অমনা লাওরকই মনিঙদগী -ওঝা, মপান থোকউগে। খুম্বা নংদে ফক্লাং অহোবদু ফাওদোক্লুনা থোকখি। য়াম্না পিক্লিবা অঙাং অমা কাদুদা কপলকই। কাচিন্দা অঙাংপোবী নুপী মচা অমা লেপলিবদু উই।

ঐনা হংই -অসিনা কনানো ?

মঙাশুবগী ছাত্রিনি। পুরক্কনু য়াদে। অঙাং লৌবিনিংঙাই লৈতে স্কুল কাগনু হায় হায়দুনা পুরক্লিবনি।

ওঝা থরোদু করি করিনো অচা অথক খরা পুরগা লাক্লে। অহল অমসু লোইনরকই। প্রধান নি হায়। থুংলবগা নমস্তে তৌরকই। হেক থুংলবগা কোইলাং লাংই।

- নখোয় চাকাদু পুরক্লো এ, আই সাহেবকী। তাঞ্জা চারে হায়দুনা হায়হৌই - খুরা প্রধান, কাইরিবা হোরিবা ফক্লাং,ওঝা কাদ্রিবা কাশিবু ইয়েংমক য়েংবিদ্রমালেনে।

-এঃ লাইরিক হৈবশিং অসিনবু ঐখোয়না হায়বা ব্রা লৌবিরবদি লোইরেদনা সরকারগী স্কুলনি, ইবুংঙোখোই সরকার লৈরিনা।

-সরকারবুদি লৈরি। অদু প্রধান হোইগী ইচা ইশুসু মতমলিবনি। খজিক্কংদি য়েংবিবা ময়াই হায়বগী ব্রানি।

প্রধানদু নাপল অমগা লোয়ননা মখা তাথরকই- এঃ ইচা ইশুকাদি অঙাং

মাংনি হায়দুনা সরকারগী স্কুলদা তমহল্লে। মমাংগী চহীদা খুঞ্জা ময়াম হৌদনা ইংরাজী স্কুল অমা এম এল এ সাহেবনা চিয়ারমেন, ঐনা ভাইস চিয়ারমেন, ঐখোগী হেড পণ্ডিতনা সেক্রেটরি ওইদুনা লিংখৎলে।

-হেড পণ্ডিত সাহেবকী অঙাংশিংসু অনৌবা স্কুলদু তন্না ?

হেড পণ্ডিততু করিমতা নাচুংবা তৌদনা খুমলকই - মমাংগী চহী ফাওবা স্কুলসিদা তমলমই।হন্দক্কী চহীসিদগী স্কুলদুদা তমহনখ্রে। তাঞ্জাদুদা ওঝা থরো চঙলকই। .

-ওঝা, চা ফানখিসিদো।

ঐনা খুমই-ঐদি চা থ ক্তে, ময়াম থকপিয়ু। ঐসু ক্লাসতগী থোক্লে। পুখম অমদা কিং বোল মঙা তরুক্কা চা গীলাস মরি মঙাগা লৈরম্মী। ওঝা থরোনা মখা তারকই - ওঝা ঐখোয়গীসিদি লবায়নিনা কয়া জুগোত চাবা নত্তে। অচৌবা হোটেল অমতসু লৈতে।

হেড পণ্ডিত অদুসু মতেং পাংশিল্লকই -হানননা পাউ পিবিরক্লবদি চাক ঈশিংকা থৌরাং তৌজরম্বা য়াবনি।

প্রধাননা মখা শমথরকই- হৌজিকসু মতম লৈরি। থৌরাং তৌ য়ারি। মখোয় পুম্নমক ইরাং লাংই। ঐনা খামই -ঐ পুমওক ওকচরে, তৌবিরনু। তাঞ্জা অদুদা পাখং মচা অনীখক চঙলকই।

- ইন্দোমচা কদায় থন্নম্মুগে ?

-শিদা পুরকউ।

নুপা মচা অনীদুনা কোবী ফুল অচৌবা মঙা তরুক পয়ানা লেংদুনা পুরই। ওঝা থরোনা মখা তারকই ঃ

-ঈখোলদা হৌবানি, ওঝা পীজনিংদুনা। ঐ শাওসু শাওনিংই, নোকসু নোক্লীংই। ঐনা খুমই ঃ

-ঐ ওফিস য়ৌজরুখিনি, পুজরোই। নৈনরিঙৈদা পুং ৯ তাশিনখ্রে। ইবা য়াবা ইরে। ঐদি অদুমক হায়দোক্লম্মী - কারকত্রিবা ওঝাসিমদি এক্সন লৌবা তারে। নমথোক্লবা এক্সপ্লেনেসন কোলগী চে অদু মেনশিল্লগা কপি অমা হেড পণ্ডিততা পিরমলে। -নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা ওফিসতা লাক্তা য়াদে হায়য়ু।

অমুক পাম্বরমদ্রে। সাইকল তোংলদুনা ওফিস -কী লম্বী পাংলক্লে। তশেংনমক বীভুলানি স্কুল-দুদা তৌরিবদু। স্বরকা ইফুন ফুনগৎপগুম তৌই। কনাগী অঙাংনো হৈগদৌরিবা! ওফিসতসু কূইনা লৈরমদ্রে। রিপোর্ট অদু

ইনপেক্টরনা শিন্নিনজনগা যুমদা হল্লক্লে । মনা শাখিনা হকচাং অাঁস চোকখৈ । নমশাং চংশরী য়াবনে, চাকসংগা লাম্বনে ।

পূং ১ তারে ঐনা যুম যৌরকপদা । কোম্হোংমত্তদা ফুটর অমা থারন্মী । ঐ ইঙ্গ্লিশ গুকলে মাদোলদা কোৎবী ফুল ময়াম অমা লৈরম্বু উবদা ।

-কাইদেনো সিদি ?

ঐগী নুপীনা খুমলকই -অা ইনুংঙোসিনা পুরকপনি । ঐগী কাদা নুপা অমা ফমলমই । ঐ উবদা নমম্মে তৌরকই । ঐ নুপাদু উখিবগুম তৌরে । হংবা নগুদে নুপাদুনা মখা তারকই - ঐ ফাদুমনিনি । ময়ায় লৈকাই প্রাইমারী স্কুলদা ওজা ওইরমনি হৌনি স্কুলদা ওজা লেৎলক্লম্বী হায় । ঐ খেৎনবা গুংংহৌরম্মে । এম.এল.এ. সাহেবকী থবক অমা চংজা য়ামদুনা । চাক খৈশিংকা অমতা তৌদনা লেংল্লে তাকবা নুংঙাইত্রবনি । তাব খগুতা তারকই । থা অমা হেল্লা কাদবা ওঝা অদুনি । ঐনা হংই - ওঝাদি চুসিনা নত্তমাল্লে । থা অমা হেল্লা কাল্লমাল্লে ।

-হেক্ত পণ্ডিত হনুবদুনা হায়রি ওইরিনি । মালি কাল্লিবদি ।

ওঝাদুনা খুমলকই । মখা তানা ঐনা বেক্কগী এটেণ্ডেন্স রেজিষ্টরদু পুখোক্লদুনা হায়- কনামত্তনা হায়বা নত্তে ওঝা, এটেণ্ডেন্স রেজিষ্টারসিনা হায়বনি ।

-লোই তৌদবগী য়ানি, নোংমা তাঞ্জা চাবা অমদা তৌগে হায়দুনা ।

হনবা লৈত্তে ওঝাদু চেনফম লৈত্রবদু ফাওবা চেনবা হোৎনরি । চাক্কা লাম্বনে, য়াঙ্গাং শঙ্গাংদুনে । ঐ খোয়দৌশি লংখৎলকই । ইয়ুমকক্কা ওইবনে পুম্নমক ফাথরদুনা ইনৌ নৌনা অমুক হংই - অদু করি হায়বিনিঙবা ? নোকফেং নোকফেং তৌরদুনা খুমলকই-থবক তৌনরিবা মশেল্লি । এক্সপ্লেনেসন অদু অদা কোইথোকদুদৌ শরুক য়া তেনশিল্লবসি হায়জগে লাকচবনি ।

ঐগী অপাম্বগী মায়োক্তা গুাক্তনি মানা হায়রিবশিংসি । অদুমু মফম চাদে খন্দুনা ইংথজরে । ঐনা হায়- ওঝা ওকিসতা ওইনা য়ারী শাৱসি । গুসিগীদি রিপোর্ট শিন্নিনলমলে । ঐনা হায়বদুকা তাদে ওঝাদু । ওন্ন-তৈননা ঐঙোন্দদুম থমকা তৌরকই- কান্নদেদা এ.আই. সাহেব , য়াসি তেনশিল্লবা ফৈ । শাংদোক্লরগা য়া কাইনরক্তনি ।

ঐনু মীনি । শাওদনবা কন হোৎনবনি । খোন্দাদুদা শাওদবা গুমল্লে । হায়লোকল্লে - লেঙঙো, থরা থুনা লেঙঙো কুইখরবদি কয়া করোই । নগুনা অপাম্বদু তৌরকপা য়াগনি ।

অদু ফাওবদসু হন্দে ওঝাদু । মীগী খোইদৌ শিকপা মীনোক অমগা লোয়ননা

খুমলকই - অদুদি নঙসু তৌনিংবা তৌরকউ । য়েংনা তারেদনা ।

মাগী মতৌদুদা শাওনিংবদি লাইরদুনা ইঙককুম ঙক্লে । ঐনা চঙক্লরিঙেদা মহাক থোকখিবা খঙহৌদ্রে ।

নীনিগী মতুংদনি অহল অমা লাকখিবদু । মশক কাবক কাবক খঙবগুম তৌই । ওফিসতা য়াম্না তোয়না লাকপা থেংনৈ । অহল অদুনা অমুক্তা খোইদৌ শাওগৎহল্লে । ঐগীদমক ৱাবীরদুনা অহল অদুনা হায়রকই

-ইবুংঙো এ.আই. মতমসি ফত্রবনি । মান্নরুনু কান্নদে । নঙনা ঐনা লায়য়েংবা ঙমলরোইদবা লায়নানা নারবনি মতমসি । সমাজ অসি নারবনি । লুপা ২০০ অসি লৌশিনহৌ । নুপাদু নঙ ঐনা লাক্ল ঙম্বা নত্তে । ওঝা অমনা শারিবা য়ুম, তোংলিবা গাড়ী নঙ উরেদনা । মতমসিদা খুয়া তুশিংনা হীংগে হায়রবদি মীৎ খরা তাংশিনননা, খরা পংশিন্নবা তাই । তলব শোইদ্রগা লোইরে ।

উশিং থওইদবা ৱাঙাং অদুনা অমুক্তা হেন্না অথোমনরে । অথি তথি চৈরশিরা খল্লি । অদুবু ইমুম হেক ওইবদুদা পাজল থোকপা ঙমদে । ঐনা হায়খি- ৱারৌ য়াদে তাদা অদুগী ওইরবদি লেঙঙো । ঐগীদি হায়খিবদুনা লেপ্লবনি । মখা তাবদি ইথক থোংবা ময়াম লৈরি ।

অহল অদু থোইনা নাচুংদে । মমায়দু মচেৎ অমফাও ঙাংদে । ফরে য়াদ্রবনিনা চংলেদনা হায়রমলগা চংখি ।

এক্সপ্লেনেসনগী থান্নবা নুমিৎ অদুনি । পুং ১ ফাওবগী মনুংদা হায়বনি । অথেংবা ফাওবা লাকত্রে । ঙাংলম শকলম্না য়াহৈশিং অদুনে, উশিং থওইদনা ইৱা লৌবিদবগী শাওনিংবনে তপথংবা য়াদ্রে । ইন্সপেক্টরগীদা চংলে । ৱারী পুম্নমক নীরে । ইন্সপেক্টরনসু য়াবিরে । হায়রকই -তলব থিংউ ।

খুদক্তা তলব থিংবগী চে থোক্লে । ৱাখল কাবক নুংঙাইনা য়ুমদা হললক্লে ।

-য়েংগে হায়বা কয়াম কুইনা লাক্তা ঙমগে ! মঙক ফাওবদি ওখাক কনবা ওঝানি । নোংমতা লাকখিদে ওফিসতা । চেদু ফংদ্রে হায়বদি তাই ।

তলব মতম লাক্লে । তলব ঙাইদুনা ঐসু ওফিতা ফমলি । চন্দ্রাশি কুল্লো চংলকই - ওঝানা অমুক্তা চংবীরকউ হায়য়ে ।

পন্দনা ঐ ইন্সপেক্টরগীদা চংলম্মী । মী অনীখক ফমলমই । অমদি ময়াই প্রাইমারী স্কুলগী ওঝাদুনি । অমনা ঐগীদা নোংমা লাক্লম্বা অহল অদু । ঐ উবদা ইসপেক্টরনা হায়রকই - লেংশিল্লু, ওঝা জাদুমনিনা হৈ মহী লৈগে হায়রিয়ে । ঐ ভাব খঙতা তারকই । হায়নরিঙেদুমক্তদা হৈ মহী পুশিল্লকই । ইন্সপেক্টরদা

ওনশিল্লদুনা হায়রকই- ওঝা, চে অমতং ইবিদ্রগদি ।

পন্দে ইন্সপেক্টর করিনো খরা ইরগা পী । ঐঙোন্দা ওনশিল্লকই - ইবুংঙো এ, আই , হন্দমুক্তি ওঝা জাদুমনিসি ঙাকপিরসি ।

ঐনা করিগুম্বা হায়গে তৌবদু ভাব তামাল্লে চে চবুন অমা পীশিল্লকই। চেনা অহুম্নি । অমনা এম এল এগী ডি ও, অমনা প্রধানগী, অমনা হেড পণ্ডিত অমসুং ওঝাশিংনা স্কুল কায় হায়বগী চে । ইন্সপেক্টরনা মখা তারকই -চেশিংদু ফাইলদা হাপচিনল্লু । ইন্সপেক্সন রিপোর্ট অদুদি মাংহনখ্রো ।

অনৌবা ফম কাবগী অহানবা থেংনবা পড়ানি । কাদুদা মীকুপ অমা ফাও পম্থরমদনা থোক্লক্লে । ইন্সপেক্টরনা লাওহৌই - ইবুংঙো তোম্বা হৈ মহী লৈরে ।

খুমলকই- য়াজরে ওঝা ।

খোঙকাপ মরি মঙাবু থাংদ্রি অহল অদুনা হায়হৌবা তাই - মৌ অনৌবীগী ব্রাই খুতৈ হায়বদুনি, মরাইনা ভাব তাজরকখিনি । মখোয় অহুম ব্রা লাওনা নোকখি । চোংশিন্দুনা মখৌরি মেৎলশিরা খল্লি । তাঞ্জসিদা চন্দ্রাসি কুল্লোনা হায়রৈ - কেসিয়ারনা তলব লৌবীররো হায়য়ে, ওঝা ।

নীংশিংলকই অহল অদুনা নোংমা হায়রম্বা ব্রাহৈ -মতমসিদা খুন্না তুশিৎনা হীংগে হায়রবদি মিৎ খরা তাংশিন্না, খরা পংশিন্নবা তাই । তলব শোইদ্রগা লোইরে । স্বর অশাংবা অমা হোম্থরগা খাঙই । কেসিয়ারগী লম্বীদা খোঙ থাংই । অদুবু খন্দবদি ঙমদে -ঐখু স্কুল অদুদা ইন্সপেক্সন চংখিদ্রা ?

- বীরমণি






## মনিপুর য়ুনিভরসিটিনা ফোঙবা ঃ

১।  কাঞ্চি রারীমচা

২।  কাঞ্চি রারেং

৩।  কাঞ্চি শৈরেং


[illegible] ঃ [illegible] মণিপুর য়ুনিভরসিটি, কাঞ্চিপুর,
[illegible]